# কতনগী খঙ্গংলবা ৱারেং





খঙ্গৎপা অমসুং লেংশিনবা
ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ

# মীনকেতনগী খঙ্গৎলবা ৱারেং

খঙ্গৎপা অমসুং লেংশিনবা

ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ



অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল

চহী ১০০ শুবা মপোক কুমওনগা মরী লৈননা ফোঙজবা মে ২, ২০০৭

**Minaketangee Khangatlaba Wareng**
(Selected Essays of Minaketan)

Compiled and edited by : Dr. Nongmaithem Tombi Singh

Published by : A.C. Netrajit
for the Ashangba Communication,
Wangkhei Ashangbam Leikai,
Imphal - 795 001




2nd May, 2007

Price : Rs. 250.00 (Two Hundred and fifty only, Library Edition)
Rs 200.00 (Two Hundred only)



**মীনকেতনগী খঙ্গৎলবা ৱারেং**

**খঙ্গৎপা অমসুং**

**লেংশিনবা** ঃ ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ

অফোঙবা ঃ এ. সি. নেত্রজিৎ
অশাংবা কমিউনিকেসন,
ৱাংখৈ অশাংবম লৈকাই, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১।


**মমল ঃ লুপা ২৫০/- (চনীয়াঙ্খৈ, লাইব্রেরীগীদমক)**
**লুপা ২০০/- (চনী)**



**লাইরিক ফংফম**
অফোঙবগী য়ুম অমদি ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং

---

**নম্ফম ঃ - লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক ইম্ফাল।**

# সম্পাদক্কী ৱারোল

'*মীনকেতনগী খঙ্গৎলবা ৱারেং*' হায়বা লাইরিক অসি অশাংবম মীনকেতন সিংহনা (১৯০৬-১৯৯৫) ইরম্বা ৱারেং ২৫ থক খঙ্গৎলগা শেম্বা মীনকেতনগী ৱারেং-নাচোম অমনি। ৱারেং অয়াম্বা মীনকেতন্না ফোঙলম্বা ৱারেংগী লাইরিকশিংদগী খঙ্গৎপনি। মসিগী মথক্তা অতৈ চেফোংশিংদা চোইনা ইরম্বা ৱারেংশিংসু য়াওরি। ৱারেংশিং অসি খোমজিনবা অমসুং খঙ্গৎপা মতমদা মরু ওইনা থমজখিবা পান্দমদি — ৱারেং ইবা অমা ওইনা মীনকেতনবু মশক তাক্লবা হোৎনজবনি। মীনকেতন্না চহী লীশাঙ শীৎনা, মতম শাংনা ৱারেং কয়া ইরকখি। মাগী ৱারেং ইবগী খোঙচত্তা মতমগী মতুং ইন্না অহোংবা কয়া লাকখি। হোংলক্লিবা মাগী ৱারেংগী শৈলী, খুৎই-মওং, মফোঙদোক পূন্নমক লাইরিক অসিদা হাপ্নবা হোৎনজে। হীরম কয়াদা খুৎ থারম্বা ৱারেং ইবা অমা ওইবা মরম্না, হীরমদুবু মহুৎ শীনবা ঙম্বা ৱারেংশিং খঙ্গৎলগা হাপচৈ। শম্না হায়রবদা, লাইরিক অসিদা মীনকেতনগী ফজরবা ৱারেং মখৈ খঙ্গৎলগা ৱারেং-লৈচল শুনা হাপ্পুনা মীনকেতনগী ৱারেং-সাহিত্যগী তোপ্পা ফজরবা মশক অদু উৎনবা হোৎনজবনি। লাইরিক অসিদা শোয়দনা থেংনবিগনি মীনকেতনগী চুমথাং মচুগী ৱারেংগী তাইবং - মণিপুরগী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগী মচাকশিং, ইপা-ইপুগী তাবুনুংদগী চীংথোক্লকপা মিথ, লেজেন্দনচিংবা লোক সাহিত্যগী মচলশিং, পাউতাক ৱারীনা থল্লবা হিন্দুগী পুরাণগী ৱারীশিং, বৈষ্ণব ধর্মগা মরী লৈনবা ৱারেংশিং, সাহিত্যগী ওইবা নৈন-ৱারেংশিং, মণিপুরী সমাজ অমসুং পুন্সিগী মমি তারিবা মশানা ইজবা পুন্সি-ৱারীগী ৱারেংশিং অস্নিনচিংবা কয়া। মীনকেতনগী ৱারেংদি মখল-মথেল মচুনি, লৈরাং লৈচল কয়ানি। খেন্নরবা ময়াম অসিগী মনুংদা লেঙদনা নুংদা লোত্তুনা লৈবা সুর অমসুং খোন্থাং অমা লৈরি। মদু অতৈ করিসু নত্তে - মীনকেতনগী সুরনি, মীনকেতনগী খোন্থাংনি, মীনকেতনগী খুৎই অমসুং মফোঙদোক্নি, মীনকেতনগী লোননি। স্পর্শ মণিনা শোকপদা পোৎ খুদিংমক সনা ওনবগুম মীনকেতনগী খোর্জেন্না শোকপদা খুৎই খুদিংমক মীনকেতনগী মীনকেতন ওইনা হেক্তা ওইরকই। মীনকেতনদি মণিপুরী সাহিত্যদা তোপ্পা তাদুনা লৈরিবা অইবা অমনি।

মপুং ওইনা মীনকেতনদি কবিনি। চুম্নগী অচম্বা কবি নত্তে, প্রতিভা য়াম্না লৈবা কবিনি। ৱাঙাঙ-শাঙাঙ, মীৎয়েং-ৱাখল পুম্নমক কবিগী মরমচৎ চেল্লি। অদুম ওইনমক মহাক ৱারেং ফজনা শুবা ৱারেংবা অমসুনি। মহাক শৈরেং অমসুং ৱারেং অনীমক্তা মশক থোক্লা অমসুং মপুং ফানা খুদোল তৌরম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী তাঙলবা অইবা অমনি। মশানা তাবনি, প্রতিভা লৈবা কবিনা ইরকপা ৱারেংদা থম্মোয় ঈহুল কল্পনা অমসুং ইমোশন মরাঙ কায়না য়াওরক্তুনা মাগী ৱারেংদি শৈরেংগী মহাও য়াম্না য়াওবা, লৈরোং য়াম্না হৎপা ৱারেংগী শক্তম লৌরকই।

মীনকেতনগী ৱারেংদি কাব্যগী শক্তম লৌবা খুৎই মওং অমনি। কবিগী মীৎয়েং অসি য়াম্না আদর্শ অমসুং রোমান্টিক ওইবা মরম্না, মাগী ৱারেংদা মসিগী গুণ অসি থাদোক্লবা য়াদনা মমি তারি। লিরিকেল অমসুং ড্রামাটিক ওইবা, মরক-মরক্তা অৱায়-অখূম অমসুং শৈরেং য়াওবা, থায়নগী ভেল্যুবু থাগোম্নজবা, পৌরানিক অমসুং ঐতিহাসিক কল্পনা শিজিন্নবা হৈবা, লোনশেম অমসুং লোনয়ান শিজিন্নবা পুম্নমক অসিনা মীনকেতনগী ৱারেংগী শৈলী অসি পুম্নমক্তগী তোপ্পা ফজবা অমা ওইনা ঙান্দুনা লৈরি। সংস্কৃত, বৈষ্ণব, মৈতৈ অমসুং কোনুংগী পরম্পরা ময়ামদগী শাগৎলগা মীনকেতন্না মশাগী ওইবা সাহিত্যগী পরম্পরা অমা শেম্লম্মী। মীনকেতন্না মণিপুরী সাহিত্যদা য়াম্না ফজবা, চীংলেম্বা, কাব্যশক্তি চেনবা ৱারেংগী সাহিত্য অমা খুদোল তৌদুনা মণিপুরী ৱারেং-সাহিত্যবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎলম্বদ নত্তনা মণিপুরী ৱারেংবু হেন্না ইনাক খুনহল্লম্মী।

ওঝা অশাংবম মীনকেতন সিংহগী চহী ১০০ শুবা মপোক কূমওনগা মরী লৈননা কবিগী মজা ইবুংঙো তামো অশাংবম যশোবন্ত অমসুং মশু ইবুংঙো শ্রীঅশাংবম জগজিৎ অনীনা ওঝাগী ৱারেংগী খোমজিনবা লাইরিক অমা শেমশানবা ঐঙোন্দা হায়বিরকই। য়াম্না নুংঙাইজখি, ওঝাগী থৌজাল ফংলে হায়না লৌজখি। লাইরিক অসি ওঝাগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচবা ওইনা মীয়ামগী মফমদা শিন্নজরি। পন্দবা ঙমজদ্রবা ৱাফম অমনা, লাইরিক অসি শেমশাবা মতমদা ইনাউ এ. সি. নেত্রজিৎনা মতেং য়াম্না পাংবিখি। মসিগীদমক ইনাউবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

ইম্ফাল,
মে ২, ২০০৭

ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
লেংশিনবা

# অফোঙবগী ৱারোল

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইহান হানবা খুৎমাবা খোর্জেং তরেৎকী মনুংদা অমা ওইখিবা লাইওইখ্রবা ঐগী পাবুংহল অশাংবম মীনকেতন সিংহগী চহী ১০০ শুরকপগী নীংশিং থৌরম মণিপুরগী ৱাংমা য়াওনা চহী অমা চুপ্পা হৌখিবা খৃ. কু. ২০০৬ কী মেগী তাং ২ দগী পাঙথোক্লকপনা চৎলিবা চহীসিগী মে থা ফাওবা চৎথরক্লি। মণিপুর সরকার, সাহিত্য একাদমি, ইর্ষ্টন জোনেল কলচরেল সেন্টর, কোলকটা অমদি ভারত সরকারগী মিনিষ্ট্রি ওফ কলচরগী শেম্বুং য়াওনা তোঙান তোঙানবা সাহিত্যগী লুপশিং কয়ামরুম পুন্সিন্দুনা পাঙথোকখিবা থৌরমশিং অসিগী মনুংদা পাবুংহলনা ইবিরম্বা লাইরিকশিং অমুক নৌনা ফোঙদোকপা হায়বসি ঐখোয়গী পান্দমনি। পান্দম অসিগী মখাদা পাবুংহলনা হন্দোক্তুনা ফোঙবিরম্বা 'মাইকেল মধুসুদন দত্তগী *মেঘনাদবধ কাব্য* অমদি পাবুংহলনা ইবিরম্বা শৈরেংশিং কয়ামুক্তগী খঙ্গৎলবা শৈরেংশিং *অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহগী খ্বাইদগী ফজবা শৈরেং* হায়না মিংথোনবা ওঝা নোংথোম্বম শ্রীবীরেন অমদি কোম্থৌজম তোম্বী অনীনা খঙ্গৎপিবা লাইরিক অনী অসি পাবুংগী চহী ১০০ শুবগী হৌদোকপা নুমিৎ মে ২, ২০০৬ অসিদা ফোঙদোকচবা ঙমজখি।

হৌজিক অমুক পান্দম অসিগী মখাদা পাবুংহলনা ইবিরম্বা ৱারেংশিং চেফোঙ অমদি সোভিনিয়রনচিংবদা য়াওখ্রবশিং কয়াদগী খঙ্গৎলগা *মীনকেতনগী খঙ্গৎলবা ৱারেং* হায়না মিংথোনবা ওঝা প্রো. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা খঙ্গৎপিবা লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবিবশিং অমদি পাবুংহলগী খুৎইগী লমদা থিজিনবিরিবা ওঝাশিং হৌগৎলক্লিবা ছাত্র নহারোলশিংগী মফমদা শীন্নজরি। লাইরিকসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিং অসি ওঝানা অসি অসিমখৈ হাপসি হায়দুনা খঙ্গৎপিবা ঙাক্তনি। মসিগীদমক ওঝাবু মতম চুপ্পগী ওইনা কাউজরোই। পাবুংহলনা ইবিরম্বা লাইরিকশিং অসি করিগুম্বা মতমদা রিছার্স তৌরিবা নহারোলশিং অমদি ওঝাশিং কয়ানা হেক হেক

থিবিরকই। অসিগুম্বা কয়া অসিদগী কপী লৈত্রবা লাইরিকশিং খঙংলগা ফোঙদোক্লবা কন্না হোৎনজরি। পান্দমশিং অসিগী মনুংদা পাবুংহলনা ইহান হান্না ফোঙবিখিবা *বসন্ত শৈরেং* কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমদি ভারতকী সাহিত্য একাদমি এৱার্দ ফংখ্রবা শৈরেং লাইরিক *অশৈবগী নিতাইপোদ* নৌনা নমদুনা মীয়ামদা ফোঙদোকচখ্রে।

ঙসি মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবিবা মীয়ামদা খুৎশিনজরিবা লাইরিকসি ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা ওঝা ডা. সি. ঐচ. যামিনী দেবী, ওঝা নূংলেপ্পম শ্যামকহ্নাই সিংহনা মমল য়াম্নবা তাঙলবা চেফোঙশিংদা পাবুংহলনা ইবিখিবা ৱারেংশিং পুথোকপিরক্পুনা ফংহনবিখিবসিগীদমক থাগৎচরি। হাপচরিবা ফোটোশিং অসি পাবুং হিজম গুণ সিংহ অমসুং ওঝা থাংজম ইবোপিশকতগী ফংজবা খরা, ফোটো খরা অমনা ত্রিপুরাদগী ঐগী মরুপ ওঝা আর. কে. তরুনজিৎ সিংহনা থাবিরকপা অসিগীদমক্তা পাবুং অমসুং ওঝাগী মফমদা শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন অমা তোনশিল্লে হায়না লৌজে। লাইরিক অসিগী ৱাহৈ ৱাতা বানানগী মতাংদা মশাগী লৈজরম্বা লোন্দা-পুদা মপোপ কায়হন্দনা থম্নবা হোৎনবিদুনা চেকশিন্না য়েংবিখিবা য়ুনাইটেড কলেজ, চান্দেলগী মণিপুরী ডিপার্টমেন্টকী হেড ওইবিরিবা ওঝা ইবোসনা য়াম্বেমগী মফমদসু অচৌবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে। হোৎনজরিবা খরসিদা মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবিবশিং অমদি পাবুংহলগী পূন্সি অমদি সাহিত্যবু নৈনবিরিবশিংদা অৱাৎপা অমা মেনখৎপা ঙম্নবদি হোৎনজমলগী মহৈ য়াল্লে হায়না খনজগনি। অরোয়বদা লময়ানবা প্রিন্টর্সকী মরুপ মপাংশিং খ্বাই পূন্নমক্না কন্না হোৎনবিদুনা মপূং ফাবা লাইরিক অমা ওইনা মতম চানা উবা ফংহনবিরিবসিমক শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন তোনশিল্লে, মসিগিদমক মতম চুপ্পগী কাউজরোই।

**ইম্ফাল,**

**মে ২, ২০০৭** **এ. সি. নেত্রজিৎ**

# য়াওফম তাকপা

# পুনমচীং

পুনমচীং চীং মচা অমনি। তুরেল অচৌবগী তোর্ব্বাল মফম অমদনি। মহাক অসী কয়া লিরবা কনাশু হায়বা ঙমদে; ঙন্নফমশু থোক্তে। অদুদা অসীগী মখৈদদি মখংনৈ, মহাক অসী চহী লীসিং অনীগী মমাংদা মৈত্রবাকসীনা কংলৈ[1] সনাপুঙঙয়োল হায়না ফাওরিঙৈ, কংলৈ মাগী অতিয়া মকোয়দা থোকখিবা কোরৌ অঙানবা[2] কয়া কয়াগা চেংলৌ[3] শকখংনরক্লবা চীংনি।

খংনরিবা মতম অসীমক্কী মনুংদা চীংলোল কয়া তেমখ্রে, পাৎলোল কয়া যুনখ্রে, তুরেল কয়া লৈচনখ্রে[4], উমং কয়া কোকখ্রে মতম্না। মাদি হান্ন-হান্নগী মতমগুম অসুম মরৈরি, মরৈরি। অদুদি মতম, মাগী মফমদদি খুত্থীরব্রা ? নত্তে, মতম্নবু কনাগী মফমদা খুত্থীরুগদগে !

মতমগী মিৎয়েং অমদা পোৎলম চামা চামা পোকই, মিৎলৈ অমদা চামা চামা মাঙিঙ। অদুদি ঈথিল অমনা কোঙ্গোল চামা থা, ঈহল অমনা কোঙ্গোল চামা য়োৎ ঈচেন্না শান্নবগুম মতম মানা পংশান শান্নব্রা ! নত্তে, মাগী মাগী থৌগাই লৈদুনা মতম্না মখোয়বু পুশিল্লকপনি; মহাক মহাক্কী থৌদাং লোইদুনা মানা অমুক, মখোয়বু পুথোকখিবদনি। মথৌ-তেনবা কাংবুনা থুনা মাঙিঙ, মথৌশাংবা কাংলুপনা কুইনা মতম ঈরোয়নৈ। পুনমচীং মথৌ-শাংব-শিংগী পঙ্খোদা লৈ। অদুনা মতম্না মাগী কাদা খুত্থীবগুম তৌবনি।

চীং অসী চীংজম নত্তে; মাসী তাইবং মালংপানগী লমজুম-নুং-নি। মাগী মিঙ্খ্রে অসী ব্বারক-লাইরিক-নি। মানা মাগী খোন্নাইদবা[5] মরোন্না অচৎ-অথোক পুম্বদা মীপুম খুদিং তিংনা মাগী মিঙ্খ্রোল[6] লী।

---

১ লৈপাক পানবা লম। ২ নুমিৎ। ৩ শক। ৪ লৈনুং চনখ্রে। ৫ মখোল নাইদবা। ৬ মিংথোনবগী মরম।

## ১

য়াংহনবা, য়াম্বুবা মচীল-মনাওনি। মৌবানীসী কংলৈ সনাপূংগী নিংথৌনা পোকপনি, মমা অমত্তগী খোয়জি-নাপ্প-য়াল[১] শাৎপনি[২]। য়াংহনবনা অহন-নি; য়াম্বুবনা অতোম্ব-নি। ময়াম্বনা মনাওদগী কোরৌ[৩] মসীং ফন্না য়ম্না হান্না উই।

ময়াম্বা অসী ঐ: হায়বা ৱাখন্না মাংওইনা লম্ফে-চৎপা[৪] মীওংনি। মানা মনাও অসী লৈরবদি ফম্বাল ৱারে চেল্লবা[৫] য়াই নীং মনাও অসী লোইশিনগে[৬] খল্লে। মপা নিংথৌ মমা লৈমা লৈরিবনিনা অফোংরমদদি[৭] য়ারোইদৌরে হায়বা মানা উরে। অদূনা অমম্বা লম্বী অমা য়েংলক্লে।

মতম অসীদা কংলা-মাংদা[৮] ফৌরুংবা[৯] অমা হৌই। উপাল অসী চাউই, নোংদোল খেৎ-খেৎনা ৱাঙিঙ। উজাউ অসীগী তোন্দা কাকয়েল[১০] অমা মহুম সাই। মহাক অসী লাঙ্গয়োয়বা উচেক-নি। মমিংনা কাকয়েল-মীঙম্বা কৌই। মাদি মতম অহুম উই, লৈবাক-নিংথৌ-শেনবা উচেক-নি। মহাক্না নিংথৌ মরাই তাগনি[১১] লৈবাক মরাই তাগনি, শগোল শামু মরাই তাগনি হায়বা তাকই। করি তৌরে হায়রগা লৈবাক্না লৈহোং-লৈচাউনা[১২] পানগনি অদূশু মহাক্না হেক হেক্তা মতাকই।

য়াংহনবনা মনাও অসী উচেক অসীদা লংহন্দুনা[১৩] হাৎহল্লগে নীংলে। মানা নোংমা তাঞ্জা অচাবদা মনাও য়েংদুনা হায়রকই।

য়াংহনবা : ইশানৌ[১৪] য়াম্বুবা খোমৈ-থকপা[১৫] নংবু তাব্রা?

য়াম্বুবা : ইশাবী। করি কোলোয়বিনিংবা[১৬] তাকপিবা য়াগনি।

য়াংহনবা : চৎলু অতোন! ফৌরুংবা কাদূনা কাকয়েল মীঙম্বগী মরূম লোক্কুচো, ইচীল ইনাও চাসী। শিদয়াই নাদয়াই[১৭] হায়বদু অসিনি। অসি চারবদি ইচীল ইনাও শিশু শিররোই, নাশু নাররোই, পুঞ্জি নুংশাংনা লৈবাক পুদুনা পাল্লগদৌবনি।

---

১ খোয় ময়াদা য়ান্দুনা। ২ পোকপনি। ৩ নুমিৎ। ৪ লম্বী অরানবা চৎপা। ৫ ৱাথোক্তরবা। ৬ হাপ্তোক্লে। ৭ অফোংবা মরমদদি। ৮ কোনুং মমাংদা। ৯ উ মখল অমা। ১০ উচেক মখল অমা। ১১ মরায় চায়গনি। ১২ লৈবাক হোংনা চাউনা। ১৩ কায়হন্দুনা। ১৪ ইনাও। ১৫ খোম মমৈ থকপা। ১৬ হায়নিংবা। ১৭ শিদ-নাদনব-য়াই।

য়াঙ্খুবা ঃ করি ব্বানিগে ইশাবী? অসিদি লংহৈদবা উচেক-নি। মঙোন্দা লঙঙুরবদি কংলৈ সনাপুংসিদি মিৎনা কুপ্প-মদা খ্যাউ মাঙ্গদৌবনি।

য়াংহনবা ঃ ইশানৌ, নং য়োল্লে[1]। নং ঐগী ঈ মখাক্লা পোকপনি। নংগী নফমদদি ঐগী য়াথংদি কোরৌ নোংদা[2] কাফদে, মালেম লৈদশু[3] তাফদে, তাংজ লুওক্লগদবনি[4]।

য়াঙ্খুবা পারম পুরমচৎনা[5] পুনবনা উপাল মথক্তা কাখ্রে, কাকয়েল মীঙম্বা মরূম মারুরে। কৌব্রু-লাইখা-দা[6] মচীঞ্জাক তারিবা কাকয়েন্না তৌরিবদু উরে, শাগল তুফাং খপ্তুনা পাইরক্লে, অমুক অনীরক্তুং খপ্পদা য়ৌরক্লে। অকায়রম[7] কৌবা চত্তবা লাইগুম্বা উচেক-নি। মানা য়াঙ্খুবা য়েংদুনা হায়রকই।

কাকয়েল ঃ ইপা[8]! করিনুঙ্গী[9] ঐগী ইশাইগোল[10] লম্লাম্লম্মিবা[11]?
য়াঙ্খুবা অদূ তাবদা কিবনা থক-থক নিক্লদুনা খুম্লকই।

য়াঙ্খুবা ঃ ইয়াম্বগী য়াথং লুদা[12] থোং ঐনা নংগী নশাইগোল লম্লাম্লুরে। ঐগী ইবুকথোক্লমক্তি নত্তে। অদূবু ঐনা য়োল্লুবা হায়বদু মথোক্লবনিনা নংনা তৌগে হায়ব-মা তৌবিরো।
কাকয়েল-মীঙম্বা নুংদাদুনা[13] য়েংলে, খংলে, হায়রকই।

কাকয়েল ঃ চুম্মি, নংনা য়োনগে য়োনবা নত্তে। নয়াম্বনা তৌদফদে ঈঙ্খিনবনি। য়াম্বগী য়াথং নাউনা পুবদি পারম পুরমচৎনি, কায়ফদে ....। সে সে ঐ ব্বা হায়গে, তাও ইপা! নয়াম্বসী ঐঃ না মাংওইনরে, লম্ফে চৎলে, নংগী নথব্বাই লোঙঙুপ তানগে[14] লেপ্পবনি। নমা লৈমা নপা নিংথৌ লৈরিবনিনা অফোংরমদদি য়ারবোই, অবোল্লমদা য়েঙ্গে নীং নংবু ঐনা হাৎনবা থারকপনি। নং হৈয়ু ....। অদূগা নংনদি লঙঙুফদে, নশা হিংনবদা ময়েঙঙু, লাইগী ব্বায়েল লাক্কনি .... নমায় শোদনা পাক্কনি। চৎলো চৎলো ইপা!

য়াঙ্খুবা মনিংশা হোঞ্জরে, তন্না কুম্লক্লে। ময়াম্বদা মরূম অমত্তা লৈরমদ্রে, হয়েং অমুক য়েংসি হায়দুনা করি খংদবা সা নুঙঙাইতবা অমত্তা উত্তা লৈরে।

---

১ লাল্লে। ২ নোংথক্তা। ৩ লৈবাকথক্তা। ৪ কোকথক্তা ওক্তুফদে। ৫ ইপা ইপুগী লোনচৎনা। ৬ কৌব্রু চীঙ্গী মখাদা। ৭ অরানবা লম্বী। ৮ অহন্না অঙাংদা কৌবা মিঙ্গৌ। ৯ করি মরমগী। ১০ ইয়ূম। ১১ করিনা চৎলম্লিবা। ১২ কোক্তা। ১৩ হীরি কোন্দুনা। ১৪ হাৎকে।

মনাওনা কাকয়েন্দা শিরক্লুবদা য়াংহনবনা খল্লকই, "মাবু কাকয়েল্লদি হাৎলক্লে। হৌজিক্তি ঐনা করি করম মাবু হাৎসিগে!" তুম্বা হিপ্পা ফাওবা মঙোন্দা চংদ্রে। মমৈদা ৱাখল অমা লাক্লে। য়াংহনবনা মনাও য়েংদুনা হায়রকই।

য়াংহনবা : ইশানৌ! পম্বৌ অহল মতম ওইরক্লে। মাগী কূরেল[১] অমত্তং চঞ্জি, হয়েং ইনীং থুংদবা য়াই।

য়াঙ্খুবা : ফৈ কদৌগে ইশাবী! মাদুদি য়াম্না ফবা ৱানি।

মচীন মনাও অনীনা শীংজং খুত্তা পায়, পামেল উজাউ অমা য়াম্লে, কূরেল অমা চল্লে। কূ চনবা লোয়রবদা ময়াম্বনা মনাও কূচল্লগে[২] নীং মাবু য়েংদুনা হায়রকই।

য়াংহনবা : ইশানৌ! ৱাবমখৈ ৱানা চল্লগা হয়েং পম্বৌ শারেপ[৩] চারমদা নুঙঙাইরোই। নং অমুক্তা মনুংদা হিপ্পু য়েংসি।

ময়াম্বনা মাবু কূমায় তৃদুনা হাৎকে নীংলে হায়বা উরদুনা য়াঙ্খুবনা খুল্লকই।

য়াঙ্খুবা : ইশাবী! ঐদি অঙাং মতম ওইবনিনা পম্বৌ মাগী শরেপ ফংদ্রি; ঐনা হিপ্পনদি অরেপ্পা খংলোই। নংদি পম্বৌ শামাম্নবে, নংনা হিপ্পবদি নীংথিনা খংবা হেক্তা ঙম্লনি। নংদুম অমুক্তং হিপ্পু য়েংসি।

য়াংহনবা মচীন্না পুৎথরুবনা মশাগী লাংদা থুজরে, হিপ্পা তারে, হিপ্লে। তাঞ্জা অসীদা য়াঙ্খুবনা কূমায় থোক হাপচিল, হুই তম্ব্রা থাজিল হায়রকই।

য়াঙ্খুবা : ইশাবী! নং ৱারৌবা য়াদে। নংগী নবুক অসী শেঙেঙাইদৌরে। নহাকথংদগী শাগৈ মুৎলগদৌরি, কাকয়েল-মীওম্বনা তাক্লক্তুনা ঐ নহান্না খংলবনি। অদুবু ঐসে নঙ্গী ঈ মখাক্লা পোকপনি, ঐনা নংবু নুংশিদবা ঙম্মুদে। নংগী নবুক অসী ফরকত্রা খনববু ফৎলক্তুবদা মথংলে। নংগী নরাল নপোৎ ফারে। ঙসি হায়বা নোং-সিদি নরায়বক্লা পুবা মফমদা চত্তুনা পাল্লুরো, কংলৈসীদদি লৈফদ্রে।

অসী হায়না হায়না য়াঙ্খুবা কূরেল অদু থোঙ্গত্তুনা মিনুথোং[৪] তান্না পুরে। থোং য়ৌরবদা মানা কূ অদু তপ্না ঈশিংদা ঈম্থরক্লে।

য়াংহনবা শিবগা চংবগা শিবনা নক্লে হায়বা উরে। মনাওদা লাক্কনবনা লাইগী ৱায়েল লাকপনি খল মনাওবু শাউরুদ্রে। মতম খরদং হিংলিঙৈদা মাগী অরোইবা

১ কূ অচৌবা। ২ কূ মনুংদা হাপচিল্লগে। ৩ মশাগী মরেপ। ৪ থোং অমা।





পুংফম অঙাঃয়নদনবা, খরদং পোৎথা লেন্নবা লম্বীদুম মানা য়েংজরক্লে। মানা মনাও কৌদুনা হায়জরকই।

য়াংহনবা ঃ ইশানৌ! নংবু তাব্রা? ঐ নঙেঙান্দা য়াম্না য়োম্খে। নংগী নরালি অমত্তা লৈতে। নংনা ঐবু থারিবা মওং অসীদি ঐগী ইরমচংকী অচাবনিনা শিবগা চংবগা অনীদা শিবনা নম্নপ লৈরে। শিবা অঙাঃয়নবদি ৱারগনি। ইয়াম্বগী পুক্কি অসী ছৈখন্নরগে[১]। ঐগী মোলাং[২] মখাদা তৌদ্রি লৈহৌবদুদদি পীরকউ।

য়াম্খুবা কু অদু চিম্থৎলে; মরান[৩] মাইগৈ তম ময়াম্বগী তৌদ্রি লৌরুরে, চয়োম খরশু য়াওরক্লে। চয়োম তৌদ্রি পীনা পীনা ময়াম্বদা হায়রকই।

য়াম্খুবা ঃ ইশাবী! নংনা কংলৈ মপু ওই ঐনা নমঙা[৪] ওই পাল্লবদি য়েরুবা ঈশিং চংবা ঙম্লোইদৌবনি। অদুবু নংনদি মহূ পুবা লিল ওইরবনিনা পারম পুরম মুৎপা তারে নংবু থাদোক্রবনি, ৱারৌগনু। নঙী তৌদ্রি অসী লৈরে। অদুগা চয়োম[৫] অসীনা নংগী পম্বুং য়ৌদ্রিমখৈ চরা নোংখন্নৌ[৬]। নংগী নরাম্নবক্লা চিংবলম[৭] খোংলৈ থুনা পম্বুংনা পোখারু। খয়ুম মানা কুবিবা ওইসনু।

অসী হায়রগা কুরেল অদু তুরেল ময়ায় তান্না ঈম্থোক্রক্লে। য়াংহনবা ঈচেল ঈরোয়ননা তাউথরক্লে।

ময়াম্বনা তাউথখিবা উরবদা য়াম্খুবা নুঙঙায়রক্লে। কুরেল চিংনা অমুক য়েং, তুরেল অমুক মুন্না য়েং হায়রকই।

য়াম্খুবা ঃ ঈথুং[৮] খোংলৈ কন্দানবী[৯] লাইজা তুরেল অচৌবা! তাউথরিবা কুরেলসে লাইজা নংগী ঈরোন্নুংদা[১০] চনফদে। কংলৈ সনা পুংমাবগী[১১] অহানবা সনা-লীকথাং ওইনঙই য়াওরিবনি, লীক্লাং-লীক্লোইফদে[১২]। লাইজা নংনা নম্বোনা মাগী পম্বুং য়ৌনবা থিল্লুকো ...।

লমখৈ-চৎপা তাইবং! নংনদি অসী খংদেদো ....। কপ্লক্লে য়াম্খুবা।

---

১ ইছে ছক্লা ছক্লা লোইরগে। ২ মোন। ৩ ময়ুম। ৪ নিংথৌ হাকথং। ৫ চাক ময়োম। ৬ নোংঙাক্লৌ, নুমিৎ লেম্লৌ ৭ তম্ব লম। ৮ ঈশিং থুংফম। ৯ কন্না তানবী। ১০ ঈশিং মরোন মনুংদা। ১১ সনাপুংগী নিংথৌগী। ১২ লীকমাংফদে।

## ২

য়াংহনবা মবুক্লিং নুংশিনা তৌদ্রি খোংনা খোংনা অসুম অসুম তাউথরক্লে। তোরৈ অমদগী তোরৈ অমা লান, পুঙ্গোয় অমদগী পুঙ্গোয় অমা কা অসুম অসুম লাকপনা কোরৌ মানা মম নোংজা মানা শিল নোংনা ঙানফুং ঙানফুং তৌবৱাই নোংপোক-চেনবা খুগাগা মৈরম-চেনবা উঙামেনগা খারম-চেনবা তুরেল অচৌবগা চীঙ্গোক্রফম[১] ঈথায়রাকপনা য়াতাফম[২] ইথায় ঈরেল ঈহন্নাইবদা থুঙঙুরে, ঈহল ঈরোয়ননা[৩] লৈশিল লৈশিল তাউরক্লে। অরাম্বা খৌরাংবনা চোকথরবা মচীন্দগী কামথোরকপা হাপ্লোইনরবা[৪] মনিংসা, পংথরবা খূদোলগী খূৎহৎ—অনীগী মতৎনরবা[৫] তৌদ্রিখোল য়াংহনবগী অৱাবা মপাউখোলবু ইনুংগী মালংদা অহিক্লনা[৬] পাউদন্নক্লে।

তাঞ্জা অসীদা ঈথায়-কায়রেস্বগী মচা হৈয়ায়নু লাইজা ঈপাল লোক্কে[৭] থোরকখি। তৌদ্রিখোল অদূ তাবদা কোয়েং কোয়েং য়েংদুনা নুজা পায়মা নুংদা[৮] ৱাখল তৌরকই, "খয়ুম কনাগুম্বনা থৌগ্রেন্নৱ্রা[৯]!" মমৈথংদা কূরেল অমনা ঈচেন্দা লৈশিন লৈশিন্না তাউদুনা লৈবদু উরক্লে, তৌদ্রিখোল অদূশু অদুদগীনি হায়বা মানা খংলক্লে। অহানবদা "করিনো!" খঞ্জানৈ মমৈদা মবুক ফাবা ঙম্লক্রে, লাইজা ঈৱোন্নুংদা চোংথখ্রে নুজাদো। কূরেল ওঈনা কোন, য়েৎনা লাঈজা ঈহোৎনা[১০] হৈয়ায়নু কংফান্দা কাখৎলক্লে। কংফাল কাখৎলগা মহাক্লা কূনুংদা য়েংলদুনা পাউহংলকই।

হৌয়নু : কূরেল য়াহিপ্লিবা নংবু কনানো? করিনুংগী ... ...।

মীখোল তারকবদা য়াংহনবা পূক্লিং খিত্তং লুমজরে, কূনুংদগী হায়রকই।

য়াংহনবা : কনা ওইরিগাবা নহাকপো? নুংশি নপাউখোল তাবদি নূজা চীঙ্গোয়[১১] পাউমাল্লি। কোন্না পাউশিন্নশিনে কূমায়দদি হাংবিখোগবা।

অদূ তারবদা হৈয়ায়নু মরান তন্না চেনখ্রে। মিকুপ—মদা থাংলে খূত্তা পায় খোংলৈ কামজাউ[১২] হুল চেল্লক্লে। কূমায় তন্না ফক্লক্লে। কূমায় থক হাংলকপৱাই পাখং লৈশাবী অনীদুগী মিৎ মরিদু চান্নরে, ঙহাক নুংবংনরে। করি থোক্লগবা!

হৈয়ায়নু ঙকপনা খম থেংলে। নুংশি-নুঙেঙাল্লবা[১৩] খোনফন্না য়াংহনবা য়েংদুনা হায়রকই।

---

১ তিন্নফম। ২ য়াহিপফম। ৩ ঈশিংগা লোয়ননা। ৪ হাপোই হাপোইরবা। ৫ মতৎ মতৎ ওইরবা। ৬ হিক্লা হিক্লা। ৭ ঈশিং শোক্কে। ৮ মবুক মনুংদা। ৯ থবক্লা করেম্নৱ্রা। ১০ ঈশিং হোত্তুনা। ১১ চীন কোয়বা। ১২ খোঙ্গাপ চাউনা থাংবা। ১৩ নুংশিবনা পূক্লিং ওল্লবা।

হৈয়ায়নু : ইবুং মানবা নংবু কনানো ? করিনুংগী ... ...

য়াংহনবা : ইচন মানবী ! কোলোয়[1] ঐগী য়াংহনবা কৌই। ইপানা ঐগী কংলৈপুংগী মপুনি। ঐনা ইনাওদা য়োল্লুবনা অৱাফম অসী পুরুবনি। নংনা ঐবু কনবিরে। ঐনা নংগী করি ....

হৈয়ায়নু মাগী থম্মোইনুংদা নোংথাং অমা থকয়েনা[2] চীনবান নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই।

হৈয়ায়নু : অতে করি পীবিগে হায়বদি খংজদ্রে। ঐগীদি ফংজরিঙেদা অখূনবসীদা পায়শিঞ্জহৌরগা লোইরে ... ... ।

য়াংহনবা, করি হায়রুনি, নুঙঙাইবনা কৌক্লেনা মালেম লৈমায়থক্তা হাইথরক্লে। হৈয়ায়নুনা থাদা কোল মাবু লায়কন্নরক্লে। ঙহাক অসূম ৱাম্বরুরগা মহাক মমিত্তি তপ্না তপ্না পাংলক্লে, অদুবু মংলো তাইবংলা অদুদি খোঙ্গুল তাবা ঙমদ্রি। খোঙ্গুল খরা তারক্লবদা অওইব্রা হংজগে নীঙঙুবা পাউহংজবা ঙমখিদ্রে। মমিৎ তিঙঙক তিঙঙক য়েংদুনা লৈরক্লে লাইবক থীবা হায়গদ্রা ফবা হায়গদ্রা খংদ্রবা নিংথৌমচাদো।

হৈয়ায়নু অদু উরবদা খংলে, নুংশি-মেংলবা খোনফম্না হায়রকই।

হৈয়ায়নু : করি পায়মা নুংশোই নাইবগে ? মাঙ্গা হায়না ৱাহৌগে। মাঙ্গা নংবু নুংশিবা ! ননাও ঐগীদমক্তা খয়ুম মাগী নোংদম্না নশানৌ খৎনবা শম্লাং খূরৌনা পুঙ্গোয় খরা অৱাফম পুরুবতনি। চংলসি ...।

য়াংহনবা মতম অসিদা করি পাউখুম্নিঙঙাই লৈ ! নুঙঙাইবনা নুংবংনদুনা মচীন-মরৈ ফাগ্রবনি। মশানৌ হৈয়ায়নুগী হৈনা তুংইন্না ঈথায় কায়রেম্বগী কোনুং তমখ্রে।

৩

হৈয়ায়নু মশাবীবু মপা-নিংথৌগী কৈজাউনুংদা লোৎ-থম্না[3] লৈরাং লোঞ্জিনমিন্না হৈরাং লোঞ্জামিন্না[4] লৈরক্লে। কোরৌ শীংবুম য়াম্লক্লে, লোইদাম থাবুম ফারক্লে, চহী কুম্নাং তাল্লকদৌরে। পামু নুংশি অনীনা তাউজিং লোঞ্জামিন্নঙাই হৈরাং হৈৰূ পনখ্রে; খোয়জি মিহুন লাংখ্রে[5]। নুজা চেংলৌ শকওল্লক্লে। কায়রেম্বা পায়মা নুংশোই নাইরক্লে; মচা য়েংদুনা হায়রকই।

---

১ মমিং। ২ খংয়ে য়ৈদুনা। ৩ লোত্তুনা থমদুনা। ৪ নুংশিনদুনা। ৫ মীরোনখ্রে।

কায়রেম্বা ঃ লাংলেল নংবু! ইপানা চেংলৌ শক্তম ওন্না উই। পায়মা নুংজেংবা[১] করি লৈ? অয়ো পানবনা[২] করি লৈ? ইপাদা কোলোয় পাউশেঙঙ্[৩]।

হৈয়ায়নু করি খুন্নুনি, করিগুম্বা অমত্তা খুম্বা লৈখিদ্রে। কায়রেম্বা চিংনবা অসুম হেল্লক্লে, কুপ্না য়েংসিল্লক্লে, তাউজিং লোঞ্জানা খোয়জি মিহুল লাংবনি খংলে, শাউরক্লে। 'কায়রেম্বা ঐগুম্বগী ইচাবু হৈরাং লোঞ্জামিন্ননি, লৈরাং লোঞ্জিনমিন্ননি খল্লিবা কনানো খঙ্গনিদো" ঙংলক্লে মথন্তা কায়রেম্বা।

অচেৎ-অকোম মিকুপ-নাহুম কুপ্না য়েংবা হৌরক্লে কায়রেম্বা। মাগী মচানুপীনা কৈরম[৪] তোয়না পাংবা উরক্লে। নোংমা কৌবা নোং[৫] নুংথিল তাল্লক ওইবদা হৈয়ায়নু মশাবীগী তরা চয়োম লোন্না য়োম কৈরম পাংবা উরে। কায়রেম্বা খুৎসু থাং তনবায় পায়দুনা নাসোল পিক্লুপ্না তুংইন্নরক্লে।

য়াংহনবা মশানৌ চেংলৌ উবদা হরাউ-মোমোন নোকচদুনা হেক থোরকপা, নুংশি কোলোয়নগে,[৬] নচীন্দা লেঙ্গে হেক তৌজরকপা অদূমক্তদা কায়রেম্বা মখূত্তা থাং পায়দুনা কৈনুং তম্না হুঞ্জিল্লক্লে। মাগী শউম ফংবদা য়াংহনবা পয়া মীপোৎ অমগী মরুমদা ছৎ হেক লৈশিল থুপখ্রে। কায়রেম্বনা মাদি উহৌদা মচারোমদা য়েঙঙকপদা চয়োম খুত্তা পায়দুনা পায়মা নুংথুক্লনা[৭] লেপ্লদু উরে, শাউরে। শাউনা, মমিৎ-ঈ-কানা মচানুপী য়েংদুনা ঙংদুনা হায়রকই কায়রেম্বা।

কায়রেম্বা ঃ হায় শারমথোক! কনাগী চয়োম্নো দূদি? হৈয়ায়নু কিবনা থক-থক নিক্লদুনা খুমজরকই।

হৈয়ায়নু ঃ পঙ্খৌ! কনাগীবু ওইগদগে? ঐনা তরা চরাম্নরদুনা চাকস্বায়জগে[৮] তৌজবনি।

কায়রেম্বা ঃ নিংথৌ ঐগী ইচানা কৈনুং নৎত্রবদি চাকস্বায়ফম লৈত্রে? ফৈ, নংনা ঐবু নমদূনা তাউজিং লোঞ্জামিন্নরিবা নিপাদো ঐগী খূত্তা শোয়দ্রবনি। য়েঙঙু, ঐনা মাবু হে ফংবা নুমিত্তা ঐগী থাংয়াই অসীনা মাগী মঙক অদো তুবৎ কক্কদবনি।

---

১ পূক্লিং নুংঙাইতবা। ২ হকচাং ঙমদবনা। ৩ পাউ শেংনা তম্মু। ৪ কৈ মায়কৈ। ৫ নোংমা নুমৈত্তা। ৬ বা ভাঙনগে। ৭ পূক্লিং থুক্লা। ৮ চাক চাজগে।

অসী হায়না হায়না মাগী থাং হেক হাইবদা য়াংহনবা থুপ্লিবা পয়া মীপোৎ অদূ তুবৎ হেক কক্লে। পয়াগা কোন্ননা য়াংহনবা মকোক ককখ্রে; অককপা কোক্লা কৈসী চাংথক্তা ঈ-কান্ননা[1] তারে। হৈয়াক্লনু পায়মা খোঙ্গলু তাদনা "মাংলে" হাঙথখ্রে।

কায়রেম্বা পূমঙক ঙকখ্রে, অককপা কোক্তা অমুক য়েঙিঙ মচাদা অমুক য়েঙিঙ, খোঙ্গুল তাদে। মমৈদা মিহুম তারক্লে। মচাগী অবাবা উবদা পায়মা মাগী নুংবংলে। অককপা কোক্কী নীংথিবা উবদা পীবুক[2] মাগী খোয়রাংলে। "কায়রেম্বা ঐসে ফত্তেদা, ফিঙিঙদা, প্যাম্মুইদা" মাগী নুংদম্লবা[3] থম্মোই কপ্লক্লে। "তমথীবা ঐগী শারমচৎ[4] মুত্তবা ওইরসনু। ঙসি কৌবা নোংদগী পয়া মীপোৎ নহাক্লা মীহাৎ হায়না কৌদুনা ঐগী তমথীরবা ইপাউসে নীঙ্খোন্নকপা[5] মীরোল পুম্বদা তম্মৌরো।" থবায় শোক্লা লাউনা কপ্লক্লে কায়রেম্বা। অদু নোংদগী পয়া মীপোৎপু মীহাৎ হায়না খংনখ্রে। নোংদম-থীবী য়াংহনবগী অবাবা মীশিবু মালেমদা তত্তুনা তল্লি।

## ৪

নোংদম-থীবী হৈয়ায়নু বানা মতম লেপ্লক্লে। খূদাং পিফম্নাইনা নুজা মাগী মপুঙ্ঙি নীংসা ফুইনা শাহোন্না[6] পম্ভুং য়ৌবা ঙাইরক্লে।

অসোম্নদনা মাগী মকুম মথা সুরক্লে। হৈয়ায়নু মমীৎ-মমায় পাংলে, মপারী অমা শাংলে। বারবা নুজা পুঙ্ঙিগী পোত্থাকম অমদি ফংজরে। অঙাং অসী নোংম-নোং হম্ম হম চাউজরক্লে। কায়রেম্বা মচাগী অবাবা খরদং পোত্থাবা উবদা হরাউরে। অদুবু কয়া কুইননিঙঙাইনো!

তাংজা লিন্না ঙহাক তিংনা তানঙাই তারবশু খোয়না চৎপনা মশিঙ্গাংনি। কায়রেম্বা খোয়রক্লে। অঙকপনি তাইবং নংগী ঐঃ!

অঙাং অসীনা অসুম অসুম চাউরকপা উরগা কায়রেম্বা নুঙঙাইব্রা হায়ববু অসুম অসুম বাশিল্লক্লে। নোংমা মপাগী করোং খূৎকুম্নরনি খন্দুনা তূম্বা হিপ্পা য়াশিল্লক্লে মহাক্লে। মচানুপীনা মপাগী মওং অদূ উবদা নুজা পায়মা নুংবংনরে। করম্বা নুমিত্তা মথাদগী মচা ছেৎখিগদগে খনবদা থম্মোই খ্রক কংখ্রে। মচাবু মিকুপ অমা ফাওবা থাবা তৌখিদ্রে। অসুম তৌনা চহী তরামুক লেপ্লক্লে।

---

১ ঈ কান্না। ২ পূক্লিং। ৩ নুংগ্রেম্নবা। ৪ শাগী লমচৎ। ৫ তুংগী। ৬ শানা হোন্দুনা।

অঙকপনি লম্ফে-চৎপা তাইবং! অরান অমা মেন্নবা অরান মথং থৌরাংলি।

নোংমা কায়রেম্বনা মচানুপী য়েংদুনা হায়রকই।

কায়রেম্বা : লাংলেল! নপারীসী নথাদা কোনবা মতম নৎত্রে। নিপা হায়বসিদি শারম[1] লাল্লম[2] খংদবা য়াদে। ইপানা মাবু শাগী শালোল, লালগী লাল্লোল তম্বিগনি। মপা মপুগী পারেপ পুরেপ[3] তান্দবা য়াদে। নোংমা কংলৈপুংগী মপু ওইনিঙঙাই লৈতে হায়বা করি লৈ! মপা মপুগী খুভমনি। কদায় ঐঙোন্দা পীয়ু।

অসী হায়দুনা কায়রেম্বনা অঙাং খূদাং পায়দুনা চিংলক্লে। হৈয়ায়নু য়াব্রোইদৌরে হায়বা উরদুনা মচা কনবা ঙম্বা য়েঙ্গে হায়রকই।

হৈয়ায়নু : পম্বৌ! নংবু তাব্রা? নসূসে তরা চইন্দদি তমজখিগে[4]। অঙাংনিনা চরাম-চখম্নরগনি[5]।

কায়রেম্বা : ফৈ, থুরো, ঐ ঙাইগে।

অসী হায়রম্লগা কায়রেম্বা চৎখ্রে।

হৈয়ায়নুনা মচা য়েংলগা কপ্প-কপ্পদুনা হায়রকই।

হৈয়ানু : ইপারী নংবু চাউদ্রিবা! নংগী পম্বৌদি কংলৈপুঙ্গী ৱাঙ্গোন নিংথৌনি[6]। নমা ঐবু পিরাংদগা তায়োন্না[7] লেল্লু, নুজা ওইবী নমাবু পুঞ্জি অসী পিখম্লৌ[8] তমখিবনা নপানা অসিদা লাকপনি। নপুনা পায়মা লিনখাবগী হৌনশা নমা ঐনগা চীল্লিকহৌবদগী থাংলেল মাগী থাংদম ওই পম্বৌ নংগী পুঞ্জি তেনখম্নখ্রে[9]। হৌজিক্তি নংনা চাউরকপসিদা পম্বৌগী মংশক তাল্লরনি কিদুনা নপুনা নংগী য়াইবী[10] লোংউপ তাল্লকই। ইমানদি নংবু কন্নিঙাই উদ্রে। নংবু উন-উনমক্তি নপুনা ফনা থম্মোই কন্দুনশু লোইবা ঙল্লোই। মতম পুন্নমক্তা নপুবু থানদনবা হোৎনৌ ......।

কায়রেম্বা চংলক্লে। "ইপা লোইরব্রা চৎসি" মসূ পুদুনা খোংশালখ্রে[11]।

১ শাগী মরম। ২ লানগী মরম। ৩ মপা-মপুগী খুভম। ৪ চাক পিজখিগে। ৫ চাক চরাম্নদুনা ৱারগনি। ৬ নিংথৌ মথংনি। ৭ তাইনবা। ৮ পিদনা লোইনৌ। ৯ তেন্না লোইখ্রে। ১০ থব্রায়। ১১ চৎখ্রে।

মসূ পুদুনা তুরেল তোরৈ হঙ্গৎনা অচীকপা থিদুনা লাক্লে কায়রেম্বা। লৈম্লে ঙারম তাঙ্খিন্নদুনা ঈল লংবা হৌরক্লে। নুঙ্গায় লৈবা লৈবা মফমদা ঈল লংলক্লে। ঈল অদূ পল্লে মানা নীংবা থুংলে। হৌজিক্তি মসূদা য়েংলদুনা হায়রকই।

কায়রেম্বা : ইপা! ঈল অসী পল্লে। লৈম্লে ঙাচাউ লকপা তারে। নাম্বোকখিবা য়াদে। নং অমুক্তং লুপ্তুনা ঈনখোম্লুচো। ইপু ঈল্লী[১] চিঙ্গে।

অদূ তাবদা অঙাং অদূ মমাগী ব্বা নীংশিংলক্লে, হায়রকই।

মসূ : ইপুনিংথৌ! ঐদি লাইজা ঈরোম্নুংদদি অমুক্তশু কূমদ্রি, ঈরুপ্পা কৈদগী হৈরুনি? ঐ ঈল্লী পায়রমগে, নং ঈনখোম্লুচো।

কায়রেম্বা চেনবা য়াদ্রে, লুপ্পা তারে, লুপ্লে।

হৌজিক্তি অচুম অরান-য়াৎপা মপুনা মরাল-লৈতবা অঙাং কন্নগে নীংলে, অঙাঙ্গী মবুক্তা চংলে। অঙাং অদুনা মপুনিংথৌগী থাংজা মাপন্না মিতম্বা[২], লোংলেল চীল্লোং মাপনবা[৩] নাউবা খূৎনা পায় মপু লোংমি[৪] তম লাইজা ঈরোম্নুংদা থিস্থরক্লে। ঈথায় কায়রেম্বা, মাগী লালাওদি থম্বু থমখো, খৌদেমখোন্দা তাবদা মমান্নবা নিংথৌ পুম্বনা মিঙ্গল চেনগুম চেনগানরবা লৈরাং মাগী মতমগুম তনৌ তনৌরবা চহী তরাদগী পাম্বোমদা মানা লাল্লুনিঙঙাই মথব্বায় থা মপুক্তি ঈথক্লা[৫] তোল্লোমখি[৬]।

অচুম অরাল অনীনা-মসূ মপুনা-শয়েং-পাম্বোম ঙানখিবদো[৭] চীং ঐ ইখোংদা তুরেলগী ঈরোম্নুংদনি। ঐ ইখোংদা লাঞ্জদবা মসূনা খয়ুম মাগী নোংদম্না লম্ফেনবা মপুবু নমখি। অচুম-অরান য়াৎপা মপুনা তাইবং লমজুমগে নীং চীং ঐ ইমায়দা চীন্নাইদবা খোর্জেনা য়েক্লাইদবা ময়েক্লা ইখি — পূ-নম-চীং!

অদূ নোংদগী চীং ঐবু পুমচীং হায়না খংনখি।

লী অসূম্না পুনমচীংনা মাগী মিঙ্খেরোন। ব্বারোইদা মানা নাকোং খুদিংদা নাপচিক্লা নুংশিনা হায় —

কাউজনথীবা তেংবাল!
করিনুংদা লানফদে,
কৈদৌনোংদা ফৈফদে।

---

১ ইন মরী। ২ মমী লাকপা। ৩ মাপলশুবা। ৪ লোংগী লোংদম। ৫ ঈশিং ঈথক্লা। ৬ মতোল লোমখি। ৭ থেংনখিবসে।

অরানবনা মাংজবা,
অচুম্বনা পাহেন্‌লৌবা
মপু মাগী নোংদন্নি।

ঐ ঃ না মাংওইনদুনা!
অচুম-অরাল-য়াৎলিবা,
অমম-অঙাল-খায়রিবা
মপু মাবু লংফদে;
লংহৈদবা মপুনি।

মিৎলম চামা মিৎপাংনা[1]
অহিং-নুংথিল মিৎশেন্না[2]
অচুম্বনা কৈদা তাই,
অরানবনা কৈদা কায়
চেৎনা শেনবা মপুনি।

উদবনা কদায়নো?
খংদবনা করিনো!
লোইনা উবা মিৎফন্নি,
পুমখং-খংবা পূকফন্নি,
খংবা উবা মশক্নি।

অরানবনা য়াঙ্গইফঙৈ
অচুম্বনা মায়খুঙৈ
নুংশোইনবা তৌফদে
মাবু লৈতে নীংফদে।
মাদো ঙাহাক্কীদনি।

অরানবনা খাওতৈক্লে,
অচুম্বনা তুঙ্গোইনৈ
করিনুংদা কাউফদে
কৈদৌনোংদা মমফদে
মপু মাগী ৱায়েন্নি।

---

১ মমিৎ তাংদুনা ২ মিৎশেল খাংদুনা।

লমতাক্লক্রে অসূন্না তাইবং মীরোল মীথাৎ য়েনা মহাক্লা। মাগী মীনুংশী অসীমক্তনা মতম্থু মানা লায়না ওন্নক্রে। হৌজিক মাবু অমুক মতম্না ফুক্লখিগদ্রা! ফুক্রোই, নীথোম্নকপা মীরোনগীদমক্কি মতম্না মাবু নম্বোনা[1] পম্বুং য়ৌনা চেন্নরগনি। শোয়রোই, করিনা, অসীগুম্বা পোৎলমদনা মতম মানা নাপঞ্জে।

মতম কৌবা লাই মালেম্থু য়াইফরমদা চিংবদনা মাগী মথৌনি। ❑

*(ভাঙ্গোয় পরেং -১৯৪৯ দগী লৌথোকপা।)*

১ নম্বো পোদুনা।

# অন্দ্রোগী মৈ

অন্দ্রো নোংমাইজিং ওংবা খুল অমনি। খুনফম অসীদা মৈফম অমা লৈ; মৈ অমা তত্তনা চাক্লী। মাসীবু অন্দ্রোগী মৈ হায়না খংনৈ। লায়রোল[1]-খংব-সিংনদি মাবু পোইরৈতোন খুঙ্হোক-মৈ কৌনৈ।

মৈ অসী থায়না ইউব্রা[2] চীঙ্খোং[3] পোইরৈতোন-না হৌরম্বনি। মাসী হৌখিবদগী হৌজিকফাওবা মুৎলক্ত্রী। মৈতৈ ঐখোয়গী পারোল-পুরোন্না মথং মথং মাসীবু মুৎহৈদবা মৈ-নি হায়না য়োক্লকপনি। অন্দ্রো হায়বা খুনফম অসীদা লৈবাক্লা মৈ-সী য়োকপগী থৌগাই[4] শিন্নরকই। মখোয়না শীংহুল[5]-লেং মৈহুম[6]-লেং পুনদুনা মাবু শোয়দনবা হোৎনরকই। মাদূগীদমক মখোয়বু লৈবাক্কী মখৌ কোকপীরকই।

মৈ অসী মৈ-শেং[7]-নি। নোংদা[8] লাইরেল[9] পাখংব-না[10] ফম্বাল কাঙেদা মৈফম অসীমক্তদগী মৈ-না মাবু মৈওক্লখিবনি। অদূদগী হৌদুনা মৈতৈ-নিংথৌ-সিংগী ফম্বাল-মৈ[11] মৈফম অসীদগী লৌনৈ। অদূনা কনা কনাগুম্বনা মাসীবু ফম্বাল-মৈ হায়নশু কৌনৈ।

ফম্বাল-মৈ-নি হায়দুনতা মাবু লুনা তৌনবা নত্তে। মাসী মনুংদা মরম অচৌবা অমা লৈরী। মাসী মৈতৈ ঐখোয়গী য়ূমদিল[12]-মৈ-নি, মৈত্রবাক-পোকপ-মৈ-নি।

ঐখোয়গী কংলৈপূং অসীদা মালেমগী তোঙঙাল-তোঙঙানবা মফমদগী মীগী ফূরূপ[13] কয়া-কয়ানা খুনগুম-খুঙ্হোক্লকখি[14]। মখোয়সিং অদূ ঈতিন্নদবগী[15] হৌনশা তত্তনা খোঙ্গেং[16] হানরম্মি; করোং-খূৎকুম্নবনা[17] লোইবা নাইরমদে। মাদূগী তুং ইনবনা

১ লাই মতমগী বারী। ২ মফম অমগী মিং। ৩ নিংথৌগী ঈ। ৪ থৌদাং। ৫ শীং হুনবা ৬ মৈ হুম্বা। ৭ মৈ অশেংবা। ৮ নোংদগী লাকপা। ৯ নিংথৌরেল। ১০ মপা খংবা, পাখংদা ইওই ওইবা। ১১ ফম্বাল তোংবদা হৌবা মৈ। ১২ য়ুম তিন্নবা। ১৩ শাগৈ। ১৪ অৱাংবদগী অনেম্বদা লাকপা। ১৫ ঈ তোঙান্নবা। ১৬ লাল। ১৭ লম্মন খুম্নবা।

ঈগী লৌখোং চেল, পূক্লিংনা তথক লপ্পে হাই[১] কনা অমতা লৈতা-নুংদানা[২] পানবা ঙম্নরমদে। ইউবা চীঙ্খোং পোইরৈতোননা খুঙ্গোরক শেলোই চীঙ্খোং ওংলিবা মৈ-শেং অসী হৌ নোংদা লাইরেল পাখংব-বু ফম্বাল-মৈওক্লা কংলৈ সনাপুং-সীগী নিংথৌ হাপখিঙ্গেদগী ফুরুপ ঈরাল[৩] ঈরোন-ঈতিন্নবা[৪] হৌখি; মৈত্রবাক[৫] মমী তমখি। নোংমতা লূনা ঙৌনা চেঞ্জবা ঙমদ্রবা কংলৈ মাগী তুরেলসিংনা ঈঙৌ[৬] থাগোল্লা[৭] চেঞ্জখি। লৈবাক্লা মরা তা[৮] নোংমনোং[৯] য়াইফরমদা[১০] কাজখি। কংলৈপুং-সেম্বা মৈ-নি পারোল-পুরোন্না লূনা তৌনখিবনি, তৌরম্বনি। পুরোন্না পারোন্দা, পারোন্না চারোন্দা, চারোন্না সুরোন্দা মথং মথং মাবু ব্বাকোম্ননা[১১] শিন্নরকপনি। অদূনা মানা মুৎলক্তবনি।

> "য়ুমদিল[১২]-মৈ-নি মুৎফদে,
> য়াইফ-মৈ[১৩]-নি মাংফদে,
> লৈসেম[১৪]-মৈ-নি কমফদে।"

মীরোল মীথাং[১৫] য়েনা মখোয়না লূনা চেৎনা শিন্নরকপনি।

মখোয়না লূনা নীংজমল[১৬] কংলৈ-কোইব-লাই-না মৈ অসীদা চংখি। লৈবাক লৈহোং-লৈচাউগনি মৈ মানা তাকই; লৈবাক মরাই তাগনি হায়বশু মৈ মানা হেক্তা মতাকই। মৈহুম-মৈশেল[১৭] পুবসিংনা মৈগী মৈওং য়েংদুনা লৈবাক-নিংথৌদা পাউ পীনরকই।

পোৎলম পূম্নমক মপু মাগী শায়োন[১৮]-নি। মী মী মাগী থাজজবা মতুং ইন মানা কুবিদবা করি লৈ!

অসী পূম্নমক্তি ওইরে। অসী মথক্তা মৈ অসীগী থোইখোইবা[১৯] করি অমা লৈ! মাগী মৈঙান্না শেলোই[২০] চীংমায়দা মঙাল্লমগনি খনব্রা! খল্লুনু, মতমগী মল্লবা তূখুন্দা কুমজা তোৌরৈ তোৌরৈ হঙ্গৎনা মৈঙাল অসী ঈংনা-মেংনা শাংনা-তান্না তাই। মৈপাল[২১] মাবু লাং পাখোং-পুখোং থিনিংবা কাংবূনা মতমগী তোর্বান্দা পারোল খুনাম তারিবা, পুরোল খোংফম য়েক্লিবা উবা ফংনৈ। মখোয়না কুমজা তোৌরৈ তোৌরৈনা[২২] তোৌরৈ লীসিং অনী ফাওবদি পাখোং-পুখোং লীবা ঙম্মি। মহাক অসে পারম-পুরম

---

১ শগাইদৌনা হাইবা। ২ ঈংনা। ৩ ঈ অতোপ্পা। ৪ চারৌ-মৌরৌনবা। ৫ নিংথৌ পুনবা মৈতৈ লৈবাক। ৬ ঈশিং অঙৌবা। ৭ মথাদা কোন্দুনা। ৮ ঈংবা। ৯ নোংম-নোংমগী। ১০ য়াইফবা মরম। ১১ বারমগা কোম্ননা। ১২ য়ুম তিন্নবা। ১৩ য়াইফ-পীনবা-মৈ। ১৪ লৈবাক সেম্বা। ১৫ মী মথাং। ১৬ নীংজবা মমল। ১৭ মৈ শেনবা ১৮ অওনবা শক্তম। ১৯ অথোইবা। ২০ নোংমাইজিং। ২১ মৈ মপাল। ২২ তোৌরৈ মতুং ইন্না চক্তুনা।

লীনগাই মৈরানি। মানা শেলোই চীঙ্খোং ওংনা চাক, মতম তৃখুল গান্না তা তত্তনা ছক্লী—

মৈতৈ ঐগী ইপাচা[1] !
পাখোং মুৎলে কনানা হায় ?
পুখোং মল্লে করিনা হায় ?
নয়ু[2] খাম্বী[3] ঐলৈয়ে।

খাম্বী ঐদি মৈ-রি[4] নি;
পোইরৈতোন-গী খুথাং[5] নি।
নোংদা লাইরেল পাখংবা
কংলৈ-ফম্বাল-মৈওকপা
নয়ু খাম্বী ঐলৈয়ে।

কংলৈ মশুং তরা থোক
খুৎকুম মানা খোঙ্গেং ওক
ঈগী লৌখোং তত্তনা চেল
পায়মা তথক লপত্রে হাই
য়াইফ মরম মম্বরাই[6]
লৈবাক মরা তাউনরাই[7]
নয়ু খাম্বী ঐপোকয়ে !

কংলৈ নংগী শুংদাইবা[8]
লৈবাক লৈরু[9] চূপমাবা[10]
ঈতোপ ঈরাল[11] ঈতিনবা
মৈতৈ লৈবাক সেন্নকপা
নয়ু খাম্বী ঐলৈয়ে।

লাউ হৌজিক্লু ইপাখোয় !
মতম তৃখুল হঙ্গৎনা

---

১ ঈহী। ২ নপু। ৩ মৈ। ৪ মৈ অরিবা। ৫ খুৎনা থাবা। ৬ মম্বা মতম। ৭ লাংবা মতম। ৮ মশুং তাইশিনবা। ৯ লৈবাক মরু। ১০ চূপ ফাবা। ১১ ঈ অতোপ্পা।

কুমজা তোরৈ তোরৈনা
খাম্বী ঐনা ঙাম্লিয়ে।

তোরৈ লীসিং অনী নি
তৃথুপ কোন্না[১] ঙানবনি;
পাখোং লম্বী তাক্কে লাউ
পুখোং খোংলম উৎকে লাউ
নযু খাম্বী ঐলৈয়ে!

খাম্বী ঐনা মুথ্ত্রিঙৈ
কংলৈ নংগী মমদ্রিঙৈ
মতম মাগী তোর্বান্দা
তোরৈ তৃথুপ খুদিংদা
পারোল খুনাম তারিবা
পুরোল খোংফম য়েক্লিবা
থিরো খাম্বী ঐলৈয়ে!

থিজনিঙঙাই থিহৌরো
মাজনিঙঙাই মাহৌরো
মৈরা হাইজাউ[২] চন্নিয়ে
নযু ঐহাক লৈরিয়ে।

পারাল[৩] মানা পাসাবা[৪]
পুরাল[৫] মানা পুসাবা[৬]
মারাল[৭] মানা মাসাবা[৮]
পেন্নাল[৯] মানা পেন্সাবা[১০]
খোংথাং মায়খূনিঙঙাইনি
খুভম লৈতানিঙঙাইনি[১১]।
মিৎপাংজহৌ ঐলৈয়ে,
মৈরা হাইজাউ চন্নিয়ে।

---

১ কোন্দুনা। ২ হাইনা চাউনা। ৩ মীপা। ৪ ইপা ওইনবা। ৫ মীপু। ৬ ইপু ওইনবা। ৭ মীমা। ৮ ইমা ওইনবা। ৯ মীবেল। ১০ ইবেল ওইনবা। ১১ কায়নিঙঙাইনি।

খাম্বী ঐনা মমখি থোক
পাখোং পুখোং মুৎখি থোক
পুন্সি নিংসানগনি,[১]
মিৎলু পিরাং চেনগনি
হৈজৌ ঐহাক লৈরিয়ে।
....      ....      ....
....      ....      ....

ঙাল্লু, চাকউ, মৈতৈ নপাচা ঐখোয়গী অপং শীংওইনা চাকউ, চাকখো, ইয়ু মানা হৌরম্বা খাম্বী মৈ-রি অশেংবা!

১

ঙসিদগীদি চহী লীসিং অনীৱাইগী ৱা-নি। ঐখোয়গী কংলৈপুং অসী মশুং তরেৎ তরা থোক্লা তারম্মি। থক্তা-নোংবাল[২], নুংবাল[৩]; খাবা, ঙানবা, পোংনচিংবা শাগৈ কয়া কয়া পাল্লম্মি; খাদা-লোক্তাক খোংবাল ৱাংম-ৱাংমদা খুমন, মোইরাংনা পাল্লম্মি; চীঙ্খোং-চীংয়াদা, লমতুপ লমতুপ খুদিংদা চক্লম[৪] ফুরুপ কয়া কয়ানা চীৎলূ-ৱায়রূ[৫] চন্নরমদে। মখোয় অসে কনানা কনাবু নুংশিনরমদে; অমগা অমগা খোঙ্গেং হানা মতুং ইনবা করোং-খূৎকুন্না ঈনা তত্তনা লৌখোং চেল্লম্মি। কংলৈ-ওংবা তুরেল অমত্তা ঙৌনা চেঞ্জবা ঙল্লমদে। অসূক সাথিনা পাল্লম্মি লমদম-সী।

থক্কী কাংলূপ্তা নোংবাল, খাবা, ঙানবা অহুম অসী তত্তনা শয়েং-পাম্বোম ঙানরম্মি[৬]; পোংনা হীসাই-নাইসাইরম্মি[৭]। ঈংনা পাল্লম্বা হায়বমক্তবু নুংবাল শাগৈদনি। করিনা! মতম অসীদা শাগৈসীদি গুরু পুন্সিব-না কোল্লি! মাদি মাগী লাইরমচৎনা[৮] ঈতোপ, ঈৱাল, ঈহী নাইদনা মীপূম খুদিংগী থম্মোই খুর্জি পায়বা, মীরম[৯] ওংনা লাইরম[১০] চাক্তাবা তাইবং মমান্নবসিংনা লাই-নি হায়না শীংথাবা[১১] মীওংনি। শেলোই[১২] লাঙ্গোল চীংমায়দা পায়মা হীরী কোন[১৩] ফুরুপ চৈখল ছৎ লৈবাক-মা সেন্নরম[১৪] য়েংবনা মাগী মথৌদাং ওইনরম্মি। ঈখেং ঈখৌ লাংলবা কংলৈ নিংথৌসিংবু খোঙ্গুল-ঈরা ইন ঈহাউ কাউনবদা থৌরাংজরম্বা থরায়নি। মঙাক্তনা নোংমনোং কংলৈ মচু ওল্লকপনি। মাবু কনানা শোক্কনি!

---

১ অৱাবা নিংসা হোন্দুনা লেন্নগনি। ২ অঙোম। ৩ লুৱাং। ৪ চক মরম। ৫ লৈথোক লৈশিন চিনবা। ৬ লাম্থেংনরম্মী। ৭ থিন্দোক থিঞ্জিন তৌরম্মি। ৮ লাইগী লীচৎনা। ৯ মীগী লম। ১০ লাইগী লম। ১১ মশীং থাবা। ১২ চীং। ১৩ ৱাখল তৌবা। ১৪ সেন্নবা মরম।

অঙৌপানবা[১] নোংবাল শাগেগী নিংথৌনি। মতম-দুদা মানা মচাউরে। খুৎকনবদ মহাক্কি, পাঙ্গনবদা মহাক্কি, লম্লেবদা মহাক্কি। মহাক্কা মী পুন্নমক তুমিৎ-কাং ওইন উই। মখা থাবা কনামতনা মাবু কিবা নত্তনা নুংশিবা য়াওদে। নুংশিদ্রবশু কিবিরিবমখৈদদি খরগী মখৈ মফরিবনি। অদুদা শেগা থানা মাগা লাম্বা য়াবা ঙস্বা পাঙ্গল অনী-মা চোংথোক্লক্লে। অনীসে অতৈ কনা নত্তে, খাবা-ঙানবা মচীল-মনাওনি। অনী অসী কনবা, হৈবা, শিংবদনা তুরেল অচৌবগী নোংচুপ তোর্ব্বান্দা কোনুং খাব্রাং সেমদুনা পুক্তিল-নুংদিন্নবা পাল্লম্মি। নোংবাল কোনুংনা নোংপোক তোর্ব্বানদনিনা হিদেল মায়োক্লরে, তুরেল লুখায়[২] চামিন্নরে। অনী অসীনা মচীল-মনাও সুবগা, অঙৌপানবনগা শক্তা থেংনা নুংশিদবগা খরগাদা নত্তে ফনা য়ান্না থোয়না চৎলি। অদুমক্লা অঙৌপানবনা মমিৎ নাবশু[৩] অনীসীনা মরোইরে। হেক্তা খোঙ্গেং হানরগদবদা গুরু পুন্সিবনা করি হায়রক্কদগে খুমানবা[৪] ঙম্নদদুনা লৈনরবনি। অদুনা লংজিল অমত্তংদবু ফংনরবদি থানররোইদৌবনি। অসুন্না লৈনরিঙৈসিদা ব্লাথোক্লিঙঙাই মরম অমা লাক্লে।

নিংথম্না লোইখিবা কাম্বী[৫] না ফাওরকপা লৈবাক লৈবাক্লা চেংহোং চাকহোংনদুনা[৬] নুঙঙাইনবা মতম্নি। নোংমা কৌবা নোং ঙানবা শাগে হৌদুনা তুরেল অচৌবা ঈরত্তুনা[৭] লেম্লে ঙানৈরম্মি[৮]। ঙানৈবগী হৌনশা খাগী ঈশিং পিকথরে; পিকথবদা নত্তে, নৈবনা কৃম্বং সারে—থকপা য়াদ্রে। খাবা লৈবাক ব্লাঙাংদে। করিনা! মখোয়দি মশানি। নোংবান্দি! খৎনবা লংজিল থিদুনা লৈরিবনি, করিগী ব্লাঙাংলোই। ব্লাথোকপা শোয়দ্রবনি।

অঙৌপানবা মতুং ইনবা মী মঙা-তরাগা পনখোং লীরক্লে! মানা ঙানৈফম য়ৌরবদা থীনা অয়াকপা খোনফম্না ঙানৈরিবশিং অপান্ননা লাউরকই।

অঙৌপানবা : হায় ঙানৈরিবশা! নথীবোং পান্দরা? ঈশিং থকপা য়াদ্রে। নথীবোং চানিদা মখংবা ব্লাশা[৯] চানিদি খংদ্রা? অঙৌ-পানবা ঐনা পাল্লিঙৈদা নখোয়গুম্বনা লম্লোনবা য়াব্রা? কাখৎলু হৌজিক্কক ঈশিং থাদোকউ; নখোয়গী অতানবা[১০] ঙারম পুন্নমক লোইনা মৎলবনি, পুরকউ ঙাখা অমফাওবা ব্লাৎপা য়াদে।

---

১ অঙোম নিংথৌ। ২ তঙঘাই। ৩ নুংশিদবসু। ৪ হৌনবা। ৫ নাচোংথা ৬ চাকচা হৈজামিন্নবা। ৭ ঈশিং থিংদুনা। ৮ ঙা ফারম্মি। ৯ ব্লারক শাজে। ১০ অফাবা।

ঙানৈরম্বা ময়াম অদূ মরাহে অদূ তাবদা শাউবনা লূতোন কানরে[১]। মখোয় মরক্তগী অহল-ওইবা অমনা ময়াম য়েংদুনা "নিংথৌ মরা লৌরু মাসী লোইশিন্নসি, তুৱেল ঙামি তন্নরসি[২]" থক-থক নীক্লা শাউ ৱাহৌরকই। ময়ান্না 'ফরে ফরে' হায়নরিঙৈ তাঙ্গা অদূমক্তদা ঙানবা খমজিঙ্গোলশু মীকোক তরা অমা মঙ্গা অমনা মতুং ইন ঙাতানবা[৩] য়েংলুগে হেক থোরকই। মহাক উবদা অঙৌপানবা অশাউবা খোনফম্না লাউরকই।

অঙৌপানবা ঃ হায় খমজিঙ্গোল! নং শিনীংব্রা, ঐবু খংদ্রা, তুৱেলসী কনাগীনি খণ্ডিঙ, নংনা করি নতিক লৈদুনা ঐ তাক্তনা ঙানৈরি ...... ?

খমজিঙ্গোল ঃ উম চুম্মি অঙৌপানবা! তুৱেল লুখায় চামিন্নবা তাক্তনা ঙানৈবা লাল্লি। অদুদা, নংনা চুম্বা খংদে ঐনা লানবা খংদে, হৌজিক্তি তৌবা তারে। করিনা! নংগী নৱাহে মতাননি ......।

অঙৌ পানবা ঃ করি নৱাহে মতা হায়বদে ?

ঙানবা-খমজিঙ্গোল ঃ ৱা মখা তানু, ঐ নংবু হৌজিক নতীক চাবা তৌনিংদে। ঐগীনা লৈবাক তিনবা হায়বদূ থোক্রে। অসী হায়রম্লগা মাগী লৈবাক য়েংদুনা লাউরকই।

ঙানবা-খমজিঙ্গোল ঃ ইপাচাখোয়! ঙাতানবদি লায়রি, ঈশিং অদূ প্রোক প্রোক লাউনবা হান্না নৈখো। নোংবাল অমক্তা ঈশিং পীথক্নু।

অঙৌ পানবা চুম্লবশু খোল হাখিবনা ৱা মাংলে। মমায় ফীরুক খুম[৪] হনখ্রে। ময়ান্না খূবাক খূ ওই-ওই লাউ নোক্রেম[৫] খাক্লা লাউনা নোক লৈহৌরে।

ওহোকপনি মীওইবা! হাই হায়বনা থাংলোন্নি[৬], উম হায়বনা খোয়দৌৱানি[৭] হায়বা খংনা খংনা হাই-দা মশান্নে। নাপন্নরবা[৮] থম্মোইনা অমুক্তা হঙ্কনা[৯] খল্লুদে হাই-না করি থোক্লবা।

---

১ খম থেংলে। ২ ঙাচীঙ্গাক ওইনরসি। ৩ ঙা ফাবা। ৪ মমায় খূনা। ৫ করেম কথায়নবা মনোক। ৬ থাঙ্গী মরোল। ৭ খোয়দৌ ফানবা ৱা। ৮ নাপল তৌরবা। ৯ তপথনা।

## ২

অঙৌ পানবা মাগী কোনুং য়ৌরে; পোখাদে, য়ৌবগা কংলা তঞ্জং চংদুনা মখুৎমক্কা য়াইবুং[১] থীগ্লে। লৈবাক ঙাহাক্কী মনুংদা ঙং তিগ্লে। নিংথৌনা তৌনরকপা পুন্নমক লৈবাক্তা তম্লে। লাল পাম্বা মতম্নি; লান্দনা পোখাননিঙঙাই ওইনবা মীওংগী হাক্তি[২]। করিগী লাল তৌরোই! খোংতেক-মিত্তাং লোইনা হৌরে; লাল লাল লাউনরক্রে। অকন-অথৌশিংনা লান মনম তাবদা হুরাউবনা পায়ম-নুংহৌ ফাঙমদা[৩] তিমেল[৪] তাপাক[৫] তাখিংনা[৬] লালগী লালাউ লাউচোংনরক্রে[৭]।

নোংবাল শাগে লানগী থৌরাং তল্লোই লোইরে; ঙানব-কোনুং তম পুম্ম মু ফুদোরক্রে।

অসোমদগু ঙানব-শাগে ঙাইদুনা[৮] লৈরে। খাব-শাগে লান পাংবা থুঙঙরে। তোর্ব্বাল বাংম-বাংমদা তেঙ্গোল অনীদু পৈনরে। তুরেন্না মরক খনবনা গ্রুং ফুজিন্নবদি ঙন্নদ্রে। লাপ-রাল[৯] তেনগী লান হৌনরে। মায়গে অনীগী অথৌবসিং কয়াবু কুইনা লানখাঙ্গনি[১০]! মখোয়বু তুরেনগুম্বনা লাম্থিংবা[১১] ঙম্রা! নোংদম্নরবা[১২] খোনফম্না লালাউনা[১৩] ফুজিন্নরক্রে, খোংনুংদা মায়োক্নরে! তাগা তাগা, থাঙ্গা থাঙ্গা, সুক্কা সুক্কা শীংজঙ্গা শীংজঙ্গা মায়োক্নরে। চক-চক থিন্নরক্রে, চোপ-চোপ য়ান্নরক্রে। হাথরকপা ঈনা তুরেল পুমঙাং ঙাংলে; মীশা তাউরে, মীকোক ওল্লে; অকিবা লানফম্নি। শাহিং-ঙাহিং চাবা শারম[১৪] চেক্লম[১৫] পুন্নমক তাইবং শারম[১৬] চৎলে উ অকিবা লৈতনা ফুজিন্নরক্রে। মখোয়না মীশা মীকোক মুন্নবগী চীক্ল-ঙংনরকপনা লানগী ঈনিল থাক্কাখ্রে[১৭]।

লাল্লক[১৮] অসীদা নোংবাল-লোম থংবা তোর্ব্বান্দা অথৌবা অনী মিকুপ-য়াকাবা য়াদনা লাম্ব্রেংনরি[১৯] অমনা অঙৌ-পানব-নি, অদুগা অমনা ঙানব-খমজিঙ্গোল-নি। অথৌবা অনীনা চুম চুমগী মরূমদা মশা পুমথুপ থুপ্নরে, তিমেন তায়ায় চেৎপায়না[২০] তামৈ তাকোক থকওন্না[২১] তাদোল নোংথাং লৈকুপ্না[২২] গ্রীক গ্রীক

---

১ অথোইবা পুং। ২ পানবা মতম্নি। ৩ পুক্লিং হুরাওবা ফাঙমদা। ৪ অতুম্বা। ৫ অপাকপা। ৬ তা খিংবা। ৭ লাউদুনা চোংনরক্রে। ৮ লান ঙাইদুনা। ৯ লাম্না শোরূবা লাল। ১০ লান খাংদুনা লৈনি। ১১ লাল থিংবা। ১২ নোঙ্খোং মানবা। ১৩ লালাউ লাউদুনা। ১৪ শাগী কাংলুপ। ১৫ উচেক্কী কাংলুপ। ১৬ শাগী লীচং। ১৭ থাক হাপকংখ্রে। ১৮ লান মরক। ১৯ লান শোক্নরি। ২০ চেৎনা পায়দুনা। ২১ থক থক ওন্দুনা। ২২ লৈনা লৈনা কুপ্পুনা।

গ্রীক তকশিন্নরকই। তাজীল তাদোল চানরকপনা মশা পূম্বা ঈহং-নাইহং সা, ঈঙাং ঈখেং পাক্তেনরক্রে; হনবা কৌবা লৈনদে, কিবা কৌবা লৈনদে; শম্লাং শম্ফে অমত্তংদগী য়েংনরকপদা চৈনাখোল ফাওনদে। ... ... অঙকপনি, অথৌবা লালোয়[১]গী লিংজেল!

খূৎফম মাম্নে, খোংফম মাম্নে, শাথুপ মাম্নে, লৈবা মাম্নে, চোংবা মাম্নে। খোংফম অমত্তং খূৎফম অমত্তংদা তান্নরকপনি। অমত্তংদনা লোইনগদবনি। লান্না য়ং-য়ং লাউরকপা তাঞ্জা অসীদা ওম্থোকপনি, ঙানবা থৌদু[২] খুদি খুরৌনরে। মানা লৎকত্তা হেক তৌবদা অঙৌ-পানবা তারোন অমা থক্লম[৩] থক-ঈন্নরক্রে[৪]। ঙানবা তুরে। অথৌবা লালোয় নোংবান মাগী তাবাক্লা নমগা[৫] লৈগা[৬] নমফানা[৭] চাংজৌ লৈতঙ্গায় মোনখাংনা[৮] লৈদা[৯] শাংনা তারে; অঙৌ-পানবা লাঙঙম-লালাউ[১০] লাউখ্রে। মাগী লালাউ তাবদা নোংবাল শাগৈ পাঙ্গল হাপ্লে; ঙানবা শাগৈ কায়রে, খাবা তুংইন্নরে।

অঙৌবা শাগৈ ঙানব-কোনুং লৌরে, তোক্লে, খাবা কোনুং তম্লক্রে। খাবা শাগৈ লাঞ্জেল্লম্বদগী মায়োক তনয়া য়ারে। কন্দ-হৈতবা শাগৈ নত্তে, অকনবা লানফম থেংনরে। অদুবু অঙৌ-পানবগী ফীরাল মমায় চুম্বনা[১১] হন্দক্সু কায়রে; কোনুং লৌখ্রে!

লান্দা শিখিবনা শিখ্রে, ফাখিবনা ফাখ্রে। লৈহৌবা খরগা খাবা লৈরোনখৈ লোইবি[১২] চীঙ্খোং তম্না চেল্লে। করি করম্না মখুভম হঞ্জিনদগে হায়বা বাখল্লা কোয়জেল চেল, মীরৈবাক্কী নিংথৌ লান্নেক্কে লেপ, কংলৈ পলোল[১৩] বাংম লাল লান্নেকপা কোয়চৎ চৎলক্রে মায়খুরবা নিংথৌ।

৩

খাবা লৈনুং থোঙঙারেলগী কোনুং য়ৌখ্রে। মাবু উবদা লৈনুং নিংথৌনা পাউহংলকই।

থোঙঙারেল ঃ তনবা নংবু মীচম[১৪] মান্দে। করি লমওংনবা[১৫] মীওংনো? নশক নমিং শেংনা তাকউ তাসি।

---

১ লালগী মী। ২ নূং। ৩ থক নম্বা। ৪ থক ঈঙ্খিল্লক্রে। ৫ নমগনগা। ৬ লৈপাক্কা। ৭ নমদুনা ফানা। ৮ মোন খাংদুনা। ৯ লৈপাক্তা। ১০ লাল ঙম্বগী ললাউ। ১১ মরাইবক লৈবনা। ১২ চীং। ১৩ পল মরোল। ১৪ মী অচম্বা। ১৫ লমদা ওংবা।

খাব-লৈরোনখৈ ঃ লৈনুং থোঙঙারেল পাঙ্গনবা! নোংমা কৌবা নোং ঐশু লমখৈ অমগী মপু ওইরম্মি। ঐনা পোকপনা নোংপোক মায়গৈ ওংবা লমদনি। মাগী কোলোয়না কংলৈ সনাপুং কৌই।

থোঙঙারেল ঃ করি, কংলৈ সনাপুং? ঐ খঙিঙনা, ঐনা খুম্হোক্লম্লবা লম্নি নীংথিজবা লৈবাক্নি; লৈওং লৈতানা[১] লৃখ্রিবা, পোখোক চাথোক্ল মরাক্কায়খ্রিবা অঙকপা লৈবাক্নিনা দুদে।

খাব-লৈরোনখৈ ঃ মানি পাঙ্গনবা! খাবা ঐনা লম্লেল মাগী পীবুক্লুংদা[৩] পোকচব খয়ুম মানা কুবিবনি —

কোরৌ অহানবা উরবা,
থাজ অহানবা কোল্লবা,
নোংলেনগী[৪] ঈপাল লোক্লবা[৫],
কুমগাইনা[৬] থৌগাই[৭] পুরবা
নীংথিরবা লৈবাক্নিদা
কোলোয়না মাগী সনাপুং।

লোইবিনা পলোল খারবা,
তুরেল্লা কারল লাক্লবা,
ফৌনানা ঈপোম হৌরবা
হৈরাংনা ঈথক কারবা
মালেমদা লাইরৈবাক্নিদা
কোলোয়না মাগী সনাপুং।

.... .... .... ....

থোঙঙারেল ঃ লমদম ওম্হোক্লা তাম্লক্লেদা! ইপা! নংনা করি কোলোয়নীংবা ননীং তম্না তম্মু।

খাব-লৈরোনখৈ ঃ কংলৈদা পাম্মিন্নবা নোংবাল শাগৈগী নিংথৌনা ঙানবা ইয়াম্বা হাৎ মাগী খুভম লৌখ্রে। অদূনশু পেন্দ্রে। ঐগী খুভমশু মুনখ্রে।

---

১ নোংপোক মাইগৈ তাবা। ২ লৈপাক্কী মওং মতা। ৩ মবুক্তা। ৪ নোং মপীগী। ৫ ঈশিং চারবা। ৬ ঋতু। ৭ মথৌ।

হৌজিক্না অমুক ঐগী থরাই লোঙঙুপ তাল্লকপনা ইয়ুম লমদা লৈবা ঙমদা অপানবা, নশাইগোল তম্লকপনি। ইয়াম্বগী ঈমল[১] লৌবিয়ু, খাবা ইখুভম পীনবিয়ু নীগে লাকপনি।

থোঙঙারেল ঃ এ: নুংশিদা! ফৈ খন্নশি। থোঙঙারেল ঐগী থোংদা লাক্লবনিনা ঐনা ঙম্বা তৌবা তারেদনা। ঐ ইশাদি অহল মতম ওইরক্লে, কংলৈদি অমুক উন্নীঙিঙ, অদুবু চৎলরোই। ইশানৌসিংগী মরক্তা খুম্ফোক্লিংবা কনা য়াওরিবা য়েংসি। করি পায়মা নুংজেংলুগনু[২]।

অসী হায়রগা মশানৌ থোঙঙাক-লকাবা য়েংদুনা হায়রকই। ইশানৌ! নং তারেদনা। মবুক্লিং নুংশিখিগনি[৩] লুনা থম্বিয়ু। নোংমা কৌবা নোং ইচীল ইনাও ঐখোয় পূন্নমক খাবা নিংথৌনা হায়রিবসী খন্নসি।

খাব-লৈরোনখৈ লৈনুং থোঙঙারেলগী কোনুংদা মতম ওইদুনা লৈরক্লে।

## ৪

লৈনুং থোঙঙারেল মশানৌ পোইরৈতোনবু খুম্ফোকউ পাউথারে। মশানৌ লৈমা লৈনাউতাবী ষষ্ঠোং-নিংথৌ মমোল্লোল[৪] মশানৌগী খোংলোয়[৫] ওই কংলৈ সনাপূংদা খুনবান-লৈপাম্মিন্নরু পাউশিন্নরে। মশানৌ অনীগী খোংলোয়নবা মতীক-চাবা তেঙ্গোল পীরে। লম্বীদা চানবা পোৎলম সুনা লাংলে। হয়েং খুনবাল-লৈপাল্লুরগা থাজরু, কংলৈ সনাপূংদদি ফংলোই, হায়দুনা পুবা য়াবা পোৎ মরম পূন্নমক হাপ্লে। ফৌরমদা চাহৌ মখল অমদি পোইরৈতোন-না খুম্ফোরকপদা পুরকপনি কোলোয় মাগী মিংরাইনা[৬] চাহৌ পোইরৈতোন হায়না পোইরৈ মৈতৈনা মিংথোন্নে।

নোংমা কৌবা নোং নুমিৎ অচংবা[৭] য়েং ইউরা চীঙ্খোং পোইরৈতোন মতৈমা লৈমা লৈনাউতাবীনা খোংলোয় ওই মাগী তেঙ্গোল অচৌবা পু খাবা হৈনা মতুং ইন কংলৈ মায়গৈ তম খোংশাল্লক্লে। নারক কয়া নম, শীংলক কয়া ফাও, উমং কয়া লাল,, পাৎলম কয়া ঈথেংনা[৮], তুরেল কয়া ঈরান্না[৯] লাক্লে। অসুম অসুম লাকপনা

---

১ ঈ মমল। ২ বারুগনু। ৩ নুঙঙাইখিরোই। ৪ মচানুপী। ৫ লোয়নবা মী। ৬ মিং লৌদুনা। ৭ অফবা। ৮ ঈশিং থেংনদুনা। ৯ ঈশিং লান্দুনা।

কোরৌ মানা মম নোংজা মানা শিল নোংমা নোংমা হৌ থাজ মপুং ফা; থাজ মানা য়ামশিল্লক কুম্লাং[১] অমা কা, চহী কুপ্লোল[২] কয়া কয়া খোংথেংনা[৩] কংলে লমখৈ য়ৌরেক্লে। য়ৌরে কোক চংবা য়াবদি থোক্তে। য়োৎপাক্লা, শীংজংনা, থাংনা, তেন্না, কাওরেল ষণ্ডং মপান্না থৌদু নূংথোং হাং লমখৈ লাঞ্ছিল্লে। চীঙ্গী চীংলোল সুনা কোয়রক্লে। মানা য়ৌরম-য়ৌরম্বা মফমদা খূদম হৈপাল লৈপাল কয়া কয়া থারম্লে। অদুনা শেলোই থাংজীং ওংনবায়[৪] চংবী লাকোল অচৌবা কেগে অছেবা[৫] মোইরাং চৈজিংবসিংনা[৬] তেংথানৈ[৭] —

পোইরৈতোনগী খুম্হোক-লা,[৮]
পোংনাউতাগী খুম্থি-লা[৯]

পোইরৈতোন-লৈনাউতাবী অনীগী খুম্হোক-বারী[১০] অসীদি বারবা পিরোয়নবা[১১] বারীনি। লম্বীদা মপারী মমোম কয়া শাৎলি। লৈরাং লৈতম[১২] চাদনা লৈকেনখি[১৩] পাবূক[১৪] পীবূক[১৫] তোয়না কপ লাক্লবনি। পম্বা[১৬] শাথেংনা[১৭] য়াংদৌ[১৮] লম্মূক্লা[১৯] চীঙ্খোং[২০] লৈমা অনীনা বারবা খোংফমদা শমজি খায়[২১] থংলেন[২২] মানা মশানৌ[২৩] থি ফংবা কৌবদি লৈতা, শানৌ মানা মথংলেল য়েঙিও উবা কৌবদি ফংদা কয়া-তেংথা-নাওইনা[২৪] চৎলক্লবনি। বানা শাংনা কুম্লাং কয়া চংনা শেলোই নোংমাইজিং পঙ্খুংলবনি। অদুবু অবাবনি! বাবমখৈ বারগা ইউবা চীঙ্খোং পোইরৈতোন তালোই[২৫] হিংমাংনখি[২৬]; নোংদা লাইরেল পাখংবগী মখূত্তা মায়থী ফীরুক খুম ফম্বাল মৈওকপা তাখি। অসী ঙাক্লি, তাইবং ওংবা[২৭] কনাগী নীংবা থুংবা লৈ! মালং-তাবা[২৮] কনানা নুঙঙাইখিবা য়াওবগে!

অসোমদনা পোইরৈতোন খুম্হোরক্লে তাবদা অঙৌপানবা লৈবা য়াদ্রে, অবাং পাংনা চেনখৎখ্রে। নোংদা[২৯] লাইরেল[৩০] পাংখংবা লাম্নেকউরে। অবাৎ-ফাৎলৌ-

১ চহী। ২ চহী মরোল। ৩ খোংনা চত্তুনা। ৪ ওংনা লৌবা। ৫ ঈছৈ ছুকপা। ৬ পেনা খোংবা। ৭ ছক্লে। ৮ পোইরৈতোন-না খুম্হোরকপদা থাবা লা। ৯ পোংনাউতানা খুম্থিরকপা লা। ১০ খূম্হোরকপগী বারী। ১১ পিগা কোম্লবা। ১২ লৈ মতম। ১৩ লৈ কেনখিদুনা। ১৪ মপা ওইবা মবুক। ১৫ মমা ওইবা মবুক। ১৬ কৈ। ১৭ শা থেংনদুনা। ১৮ লম্বী। ১৯ লম্বী মাংদুনা। ২০ পোইরৈতোন। ২১ কায়নদুনা। ২২ মপুরোইবা। ২৩ মনাউ নুপী। ২৪ কপ-লাউদুনা। ২৫ নুপী। ২৬ হিনা কায়নখি। ২৭ মীওইবা। ২৮ পোকপা। ২৯ নোংদগী তারকপা। ৩০ নিংথৌরেল।

লাইমকোল[১] মীরা-নমু পোংথোক্লম[২]-দগী পাখংবা হনজিং[৩] চীংমৈ[৪] ইন, লিলৱাই[৫] ঈরম[৬] তৌরৈনা[৭] কংলৈ সনাপুং খুনকুম্লক্লে[৮]।

কংলৈপুং ঙসিদি মীনা পারে, পাথোক্লে। মীগী মীরাউখোল্না[৯] মালং নোংলম[১০] তূনা নিনখ্রে। য়েঙঙু য়েঙঙুবা মায়গৈদা মী, মীনা পুমথল থনখ্রে। কাংলূপ মীপোম[১১] হৌরে, মীরুপ মীথক[১২] কারে। করিনা ! নোংদা লাইরেল পাখংবা মশাগৈদা পুদুনা লাকপা নত্তে। অৱাং ফাৎলৌ লাইমকোন্দগী কংলৈ সনাপূং ফাওবদা লৈরিবা চীংলম[১৩] পূম্বা থাংবায় মৈচুনা[১৪] লোইগা নাইগা[১৫] খোম তকথরকপনি। ইউৱা চীঙ্খোং পোইরৈতোনসু মপাম ইউৱা লমখৈদগী কংলৈ সনাপূং ফাওবদা পাঙ্গল-উকায় পাক্তক্লা[১৬] লোইগা নাইগা লৈরিক লৈরাক থন্না[১৭] খোম তকথোরকপনি। হান্না মবুক থল্লবা সনাপুঙঙয়োন্দা অচৌবা মীহৌ[১৮] অনীনা পাশিল্লক্লবদা করি ওইবা হৌনৈ ! মীনা থক্লে, পারে, পাথোক্লে।

লূৱাং গুরু পুন্সিবা শেলোই লাঙ্গোল চীংমায়দা হীরী কোন লাইরম মংদারিঙৈদা[১৯] মীগী মীনিল মীরাউখোল তা মিৎপাংলক্লে, লৈনা য়েংলক্লে, তৌরিবা মওং অদূ উরে। হি: মাংবা তারেনা তৌরিবসীদে খল লাউথরক্লে।

গুরু : লূৱাং ইপাচাশা তাৱ্রা ? ঙসি কৌবা নোংসিদি ঐখোয় থোকহৌদ্রবদি কংলৈ ঐগী সনাপুঙঙয়োল পুম্মাং মাংখিবা তারে। নখোয় পূন্নমক লোইরো ঐখোয় লাল থোকপা তারে।

গুরুগী য়াথং তারবদা লূৱাং শাগৈ হৌরে, লোইরে। গুরুনা লমজিংদুনা লানফম ময়াইদা থুংলরে। লানফম য়ৌরবদা গুরুনা নাপাক অনী য়েং লাউরক্লে।

গুরু : ঙসি কংলৈ মানা পোম্থা ওই লান্সিংনরিবা নিংথৌ পূন্নমক ! পুন্সিবা ঐগী ইৱাসী মুন্না তারগা তিল্লাং অমুক্তং থকয়োৎনা পায়মা ৱাখন্নৌ। খুম্থি-লৈথিবা তাইবং ইথৌদাংনি। শয়েং-পাম্বোম ঙানবনা তাইবং ঐখোয়গী ঐঃনা পোকপনি। ঙানদফদে লৈবা নত্তে। মালং অমত্তদা

---

১ অৱাংদা লৈবা নিংথিবা লাইগী মরোল। ২ মীপোং থোক্লফম। ৩ চীংগী মিং। ৪ চীং মমৈ। ৫ ঈরিল তূরেল। ৬ তূরেল। ৭ তোরৈ মতৃং ইন্না। ৮ খুন কুম্লক্লে। ৯ মীনা লাউবগী খোল। ১০ নোংথক নোংখা। ১১/১২ মীগী তাংথক। ১৩ চীংগী লম। ১৪ লাল তৌদুনা মৈথাদুনা। ১৫ লানফাগা মীনাইগা। ১৬ পাক্লা তক্তুনা। ১৭ মশীং নাইদনা। ১৮ মী হৌরকপা। ১৯ লাই নীংশিংঙৈদা।

> ওং মালেম অমত্তদা তা কোরৌ অমত্তগী মখাদা পান লৈমিন্নরগা ঈথি-ঈতান্নবা[1] হৌনদে। ঙসিদি ঈতানফদে। লানপা লানকোক অনী চোংথোক্লৌ, নপাঙ্গল নপাঙ্গল চাংয়েংনৌ, নরৌশিং নরৌশিং পাদম্লৌ। অহেনবনা পোষ্টা ফংগনি, কংলৈ নিংথৌ লুচিঙ্গনি। ঙসিগী লানফম অসীগী লানপুরেন্দি খাবা-অঙৌপানবা অনীদি থোক্লে; অমনা মখুভম লেপ্লা ঙমদা ইউরা চীঙ্খোং পোইরৈতোন লান্নেক-উবনি; অদুগা অমনা মখুভম ঙাকপা ঙমদা নোংদা লাইরেল পাখংবা কৌথরুবনি। অদুনা ইচুমা[2] পাখংবগা ইচুমা পোইরৈতোনগা অনীনা লানপু তারে। অনীনা চাংয়েংনফম থোক্লে। পুন্সিবা ঐনা ময়াই লেপ থৌরম পরিং মা রায়েল পাউপীনগনি। লমথোইনবা[3] য়াও ঐগী রা তাদ্রবদি নাপাক অনীগী অঙম্বদুগা লুরাং ঐগা থাংরায়-তারায়নবা[4] তারে .......।

গুরু মপাউ তাবদা নোংদা লাইরেল পাখংবা, ইউরা চীঙ্খোং পোইরৈতোন-অথৌবা অনীনা-ফজৈ থাগৎনরে; গুরুগী রায়েল অদু য়ানরে।

অথৌবা অনী চোংথোক্লরে। সূক্কী সূক্রম, তাগী তারম, থাংগী থাংলম, নুংগী নুংলম য়েংনরে। অমনা হেন্দে, অমনা তাদে; অমনশু তাদে, অমনশু হেন্দে - মান্নরে। হৌজিক্তি করি য়েংননি?

চরৈ[5] খ্বাংলাক চেৎনা শেৎ অকনবা অনীনা হাও মুক্লা লংফাই চল[6] কোন্নরক্লে। অঙকপা লানবানি। পুঙ্গোই অমদগী পুঙ্গোই অমা কা, অদুদগী অমা লান শান্নরক্লে, তুনদ্রে। অনী অদো নিংশো মৈবা চিংনরক, হকচাং হুমাং পূমচোৎনা[7] চাইরেল পুনজাউ ঈহৈনবদু[8] মঙায়রে। লৈনবগা লংনবগা, ফুক্লবগা কাওনবগা অঙকপগী মুক্লানি।

খয়ুম মাগী নোংদম্না পাখংবগী মরায়বক্তা কংলৈ ফম্বাল তমখিবনা ইউরা চীঙ্খোং পোইরৈতোন তুরে। লুরাং গুরু পুন্সিবা পাখংবা নিংথৌ মকোক লাউথোক্লে।

ঙসিদি কংলৈগী হরাউবা নুমিৎনি। হরাউবদা নত্তে, য়াইফবা নুমিৎনি। নোংখোং কুংনা সূক্লা নেম্না হৌবা নোংনা খংহৌদনা তাকখিবগুম অকিবা ফংনা হৌরম্বা লাল

---

১ ঈ থিবা ঈ তানবা। ২ মমান্নবদা কৌনবা অরুবা মিঙৌ। ৩ লম্মোনবা। ৪ লাম্থেংনবা। ৫ ফি। ৬ মুক্লা ফিপায়নদুনা। ৭ পুনচোৎ চোৎনা। ৮ ঈশিং হৈগৈ হৈবগুম।

পুন্সিবগী কংলৈ-য়াইফ-নীংবা পূকচেন্দনা ঈরিক[1] অমা তানদনা লোইনরে। নোং অদুগী য়াইফবদা নত্তনা মৈত্রবাক মমী তমখ্রে।

লূৱাং গুরু পুন্সিবনা নোংদা লাইরেল পাখংববু ফম্বাল লাইজা ঈখিক্লে; ইউবা চীঙ্খোং পোইরৈতোন্না মৈওক্লে; নিংথৌ অতৈনা ফম্বাল থৌগাই পুনরে; নোংদা লাইরেল পাখংবা "অহচী স্নাহিংচী" সোন্দুনা কংলৈ ফম্বাল কা নিংথৌ পূন্নমক্কী য়াম্বা সা পাক্লে।

হৌজিক্তি ফুরুপ শাগে নাইনা লৈবাক চোংথোক্লে। শাগে শাগে চারৌ-মৌরৌনরক্লে। নোংম-নোং ঈতিন-ঈরোন্নরক্লে; মৈত্রবাক লৈতারক শাগে পূন্নমক লৈতা-নুং-দানা পান্নরক নোংম-নোং অকারম তন্নক্লে।

পাখংবনা ফম্বাল কাওঁে মৈত্রবাক্কা মরূ হুনবা নোং পোইরৈতোন্না ফম্বাল মৈওরুখিবা মৈ-শেং মাগী পোকফম হৌজিক শেলোই চীঙ্খোংদা চাক্লিবা মৈফম সীনি। ❑

*(ঙাঙ্গোয় পরেং -১৯৪৯ দগী লৌথোকপা।)*

---

১ ঈ মরিক।

# খোংনাং হোগায়বী

মী তেংবান-মপুনা মিতম্নে[১] মী কৌই। মা পোকপা নুমিত্তা মপুনা নোকফেৎ তৌজখি। "মালেম খুনবান-লৈপান য়ারনি; ঐগী তিক, ঙল, ঙাল পুবা ঙম্বা য়াওরে; মালেম ইখুৎশেম নুংশাংবা তারে" হৱাউ মোমোন-মোমোন নোক্লুনা মাগী তিক, ঙল, ঙাল সুনা খূবাম চাউনা চাউনা মী মঙোন্দা মহাক্না কুবিখি[২]। অদুবু অঙকপনি মীওইবা! নংনা কুবিহৈবা[৩] মাবু তনকাউ কাউথোকই, মাগী পৌইরৈ[৪] য়েংনা চত্তুনা মালেম লৈহোং-লৈচাউনা, লৈতানা পান্নিঙঙাই থৌরাংব্রা হায়ববু ঐ: হায়বা ৱাখন্না মাংওইনা লম্ফে হেক্তা মচৎলি নহাক্নে। লম্ফেরুবদা নহাক্না সাথিবা পোলোই কয়াশু থেংনরক্নে, অদুবু তন্না হেক্তা মকাউথোকই নহাক্না! ওহ্রোক্রুশু কাউজন থী মীওইবা নহাক্নে!

চানবিহৈবা মপুনি। তাইবং মানা লম্ফেরকপনা মাগী পূক্লিং ৱাখি। "করম লমজুমসিগে নহাকপো!" সোল চীং, নূং, উ কয়া কয়া খিল্লি, য়ুঙিঙ; মখোই মমায়দা য়েক্লাইদবা ৱারক-লাইরিক কয়া কয়া চীন্নাইদবা খোর্জেনা ইদুনা থম্মি মহাক্না। অৱাবনি! নাপল্লবা মালংপাল, নংদি হন্না মক্তা য়েঙভুদে। ফন্না ৱাঙিঙ তাইবং নংগী নাপল!

তাইবং কন্নাগুম্বগী খূখা নূং, উ ফংলবা হন্না হন্না পাই; লৈরোল চনখিবা ফাওবা থিদুনা হন্দুনা পাই। করিনা! মখোয়দু মীগী খুৎফম্নি; মী নংগী নাপন্না মশরুক অমা মাবা য়াই। মালং-নোংলম কৌইবা মহাক্কী খূখা নূং, উদি পারুদে, পাগেশু নীঙভুদে। করিনা! ঐ-ৱাৎপা[৫] নহাক্কী ঐচন্নিঙঙাইনি[৬]। পামুই তাইবং নংনা লম্মুরুখিবা।

মপুগী খূখা উ মরক্তা শগোলবন্দগী লমখৈদা নম্বুল-খোংবাল-ওংবা উ, কোলোয় মাগী হোগায়বী শীংথানিঙঙাই অমনি। খোংনাং মঙোন্দা ইরিবা ময়েক

---

১ মমী লাক্নে। ২ পীনখি। ৩ চানবিহৈবা। ৪ মঙং। ৫ ইশা নীংবা। ৬ নাপল কায়নিঙঙাই।

অহমগী বারকলোন[১] হো-গায়-বী-মালেম মাগী য়াইফনিঙঙাইদা খঙ্লুবা মপুনা তাইবং ওইবা নহাকপু করি পাউতাক্কে তৌরিবা পাসি লাও !

চীন্নাইদবা খোর্জেংগী য়েক্লাইদবা লাইরিক্কি। অদুবু ময়েক কয়া লানা তারিবা—

১

ঙসিদগীদি চহী চনীয়াইখ্রে খরা কল্লে; মৈতৈ কংলৈপুংদা নিংথৌ অমা পানখি। মাবু মৈদিঙঙু পায়খোম্বা হায়না কোলোয়নৈ। মানা খুমন পুংদা লান্দাঙে খুমন-চীথ্লোং[২] ওংজবী খোয়জি-মিহুল-লাংলবী নুজা অমা মাগী শক্তম নীংথিবা উবদা নিংথৌ মাগী লৈমগী লানঙম-মায়োক[৩] ওইনগে পুরকখি। মকুম মতম্না ওইরক্লবদা নুজা মঙোন্দা মমোম অমা শাৎখি। মহাক অসে কুপ্লোয়নবা[৪] লৈরাংগুম লূনা হেন্না লৈপুং ফানা শাচ্চবা অঙাংনি।

মীওইবা ফজবগী লোয়ীন্নি[৫]। খয়ুম মাগী নোংদম্না নাইসিং চল্লবী মমাগী পীবুক্লুংদা লৈরাং মানা লৈমি তম[৬] নাইকোন্নুংদা[৭] শাৎলবসু মাগী লৈওং লৈতা, লৈশক লৈচুনা মীপুম খুদিং ঙাইওইনরক্লে।

লৈমনিংথৌমক্লা ঈরান্নি হায়বা কাউরে। লৈমকোন্দা মনীং তম্না হাইনা হুন্না পাল্লক্লে। ফজবনা ওইদবা করি লৈ !

নিংথৌ অসী মপারী মমোম শাত্তে। নিংথৌ-লীকখম্ফদে খল, লৈবাক মরা তা মসানৌ-কোন্দা হুনবা মপারীনা পীবুক্লুংগী চাদা সা[৮] লৈ ! নিংথৌ মাগী পারী রাঙ্গোন্নিংথৌ অসীশু হায়নঙাই লৈতনা নীংথিজে, পানাইদবা[৯] শকফমনি।

অঙাং অনী অসী থংম-নাউমনি। রাঙ্গোন্নিংথৌনা হল্লবদা কোরৌ শীংবুম খরদংদনি। অনী অসী লৈম-কোন্দা লৈম-নিংথৌগী কবোক ওই হৌমিন্নরক্লে। কুম্বান-লাংবা[১০] হৈরাং লৈরাংনা হৈরেপ-লৈরেপ তানবগুম নোংমনোং হম হম চাউরক্লে।

ছৈছক-ছৈরোল য়াম্বা মতমনি। ছৈথাং অমা লৌরক্লে। নাউবা ওইরিঙৈগী শান্নরোয়[১১] অঙাং অনীদো মথোক-কাবগীনা নুংশি-চান্ন-খোয়দারোয় ওইগদৌরে।

---

১ বারক-লাইরিক। ২ নিংথৌ শাগৈ। ৩ লাল ঙম্বগী খুদোল। ৪ মতমগী ওইবা। ৫ থৌগল। ৬ লৈশক তমদুনা। ৭ মীনাই কোন্দা। ৮ মচা অপোকপা সা। ৯ মপা লৈতবা। ১০ মতম মপাল চাবা। ১১ শান্নমিন্নবা মরুপ।

করিগী ওন্দনিঙঙাই লৈ ! লৈরাং ওইবসিংনা লৈহী অথেল লাংজবা খোইমু ওইবসিংন মবুক পেন্না থকচবা মতম মানা তেংবাংবা মালং মাগী মালংচৎনি। ঙরাংগী অঙা অনীদো ঙসিনা নুজা পাখং ওইদুনা হৈরাং হৈজামিন্নসি, লৈরাং লৈচিনমিন্নসি রাহৌনরক্কদৌরে। হাগনু, মালংচৎনা অমনি, চ্যোকশিঞ্জৌ, মীরমচৎনা অমনি। পুন্সি পিখন্নগনি।

নোংম কৌবা নোং রাঙ্গোন্নিংথৌনা খূমনচনু য়েংদুনা হায়রকই —

রাঙ্গোন্নিংথৌ ঃ নাউরা মংলানগী শান্নরোয় নহাকপু, ঙসি ইশানৌ হায়না রাহৌগে ইশানৌ নংবু তাবরা ? রাঙ্গোন্নিংথৌ ঐহাক্কী থম্মোই মেন্দদুম ফম্বৈনা[২] লৈরম্মেদো নহাক্তে। কংলা-মেনগী নাপ্পদি য়ারোইদর হায়যুদা ?

খূমনচনু ঃ নোংদমথীবী ওইবনা মাঞ্জা হায়না পাউখুম্বা ঙমখিদ্রেকো রারৌনু নাইসিংচনবী ঐহাক্কি, লৈবাক রারে থাঙ্গনি, নাউরা নুংশি শান্নরো নুজা ঐগী খোয়দারোয়[৩]। পায়মা নুংহাগনু[৪] হয়েং নুংশি নুংখন্না পুন্সি পিখন্নগনি।

রাঙ্গোন্নিংথৌ ঃ শানৌ, করিনুংগী পায়মা নুংশোয় নাইবগে। ঙসি কৌবা নোং পাখ ঐনা শয়ীরী,[৬] করিগুম্বা নোংদা নুংশি নংবু থারবা কোরৌ মাগ কাপথরাং নোংদোন মাগী হুম্ব্রাং[৭] রায়েল চৈরাক পীসনু।

রাঙ্গোন্নিংথৌ ! মতম লৈরি হাখিনু। লৈবাক লোনচৎ নীংসম্খো। মীরমচৎন খূমনপুংগী সনা ঈ মৈতে নংগী পূংদনা মীনাই ঈ, নংনা ককপা ঙমব্রা ? মীরমচ অদূমক্কা, কাউগনু, লৈরাং লৈপুং ফারে ফাফদে, হৈরাং হৈপুং ফারে ফাফদে। মালংচত্ত চুম্নবসু মীরমচত্তা লাপ্পগনি, তিল্লাং থকয়োৎনখো, নামতা য়েংবা মিৎয়েংনা পুন্সি অনী পিখম মাংমিন্নবা পামুই।

নুজা-পাখং অনীদো নুংশি-লাইজ-ঈচেলগী খোংবাল নাক্কা য়েংকা ওই লৈরা লোঞ্জিনমিন্না হৈরাং লোঞ্জামিন্না লৈরক্লে। মালং মাগী মালংচৎ মীরম মাগী মীরমচ য়েংব্রা ? তাউজিং হৈন্দে পনখ্রে, খূমনচনু খোয়জি মিন্থুন লাংখ্রে। করি থোক্লগবা।

---

১ ফম্বাল। ২ ফম্বৈ ফমদুনা। ৩ নুংশিজবা মরুপ। ৪ পূক্লিং হাগনু। ৫ নুংদা লোই ৬ রাশক্লি। ৭ নোংমৈ শীংজং।

লৈমনিংথৌ তারে, অৱাবা পন্দোন লোম্লবে। কবিনা। অনীমক লৈমনিংথৌগী থৱাযনি। অদূগী থক্তা অঙাং মমন খংলবা মখোযনি। অনীদুশু পীবুক্লুংগী মিতম্লিবা[1] অঙাংশু অমত্তা মাংবা ঙমদবা মখোযনি। লৈবাক্কী লোনচৎ পনখৈ লানবদি য়াদে, লান্নিঙঙাই পাঙ্গনশু লৈতে। নাইকোল ওংবী নুপীনি, অদূগী থক্তা নিপা নুপী অনীমক যুম্বান মতম যৌদ্রি, চহি কুনগী মখানি। লৈবাক যেংবা লৈবাক্কী যুম্বান মতম তাঙ্খক যৌদৌবা কুমজা কোঙ্গায় কোঙ্গায় ৱাৎনবি অনীমক।

কুইনা লোৎপা যাবা থবক্তি থোক্কে। মনিল খিত্তং নাইবকপদা লৈবাক্কী ঈথিল চঙঙক্কনি, ৱাঙ্গোন্নিংথৌ ফমদাগনি। মানা লৈত্রবদা পাযখোম্বনা নিংথৌ লিক্লাং-লিকখোম[2] ওইবা তাবে, মৈতৈ কংলৈপুং কাংখোং চাইবা তাবে। মনুংচনবা অঙম্বা থবগা নাপচিক্লা পাউশিন্না লিন মাসু শিনবা চৈ মাসু তেত্তনবা লৈমনিংথৌ অনীনা থৌওং অমা শীনখরে। খূমনচন্নু থাঙ্গাল চীংদা থৈখবে। ৱাঙ্গোন্নিংথৌ মিশেল লাঙ্গোই চনখবে।

মতাং অসী ফাওবা কোলোয মিংলোৎনা লাক্লিবা অনীসে অতৈ কনা কনাশু নত্তে, ৱাঙ্গোন্নিংথৌ মহাক্না তুংলমচৎকী মৈদিঙঙু চবাইবোংবনি। শানৌ মহাক্না চবাইরোংবনা ৱাঙ্গোন্নিংথৌ ওইববাই নুংথিল ওইবা মতমদা খোংদাই মিত্তাই হাযদুনা মৈতৈ পুয়াসুবনা কোবৌ নুংশেল চাইবী (কোবৌ নুংথিল চোইবী) হাযনা কোলোযনখিবী পামহৈবা পোকপী নোংদম-থীবাদূনি।

লাইবকচাউবী অসে ঈচম নত্তে, খূমন চীঙ্খোংনি, শাপম-চন্নুনি। মাবু পোকপী পলেম্মা চেংলৌ শকৱাৎ লম্লবা[3] মহাক নাইকোল ওংলমগদ্রা। খংদে। লৈবাং মানা লৈচু পাল্লমদ্রবা[4] থাঙ্গাল চীংদাবমগদ্রা[5]। অদূশু হাযবা ঙমদে। মৈতৈপুংদনা নাই-নি, থাঙ্গাল চীংদনা লোই-নি খূমন পুংগী সনা-ঈদো। অঙকপনি মীওইবা নংগী লাইবক।

২

খূমন-চন্নু লাইবকচাউবী থাঙ্গাল-চীংওংনা[6] মপাবী অমা ফংলে। মহাক অসে তুংলমচৎকী মৈদিঙঙু পামহৈব-নি। মপাবী চেংলৌ যেংদুনা মতম খৱদং নুজা মাগী অৱাবা শেনফমগুম তৌরে। অদুবু কযা কুইনিঙঙাইনো। অৱাবদা মোনখাংনা পীবাংদগা

১ মক্ষ ছল্লিবা। ২ অবোইবা নিংথৌ। ৩ মশক থীবম্লবা। ৪ লৈচু ফজবমদ্রবা। ৫ চীংদা তাবমগদ্রা। ৬ চীংদা লৈদুনা।

তায়োন্না লেল্লু তন্নবী নুজানি। মপারীনা চাউরক চাউরক্লগা অহোই অহোইননা ৱাবদুম হেল্লক্রে। "নোংদমথীবী ঐগী খোয়জি-নাপ্পয়ান শাৎপনা নারক্তা ইচাবু পুঙ্কি নারোই-নাখন্নবা[১] তারব্রা" খুদাং পিফম নাই ৱানা লেলক্রে। লোন্নায়দবা নুংগী অৱাবা য়াখোং থূন্না থম্মোইগী ঈ চুপ্পা হৌরক্রে। লাইবকচাওবী হিংলখিগদ্রা! হিংখিনি, মপারীগী তাফম অমা খংদ্রি। কোঙ্গোই অসীনা তৎত্রিমখৈ ওন্না থোইনা খাঙ্খিনি। ঙমদ-ঙমদ্রগা পারী কোঙ্গোই ঙকথুনা তারগদৌরিব্রা! তারোই, মাংহৈদবা মপারীনি।

ৱাঙ্গোন্নিংথৌ খন্দ্রা? খন্নি ৱাদ্রা? ৱাই। কপত্রা? কপ্লি। অদুবু থৌয়াম্বা, থৌজিনবা নিপানি। নোংমা কৌবা পুন্সিগী পূঙ্গোয় অয়াম্বা থৌগী ঈচেলগা থৌরোয়না তাউদুনা থৌবাং থিরকপনা পোথানিঙাই লৈ। অহিংগী তাংলৌদা খাইন-মৈশা লাং তূম্নাইদবা মোল্লাং তায়োন্না ঙহাক কপ্পি, মমা লৈমনা পিনপ্লে,[২] কপ্পা য়াদে। ... ... নুংশি মাগী শক্তাম্নক্রে[৩] পামু মাগী পিদাম্নক্রে[৪]। ৱাঙ্গোন্নিংথৌ, অমম-অঙাল খায়বা, অচুম-অরান য়াৎপা মিৎলম-চামা-ফাংবা মালং-নোংলম মপু-লৈ, ৱাশক কাউফদে!

মৈদিঙঙু পায়খোম্বা নোঙ্গাখ্রে,[৫] চরাইরোংবা ফম্বাল লাংলে। মশানৌবু পুমকাউ মকাউরব্রা! কাউদে। নিংথৌ ওইবা অৱাবনি। মাদি লৈবাক্কী ৱায়েন-চৈনি, চানিঙিঙ, চানিংফদে, চানীংদে চানীংদফদে, নুংশি নুংশিফদে, নুংশিদে নুংশিফদে লৈবাক মাগী লোনচৎ কায়ফদে লৈবাক মাগী পোইরৈ ইন্দফদে, নিংথৌপন্না[৬] পল্লে। মী-চরাইরোংবা নিংথৌ- চরাইরোংবগী পোইরৈ ইল্লে। নিংথৌ-ঙম্বা অঙম্বগী ৱারক হূইগং থাংলে। "নিংথৌ ননীং চৎফদে, পারম পূরম কায়ফদে, লৈবাক মাদা য়োনফদে, তূংগী চারোন্দা লম্ফে উৎফদে" "মীওইবা অমগী পুন্সিদি মদোম ওইবা নত্তে, মাংলম তুংলম অনীগী অকা অকূন্নি" তত্তনা পাউমেল্লক্রে কোরৌ মশীং য়ান্না উরবসিংনা[৭]। মশানৌ লৌশিনবা য়াদ্রে, মপারী কোন্সিনবা ঙমদ্রে। মী, অসী উনা উনা ঐঃ মহায়রি!

নিংথৌ চীংবুরোই[৮] কোয়রক্রে, মপারী শকখংনরে। লৈবাক মাবু কিব্‌না "হাও মচানি, নুংশিদুনা য়োক্কে তৌবনি" পুরক্রে। মপা নিংথৌগী কোনুংদা তুংলমচৎকী মৈদিঙঙু পামহৈবা হাও!

---

১ নারক্তা লোইবা নারক্তা থম্বা। ২ পি নপ্তুনা থৈন্নে। ৩ শক কাউশিন্নক্রে। ৪ কপ্পা তামসিন্নক্রে। ৫ শিখ্রে। ৬ নিংথৌগী পন্না। ৭ অহল ওইবা শিংনা। ৮ চীংগী লোইফম।

অসী নোংদগী নিংথৌকোন্দা হাওমচা লোইশং লিখ্খ্রে। খয়ুম কনাগী খুজিন্না মৈতৈপুং নংগী ঈশেংনা ঈমাং সাঅ্রবা!

খূমন পূঙ্গী সনা ঈ[1], মৈতৈ-পূঙ্গী মীনাই ঈ,[2] থাঙ্গাল চীঙ্গীনা মৈত্রেম্না খূমনপুংদা পোম্লে, মৈতৈপুংদা শাৎলে, থাঙ্গালচীংদা লোয়য়ু তমগ্রবোই! মপারীদনা কোঙ্গোই হৎলাক্লা ফারম্বনি। মাগী হিংনিঙঙাই করি লৈ! খূমনচনু লাইবক চাউবী পুন্সি পিখম্নরে, পুম্লোই লোইরে। আঃ কেল্লবোইদো নহাক্তে ইনুং পূঙ্গোয় লান্দনা।

চরাইরোংবা মীনি। মাগী থম্মোইদি মীগীনি। নিংথৌ পন্না কনবনা মশা মনীং তম্বা ঙমদ্রবশু থম্মোইদদি নুংশিববু নুংশিবা ঙম্মি। মশানৌ মাগী নোংদম-থীবী, নাউবা ওইবা পুন্সিগী শান্নরোয় মথোক - কাবা মতমগী চান্নরোয় নোংদম মাগী থীবনা সনা-ঈনা নাইওইবী, লৈমাওইনা লোইকুম্বী, তমগী চেক্লানা চীঙ্গেইনা[3] পুন্সি পিখম্নখিবী নীংসংলক্লে, হীক্লা হীক্লা কপ্লক্লে, নুংগী মৈচাক মৈশা পান্দা ফাওরক্লে, অৱাবগী শেনঙমদবা পুংফমদা; নীঙঙমদবা থম্মোইনা হীক্লা হীক্লা তেংথারক্লে অদুঙৈ —

চীংদা শাৎপা ইঙেনলৈ,
চিন্নদনা কেনখিবা
কল্লকইদে,
হা কল্লকইদে,

মশানৌ লাইবক-চাউবী মথংলেনগী তেংথাখোল তাবদা কোৱৌ নোংমদোল -থক্তগী লৈচিন-ফীরুক হাংদুনা নুংশি-ৱারৌ-পুক্লৌনা খোন্নাইদবা মরোন্না ছেংখুমজরক্লে।

ঐনা কেনগে কেনবরা,
মালংবনা হুম্বগী
কেনবনিদে,
হা কেনবনিদে!

নিংথৌ থম্মোইখোন্না চাকখ্রে, নোংদমথীবী মহাক্কী খয়ুম মাগী নোংদম্বু নীংশিংনা[4] মথংলেন ওইবা মহাকপু ঙাক্লিঙঙাই ওই ছেহল্লক্লে।

---

১ নিংথৌ মচা। ২ মীনাই মচা। ৩ চীং কোইদুনা। ৪ নীংসংদুনা।

মালং ঐদি কদৌগে
লৈরাং লৈখোক লোইবনা
কেননবনিদে,
হা কেননবনিদে।

চরাইরোংবা লৈরাং লৈরাল[১] লৈরোয়নখিদ্রে[২]। অসীনি তাইবং মালংপাল!

৩

মৈদিঙঙু চরাইরোংবগী পুন্সি পম্বুঙঙমদাইনি। তুসূক[৩] হাওঙাওরক্লে। নিংথৌ মশামক লান চত্তবা য়াদরে, চৎলে। পুন্সিগী অরোইবা লান-নি, লানশু ঙম্লে নোক্লে, খেরে, পুংগা শেনগা য়ৈ কোনুং তম্লক্লে। পংনা পাল্লি তাইবংপাল! মথংগী মিকূপ্তা করি থোক্রগদৌরি!

নিংথৌ মাগীদমক্তা হোগায়বী কোলোয়নরবী খোংনাং মাগী মখোংদা চরাইরোংবা নমঙানা[৪] পোখারে। মাগী অরোইবা মতম লাক্লে, মানা লংজনিঙাই অচুম-অরান-য়াৎপা মপুনা কোরৌ মাগী কাপথরাং নোংদোন মাগী হুম্ব্রাং থাদরে।

চরাইরোংবা লৈরাং মৈচুরুনিঙঙাই পুন্সি মাগী মৈখম্নরে[৫]। অঙকপা মপুগী ঝায়েন্নি। লম্ফে মাগী তায়োন্ননিঙঙাই উপাল মানা শীংজং ময়ালাং[৬] উরাং[৭] খাইবোক-তা ফাউখি থীরবা মিংনা হো-গায়-বী। নীংথিজদরা মপুগী খুখা উ, ফজদরা চীন্নাইদবা খোর্জেংগী য়েক্লাইদবা লাইরিক্কী মরোল—

(খোংনাং চরাইরোংবা থাগোন্নরুবনা[৮] শীংজং য়াতম ওই[৯] উরাং খাইবোক তাখি। ছকঙমদবা মপুগী থৌজান্নি। উয়োল কংলে কৈদৌনি উয়োল ওইবা মহাক্লি। হান্ন হান্নগী মতমশুম কোরৌ লৈচিন লান্সীংনা[১০] অসুম হৌজখি, হৌজরি খোংনাংদো। অচৎ-অথোক পুম্বদা লীরি মাগী মিথ্নেরোল খোন্নাইদবা মরোম্না, তাক্লি লম্ফেনবা তাইবংদা অচুম্বগী লম্বী চৎনঙাই।) ❑

*(ঙাঙ্গোয় পরেং -১৯৪৯ দগী লৌথোকপা।)*

---

১ লৈ অতোপ্পা। ২ লৈগা মরুপ ওইবিদ্রে। ৩ হাওখুল অমা। ৪ মনমগন্না ঙাদুনা। ৫ মৈশা লাংনা লোইনরে। ৬ শীংজং ময়া চা। ৭ মউ। ৮ মথাদা কোন্নুবনা। ৯ শীংজংগী য়ানঙাই ওই। ১০ লান্সিংনদুনা।

# মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাসগী উৎপত্তি অমসুং বিকাশ

মণিপুর চীংগী পক্লোন্নুংদা চিপক তাবা লম্নি! লমদাংনা লমখাই ওইনা থোক্লুবা, মশানা লমদাইবুং ওইনা তৌরুবা, মওং অনীসিনা মরম ওই ইতিহাসগী ইনুংনা ঙান্দ্রিঙৈ থক্কী মীনা খারোম হাথরকপদসু, তুংইন অমুক খাগীনা থক্রোম হাৎলকপদসু মনীং খর খর অদুম তাহৌই। অদুগুম নোংচুপকী মীনা নোংপোক্রোম হাজিল্লকপদসু, তুংইন অমূক নোংপোক্কীনা নোংচুপ্লোম হাদোরকপদসু মনীং খর খর অদুম তাহৌই। ইতিহাসগী ইনুংনা ঙাল্লকঙৈ মতমদসু অদুমঙায়, থোকখি অদুম্মক অদুম। অদুনা, লৈবাক অসি পীক্লে পীক্লা মীথিত্তদি মহাদেশমক্কীদু মঙোন্দা অদুম সুবদৌনা থোকখি। অদুনোং অনেম অৱাং জাতি উপজাতি কয়াগী অপূনবা কৃষ্টিনা মশাগী অদুম ওই তোপ্তোপ অদুম চৎখি।

লৈবাক্লিনা মশক কন্না নাইবা হৌখিবসি ভারতকী পুরাণগী যুগদনি। বৃহত্তর ভারতকী সুবর্ণভূমিগী অৱাং লমখৈদা তারুবনা হিন্দুগা কন্না শন্নখি। ময়েক লৈখি, লাইরিক থম্বা হৌখি। মফম মতম মওং লোইনা নম আধ্যাত্মিক, মানসিক, ভৌতিক ক্ষেত্র অহুমদা কাবক নীংথিনা চাওখৎনা লাকখি। পানখি তোপ্তোপ নোংপোক লমখৈদা পীক্লা মঙাল চাউনা মণিপুর।

তরামঙাসুবা সতাব্দীনা লোইনিং লোইমাং তৌরকপা অদুৱাইদা মতাংমদা লাকখি বৈষ্ণবধর্ম্মগী ঈথৈ'মা। লাকখি কয়ামসু মথং মথং অদুম। চহী চনীমুক্কী অদুৱাইদদি নিমান্দীনা নিংথৌপনগী ধর্ম্ম ওইরে; হেক থংনবা নিংথৌগীদনা রামান্দীনা লৈবাক নিংথৌ পনগী অদুম ওইরে; হেক মথংগীদা হঞ্জিল্লে নিমান্দী অমুক। লৈবাকনিংথৌ পনগী ওইননি হন্দক্তি। অদুবু গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মনা তন্না চুপশিন মশানা অদুম লৈবাকনিংথৌ পনগী ওইরে। লেপ্লে তুংইন বৈষ্ণব কৃষ্টিনা লৈবাক্তা

মপূং, ওইরে বৈষ্ণব শিক্ষাদীক্ষানা জাতিগী অদুম। জাতিগী ময়েক, জাতিগী লাইরিক লাইশু নিংথৌ পন্দনা লোয়শঙ পুবা পণ্ডিত খরদগী লৈবাক পন্দনা অঁশে অমাই পরেং খরগীদ অদুম ওইরে।

খ্রীষ্টাব্দ ১৮৯১ দা মণিপুর বৃষ্টিশনা লৌই। ১৮৯৩ দা স্কুল লিংঙি। বৈষ্ণব কৃষ্টিনা মপূং ওইবা, বৈষ্ণব শিক্ষাদীক্ষানা মপূং চৎপা, সংস্কৃত বাঙ্গলা কন্না শীজিন্নবা উবদা বাঙ্গলাগী মাধ্যমদা শিক্ষা পীনবা শীনখি। স্কুল লিংবা কুমসিদগী চৎলিবা শতাব্দীসিগী অহানবা শরুক লোইনিং লোইমাং তৌবফাওগী মনুংদা শিক্ষা ফংখিবা মৈতৈমচাশিংদি বাঙ্গলা সাহিত্যদা হৌখিবা, সংস্কৃতকী মনম খরদংদ ওইরবসু ফংখিবা ঙাক্কি। সংস্কৃতকীদি অয়াম্বা মনম খর খরদ ফংনবনি, বাঙ্গলাগীদি চৈগোক্তগী মরোল ওইনা তন্নমল মনুং থীৎনা জ্ঞান ফংনবা ঙাক্কি। মতম অদু বঙ্কিমযুগীয় সাহিত্যনা পুরি। অদুনা যুগ অসিগী সাহিত্য মশক মুন্না খঙবা ঙাক্কি অয়াম্বা।

অমরোমদনা, মৈতৈ ময়েক মৈতৈ লাইরিক চনখি লোইনা লুবাক, চনখি লোইনা টাবু। যুগ অসিগী লাইরিক হৈবা কনামত হৈখিদে মৈতৈ ময়েক, শন্নখিদে মৈতৈ লাইরিক, ফংখিদে অদুনা মশাগী মরোল মশাগী সাহিত্যগী মনম খিত্তফাও। আধুনিক মণিপুরী সাহিত্য বৃটিশ আমলগী অনৌবা শিক্ষাগী অবদান্নি। চৎলি অদুনোং মসিমদি স্বতন্ত্র, লৈতে থোইনা জাতিগী প্রাচীন অমদি মধ্যযুগীয় সাহিত্যগা লৈনভম থোকপা মরী। থায়নঙৈ বৈষ্ণবধর্ম্মগী ঈথৈ'মা লাকখিবগুম লাকখিবনি বৃটিশ আমলদা বাঙ্গলা সাহিত্যগী ঈথৈ'মা। খেন্নবা হায়ববু থায়নগীনা মদোম অদুম লাকচখিবা, অকোনবগীনা থৌওইনা পুশিল্লুবগী বাদনি। ঈথৈমক্তি, মথক্তা অদুম পনশ্রবনি, বাঙ্কিমযুগীয় সাহিত্যগীনি।

## বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

খ্রীষ্টগী কুমজা ১৮৩৮ দা চব্বিশ পরগাণাগী কাঁঠালপাড়াদা পোকই। মপাবুংদি মেদিনীপুর জেলাগী ডেপুটি কলেক্টরনি। চহী মঙাদা বিদ্যারম্ভ তৌই। খুনগংগী গুরু'মদা দশফলা খঙলবা তুং মপাবুং মনাক্তা, চৎলি, ইংরাজী স্কুল'মদা তম্মি। মথংদা ময়ুমদা লৈনা লৈনা হুগলি কলেজদা তম্মি। চহি তরামাথোইনীথোইদগী অঙাংনি, অদুবু মশানা লাইরিক পাম্বনা কলেজগা পানা চতুষ্পাঠীদা সংস্কৃত, বাঙ্গলাসু তম্মি। ১৮৫৬ তা প্রেসিডেন্সি কলেজদা আইন তম্মি। ১৮৫৭ তা ফাষ্ট ডিভিজন্দা

এন্ট্রান্স পরীক্ষা পাস তৌই। ১৮৫৮ দা নৌনা লিংখৎপা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী বি, এ, পরীক্ষা সেকেণ্ড ডিভিজনগী মকোক্তা পাস তৌই। আইন পরীক্ষা থাদ্রিঙৈ ডেপুটি ম্যাজিষ্ট্রেট অমসুং ডেপুটি কলেক্টর ওই। কোন্না ১৮৬৯ দা বি, এল, পরীক্ষা ফার্ষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌই। সরকারগী থবক চহী কুন্থাহুমদোই তৌরবা তুং ১৮৯৪ দা নোংগায়।

বঙ্কিম চহী তরামঙাদগী ইবা হৌই। ম্যাজিষ্ট্রেটকী চিল্লবা পুনশি খোঙফমদসু ইবা লেপ্লা লৈখিদে। মহাক্কী কলমদগী থোকখিবা লাইরিক কুন্থ্রামরিনি। অয়াম্বনা মশক নাইবা ঙাক্তি। মহাক্কত্তি বাঙ্গলা সাহিত্যদা উপন্যাসগী অবদান তৌ, মশাগী যুগ অমা চৎলু লাকপা মীনি। মহাকথং চোংথোকখি বাঙ্গলা উপন্যাস, চৎখি মাগী যুগ অমা।

মহাক্কী কলমদগী থোকখিবা উপন্যাসগী পরেং ঃ—

১. দুর্গেশনন্দিনী,
২. কপালকুণ্ডলা,
৩. মৃণালিনী,
৪. বিষবৃক্ষ,
৫. ইন্দিরা,
৬. যুগলাঙ্গুরীয়,
৭. চন্দ্রশেখর,
৮. রাধারাণী,
৯. রজনী,
১০. কৃষ্ণাকান্তের উইল,
১১. রাজসিংহ,
১২. আনন্দমঠ
১৩. দেবী চৌধুরাণী,
১৪. সীতারাম,

উপন্যাসশিং অসিনা বাঙ্গলা সাহিত্যগী লৈতেং ওইবগুম লৈতেং ওইবা কমলাকান্তের দপ্তরনচিংবা প্রবন্ধ কয়া, ধর্ম্মগী ওইবা কৃষ্ণচরিতনচিংবা লাইরিক কয়া অমসু লৈরিবনি অদুম। মহাক্কী মগুণনা শুম্নাৎলবা বঙ্গ সমাজনা থোনখিবনি অদুনোং মহাকপু সাহিত্য সম্রাট্। অসিদ নৎত্রি লৈরি অমা-থোইথোইবনি, জাতিগী মুক্তিমন্ত্র 'বন্দে মাতরম্' মহাক্না পীরম্বনি। কৌনৈ অদু নোং মহাকপু ঋষি বঙ্কিম।

লৈবাক্না নীংদম মাঙ কাং খোং চাই নুংবংনরিঙৈ হৌখিবনি অনৌবা শিক্ষা। মপু পান্দবগী হৌনবা মীরমগী কর্ম্মচারীশিংনা জাতিগী মর্য্যাদা য়েংদনা মপাম্ভোংগী ঈরাং অমদা বাঙ্গলাগী মাধ্যমদা শিক্ষা পীনবা হেক্ত শীনখিবনি। লৈখা তারবা জাতিগী মর্য্যাদা মশানা অদুম ফুগৎনবা শীঞ্জরকখি। খ্রীষ্টগী কুমজা ১৯৩৬ তনি, জোনষ্টোন

স্কুলগী হোলী'মা গোবিন্দগী থৌগল কায়; মৈতৈরোলগীনি, স্কুলগী ওজা খাইদেম নোংয়াইগা ব্রহ্মসভাগী সভ্য ফুরালাৎপম বিধু খৌম্যগা অনীনা পানখিৎপনি। ফজে, পাল্লি, নুঙাই। লিংখি কৈশাম্পাৎসু মৈতৈরোলগী হোলী। শরুকখি থাংথৈসু হান্না পদাবলি শরুম্বদগী মৈতৈরোল। ওজাসিনা ড্রামাসু মৈতৈরোন্দা শান্নবা হৌই। জোনষ্টোন স্কুলগী সরস্বতী পূজাদা মৈতৈরোন্না পার্থপরাজয় শান্নে, ওজা মশামক কৃম্মি, অর্জ্জুন সাই-পানখি গুরুা লীলা। রাজ সরকারগী এডুকেশন ডিপার্টমেন্টকী সরস্বতী পূজা লীলা কমিটীনসু কৌদুনা শান্নে -থেংখি নুঙাইবা। ডিপার্টমেন্টসু মতুংদদি মৈতৈরোন্দা অদুম শান্নরে। পুত্র পরিচয়নি মখোয়না অহানবা শান্নখিবা। নুঙাইবা অমনা, ১৯১৯ দ সনা কোনুংদা মৈতৈরোলগী গৌরলীলা অমা শান্নে। লৈবাক্কী অপাল অপিল, মশক নাইবা ওজাশিং ঙাক্ত কৃম্মি। শ্রীযুৎমক পূং থোল্লি। পুন্নমক অসিনা পোকখি মতমঅদুগী শিক্ষিত সমাজদা লোনগী ঈহৌ অমা। হিংগৎলো মতানি লোল, লাকখি চহী খরদংদগী মনুংদা কোক্‌নি (Cockney) অমা, জোনষ্টোন স্কুলগী ওজাহন ওইননি, এ, আর, ফিল্‌পথস্ (A.R. Philpath) কৌই। মহাক্না হেক লাকপগা স্কুলসি হায় স্কুল ওইনবা, লোয়ননা মৈতৈরোনগীসু মেত্রিকুলেশন এগজামিনেসনগী রিকোগ্নিশন ফংনবা হোৎনখি। পাম্খি তন্না মরম অনীমক। তুংইন, রাজ সরকারনা নিম্ন প্রাইমারী, উর্চ্চ প্রাইমারী ছাত্রবৃত্তি পরীক্ষাগী লাইরিকশিংগীদি বাঙ্গলাগীদগী ওজাশিংনা অনুবাদ তৌনবা, তৌবদা বেড়া থাংদনবা শীনখি। হায়স্কুলগীনা মশানা ইজবা খণ্ডদে অনুবাদ খণ্ডদে কৌখি। মাসিনা ইনীংবশিংদসু হান্না খর খর ইরবশিংদসু ঈথিল অমা পীখি। পোকখি তুংইন গদ্য পদ্যগী লাইরিকশিং মথং মথং খর খর অসুম-সুম। লেপখি মখোয়না আধুনিক সাহিত্যগী মকোক পরেং। পরেংসিদা য়াওরি উপন্যাস তরুক - মূল লেখ মঙা, অনুবাদ অমা।

উপন্যাস ইংরাজী সাহিত্যনা বাঙ্গলা সাহিত্যদা পীনবনি। অদুগুম বাঙ্গলা সাহিত্যনা অমুক মণিপুর সাহিত্যদা পীনবনি। মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা উপন্যাস অনীদি ডাক্তর লামাবম কমল সিংহগী মাধবীগা ওজা খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহগী লবঙ্গলতাগনি।

মাধবী বঙ্কিমগী দুর্গেশনন্দিনীদা তাংদুনা ইবনি। অদুদা, দুর্গেশনন্দিনীনা স্যার বাল্টর স্কটকী আইভ্যানহোদা তাংবদৌনদি তাংদে। দুর্গেশনন্দিনী হিষ্টরিকেল ফিক্সন্নি, ইতিহাসগী ঘটন'মদা তোংদুনা নুংশিনুঙোলগী বারী অমা ইবনি। মাধবীনা রোম্যান্টিক্নি,

আশ্চর্য্যবাদদা তোংদুনা নুংশিনুঙোলগী ৱারী অমা ইবনি। অদুনা দুর্গেশনন্দিনীনা মওং মচাক তূনা তাংবা, মাধবীনা মচাক্ত মতাংবা মওংদি মশাগী অমা অদুম চচ্চবা অসিনি।

## দুর্গেশনন্দিনী

ঐতিহাসিক উপন্যাসনি। ইতিহাসগী ঘটনা অমদা তোংদুনা নুংশি নুঙোলগী ৱারী অমা ইবনি।

মুগলশক্তিনা ভারত লোইনা খোপ্লকঙে মচি মচিদা পাঠান শক্তিগা হেক হেক ঙানরকপা, মুক্লরকপা মতমগী ৱানি। গড় মান্দারণ নিংথৌরেল আকবরনসু মিতাই নবাব কতলুখাঁনসু মিতাই। রাজা মানসিংহ মান্দারণগী লাল লাক্রে তাবদা নবাবনা তন্না মখুৎ চনখি। ঘটনাসিগী ক্রমদা তোংদুনা কবিনা ঙক্না নুংশিবা নুংশি নুঙোলগী ৱারী অমা ইবনি।

জগৎসিংহ নিংথৌ মানসিংহগী মচানি। গড় মান্দারণ লাল লাকপদা মান্দারণগী নিংথৌ বীরেন্দ্রসিংহগী মচানুপী তিলোত্তমাগা শৈলেশ্বর মন্দিরদা থেংনৈ। উনবগা নুংশিনবনা হানখি। মহাকথং, নোংমা থুননি, মান্দারণ কোনুং মনুংদা পাঠানগী অহিংগী লাল নংঙি। লান্দা থীনা শোকই, অশিবা মতম পাঠান কোনুংদা পুই। মাবু উবদা নবাব কতলুখাঁগী মচানুপী আয়েষানা মথৱায় কৎনা নুংশিখি। লৈমকোন্দা তুমদ হিপ্তনা লায়কন্নবদগী হিংখি। আয়েষা মঙফাওনরবদি নুঙাইগনিদা হায়বা মঙফম অমা মঙদবা ঙমখিদে। অদুবু জগৎসিংহনা মঙ ওই হা ওই ভান লাকুম তৌব'মদা পনখিবা তিলোত্তমা হায়বা মিংফম্মা তাবদা তৌখি মথম্মোইনা থুক্রপ। চিংনরে চিংননা লুপখি অদুবু মাগী প্রেমদা অদুম।

জগৎসিংহ কল্লে মশা। তারে বীরেন্দ্র হাৎখ্রে, লৈমা বিমলাগা মচা তিলোত্তমাগা লৈমকোন য়ৌখ্রে। য়াখিদে সন্ধিগী ৱা, চষ্খ্রে অদুনোং কৈশুম।

তিলোত্তমা মুক্তিগী খুদোং অমা ফংখি, লাইকু অমদগীনি। অদুবু জগৎসিংহগী ৱাখন্দা লুপ্পনা মহাক্কী মনাক্তদুম য়ৌখি। মহাক্নদি কৈসুম চঙলমদাইগী পাউনা লৎনরম্লে। কায়খিবনা মথম্মোই তুখি তিলোত্তমা লৈমায়থক ভান পুম্মাঙ মাঙ, হৌগৎখিদে। জগৎ তৌফম খঙ্খিদে, থায় আয়েষাদা পাউ।

লাকখি অয়েষা। লায়কন্নে, থায় তিলোত্তমাবু মনাইগা মকাদা "লৈরম্মু, পোত্থারম্মু ঐগী কাদা, য়ৌহনগনি নংনা চৎনীংবা মফম।" থিখি মরম জগৎসিংহদা, খঙ্খি মখোয় নুংশিনৈ। জগৎসিংহবু চৎলো, শীল্লগে হায়খি। য়াখিদে মহাকথং। থোকখি তুংইন খূদক্তা থৌওং অমা।

ওসমান আয়েষাগী মতোন্না পোকপনি, মবুংনি। জগৎসিংহগুম মশক মতৌ ফজবা, মতিক মগুণ লৈবা পাখংনি লৈবাক্কীনা সেনাপতিনি। সমাজগী রীতিনা মখোয় অনী মপুনশি খোঙবু ওইমিন্নগদৌরিবনি। আয়েষানা নুপীলক্তা তম্ফা ওইনা পোকপনা ওসমান্না ঙক্না খোয়দাজে। আয়েষাবু জগৎসিংহগী কাদা থেংনবদা ওক্তবী হায়না চৈরকখি। ৱাগী ৱাপা চানা শোহ্নৌদবা মিকুপ্তা "ওক্তবী নত্তে ঐ, জগৎসিংসে ঐগী থৱায়গী মবুঙোনি" খুমখি তরাক, তাখি মতোন "ঐনা পুনশিসিমগী নচল, নহাক্না পুনশিসিমগী ইবুং" ককখি অসুম য়াইফ পুনশি খোঙফম্মা ওইবা য়াবা মপুনশিদা।

লৈমা বিমলাগী থাঙনা তুরে কতলুখাঁ। শিরমদাইনি, জগৎ কৌরে "মুগল পাঠান সন্ধি, শোয়নু, তিলোত্তমা শেংবনি, আয়েষানি ঐঙোন্দা।"

মচাগী পোইরৈ য়েং য়ারে, তৌরে সন্ধি নিংথৌ মানসিংহ। জগৎসিংহ লাকখি বিদায়গী আয়েষাদা। উনদে, মনাই থাদোরকই "ৱারৌবা য়াদে।" মতুং নোংঙানবদা ইরকই, লৈবাক্খি ৱায়দা লুহোংলবা ঐ য়াওনি। ভাবী যুবরাণীগী লীক অমা লাঁঙি, ইখূৎনা ফংনা শিবিনীংই। ঐনা করিগুম্বা শিবা থোক্লবা যুবরাজ, অমুক্তং ৱারবসু ৱানা লাক্নুনা ঐনা যুবরাজগী তমদুনা য়োৎকী উপুদা থল্লিবা পোৎলমশিং লৌরবা শোয়নুসি। ৱাদি য়াম্না লৈ, হায়ররোই। পীনসনু ঈশ্বরনা নুঙাইবা য়াইফবা অপুম্বা যুবরাজগী পুনশি খোঙভমদা। অমত্তংদদি হায়নীংঙি ঐবু নীংসিংলকপদা ঐগীদমক ৱাবদদি তৌগনুসিকো খক।

পত্র পাবদা থুক লাউখি জগৎসিংহগী মথম্মোই। পাউখুম পীফম খঙদে, চৎলি ঙহাক হঙ্গৎহন্দা, ই নঙ্গী পত্রনা শোকই থীনা ঐগী থম্মোই, কাউনু ঐবু নীংথিবী ঙসিমক্তি পাউখুম পীবা ঙমদ্রে, শিদবা থোক্লবা ফংগনি চহী অমগী মতুংদা পাউখুম।

অমরোমদনা, খোঙ্গুল মুৎলুরবা তিলোত্তমাগী খোঙ্গুল ফংলে। আশ্রম্মদনি, শিনিংচিত্তা ফংবনি - মহাকথংগীনি। মাবু মনাক্তা ফংজবদগীদি হিংলে, ফগৎলে

নোংমা নোংমগী। পুরে কোনুংদা পুম্ফ ফরে মশা। লুহোংলে অনী অফবা নুমিৎ অমদা।

আয়েষা লুহোংবা লাকখি। লুহোংবা লোইবদা থেঙজিন্নে ফনা অহিং। অদুবু অদুম হনখি। লৈমা বিমলানচিংবদগী বিদায় লৌরবা তুং তিলোত্তমাবু অচিকপা কা অমদা পুথোক্লগা মহাক মশাগী লৈজবা লীক কোল লোইনা থুগাইদুনা সাবা মণি পরেং অমা মখুৎমক্তা শিবি। শিবি শিবিনা হায়রকই, লীক্লে খক থাদোক্কনু, ঐগী ইশক য়েংবগুম য়েঙু। ঐগী ইবা ইপাউ যুবরাজদা খক হৌদোক্কনু, হৌদোক্লবা ইকোক চাবা শকউ। চৎলো নবুঙোনা খৌরাংলম্মনি, ঐদি উন্নরম্মরোই, য়েৎপদৌনা থোক্লনি। নুঙাইনা পাল্লু, নবুঙোদো মণিনি, চেৎনা নথম্মোইদা লাৎলু। অতাঙবনিকো খঁঙু। হায়না হায়না মমিৎ মিৎলু অনী পিনা থুমখি, শিন্থখি চদুম চদুম পি। কপখি তিলোত্তমা, ওকখি প্রেমগী পিনা আয়েষাগী পি। তিলোত্তমাবু চিংনা য়েং খনখি আয়েষা উনগোয়নুং "ফনা ঈংঙি শক্তমসে, ঈংনগনি রাজকুমারনা মথম্মোই। ভগবন, রাজকুমারীসিগী সেবানা রাজকুমারনা মপুনশি চুপ্পা নুঙাইনা পানবা ওইসনু।"

আয়েষা য়ৌরে মশাগী কোনুং। অহিং ওইরি' তূম্বা য়াদে, চাকই মথম্মোই প্রোক প্রোক। পুঙমদে মথৱায়। শিরসিরা খল্লুবোই মখুত্তগী খূদোপ'মা লৌথোকই, হূগীনি। হেরা নুপীনবো, করি খাঙহৈদবা! শোয়বা য়াই নোংমা 'সি লৈরবদি। হুন্থখি তন্না থাঁঙবাক্তা হূগী খূদোপ।

দুর্গেশনন্দিনীদগী প্রেমকাহিনীগী শরুক্সিদং লৌরগা ডাঃ কমলনা আশ্চর্য্যবাদ পান্দুনা মাধবী উপন্যাস ইবনি। তিলোত্তমানা উরীবৈ আয়েষানা মাধবীনি। অদুগুম জগৎসিংহগা ওসমানগনা বীরেনগা ধীরেনগনি। তিলোত্তমাগী সমর্পন উরীবৈদা অদুম লৈ। আয়েষাগী প্রেম অমসুং ত্যাগদি থৈনা পুই। অহানবা পন্দুপকী চীংয়াগী লৈকোলগী অরোইবা মতাংদা পীরিবা 'ইতা ঐগী হকচাং অসিদি মী অমগী মফমদা কখোকখরে, মরম অসিনা ইনিং তৌনা চখোকপা ঙমদ্রে, ঙসিদগী হৌনা ঐগা উনবা ফংলরোই, কিরগুম্বা অৱাবা তারবা মতমদা উনসি" হায়বা মাবীগী মপাউখোন্না, অনীশুবা পন্দুপকী ধীরেন্দ্রসিংহগী অঙকপগী অরোইবা মতাংদা উপন্যাসকারনা ইরিবা, ".... মখোই অনি অসি মমাংঙৈদগী হৌনা নুংশিনরকই .... " হায়বা ৱাফম অসি তাদ্রিঙৈদি মাধবী আয়েষামক ওইনা উরম্মি। মতাং অসিদগীদি মাধবীগী মশক অমা চৎখ্রে। ফলনা লাইরিক মশাগীনা মমৈ মকোক শন্নদবগুম্বা, সংকল্পগা

উপ-সংস্কৃতিগা হোনরপ তৌবগুম্বা অমা থোকপদি থোকই। অদুবু প্রেমগী শক্তম অনীদি খব্রাং তাই। উরীরৈগী মশাগী কৌবমত্ত য়েংদবা প্রেম, মাধবীগী মশাগী য়েংবা প্রেম অনীগী মশক ফজবা য়েকই। বৈষ্ণব প্রেমতত্ত্বগী মাদন, মোদন অনীগী মমি তাবনা রসিক ওইবা ভাবুকশিংদা নুংঙাইনা থোকই।

মাধবীগী মথংদা লাকপা উপন্যাসদি ওজা খ্বাইরাকপম চাউবগী লবঙ্গলতানি। অশেংবা ঐতিহাসিক উপন্যাসনি। তরাতরুকসুবা শতাব্দীনা লোইনিং লোইমাং তৌবদগী তরাতরেৎসুবা তংখাই হেল্লপ পানখিবা মৈদিঙু খাগেম্বা সনাহাক্তক্কী খাগী লান অমসুং শানোংবা হিগাইরা হায়বা ঝাথোক্কী লাল অনীদা তোংদুনা খ্বাইরাকপগী মচানুপী লতা সনাগা ফকুং কৈরোয় লাকপগী মচা লবঙ্গগা অনীগী নুংশিনবা খোঙফম আদর্শবাদ পান্দুনা ইবনি।

লাকখি অমুক মথংদা রাজকুমার শীতলজিৎসিংহগী থাদোকপা, ইমা, রোহিনী।

খুৎমাবা উপন্যাসকার অহুমদা শীতলজিৎনা অঙাংনি। চাউবনা কমলদগী চহী মরিমুক, কমলনা শীতলজিৎতগী চহী তরামরিমুক হল্লি। শীতলজিৎনা পোকপা মতমদদি বাঙ্গলা সাহিত্যগী উপন্যাসগী জগত্তা যুগ ওল্লে। চৎলে শরৎকী যুগ।

## শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

খ্রীষ্টগী কুমজা ১৮৭৬ তা হুগলি জেলাগী দেবানন্দপুরদা পোকই। অহানবা মখুনগংগী হুগলি ব্রাঞ্চ স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌই। মথংদা ১৮৮৭ তা ভাগলপুর দুর্গাচরণ এম, ই, স্কুলদগী ছাত্রবৃত্তি পরীক্ষা পাস তৌদুনা টি. এন. জুবিলী কলেজিয়েট স্কুলদা চঁঙি। স্কুলসিদগী প্রবেশিকা পরীক্ষা পাস তৌরগা টি. এন. জুবিলী কলেজদা এফ. এ. তম্মি। মতাংসিদা মমা কায়নৈ। মমা কায়নবগা লোয়না লোয়ননা মশাগী কলেজগী পুনশি খোঙফমসু অদুম লোইরে। বনেলীরাজ এষ্টেটতা থবক তৌই। নুমিৎ খরদংদগী মনুংদা থাদোকখি থবক, কোয়খি লম্বোইবগী ফিজোন্দা লৈবাক কয়া। কোয়নীঙাই খর কোয়রুরবা তুং মজঃফরপুরদা লাকখি, ইশৈ তৌবা সাখি! কলিকাতাগী জমিদার মহাদেব সাহুগীদা লৈরম্বদগী ১৯০৩ দা নোংমা তুমিন ব্রহ্মদেশ খোঙশানখি। চহী তরানিথোইহুমদোই লৈরুই। মরায়বক থীরবী ব্রাহ্মণ চনু অমবু চঙফম পীদুনা ব্রহ্মদেশদা পুই, হিরন্ময়ী কৌই, পুনশিগী লোয়নবী ওই। মশাদি স্বরাজদলগীনি, অদুবু বিপ্লবীশিংবু লুনা তৌই।

শরৎ ইয়ু, মশাগী যুগ অমা চৎলু লাকপা মীওইনি। মশাগী সংস্কারনা অঙাং ইনা ইবা অদুম হৌরবনি। মশক হেক নাইবা হৌবদি খ্রীষ্টাব্দ ১৯০৮গী অদুৱাইদনি। ন্তলীন প্রাইজ কম্পিটিশনগী ৱারী অমা ই, মন্দির কৌই, ফার্ষ্ট তাই। অদুদগীদি মিং চৎপা অদুম হৌরে।

মহাক্না ইরম্বা পরেং —

১. মন্দির,
২. বড়দিদি,
৩. বিরাজ বৌ,
৪. বিন্দুর ছেলে ও অন্যান্য গল্প,
৫. পরিণীতা,
৬. পণ্ডিত মশাই,
৭. মেজদিদি ও অন্যান্যগল্প,
৮. পল্লী সমাজ,
৯. চন্দ্রনাথ,
১০. বৈকুণ্ঠের উইল,
১১. অরক্ষণীয়া,
১২. শ্রীকান্ত, (প্রথম)
১৩. দেবদাস,
১৪. নিস্কৃতি,
১৫. কাশীনাথ,
১৬. চরিত্রহীন,
১৭. স্বামী,
১৮. দত্তা,
১৯. শ্রীকান্ত, (দ্বিতীয়)
২০. ছবি,
২১. গৃহদাহ,
২২. বামুনের মেয়ে,
২৩. বারোয়ারি উপন্যাস
২৪. দেনা পাওনা,
২৫. নারীর মূল্য,
২৬. নববিধান,
২৭. হরিলক্ষ্মী,
২৮. পথের দাবী,
২৯. শ্রীকান্ত, (তৃতীয়)
৩০. ষোড়শী,
৩১. রমা (পল্লীসমাজ এর নাট্যরূপ)
৩২. তরুণের বিদ্রোহ,
৩৩. শেষ প্রশ্ন,
৩৪. স্বদেশ ও সাহিত্য,
৩৫. শ্রীকান্ত, (চতুর্থ)
৩৬. অনুরাধা, সতী ও পরেশ,
৩৭. বিরাজবৌ (নাট্যরূপ)
৩৮. বিজয়া (দত্তার নাট্যরূপ)
৩৯. বিপ্রদাস
৪০. রসচক্র
৪১. শরৎচন্দ্র ও ছাত্র সমাজ,
৪২. ছেলেবেলার গল্প,
৪৩. শুভদা
৪৪. শেষের পরিচয়,

খ্রীষ্টাব্দ ১৯২৩ দা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না জগত্তারিণী গোল্ড মেডল পীদুনা ইকাই খুম্নে। ১৯৩৪ দা বঙ্গীয় সাহিত্য পরিষৎনা ফেলোশিপ পীদুনা ইকাই খুম্নে। ১৯৩৬ তনা ঢাকা বিশ্ববিদ্যালয়না ডি. লিট উপাধিনা ইকাই খুম্নে। ১৯৩৮ দা নোংগায়। ❑

*(মৈতৈ উপন্যাস -১৯৫০ দগী লৌথোকপা।)*

# কমলগী 'মাধবী'

ইবা : ডিব্রুগড় বেরি-হৱাইট মেড়িকেল স্কুলদা ইবনি।

ফোঙবা : অহানবা মঙাল উবনা সক ১৮৫২ গী অদুৱাইদনি।

অহানবা তাবা : মৈতৈ সাহিত্যে লৈকোলনুংদা ইহান-হানবা তাবা লৈখলনি।

নুপীনা মপুং ওইবা ৱারীনি। উৎলিবনা নুপী ওইবনা নুংশিবগী মায়গৈদা থাংবা খোঙফম-নি। খোঙফম অনী পীরি — অমনা নুংশিদ-নুংশিনা অদূগা অমনা নুংশিবদ

**মওং**

নুংশিনা থাংঙি। অহানবগীনা চীং কায়, তম কুম্মি, তূ লাল-লি, খোং চোংঙি, নারক নম-মি, শীংলক খায়, মশা য়েংদে; মথৱায়না তাবা নুংশিবা মাবু তানবদা নুপী ওইবগী ইকাই-ইকি চঙদে, মী-অম-ওইবগী নাপল লৈতে; নোংজু খঙদে, নুংশা খঙদে, তমশীল্লি, তাঙ্খীল্লি, চেন-শীল্লি, ফুজীল্লিঃ অদূগা অকোনবগীনা নুংশিবা

**উৎলিবা মরম**

মাগী খোঙফম য়েংঙি, তামিন্নরবা ঙাই; তাঙ্খিনবদি তাঙ্খিন্দে, তাল্লুম্বদি তাল্লুম্মি; মাগীদি নুংগী নুং-ওল খূদিংমক লাইজ ঈওল-না খোঙনুংদা লোইবগুম অদুম মরোই। অহানবগীসিনা নুংশিবা মাগী তূখুল নম-দুনা চঙি, তিন্নৈ, চেন-মিন্নৈ, লুপমিন্নৈ-নুঙাইবনা পোলোইনৈঃ অদূগা অকোনবগীসিনা নক্না লাপ-পি, লাপথহৌই - অৱাবনা পোলোইনৈ।

অহানবা খোঙফমদা উরীরৈ, অনীসুবদনা মাধবী থম্মি, ৱারী ইবনা। অহানবনা তানবনা বীরেন, অনীসুবনা ঙাইবনা ধীরেননি। উরীরৈগী থম্মোই-নুংদ ফাওবা মীওং বীরেন-নীংব-ঈফুৎ নুপী-ওইবগী ইকাই-ইকি, মী-অম-ওইবগী নাপল অমদি

**মীওং**

অপনবনচিংবা লৌনৱাল মরোল মরোল নম-দুনা বীরেন-তূখূল তম্মি-তারুই, তিল্লুই, লূপলুই-অনী চেন-মিন্নৈ, লূপমিন্নৈ। অদূগা মাধবীগী থম্মোই-নুংদ-ফাওবা ধীরেন-নুংশিব-ঈফুৎ ধীরেন তূখূল তাল্লুদে, তূখূল মানা তোরৈ থেক্লক মাগী তূরম তারবা য়েংঙি, ঙাই। ধীরেন থেক্লীঙাই খরা থেক্লমল্লগা তূরম থৈখ্রে; নুংথোইনবী মাধবী তাল্লৌদ্রে। ধীরেন-ঈনোৎ লাক্লগা ঈপাল চাউনা চেনগনি নীংলম্বা কায়,

খোঙফম্না তামশিল তামসিল্লক্লগা ঈপালনা অসুম অসুম চিশিল্লক ধীরেন-খোঙফম তাল্সি তানঙমদা ঈদোম ৱানা চেল, ঈরম অমা তারগে তাঙমদা, ধীরেন তূহল লাকপ্রা য়েংঙি লাকপিদা ঈথুং নাইদবনা ঈথম্মি।

**লৌবা** — বঙ্গ-সাহিত্যদগী লাকপা ঈথেনি।

**মঙাল তাবা** — গৌড়ীয় বৈষ্ণব সাহিত্য, বঙ্কিম অমদি বঙ্কিমযুগীয় সাহিত্য, অদুগা পাঁচকড়ি উপন্যাস-নচিংবগী মঙাল-না মপূং ওইনা চঁঙি।

বঙ্কিমগী 'দুর্গেশনন্দিনী'গী বীরেন্দ্রসিংহগী মচানুপী তিলোত্তমাগা কতলুখাঁগী মচানুপী আয়েষাগনা মানসিংহগী মচানিপা জগৎসিংহবু নুংশিবা মনুংশি অনীনা মথং মথং উরীরেগো মাধবীগগী ফিভম ওইগে থৌরাংবা, বঙ্কীম-দুমক্কী 'সীতারাম'গী ভৈরবী জয়ন্তীগী মমিনা ৱারী অসিগী 'লৌখৎপা' মতাংদা তারিবা, শৈরেংনো তাক্কক -ৱাহৌনবা রমেশ, নবীন-নচিংবগী সাহিত্যগী মওং লাইরিক-না তল্লিবা বঙ্গ-সাহিত্য শক-খঙনবা কনাগী মিৎলম নানথোক্লীঁঙাই লৈ!

কোকিল মৈত্রবাক্তা পোক্তে, তাবসু তাদে, হৌজিকসু তাদ্রি। মানা ৱারী অসিদা থবক মপূং অমা পুররিবা বৈষ্ণব-সাহিত্য জগৎনুংদগী মমিনা শকপান্দুনা লাকপা নত্তনা অতৈ কদায়দগী ওইফম থোকই!

ৱারী অসিগী 'অঙকপা পাউ' মতাংদা রাজেন কবিরাজনা উরীরৈগী মমা হিংনা ফংলিবসি উবদা পাঁচকড়িগী উপন্যাসগী শিনা শিনা শিদবা থৌথোক কোঙ্গায় নীংসংদনীঁঙাই করি লৈ!

মাধবী মৈতৈ-সাহিত্যদা বঙ্গ-সাহিত্যনা পীনবনি।

**লোল**— লোল-খল চুম্মি। ৱারী মতাগা চূনৈ। মাসি বৈষ্ণব সাহিত্যনা পোকপনি। সাহিত্য-সীনা চূরবা মীওং খরনদ শীজিন্নরকপনি। অসীগুম্বা অরুবা সমাজগী অনৌবা লোল-সীনা মাধবী-গুম্বা অমেঙবা মচাক্কী লাইরিক্কী নীংথিবা মপূং ফানা ফূকায়দনীঙাঁই করি লৈ!

মশানা নীংথিবা শকখঙনা পোক্লবা ৱারী-ইবনা লোল-শক খঙনা, লোন-ফম চানা শীজিন্নদুনা মশাগী নীংথিব-শকখঙব-গুণ ফোংদোকই।

লোল অসীদা মশাগী থোইদোকপা খুৎফম তাহৌদ্রবগু শন্দোক্রম্বগী মিংফমদি মঙোন্দা পীদনীঙাই লৈতে।

**মিংথোল শোয়।**

**মিংথোল** — 'চীংয়া-লৈকোল' দা উরীরৈনা অহানবা বীরেন্দা নুংগী মপাউ ফোঙলকপদা কনানা ৱাপাংঙি? মাধবী। 'লৌখৎপা'দা ভুবনগী মখুত্তা মাগী অপাম্বনা উরীরৈগী বীরেন-তম্ব-ঈচেল চুপ্পা তারবদা কনানা কল্লি? মাধবী। ভুবনগী লাক্কদৌবা কৈনীংচিৎ-তগী উরীরৈবু কনানা লোৎলি? মাধবী। বীরেন খম্বনবদগী অশোনবা পুংফমদা উরীরৈনা রাসমগুলগী ঈয়ায়দা মপুনশি ঈখম্নরগে নীংদুনা ঈরোল চঙলক্রবদা কনানা মাবু কন্দুনা বীরেনগা থেংনহল্লি? মাধবী।

মাধবী উরীরৈগী তেংবাঙবীনি।

তেংবাঙবী মাধবীনা মপূং-ওইবী উরীরৈ নম-দুনা মিংথোল ওইনীঙাই করি লৈ!

উরীরৈগী তুররিংবা বীরেন নুংশিবা মনুংশিগী মশক করিনা তাকই? মাধবীগী লিম্বুপ্পবা ধীরেন নুংশিবা মনুংশিনা। উরীরৈগী নুংশিবিরে ফৈ - নুংশিবিদ্রে-ফৈ-ঐদি -নংবু-নুংশিদব-ঙমজদে হায়বা বীরেন নুংশিবা মনুংশিগী মচু করিনা লোকই? মাধবীগী নংনা নুংশিরে-থম্মোই লাম্থোক্কনি-নুংশিরে-খঙদনদি-লাম্থোকপা-ঙম্মোই হায়বা ধীরেন নুংশিবা মনুংশিনা।

মাধবী উরীরৈগী তা-য়োম্নবা শকফমনি।

মাধবীনা উরীরৈ নম-দুনা মিংথোল ওইনীঙাই করি লৈ! অদুদি —

স্বভাব-কোমল ওইরবা কমল-না মাগী ৱাখলনা পোকচবী মচা অনীদা পুনশি পিরোই-পিখম্নরবী মাধবীবু মপা ওইবগী হৌনশা মচাদ মচা ওইনা খল, মাগী পিনা থুম্মাৎখি পোলোই ফবী উরীরৈবু খল-লুদ মিংথোন্দা মাধবী থনমম্রা!

নৎত্রগা

জগৎনা অমকপা উৎতুনা অরূবা শকফম শেংনা লা-না তাক্লবগুম মাধবীগী অরানবা খোঙফম উৎতুনা উরীরৈগী অচুম্বা খোঙফম শেংনা তাক্কে নীং-মিংথোল-দা মাধবী থনমম্রা!

নত্তে

মাগী খোর্জেজনা তূরম অনী চিংলকপদা অমনদি ঈখোঙ ৱাংনা, ঈপাল ফনা হৌরকপনা নুংশি-ঈপাক পষ্টুংনগদবা উ, অদুগা অমনদি ঈখোঙ নেম-না ঈচেল শোন-না, হৌরকপনা লম্মুখাঙদা ঈতৎ-ঈখন্নগদবা উ, অশোনবা ঈচেন মঙোন্দা "স্বার্থত্যাগকী ঈনোৎ অমা হাপ নৌনা ঈপাল ফুগৎহনগে, তূরম পাক্লা চাউনা শাংনা চেহলল্লগে থৌরাংবদা শোয়বনি।"

## মাধবী

অহানবা চীংয়া লৈকোল'দা থেংনৈ।

মহাক্কী "ইতা উরীরে, ঐগী হকচাং অসিদি মী অমগী মফমদা কখোকখ্রে ··· ·····।" হায়বা ৱাঙাঙদগী মথম্মোইনা তাবা অমা লৈরে হায়বা খঁঙি!

মথংদা 'ধীরেন্দ্রসিংহগী অঙকপা'দা উনৈ।

মহাক্লা ধীরেনগা হিতোংদুনা লাক্লিন্নবা, ধীরেন-না মঙোন্দা "ইবেম্মা, ঙসিদি অরেপ্পা-ৱা ··· খঙহনবিদবা য়াদ্রে ···।" হায়রকপা ৱাফমদগী মৌবানী নুংশিবগী ঈরাং তৌনরকপা কুইরে, অদুগা মাধবীনা নুংগী মপাউদি থা-দ্রি হায়বা উই।

মাধবীগী "নুপা ওইবনা ঙাংবা ৱা ··· থাজনীঙঙাই লৈতে। পাখং কয়া কয়ানা ··· নুপীমচাশিংবু লৌনম তৌদুনা ··· অৱাবদা তাখিবা ··· উজরে।" ৱাহৈনা মহাক্লা ধীরেনবু নুংশিরবশু থাজবা ঙমদে, থাজবগা লোয়ননা নুংশিবা ঙমদে হায়বা তাকই।

ধীরেন-না "··· খরনা ফৎত্রগা খ্বাইমক ফৎলোই হায়বগী অরেপ্পা করি লৈবগে? ··· ···" হায়রকপদা মহাক্লা "ঐহাক হৌজিকমক্তি অবেপ্পা হায়জবা ঙম্মোই।" খুন্নকপনা মহাক মাগী মবুক য়েংনীঙি হায়বা উৎলি।

ধীরেন-না "অদু ওইরবদি ঐ হি হোল্লরোই।" হায়দুনা অঙম তাল্লক্রবদা মাধবীনা ঈশিংদা চোংথদুনা চেনবনা মহাক মথম্মোই লাষ্টোকপা চিংনরি হায়বা উৎলি।

মাধবীনা চীংথক্তগী "ফংলরোই ··· হন্দক মপোক্কী থিবা ফংলরোই।" হায়না লাউরকপনা মানা চেল-লিবসি নুংশিদদুনা তৌবা নত্তে, ধীরেনগী মবুক তক-নীঙি, মাবু নুংশি-ঈরাং উৎ-উৎতুনা মচু শেংনা খঙনীঙি হায়বা উৎলি।

ধীরেনগী ৱারোই "চেল্লমদাইদা নুংশিবগী মিৎয়েংনা য়েংদুনা নোক্লেন্মি ··· ।" হায়বনা মাধবীনা "ফংলরোই ··· ।" লাউরিবা নুংশি-ঈরাংনি হায়বদু তশেংনা ফৌঙি।

মতাং অসিগী অরোইবদা খোর্জেজনা লাউরকপা "নুংশিবা ··· অসিবু ··· লৌনম তৌদুনা উৎ চাইবদা মানসু মরক মরক্তা লম্মন খুমদনা তোক্তে।" ৱাহৈনা মাধবীনা নুংশিবদা থাজবা হাপ্পা ভমদবী, লিষ্টুপ-নাইবী ওইবনা মথম্মোই পম্ফাভদা খাঙ্খিবদগী ধীরেন নীংবা কায়দুনা কাথোকখিগদৌরে, মাধবীগী অৱাবা খোঙফম হৌগদৌরে হায়বা তাকই।

লাউরম্বসিগা লাউরম্বসিদগী 'মাধবীগী পুকচেল হোংবা, ফাওবগী মনুংদা ধীরেন-মাধবী অনীগী মরীদা খোর্জেজনা মচীল পূমফা ফাখিবগনা তাক্লি—ধীরেন মাধবী অনী মরী লৈনদ্রে; ধীরেন নীংবা কায়দুনা কাথোকখ্রে, মাধবী নুংশিরবশু নুংশিনা নুংথোইনদুনা লৈহৌরে— তৎনরে।

মতাং অনীদগী ঐখোয়না খুল্লিবা মাধবীগী শকফম 'মাধবীগী পুকচেল হোংবা" মতাংদা খোর্জে মশামক্তা য়ারি— "ইহান হানবা উনবদা ··· মপুন্সি ধীরেন্দা কখোকখ্রে, অদুম ওইনমক মহাক্তা পাখংগী অরেপ্পা নাইদবা পুকচেলবু ··· হঙ্গোইখি ··· পাখংশিংগী নুংশিবা ··· লকানুংদগী পোক্লক্তমাক্লে মিত্তগী পোক্লকপমাক্লে —থাজখি। ··· নুপীমচা ওইবশিংনা ··· নুংশিবা পোক্লবসু নুংশিদে হায়শিন্নে ··· করিননো হায়ববু ৱানা ফংবা পোৎ ··· মমলসু ··· কাওখৎলি। মরম অসিনা মাধবীনা ধীরেন্দা থোইদোক্লা নুংশিবা উৎখিদে ··· থম্মোইদদি ধীরেনবু ফাজিন্দুনা থমখ্রে।"

মাধবীগী মচু পূমশেং শেংলে। মা ধীরেনবু নুংশিবদি নুংশি, নুংশিদ নুংশিবদি ভমদে, মবুক খঙলগা মথম্মোই লাম্বোক্তে নীঁঙি, লৈ-না-লাক-না খাঙদুনা মশা মমল কা-না য়োনগে নীঁঙী।

লিষ্টুপ্নবা খোঙফম মশানা অৱাবা তাগল্লি। অদুনা নুংশিবা লাইনা মবুক মাংবা শাহুল উদুনা মাবু লম্মল খুন্নকপনি। ধীরেন তৎনবনি। তৎনবনা পুনশি পিরোয়-পিখন্নবনি।

তৎনরবসু তৎননা ধীরেন-না নক্লা লৈরিঙৈদদি পঙ্কন-কন্নবু ৱারমদে, মানা মীরৈবাক্তা চৎখ্রবা মতমদদি অসুম অসুম নীঁঙমশিল্লক্তবনা অঙাওবগী পান্দম ওইরক্লে; মাগী ফিভম খোর্জেজনা য়েক্লক্লে — "মহাক্কী অঙাওবা পুকচেল অদুদা

নুংশি মৈচাক চংখ্রে। নরুরিঙৈগী মতমদা লাপ্পা নীংলম্বা ··· লাপ্পরবা মতমদা নরুনা নীংলক্লে, ···। মতম কুইনা ধীরেনগা উনররোই খনবদা হান্না খরা খরা ৱারম্বা ··· শরুক চামা হেন্না ৱারক্লে, অহানবদা নুংশিরম্বা ··· শরুক চামা ··· নুংশিরক্লে। ··· করেম্নদুনা ··· ঙাংখিবা ৱা পূন্নমক অদুনা হৌজিক্তি মহু পুবা লিলগী মতৌগুম্না ··· থোপ্পা চিকপা হৌরক্লে।" মাধবী অরেম্বগী নুংশি মন্তিরুরবনি খল্লক্লে, মশাগী অরানবা খঙজরে, নীঁঙমদনা সোল্লক্লে — 'নুংশিবা অতোপ্পা সংসার অমনি। সংসার অসিগী মনুংদা চংখ্রবদি মমল য়াম্বা পোৎ ঙাক্তা মমল য়ামদে ···, নুংশিরিবা পোৎশক অদুগা মরী নরুবা পোৎ অদুনা মমল য়ামদ্রবসু মমল য়াম্লে ···।" মহাক ধীরেনগী মৈচাক পুবা ঙমশিল্লক্লে, ফোঙলক্লে — "নুংশিবা ··· পোৎশক অমতদা তুংদুনা লৈরবদি ··· য়াম্না অৱাবগী মশক্নি।" করম তৌরগা মৈচাক অসি কোক্কনি খল্লক্লে "ঐগী নুংশিবা ৱাখল অসি মী অমতদা লেপ্তদুনা ··· পূন্নমক্তা চাইথোকপা ঙল্লবদি অৱাবা' ··· কোক্কদৌবনিকো।" ধীরেন ঙাইবা ঙমগনি নীংসিংলক্লে, করিনা থম্মোই লাম্থোক্লখিবা ওইরবদি অৱাবা পূন্নমক খাঙদুনা ঙাইবা ঙমগদৌবনি, ঙাইশু ঙাইগদৌবনি - নুংশিবদা ৱাদবা কনা লৈ! ৱানা ৱানা নুংশিবগীদমক অৱাফম খাঙদবা কনা লৈ! মাগীদি অদু থোক্তে, ধীরেন ঙাইরগা শোয়দনা ফংগনি হায়বগী আশা মাগী লৈতে, অদুনা মঙোন্দা অৱাবা মৈচাক খাঙনীঁঙাই করিসু লৈতে, অৱাবা পুঙমদ্রে — "অসুক য়াম্বা অৱাবগী মপৈ ··· হোন্দুনা ধীরেন্না লাকত্রিবা মতম ফাওবা থৱাই হিংগনি ··· থাজদ্রে।" আশা লৈতবনা ময়ূম থাদুনা নুঙাইৱা য়েংগে নীংলক্লে — "অৱাবা অসি কোক্লবগীদমক ··· চীংগী লোকনুং অমদা লাই নীংদুনা লৈরগে, মাদুগা লোয়ন-লোয়ননা খুদোংথীবদা তারবা ··· মীশিংগী মতেং পাংগে।"

মাধবী ময়ূম করিগী থায়? ধীরেনগী মৈচাক পুবা ঙমদদুনা মৈচাক কোক্লবগীদমক থায়। অদুদি কনাগীদমক্লো? মশাগীদমক্নি। মশাগী নুংঙাইবা থিবনি।

মশাগী নুঙাইবা থিবদা স্বার্থত্যাগ কী করি মনম লৈ!

ময়ূম থাবদা স্বার্থত্যাগ ফংদ্রবশু গৃহত্যাগিনী মাধবীদা করিগুম্বা স্বার্থত্যাগ-কী মনুং চনবা য়াবা থৌদোক থোকখিৱা য়েংথসি।

'অরোইবা শরুক'তা মাধবীগী উমংগী পুনশি খোর্জেন্না য়েক্নি।

মাধবী উমংদা কপ্পা কপ্পা লেল্লি। করিগী? ধীরেন ফংদ্রেকো হায়বগীদমক অহানবমক্তদা মানা শোনবা তায় — "অরেম্বা লৈ পরেংনিকো, ঐনা হুক্লিংবা মীগী

মঙকশমদা হুকপা ফংদ্রেকো' খোর্জেজনা শম্মি— "অসি হায়দুনা মিৎ অনিদগী শিন্থরকপা পিনা লৈ পরেং অদু পূমচোৎ চোৎখ্রে।" অসীনি মাধবীগী উমংগী পুনশি।

মাধবী ধীরেনবু কাউদে, জগৎপু নীঁঙুদে; খোর্জেজগী মরোন্দা হায়রগা মাগী পোৎশক অমতদা তূংবা নুংশিবা পূন্নমক্তা চাইথোক্তে, অদুম তূংদুনা লৈ।

ধীরেন লাক্লে। মানা মাধবী মশক খঙবিরদ্রে — "লৈপরেং লেংলিবী নংবু কাঞ্জী লাইরেম্বীরা? ···।" মাধবী কপ্লে। করিগী কপ্তুনি! মাগী কপ্নীঁঙাই অচৌবা মরম অনী লৈ। জগৎনা নুঙাইরে কপ্নি! করিনা? নুংগী অৱাবশিং অদু নুঙাইবা লাক্লবদা তূংবা য়াদবনা ফুদোরকই। অদুনা কপ্লে। অদুগা অমনা নুংশিবনা মীরায়রগা ৱারৌদুনা কপ্লে। মাধবী উনীংলম্বা ধীরেন উরে, মহাকপু পুনশি খোঙলোয়নসি তাল্লম্বা ধীরেন, মঙোন্দা লাল্লুবগী পুঙমদবা মৈচাক্লা ময়ুম থাদুনা উমংদা কপ্তুনদ লেল্লবী মহাকপু শক-খঙলদ্রে। মাধবীগী পি শিন্থবা নত্তনা করি তৌনীঁঙাই লৈ!

ধীরেন মাবু মশক মখঙদ্রি — "লৈ পরেং লেংলিবী, হায়য়ু ননিং থুংদবা করি লৈবগে? ··· নংগী থুংনবা হোৎনগে।"

মাধবীগী অসিদগী হেন্না মায়খূনীঁঙাই, চান্নীঁঙাই অতৈ করি লৈরি! অদুবু ঈরাক্লরবা মীনা অতাউবা কাওশীং ফাবগুম মাধবী ধীরেন্না "অদুদি লৈপরেং অদু করিগী অদুক চেকশিন্না লেংবগে? ··· পি শিন্থবগে?" হায়রকপা ৱা তাবদা ধীরেনগী ফিভম্না; অমদি মশাগী মরান্না ইচং-থৌনা ঐ মাধবীনি' হায়দুনা শকফোঙবা ঙমদবদগী নীংসংলকপ্রা য়েংগে হায়রকই — "অথৌবা নঙগা ঙসি উনবা য়াম্না ফরে। ঙসি ঐগী ··· অরোইবা মিকুপ্নি। কনাগুম্বা অমতং উনরবদি মতম কুইনগী ৱা অমতং নীংসিংলমগে ··· ঙাইরিবনি। হায়গে হায়গে হায়না ··· অসুক কুইবা হায়বা ঙম্লক্লে ··· লম্মন তোন্দুনা লৈবা তারে। কনাগুম্বা মী অমনা 'অরেপ্পা ৱা তুংদা খঙহঞ্জরগে' হায়দুনা ৱাশকখিবা কনাগুম্বী অমবু থিরক্লবদি ··· তম্বীয়ু-অরেপ্পা খঙহনগদবা ··· হন্দক্কী মপোক্তদি নৎত্রে, তৎন-থানবা লৈত্রবা মফম অদুদা ··· খঙহঞ্জগে।"

ধীরেন পুনশি খোঙলোয়নগে নীংলম্বা শকফম, পুনশিগী কাউঙমদ্রবা, নুংশি-খোঙফম য়েংবদা থোকখিবা থৌদোক অমদি ৱাফম, খঙখিদ্রে, নীংসংবা কৌবা লৈখিদ্রে।

মাধবী করি অমুক তৌনীঁঙাই লৈরি। খোর্জেনা লাউরক্লে — "ধীরেনগী পাক্রবা মাইথোং অদু অমুক্তং চিংনা য়েংলম্লগা ··· চৎখ্রে!"

মাধবী লানখিবা খোঙফমগী পুঙমদবা নীঁঙমদবা মৈচাক্লা খাঙবা ঙমদবা শকফমনি; মৈচাক কোকপ্রা য়েংগে অচিকপা থিরকপা শকফম-নি; অচিকপদশু মৈচাক কাউঙমদদূনা ধীরেন অমুক্তং ফংলবদিকো পিরোয় পিরোয় লেনবা শকফমনি। ধীরেনগী ওইরবা শাহুলনা ইচংথৌনা শক্তকপা ঙমদ মমিনা শামিনা মরাল ঙাকপিয়ু চঙজবা শকফমনি।

গৃহত্যাগিনী মাধবীদা ত্যাগ করি লৈনিংঙাই লৈ!

ওইরিবা ফিভম অসিমক্তদশু খোর্জেনা মঙোন্দা স্বার্থত্যাগ হাপকদৌবগী থৌরাংবা তোক্তে, ইরি — "মাধবীনা মাগী অরেপ্পা পরিচয় তাক্রবদি ধীরেনগা রাজেনগী মচানুপীগা লুহোংবা থিনগাইবা থোকপা তারে ··· মরাল লৈত্রবী ··· অমগী মফমদা য়াম্না লংজবা তারে ··· খন্দুনা ··· পরিচয় তাকখিদ্রে ··· ঐদি লম্বোইবীনি ··· ইনিং থুংদবা পোৎ করিশু লৈতে। ···হৌখিবা পুনশিসু লৈঙাং শংবা ফি শেত্তুনা লেপ্লক্লে, অরোইবা পুনশিসু ··· অসিনা লোইগনি।"

ধীরেনগা রাজেনগী মচানুপীগা নুংশিনবগী মনম ফংদে। অনীদা লৌনবা লৌনদবা অনীনা পঙ্কায়-কায়বা, পংতোং-তোংবা লৈতে। অদুনা মাধবীনা তাকপা তাক্তবা—অনী অসি ফল অম্মাদা অম্মা নৎত্রবসু অম্মানি লৌবদা পঙলান লাম্নিংঙাই লৈতে।

অয়ুক্কী মঙান্দা মিৎকা মিৎকা চা-ননা লেপ, ৱাঙাঙনবদা মাধবীনা পিরোয়-পিরোয়ননা থোকখিবা খোঙফম ঙাঙনখিবা ৱাফম তম্বদা খঙদ্রব-মকসু শকওং-শক্তা, ৱাঙাং-শঙাং, মফম, মওং য়েংদুনা মানবদি মাপ্লিদা নীংসংদ্রবা ধীরেন এম, এ, না মাধবীনা 'ঐ মাধবীনি' পরিচয় পীবদা খঙগনি হায়বা চিংনদনীঁঙাই করি লৈ! অদুগা পরিচয়দি খোর্জেনা পীনিংদে হায়রবসু মশানদি পীনীঁঙি অদুগা পীসু পী হায়বা উই। অদুনা ৱাচল অসি অরেম্বনি হায়বদা করি লাম্নিংঙাই লৈ!

মাধবী নুংশি-লৌনম্বী নুপীনি। নুংশি-লৌনম্মুবদগী নুংশিবা লাইনা লম্মন খুম্লক্তুনা অপাম থুংনদ নীঁঙমদবী নুপীনি। নীঁঙমদবনা হুকচিল্লক পুঙমদবা মৈচাক লাক ঙাওদুনা মাপাল থোকপী নুপীনি। ঙাওদুনা মাপাল থোক্লবমক্তদা মৈচাক কোকপা লৈত পিরোয়-পিরোয়ননা লেনবী নুপীনি।

মানা নয়ুম থাবা স্বার্থত্যাগ লা, প্রায়শ্চিত লা ? প্রায়শ্চিতনি। অদুনা 'থৌরাং'দগী ঈহৌরকপা ভাবোক্কী রসকী ঈচেল 'মাধবীগী পুকচেল হোংবা' মনুংগী স্বার্থত্যাগকী লৈঙোই-তরংদা ঈখৎনে।

মাধবীগী শকফম য়েকপদা খোর্জ্জেনা শোয়বসি থেংনা শোয় — মাধবীনা ধীরেন নুংশিবা অসী মওং অসিফাওবা নুংশিবনি হায়বা খঙবফাওবা তশেংনা খঙহনবা ঙমদে— ইরি, ধীরেনবু ইনুং নুংশিদবা নত্তে অদুগা অমনা 'ইহান হানবা উনবদা মহাক্কী মপুনশি ধীরেন্দা কখোখ্রে।' অহানবগীনা 'খরদি নুংশি' অদুগা অকোনবগীনা য়াম্না নুংশি হায়রি। ভাবোক্কী রস তাক্তনীঙাই করি লৈ!

অসিমদি হায়নীঙাই লৈতে। মাধবী মশানা তাজবা খোঙফমগীদি, ফজনা তাবা শকফমনি। মশানা ফজনা পোকচরবা শকফম, শৃঙ্গার হৈতবা মীনা পোৎচল হৈতদুনা থীহনবগুম শোয়বনি।

মাধবীদা শোয়রবশু উরীরৈদদি খোর্জ্জেনা ফনা নীংথিনা পাল্লি। উরীরৈ— লুরবা নুংশি-ঈচেলনি। ঈরুথাগী তুরেলনি! লৌথুপ লৌকোই ইনাং থাংদে। তরু তরুনা ঐনা পোমশাৎনরিবশু-নংগীনি; ঐনা-নীরিবসু-নহাক্কি হেক্ত চেন-শিঞ্জবা ঈচেলনি। করিগী চেন-শিন্নোই! পোকপগা ঈতাফম তম্বা ঈচেল মাগী মরমচৎ নৎত্রা!

তাংজবীনি-ঐহাক্তি তাংজগে-চঙজরি, পীনদ্রে-কদৌনি-উরাল উকা-লাম্বদি তৌররোই, তমজরকপা-উপাল-নংগী-নখোঙদা-লৈপাক্তা-ইরী-চত্তুনা-কোয়না য়েৎশিন্দুনা-লৈজনি হায়বা শকফম্নি।

করিগী উরাল লামগনি! ঈপাক্লা মপাল ফৈ তুরেল কনা ঈওকই! ঈওকপিদে মহাক্লা তুরেল কনা হনবা লৈ!

নুংশি-পম্বুংলোইদৌবা হকচাং থাংদুনা লৈবগী শরুক্তি হকচাং-ঐগী লম্মৈনা চাকপনা-ফৈ, ইউল-ঐগী-ভুবন্না খোঁঙুপ তুনবনা ফৈ, নুংশিবা ফংনদনা লৈবগী শরুক্তি ঈশিং-ঈফংনদনা-শিবনা ফৈ, নুংশিবা ইখুৎনা লাম্বা ফংলরোইদৌবা লৈরবদি রাসমণ্ডলগী ঈশিংদা-ঈরোল-চল-ঈপৎননা-মাঙবনা-ফৈ হায়বা শক-ফম-নি।

নুংশিনবদি-হক-ৱাহৈনদি-লোনসুদ-থম্মোই-মপাউ-তন্নিংঙাই-লৈজদে-লুরুক লেপ্লা শকফম্নি। নুংশিবা-নংগী-নপাউখোলদি-কোরৌ-মাগী-মপাউখোলনি-থাজবা, মমাঙদা-কোকিলদা-পাইব-উবা শকফম্নি।

নুংশিবা-নংগী-দমক্লি-অৱাবা-কৌবা-থিররোই-থিদ্রবা, লাইবক-থীবী-ইমাগী প্রেম-কক্লগে-কক্লবা, নংনা-মায়খুগদৌবা-লৈরবদা ঐ খূজরগে-মীমাং থোক্লা- মায়থী-ফীগাও-সানা-য়া-বীরেনগী-মঙতা-লৈ হুকপা শকফম্নি।

অসিদগী হেন্না নীংথিবা শকফম প্রেম জগত্তা অতৈ করি থিনিংঙাই লৈরি!

উরীরৈগী প্রেম বৈষ্ণবগীদা হায়রগা মাদননি, নত্তে মোদন।

নুংদ নুংশিবা, মশা লূপ্না নুংশিবা, মশাগী ৱাখল নুঙ্গাউননা নুংশিবা উরীরৈগী মপা লৈতনা নীংথিরবা শকফম অসিদা খোর্জেন্না খূৎফম অমত্তং খজিক্তং হেঞ্জিনখিবনা ভাবোক্তা — ভাবোক্কী পেন্নবদা খরদং কায়বা অমা লৈ।

অৱাবদা পাম্বোম তিংবা, অনংবদা খোঙলোয় ওইবা মী মীওইবগী থম্মোই-লাইয়ুমদা শক্তম তাই। বীরেন্না উরীরৈগী মথৱায় লম্মৈদগী কনবা, অৱাবা-খোঙফমদা খোঙবু ওইবা অসিনা উরীরৈনা মবূকথোক্লা নুংশিজবা বীরেন নুংশিবা মনুংশিগী মচু খিত্তং মকহল্লি। উরীরৈগী লারবা মায়থোংদা মায়হিং খিত্তং থাংঙি। কায়দে অদূবু মায়হিংনা থাদা রাশি ওইনা অদূম থোকই। ❑

*(মৈতৈ উপন্যাস -১৯৫০ দগী লৌথোকপা।)*

# সীতা

অযোধ্যা উত্তর-প্রদেশকী লমখৈদনি। সরযূ তুরেনগী মপান্দনি। থায়না মসী অচৌবা কোনুং ওইরম্মী। তাস্ফম অদুগী কোনুং অচৌবশু অদুম মওই। কোনুং অদূদা পানখিবা শাগৈদি সূর্য্য-বংশ কৌই। বংশ অসী ইক্ষ্বাকু-বংশশু কৌনৈ; রঘুবংশশু হায়নৈ। লাইগী ঙমথং ওইবা নিংথৌ ঙাক্ত পোকই। মখোয়না তৌথোরকপা পূন্নমক যুগকী ফিদমদা ওই। মখোয়গী মীনা তানঙমদবা মগুণ অমদি সত্য চেৎপনি। সত্যগী দমক্ত মীনা পুঙমদবা অৱাফম কোম্ন পুই; মথৱায়মক থাবা তারবদসু লায়না থায়। অদুনা বাল্মীকিদগী হৌনা কালিদাস, ভবভূতি, ভর্ত্তৃহরি, তুলসীদাস, কৃত্তিবাসনচিংব অচৌ-অচৌবা ভারত কবিশিংনা মখোয়গী ৱারী-ৱাখোঙনা মখোয়-মখোয়গী কাব্যশিঙ্গী মচাক ওইনৈ।

দশরথ মৈচঙবা শাগৈ অসীদা পোকপা নিংথৌনি। লৈম অহুম্ন মচা ইবুঁঙো মরি পোকই। রামচন্দ্রনা অহন্নি। মহাক অসী মশক-মতৌ মপা লৈতনা ফজৈ; মতিক-মগুণ হায়নঙাই লৈতনা লৈ। মপাবুং মহারাজনা মহাক পোকচমন নুঁঙাইজবমুক লৈবাক্ন নুঁঙাইনৈ; মহাকপু নুংশিজবমুক নুংশিনৈ। মচীন-মনাওশিঙ্গী অহলন ওইবগা, মশক-মতৌ ফজবগা, মতিক-মগুণ লৈবগা, লৈবাক্লিংথৌনগা চপমান্ননা য়াবগা মপাবুঙ্গী মতুংদ নিংথৌ খুভমদি মঙোন্দা তাহৌবা তাখি। অদূনা লৈবাক্লিংথৌ অনী তান্নদুনা মহাকপু নিংথৌ অখূবা থিন্দোক্নবা থৌরাঙ্খি।

হয়েংদি রাম নিংথৌ অখূবা থিন্দোক্লগনি হায়বা নুমিৎকী অহিংগী ৱানি। দশরথ মহারাজ মচা ইবুঁঙোগী অভিষেক্কী লাঙনঙাই পূন্নমক লাঁঙম্মগা লৈমা অখূবী কৈকয়ীগী শঙ্গায়দা পোখাগে লেঙশিল্লি। লৈমনা মনাই নুপী মন্থরাগী থৌইঙ্গিন্দগী নিংথৌনা শম্বরগী লামফমদা লাস্নেন্নঙৈদো পীগনি তাকপীখিবা বর অনীদা ঙাদুনা, অমনা মহাক্ন পোকচবা ভরতপু নিংথৌ অখূবা থিন্দোকপিয়ু অদুগা অমনা রাম্বু চহী তরামরি লোই থাবিয়ু হায়না তক্নরক্লে। নিংথৌ তাকখ্রবা য়াথংনিনা হন্দোকপদি য়াদরে; পীয়ু হায়বা অনীদি পীবা মতারে। অদুদা লৈবাক্কী অমদি মরাল লৈজদবা

মচা ইবুঁঙোগী খল্লুবদগী বন্ন মহুৎ নিননবা কয়া থেমদুনা নৌদুনা হোৎনখি। লৈমনা য়াবা মরৈখিদরে। হায়দোকখিবা ৱাফম মথৱায়মক চেন্নবা তারবশু চেন্ননা ঙাকপনা রঘু শাগৈগী চৎনরকপী ওইবদগী দশরথ নিংথৌ মথৱায়মক ওইজরবা রাম বন থাদুনা ভরতপু যুবরাজ হাপ্লদা তারে।

নোঁঙাগ্রে। নিংথৌ থৌগনপাউ থাদুনা মচা ইবুঁঙো রাম কৌহল্লুরে। খ্রক কংলবা থম্মোই ক্রক ক্ষাদুনা "ইপাই ইবুঁঙো, ইপাগী থম্মোইগী রাম, শম্বরগী লানফমদা নমানা ইপাবু লাপেল্লঙৈদা পেন্দুনা ব্বর অনী পীগনি, নিনীংব মতমদা নিজৌ হায়দোকউরে। ঙসি কল্লক-খম্বন চাউরবী লোন্নবী থম্মোইনা নঙ্গী য়াইফরম উবদা খাঁঙমদদুনা নংবু লোইদা থাউ, মচাবু নহুৎ পীয়ু হায়রি। সত্যগী মনাই ওইবা নবুধৌ ইবুঁঙোশিংন চৎনরকপা ইপাবু কায়হনগে কায়হল্লোই হায়বা নঙ্গী নখুত্ত লৈরে। রাম, নতন্বাক্ত ইপা চৎকে নীংবনি, বিধাতানা তন্নমদ্রমাগ্লে" থারক্লে য়াথং। সত্যগী দমক্ত নিংথৌগী মিৎকী পি মমিৎন অদুম চুপ পিরাংদ মঙায়খি।

রাম সূর্য্য বংশগী ঈনি; দশরথগী মচানি। কৈনা তোকপা পোকপ্রা! মপাবুং মহারাজগী অৱাবা কোক্কে নীংলে। "পাবুং মহারাজ, পাবুঙ্গী ৱাশক, ঐহাক ইশাগীনি; পাবুঙ্গী ধর্ম্ম ঐহাক ইশাগীনি; ইমাগী নীংব থুংননবা ঐ লোই কুমগনি; ইনাওদা খুভম শিন্নবিগনি। সনাপুক্লীং ৱাকিগনু; ঙসি পীনরিবা টাংবন মাঙনাইবা সনাগী নত্তে ধর্ম্মগীনি; ঙসি পীনরিবা লৈবাক পীক্রবা অযোধ্যা নত্তে, সমুদ্রনা থাঁঙবাৎ ওইরিবী ইথৎ তরেৎনবী পৃথ্বীনি। অসীদগী হেনবা খুভম করম্ব মপানা মচাদা পীবা ঙমখিবগে; হৌজিকসু তুংদসু ঙম্মরোইদবনি।" অসী হঙ্গৎ হঙ্গৎন মপাবুং ৱাখিগনি কিবদগী মিৎকী পি মিৎন চুপ বিদায়গী ভক্তি কল্লক্লে। সত্যগী মফমদা চোপকনি কিবনা মিৎকী পি মিৎন চুপ মচা ইবুঁঙো মিৎকুপ্তনা চিংন য়েংদুনা পেনখ্রবা থম্মোইগী খোন্নাইদবা বর মকোক্ত হৈথরক্লে।

রাম বন লেঙবা তারে। মমা ইবেম্ম কৌশল্যাদগী বিদায় লৌরে। মনাও ইবুঁঙো লক্ষ্মণ বিদায় পীয়ু য়াদরে; ময়াম্বুঙ্গী থৌগল তৌগনি হায়দুনা বনগী খোঙফমগী ফীরোয় হোংখরে। হৌজিক্তি মচীন-মনাও সীতাগী মফমদা বিদায় লৌবা লেঁঙক্লে।

রামচন্দ্র শঙ্গায় য়ৌরে। পরপ পরপ মনুংদ লেঙশিল্লক্লে। মনাও ইবেম্ম সীতা য়েংদুনা "জানকি, পাবুং মহারাজনা অযোধ্যাসীদি পীক্ষল্লি হায়দুনা পৃথ্বী পীনরক্লে; সনা টাংবন্দি মাঙবা নাই হায়দুনা ধর্ম্মগী খুভম থাবিরক্লে নুঁঙাইত্রা! অদুগা নুঙাইবা

অমনা চহী লাক লাক তপস্যা তৌবদা ফঁগুমদ্রবা খুভম অসীবু চহী তরামরিদা, সুপ্নগী তরামরিখক্ত দণ্ডকারণ্যাদা তপ তৌরুবগা ফংজৌ তাকপীরকইবনি। করম্ব মপানা অসীবু মচাদা পীবা গুমখি! ইপাদনা সত্যগী মনাই ওইব্না গুস্মিবনি। য়াইফবি, ঐনা দণ্ডক্ত তপস্যা তৌগ্নিঙৈদা নহাক কোনুংদ মঙ্গল কামনা তৌরম্মু। নুঁঙাইবগী খোঙফমদা পম্থবা ৱারে; বিদায় পীরো।" নুংশিনা মোমোন নোক্তুনা বিদায় নিরক্লে।

সীতাদা থোক্লগদৌরিসী হান্ন ফাওরবনি। নিংথৌগী থৌগন পাউ লাক্লবদা মপুরোইব্বু যাত্রা-মঙ্গল তৌদুনা লেঙথোক্লম্নগা রাজলক্ষ্মী পূজা কৎলি। হোম কৎন কৎন হোমাগ্নি মরক্ত কুইনা শিথে। মমৈদা য়েৎলোইনবা মৈশং নিংথিবা ফাওদুনা পূর্ণাহুতি পী। অদুনা মপুরোইবগী মঙ্গলগী খোঙফমদা খুনু মখোঙ শন্নৌবগুম অকায়বা অপনবা কয়া থেংনগদৌরি হায়বা উরবনি। জ্ঞানগী মশক্মক ওইরবী জানকী বিধাতানা নুঙাইব অয়ৌবীদি অৱাবা মশক ওইনা পীনৈ খঙবনা ঈশিং অরুবগুম মবুক তপ্না "পাবুং মহারাজনা করম্বা সত্যগী মখা পোন্দুনা ঙসি ইবুঁঙোবু চহী তরামরি বন্দ থাগদৌরিবা!" হঙ্গৎলকই। রাম মরম পুন্নমক তাক্তুনা হন্ন বিদায় নিরক্লে।

সীতা থম্বান্ন নুমিত্ত হেদৌনজবগুম মোমোন নোক্ল নোক্ল "ধর্ম্মগী খোঙফমদা চৎকে নীংলগা মহাকপু করম তুংওইনগদৌরিবা! মপাগী সত্য মচাগীনি; মপুরোইবগী ধর্ম্ম নুপীগীনি। জানকীনা করি ইরান লৈরদুনা ধর্ম্মগী খোঙফমদা ইবুঁঙোনা থৎপিগদৌরিবা? ঙসি পাবুং মহারাজগী সত্য ঙাকপগী শরুক য়াদুনা সহধর্ম্মিণীগী ধর্ম্ম ঙাক্কনি। নুপীগী ধর্ম্ম মপুরোইবনা শেনগদবনি। লেঁঙো লেঙসি।" মৈথিলী মপুরোইবগী বন থৌগনগীদমক লোইরে।

উকু থোক্লে জটা পুক্লে লেঁঙে সীতা বন্দ উনা য়াহিপ্নরে, উরু মোনখাংনরে। লোক্কী ঈশিং ফান, বনগী উহৈ হা মপুরোইবগী থৌগল তৌরে ধর্ম্মগী ৱারবা চহী তরামরিগী খোঙফমদা। শজি-শঙাই মরুপ ওই, উচেক-ৱায়া ৱারী শা, হৈগা লৈগা তায়োন্ন জনক নিংথৌগী মমোম, দশরথ নিংথৌগী মমৌ, রামচন্দ্রগী তালোয়, বৈদেহী মপুরোইবগী ধর্ম্মগী শরুক য়া তাখি।

**দণ্ডক-বন!**

উৎখি নুপী-শাগৈদা নুপীগী ধর্ম্ম
শরুক য়াবনি মপুরোইবগী ধর্ম্ম। ❑

*('ভারত-চনু', অহুমশুবা লারোন - ১৯৫২ দগী লৌথোকপা।)*

# বাল্মীকি

ভারতকী আদিকবিনি। আদিকবিদা ওইবা নত্তে, মহাকবিনি— কবি পুম্নমক্কী গুরুনি। মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ-খঙদবা তপস্যানা মরম্নদুনা ফংলবা মহাক্কী জগৎ-প্রেম্না, উচেক-কাপ্পনা চীঙ্লোক-হেদৌমিন্নজরিবা ঙানু থঙোং নামা হাৎঙৈদা, কবিতাগী মশক ওইনা হাদোরকঙৈ ভারত কাব্য-জগৎ পোকপনি। অসুম্না পোক্রবা জগৎকী ময়োল তমসাগী খোঙবান্দা মেঙনা নুংশিরবা বীণাদা তাল, লয়, সুর পান্দুনা মহাক্না শক্রম্লবা রামায়ণ ভারতকী আদি-কাব্যনি। ঈশা-মাপন্নরবা শীংনাইদবা উপরসকা কোন্নরবা রস মঙোন্দা পোকপনি। রস অসিনা ভারত লৈমায় শীনথুংনা চেন্দুনা ভারত-কাব্যনি-কাননদা নাশং-থাদা ওইবনি। ভারতকী অতৈ কবিশিংনা মাগী শৈশক-শৈদা, শৈরম-শৈপাল লৌদুনা মখোয় মখোয়গী মশা মশাগী যুগ-তা পুবা নত্তনা যুগ-যুগান্ত পুম্নমক্কী কবি ওইনজরিবনি। ঋষি কয়ানা কাব্য-সমুদ্র অসী নৈদুনা তত্ত্ব জ্ঞানগী মপু ওইনরিবনি। শক্লোল অহম্নবা নীতিনা লম্মুক্নঙৈ ভারতনা লৈখা হেক হেক তারবদা থেঙ্খাং খুদিং মসীদনা কন্দুনা লাক্রবনি। অসিগুম্লবা মহাকাব্য পীনরম্লবা মহাকবি বাল্মীকিগী পুন্সি খোঙফম্না জগৎপু শান্তিগী লম্বী তাকপদা নত্তনা খুভম্মক য়ৌনা লমজিঙিঙ।

বাল্মীকি মিং নত্তে, মিংথোন্নি। মিংদি রত্নাকরনি। রত্নাকর ব্রাহ্মণ মচানি। ব্রাহ্মণ মচাদি ওইরগা শিক্ষা-দীক্ষাদি পঙলৈ লৈতে। অদুনা মহাক অসে দ্বিজ-বন্ধুগী কাংলুপ্তা তাবা মীওংনি। জগৎ মপুংনা চৎনরিবা শাজৎ, অবিদ্যাবু বিদ্যানি উনরিবা মিৎয়েং মাগীসু ওইনা ওইনা মশাদা মশাগীদি য়েংদে। মচা অমা ওইনা মমা-মপা নীংজে; মপুরোইবা অমা ওইনা মশাগী নুপী য়েংঙিও মপা অমা ওইনা মচা কোল্লি। অহল-ওইরবা মপা-মমানা মপুন্সি খোংফম লোইবা ফাওবা অবা-অনংগী ঈয়ে চাদনবা রাখল তৌই; মহাক্না কোনফম থোকপা নুপী অঙাং কোনবা ওন্নবা লম্বী য়েঙঙি। জ্ঞানগী থোঙদা নৌবনা পাঙ্গনগীনা মহাক্কী গৃহধর্ম্মগাক্কে মবুক্তা লেপখি।

অসুম্না লেপ্লদুনা মহাক্না বনগী লম্বীদা মী ঙাইবা হৌরে। মী লাকপা হেক উবদা মহাক চোংথোকই। অরোনবা শাজৎনদুনা অচেংবা য়েংদুনা মীবু ঙম্বদি তানদে। 'ঙসি ঐগী ইপা ইমা, নুপী অঙাং চাবা ওক্লবা থনমগে থনম্মু নৎত্রগা নপাঙ্গন্না ঐবু নমদুনা লানগে লানখো' অরাকপা খুদিংদা হায়। অরাকপশিংনা খঙনা থনম্লে মহাক করিসু তৌদে; থনম্মু য়াদ্রবদি মহাক্না মপাঙ্গল পুথোকতুনা নোংমগী মহাক্কী গৃহগী ওক্লবা লৌহৌই। অসুন্না তানবা শেন্ন মহাক্না গৃহধর্ম্ম ঙাকখি। মহাক্কী ওইবশিংনদি — মহাক্না চৎলিবা শাজৎ অসী খঙবা লৈখিদে; মহাক্নসু খঙহনবা তৌরুদে।

মহাক্কী তুররিংবা পুন্সি খোঙফম অসী উবদা জগৎ-পোকপা ঈশ্বরনা মহাক্কী লমজুন্নবা শীল্লক্লে। নোংমা লোকপিতা ব্রহ্মাগা দেবর্ষি নারদগা রত্নাকরগী বন অসীদা ফাওরক্লে। মখোয় অনী উবদা মহাক চোংথোরক্লে — হায়রকই,

রত্নাকর : লংফৈ অনী, নখোয়গী করি য়াওরি, ঐগী ইপা ইমা নুপী অঙাংগী ঙসিগী করিমতা লৈত্রি, থনম্মু।

নারদ : রত্নাকর, নঙদি ব্রাহ্মণ মচানি; মীগী মপোৎ মুন্দুনা চাবগুম্বা তোল্লবা বৃত্তি অসী নঙনা চৎপা চুমদে।

রত্নাকর : ইপা ইমানা ঐগী ইশাগী পাঙ্গল নত্তনা পুন্সিগী হৌদোক্লম্বা সম্বল পীদে, অদুনা মখোয়না পীনবা সম্বল অসীনা ঐ মখোয়গী সেবা তৌবনি; ঐগী নুপী অঙাং য়োকপনি। নখোয়না ঐনা নীংথিনা হায়রিঙৈ ঐগী ওক্লবা, ওক্লবদনি, থনম্মু; নীংথিনা অদুম মচৎখো; য়াদ্রবদি ঐগী পাঙ্গলগী গুণ খঙবা তাই।

নারদ : নঙনা হায়রিবদুদি অরেম্বনি; ধর্ম্ম তানবরা হায়ববু নঙদি নোংম-নোংমগী পাপতা লঙশিনবা থংলে। পাপনা নহাক অসে নুমিৎ থানা পাল্লিবমখৈ, মৈনা ঈশিংনা মুথত্রিমখৈ মহা-নরক্তা তারগদবনি।

রত্নাকর : তারবশু ফৈ। পাপকী লম্বীনা তানবা শেন্না চামিন্নবনা ইপা ইমা, ইতু ইচা পুন্নমক অমতা কায়নদনা নরক্তা অদু লৈমিন্নরুগনি। মখোয়বু কায়নদ্রবদি নরক করি থি, স্বর্গ করি থি, হান্নগী হান্নগুম অদুম মপাল্লুগনি।

নারদা ঃ নঙনা তৌবা পাপতি নশাদনা চাগদবনি, অতৈ কন্নানসু চাগদৌবা লৈতে, চামিন্নসি হায়বসু য়াবিগদবা লৈতে।

রত্নাকর ঃ ঐগীদি লোইনা চামিন্নসি য়াগনি।

নারদ ঃ অদুদি অমুক্তং হঙঙুখো, মখোয়না নঙ্গী পাপ লৌগে য়ারবদি নংনা ঐখোয়দা তৌনিংবা তৌজৌ ঐখোয়বু থাজরগা অসুম ঙাইরমগে, থাজদ্রবসু পুনগেরা করিনো নঙনা থোকপা অমা তৌরম্মু।

নারদগী মৱা তারবদা রত্নাকর খঙনীংবা অমা পোক্লদুনা ব্রহ্মাগা নারদগা অনীবু উরীনা পুন্সিল্লন্নগা ময়ুম তান্না চেনখিদুনা হঙঙুবদা কনা অমতনশু পাপকী শরুক লৌ হায়বা য়ারমদবা অমদি মখোয়বু পাপবৃত্তিনা য়োকপগীদমক নুংশিনা চৈরকপা মীচৈ তারকপদগী মমিৎ পাঙলদুনা মবুক্লীং নুংশিনা, নীঙঙমদব-মৈশা-লাংবদগী পুক্লীং লৈতাফম খঙদনা নারদগী মফমদা হল্লক্লে, মানা পুল্লম্বা অনীবু থাদোক্লে, মখূৎ লোন্নদুনা হীক্লবা খোনফম্না হায়রমই —

রত্নাকর ঃ মহাশয়, ঙসি নঙনা ঐগী মিৎ পাঙহনবিরে। ঐনা তৌরকপা পাপকী কোরুনবা লম্বীদগা তাকপীদুনা নঙ্গী নুংশি-হৈবা থম্মোইগী নুংশি-হৈবা মওং উৎপীয়ু।

অদু তারবদা নারদ মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই — 'রত্নাকর, নমাঙদা লোকপিতা ব্রহ্মা য়েংজৌ, ঐনা নারদনি।'

রত্নাকর হরাউ-তুজুংনা ব্রহ্মা-নারদ অনীবু ভক্তি তৌজরে।

লোকপিতা ব্রহ্মানা মহাকপু য়েঙঙদুনা মোমোন মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই 'জগৎ-পিতানা নঙ্গী তুররিংবা শাজৎ উবদা পেল্লদুনা নঙ্গী জ্ঞান পীনবগীদমক দেবর্ষিগা ঐগা লাকপনি। ঙসিদগী নঙ তপস্যা তৌবা হৌ! দেবর্ষিদা তারক ব্রহ্মনাম দীক্ষা লৌ।'

অসী হায়রন্নগা ব্রহ্মা অন্তর্ধান তৌখরে। রত্নাকর দেবর্ষিদা দীক্ষা লৌদুনা মৈ ঈশিং-নুংশিৎ খঙদনা তপস্যা তৌবা হৌরক্লে।

অঙকপা মহাক্কী তপস্যানি। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎনা মশা মশাগী লৈজবা শক্তি পূন্নমক পুথোকতুনা তাহৎপদা মঙোন্দা অরাম-খৌরাংবা হাপ্পা ঙমখিদ্রে অচীক

অশাগী মৈচাক পীবা ওমখিদ্রে। মমৈথংদদি মহাক্না জয় ওইরে মহাক্কী ঈচীক-হুন্নবা থম্মোইগী মঙান্না অকোয়বদা লৈরিবা বনগী শরুক ঈচীক পুক্মুল হুনখরে। কৈ-নোংশানা শজি শঙাই তান্নরকপদা মাগী মপা হেক য়ৌবদা মথবায় শিগনি কিবনা নুংশিংবকী তাংথক নেত্তুনা হুন্দুনা চেল্লম্বা খংলেপ লেপ্লি; সোর পীক্না উনা অকংবা তাদবা য়েংল-য়েংলদুনা মখোঙ থাঙিঙ; মশা তাশিন্না শউম পীক্না চৎলি। কৈ-নোংশাদুগু অদুমঙাই। মশাগী হিংসাবৃত্তি কাওথোক্লখিদুনা হিংসা-লৈতবা জীবগী কাঙলুপ্না পোকপদৌনা তপ্না মশা মশাগী য়াতাফম হল্লি। নুংশিংনা লৈচিল-লাল্লিংনবা বনস্পতি উবদা মশাগী পাঙ্গল নিফুগা মাপল লোইনা পূথোকতুনা হৌরকপদা খংনেম নেমদুনা নাশোল পীক্না থৈদুনা চৎলি; নুমিৎনা মশাগী নোংমগী খোঙফমদা লৈচিল লৈরোল থৈদুনা নারোন্দা চৎলি। অসুন্না মহাক্না তপস্যা তৌরকপসী চহী অমত্তা অনীদা নত্তে, যুগ-যুগান্ত লান্না তৌরকপনি। লৈতাবা মশাদা লৈশৌনা অসুম অসুম শৌজিল্লকপনা লূতোন অদুম লানখ্রে-মশা লৈশৌপুং অদুম ওইখ্রে।

কল্লবা মহাক্কী তপস্যানা জগৎ-পিতা জগদীশ্বরগী থম্মোইদা য়েরক্লে। মহাক কৃপা ফংলে। মহাক্কী থম্মোইদা মঙাল অমা ফাওরে। মঙাল অদুনা মরম্নদুনা বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ড মশক খঙলে। চীং-মাল, তু-খোং, উ-বা, উরী-বারী, শা-উচেক, তীল-কাঙ, কৌজেং-কৌয়া, লেঙ-পানবা পুন্নমক্তা ভগবানগী রূপ উবা ফংলে। জগৎ পুন্নমক মাগী মশক্কি হায়বা খঙলে।

রত্নাকরগী তপস্যা সিদ্ধ ওইরে — মহাক্কী যুগ-যুগান্ত লানবা তপস্যাদা লৈশৌপুংগী মশক ওইরুবদগী, সংস্কৃতনা লৈশৌপুংবু বাল্মীকি কৌনবনা জগৎনা মহাকপু বাল্মীকি হায়না খংনখরে।

বাল্মীকি ব্রহ্ম মশক খঙলবনি, উরবনি; জ্ঞানগী জ্ঞান মহাক্কী ওইরবনি। ভগবানগী অফোংবা শকফম বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ডগী জীবগী মকোক ওইরবা মীওইবগী মরক্তা কনাগুম্বা অমদা ভগবানগী গুণ পুন্নমক নৎত্রবশু অয়াম্বদি ফাওরমগনি হায়বা খঙলে। যোগনা উবা শকফম অদুগী মমি মশাগী মপানগী মমিৎ অনীনা উনীংলক্লে।

তাঞ্জা অসিদা দেবর্ষি নারদ মহাক্কী আশ্রমদা ফাওরক্লে। মহাক্না দেবর্ষিগী সেবা লোইরবা মতুংদা 'চীং-লেম্বা, মরিল-লৈবা, লোনচৎ খঙবা, তৌজমল-খঙবিবা,

অওইবদা-ঙাওবা, ব্রত-কনবা, লীচৎ-ফজবা জীবগী য়াইবদা নীংবা, মহৈ-লৈবা, হীরম-পুন্নমক-খঙবা, ফজবদা-মপা-লৈতবা, মনুক-লাকপা-ঙম্বা, অশাউবনা চঙজবা, মঙাল-ফবা, কল্পক-খম্বল-চঙদবা অমদি য়েক্কব-শাগেনা থুকনবা জগৎ অসিদা কনা লৈবগে' হঙঙকই। নারদনা মহাক্কী অন্তরগী বা খঙঙদুনা নুংশি-মোমোন্নবা বাহৈনা 'নঙনা হায়রিবা গুণ পুন্নমক অসীনা পূনবদি অযোধ্যাগী মপু রামনি, রামচন্দ্রদনি' তাকপীখি। রামচন্দ্রনা লঙ্কাদগী হল্লক্তুনা মযোধ্যাদা পানবা হৌবা মতম ওইবনা মতম অদু ফাওবদা ওইখিবা রামগী চরিত মঙোন্দা নীংথিনা লীবিখি।

অসুন্না দেবর্ষি নারদদগী ফংলবা রামগী চরিত থম্মোইগী থম্মোইনুংদা ঙংল-ঙংলদুনা তমসা-স্নান লাকপদা শাদানবগী নাচুংদবা তেন্না মপাং-কায়নরবা ঙানু-থঙোং অমোমগী শোক্লবা থম্মোইগী মতু-শোনবা মপাউখোল তাবদা মহাক্কী অমগীনা থিৎলবা, অমুক অমগীনা হীক্লবা থম্মোইদগী বাবিহৈবা, নুংশি চাওবা অনীনা শকপান্নদুনা থোরক্লবা শাপকী মশক ওইবা —

য়াইফরনু শাদানবা মতম্নুংদা কৈদৌঙৈ।
থঙোং নামা হাৎনঙাই নুঙেঙাল-চীক্লোক্লরিঙৈ।।

হায়বা কবিতানা ব্রহ্মাগী থম্মোই শুমখি। মহাক্কী য়াথং মতুং ইন্না কবিতা অসীমক্লা ফিভম ওইদুনা রাম চরিত শকখি। মহাক্লা শকখিবা রাম-চরিত-ভারত-খণ্ডদা রামায়ণ হায়না ফাওরি।

যুগ-যুগান্ত তপস্যাগী অমদি কল্প-কল্পান্ত মৌনব্রতগী ফল রামায়ণ মহাকাব্য জগৎ-কল্যাণগীদমক শক্লমলগা ব্রহ্মালোক-তা কাখি আদি-কবি, মহাকবি, কবিগুরু

মহার্ষি বাল্মীকি ❑

*('রামায়ণগী বারী খরা' - ১৯৫১ দগী লৌথোকপা।)*

# মপা নীংবা রাম

অযোধ্যা মহানগরীনি। সরযূ তুরেন্না কোল্লবা, লন-থুমগী তুংনফম ওইরবা, মতমগা ঈরোয়ননা চাওখৎপগী থাক্লোন থাক্লোন কাখৎপদনা মশিঞ্জাং ওইরবা নীংথিরবা কোশল লৈবাক্কী কোনুংনি। মানবেন্দ্র মনুনা সেম্লম্বনি; লিরবনি। ময়ুংনা যোজন তরাগা নীথোইনি। অদুগা মরাক্তনা অহুম্নি। বর্গ ক্রোশ চামঙাগা হুমফুত্তরাতরুক চম্লবা মহানগরী অসিগী অকোয়বদা পাক্লবা, লুরবা, ঈশিংনা চাংজৌ মান্নরবা, লানঙমদ্রবা থাঙওবাৎনা লিরি-হুমবা নুংশিৎকী তাম্থা চানা ইপোম্নরি। মপুং-মরৈ-থারবা, ৱাং-চাউরবা লানগী পন্না চীংগী নাপোম শক্তম্নরি। ঈশিংনা অমদি পন্না কোল্লবা কোনুং অসীগী মনুং অঙকপনি। য়েঙঙু-য়েঙঙুবা মায়গৈদা মিৎফম হোংনীঙঙাই লৈতে; উরু-উরুবা পোৎলমদা মুন্দনীঙাই ওইদে। নুংঙৌ-নুংঙাং নুংমু-চম্লবা পাক-চাওরবা, খোঙলম-কাংলম-খায়রবা রাজপথশিংনা নোংপোক-নোংচুপ, খা-ৱাং কাইরংননা চেল্লি। অচৌবা লম্বীশিং অসীদগী খাইথরকপা, কোক-তোল মান্ননা সেম্লবা লম্বীমচা লীশিংনা লীরোম্ননা তারি। লম্বীশিং অসীগী মতুং ইন্না লাপ্তক-লাপ্তরুনা, খাৱাং-মায়োক্লনা মথোন-তরেৎনবা য়ুমগী পরেংনা লম্বীগী মপান্দা থারিবা তেরা-পাম্বী, মফম মফমদা হৌরিবা হৈকোলগী হৈনৌ-পাম্বীশিংগা মরেপ তান্নরি। হৈকোল-লৈকোল, ইন্দিরানচিংবা য়ুমথোং খুদিংগী লৈতেং ওইরি। মতম পুম্নমক্তা ঈশিংনা ফুল-ফারবা, মনম-নুংশিবা-লৈ-খিক্তুনা চাইরবা লম্বীশিং অদুদা শগোল-শামু-খোঙমী-দোলাই—চতুরঙ্গনা পরেং পরেং চৎতুনা লৈবাক্কী খূৎকন-পাঙ্গনবা ফোঙলি। নাট্যশালাগী পুং-ইশৈগী মখোল অমদি ৱাত্ত-পাদনা-পাল্লবা য়ুমথোংশিংগী নুঙঙাইবা শঙ্গাই-মীনোক্লা লৈবাক্কী য়াইফবা পাউদম্মি। ব্রাহ্মণ মুনি-ঋষিনচিংবগী বেদগান অমদি মন্দিরগী শরিক খাংশি মখোন্না লৈবাক্কী শান্তিগী মপাউ চেল্লি। মফম মফমদা শাদুনা লৈবা চীৎলু-ৱায়রু লৈবা চীৎলু-ৱায়রু চম্নদ্রবা ধর্ম্ম শালানা অরাপ-অরাপ্পা লৈবাক্কী মীরাকফম, মীতিনফম্নি হায়বা তাকই। নগরী অসীগী মীপুম খুদিং নোয়-পেল্লি, মশক-মতৌ ফজে, খোঙতেক-মিতাং উদে—মনমফাও তাদে। ভাঙনরিবা ৱাঙাং, চৎনরিবা শাজৎ অঙকপা ফংনা নীংথিজে; শিক্ষা-দীক্ষা নীংথিজে হায়বা তাকই।

অসীগুম্বা নীংথিজরবা মহানগরীদা ফজরবা প্রজাগী মথক্তা, ইন্দ্রনা অমরাবতী কোনুংদা লাইয়ামগী মথক্তা পানবগুম, পাল্লিবা দশরথনি। রঘুবংশগী নিংথৌশিংগীদা-ওইবা শাগৈ অতৈগীশিংনা ফগুগুমদ্রবা, জগৎ-শীনবা নুংশিৎনা জগৎ মণ্ডোন্দগী তোগুণ্ডাল তোপ-তোপ নীংদম লৈবগুম, ঐশ্বর্য্যদা লুপতুনশু ঐশ্বর্য্য মহাক্না থুম্নৎপা ঙমদবা গুণগী মপু ওইরবা মহাক্নি। জগৎ মশক খঙনা মীওইবগী চৎনরম উনা হিংবা মহাক্নি।

নোংমা শজিবু থাবুক্তনি। অনৌবা য়েন্নীংনা শংজিল্লক হৈমি লৈমি তন্নকপা কুমগী হেদৌনবা ইন্থল চারবা জগৎনা মফম থোইনা খঙগুদনা হেদৌনজবা তাঞ্জানি। অদুনা নিংথৌ দশরথগী থম্মোইদশু হরাউবগুম্বা নুঙঙাইবগুম্বা অমগী ঈথক-ইপোম মচা অমা ফাওরকপগুম তৌই। করিগী ফাওরক্তনীঙঙাই লৈ। চাংজৌ-মরিনবা ঈফন্না ঈচেন নাইদে হায়দুনসু নুংশিৎনা লাক্লবদা ইপোন্নদবা লৈবরা! মফম ইখঙ খঙহৌদনা ফমফমদগী ফুক হৌগৎতুনা শঙ্গাই মনুংদা খিনবা সনানা উফম্নবা শকয়েং নুংশেন্দা চিংনা অমুক, লৈনা অমুক, হাইনা অমুক মশাগী শক্তম পেন্না পেন্না য়েংজরকই। অসুন্না য়েঙঙকপসীদা মহাক্কী চুবা নাক-য়েংকী অমুবা শন্নাং মরক্তা অঙৌবা অমা অনীনা থেৎলকপা উখি। মহাক্তি দর্শীনি, জ্ঞানীনি। সাধারণ জগৎনা হৈদা অহাউবা লৈদা নীংথিবদা খঙবা মফমদা জ্ঞানীশিংনা খ্বাইনা খঙনরিবসীদা নত্তনা হে লৈগী মগুণশিং অদুনা অহাউবগী অহাউবা, নীংথিবগী নিংথিবা মহাক্কী মপাউ তন্নরিবদৃশু তাই। জ্ঞানী দশরথ অঙৌবা শম্বুমশিঙ্গী অঙৌবা মশকফমদা উদুনা তোকপা মীওং নস্তে। মখোয়না পুরক্লিবা হকচাং মস্থরকপগী অরোইবা পূংফমগী লোইনাইদবা নুঙ্গী পুন্সি খোঙফমগী পাউ পূন্নমক তাখি। শকয়েং নুংশেন্দগী তলহল হন্দোরক সনা তাংবল মথক্তা ফমদুনা মথং মথং খঙ্গরকই, 'ইপানা খুভম শিন্নরম্বদগী ঙসি ফাওবদা ঈশ্বরবু কাউবা লৈতনা, ঐগী রঘুশাগৈগী লৈবাক্কী নুংঙাইনবদা হোৎনবনা মশা মশাগী পুন্সি থৌগাই ওইনখিবা নিংথৌশিংবু নীংসংদুনা কোশল লৈবাক কোইরক্লে; নুঙঙাইবা, য়াইফবা, অঙ্গংবা লম্বীদদা ঈশ্বরগী কৃপাদগী পুরক্লে; নোংম-নোংমগী অকাবগী লম্বীদা চিংলক্লে। হৌজিক্তি ঐগী ইহুৎ শিহ্লৌবিনীঙাই মতীক চারবা ইচা রামগা মনাও অহুমগা লৈরে। তরানিদগী খোঙফমদা অরেম্বা ঐশ্বর্য্যদা লমদন্দুনা পোলোইদা খুৎ হাম্নম্নগা নুমিৎ-থাগা কোন্নবা পুন্সি খোংফম তানবদি ঐগীদি মাঙজরসনু হায়ববু রঘু শাগৈগী অমাঙবনি। ঐ চৎপা তারে, বানপ্রস্থ ধর্ম্ম লৌদবা য়াদরে।'

নিংথৌ ফীজোল তহ্লোং হোংদুনা সভাগৃহদা থোক্লে। বশিষ্ঠ, ঋষি পুন্সি
মার্কণ্ডেয়, বামদেব জাবালিনচিংবা মহৎসিংনা পুরবা সভাদা নিংথৌনা লাউথোরক
'কুলাচার্য্যানচিংবা সভাসদ পুম্নমক তাবিসি। পিতৃদেব-না লৈবাক্কী ভার ঐঙোন
শিন্নবিরম্বদগী ঙসি ফাওবদা শাস্ত্রবিধি কায়দনা অমদি গুরুশিংনচিংবা সুমন্ত্রশিংগ
সহায়না ঈশ্বরগী সেবা তৌজদুনা লৈবাকপু য়াইফরমদদা পুজরকপা ঙমজরে
হৌজিক্তি ঐগী ইহৎ শিন্দুনা লৈবাক্কী ভার পুহৌনবা ইচা রামগা মনাও অহমগ
ভগবান-না পীনদুনা মতীক চারক্রবনিনা ঐগী জীবগী য়াইফরম খরদং থিজনব
হকচাং কোমথোকপা পামজরে; লৈবাক্না ঐবু বিদায় পীনবিদুনা ঐগী ইহত্তা অহ
রামবু খুভম পীনবিহৌরবদি অচৌবা থোক্কনি, হয়েংগী হংচিংকী ৱাফম ওইনা থম্বিদন
ঙসিমক্কী সভা অসীদা অরেপ্পা অমা তাবিবা পামজৈ।'

নিংথৌগী ৱাফম অসী তাবদা সভাসদ পুম্নমক্না চপমান্নন 'সাধু সাধু, মহারাজ
নঙ্গুম্বা নিংথৌদগী মতীক-চাবা ৱাহৈনি। নঙ্গুম্বা নিংথৌবু করম্বা প্রজাগী থৱায়ন
বিদায় তৌনীঙ্গনি। অদুবু কর্ম্মক্ষেত্রসীগী নথৌ লোইরদুনা নশাগী লেঙদবা নর
তানগে হায়বদা কোশলগী শিক্ষা-দীক্ষা নীংথিনা ফংলবা প্রজানশু বিদায় তৌরোইদব
লৈতে। নঙ্গী নচা লৈবাক্কী নুপী-নিপা, অঙাং-অহল মীপুম খুদিংমক্কী থৱায়গী থৱা
ওইরবা রামনা নিংথৌ খুভম করি ফংহৌদনীঙাই লৈ। নহাক কায়নরগনি খনবদ
নুংবঙলুরবা ঐখোয় রাম ফঙ্গনি নীঙঙুবদা অশিবা হকচাং অমৃত খিকপগুম থোক্লে
নুঙঙাইরে; মহারাজনা নীংবা থুংবিয়ু' সভানা নিংথৌদা খুন্নক্লে।

লৈবাক্কী ৱা অদু তারবদা মবুক থুংলবা দশরথকী নুঙঙাইবা করি অমুব
হায়রুনীঙঙাই লৈগনি! বশিষ্ঠ-বামদেবনচিংবা ব্রহ্মর্ষিশিংদা অভিষেক-কী দ্রব্যসম্ভা
পুম্নমক লাঙননবা শিন্নরে; অতৈ সুমন্ত্রশিংদা ব্রাহ্মণ মুনি-ঋষি, সামন্ত-নৃপতিশিং
লৈবাক-প্রজা পুম্নমক নিমন্ত্রণ তৌননবা শিন্নরে; সুমন্ত্র সারথি থাদুনা রামচন্দ্র
কৌহল্লুরে; মরম পুম্নমক হোদোক্লরে। রাম মপাবু অমদি সভাবু মতীক চাবা মওংন
ভক্তি কৎতুনা মঙোন্দা তাকপীবা মরম পুম্নমক মকোক থোংনা ওকখি।

হয়েং রামগী অভিষেকনি। অযোধ্যানগরী, মপোক্না ফজ জরবী নুপী-ওইর্ব
কনাগুম্বীনা অচম্বা ফিজোন্না য়ুমগী লৈতেং ওইরম্বদগী উৎসব-পর্ব্ব লাকপদা মশাগী
মকে সেমদুনা নীংথিনা অরুবা ফীরোয় হোংদুনা থোৎনা মেঙনা নীংথিবা শক্তমগী
শক্লোন নীংথিবা অমা অমুক পুথোক্লুনা ভাবোক্কী মিংফম হূবগুম, য়েংবদা পুক্নী

হুনা নীংথিজরে য়ুমথোঙ খুদিং সরযুগী ঈশিংনা মার্জ্জন তৌখরে। মথক্তা ফীরাল থেৎলবা, অকোয়বদা হৈনৌমনা-পরেং শিরবা অদুগা মমায়দা স্বস্তিক চিহ্ন নম্লবা য়ুমগী পরেং দেবালয়গী মতৌগুম নীংথিজরি। থোঙ্গান থোঙ্গান্দা লফু-পাম্বী থারে; মঙ্গল ঘট থিল্লে; আগর-মকুপ-য়াল্লবা মনম-নুংশিরবা ধুপ থারে; লুপানা য়ৈদুনা শারবা অৱাংবা থাউমৈ-মথোঙদা ঘীগী মৈ থাল্লে; মন্দির মন্দিরদা, আশ্রম আশ্রমদা ব্রাহ্মণ-মুনি-ঋষিশিংনা বেদগান তৌরে।

মওং অসীমনা অসী ওইরে। অযোধ্যাগী নুপী নিপা লৈরিবা পুন্নমক্না মখোয় মশানা সেমজরবা নীংথিজবা অসী উবদা মুল্লদুনা মশা মশা কাউনরে। মদুদগু কৃম্মে অমা থোক্লে। নীংথিরবী কুলবধুশিংনা গবাক্ষশিংদা মঙক থিন্দোক থিন্দোক্লুনা নগরীগী নীংথিবা চুপ্পা উবদা অয়ুক পাৎকী থম্বাল-তারম্বা খোইমূশিংনা থরো লম্বী য়েঙঙকপদা মখোয়বু থরো ওইরবোই নীং তমশিল্লকপদগী চেন্নবদা ফজবগী তথক্লবা শকফম অমা ভাবোক্কী মিৎফম্না মবুক পেন্না থক্লরি। ঈশিংনা-উফুল-ফারবা মনম-নুংশিবা-লৈ থিক্লুনা-চাইরবা লম্বীগী মপান্দা নিপাগী কাঙলুপ্না মপৈ মপৈ ফম্মদুনা জ্ঞান-লৈবা দশরথনা রাজশ্রীবু খোঙনাইবা লন্নি খঙদুনা মতম চানা থাদোক্কদৌরিবা অমদি রামগুম্বা ফঙঙদ্রবা মচাবু লৈবাক্কী যুবরাজগী খুভম পীনগদৌরিবা— অসি পুন্নমক হন্না হন্না ভাঙনদুনা থাগৎনখি। হয়েং হায়বা অভিষেক-কী নুমিৎ অদু ৱানা খৌরাংনা ভাইনখি।

অসীনা লৈবাক্কী ৱানি। কোনুং মনুংনা, অমুক হেনফম থোকপনা হেল্লিবনি। অদূগী মথক্তা পুং-শেন, শগোল-শামু, খোঙমী-দোলাই, চেছোক-চেঞ্জিলনচিংবগী মখোন্না জ্বার-কাবা সমুদ্র শক্তম্নরি। শঙ্গাইশিংদা থেৎলিবা ফীরান মচা অচৌবা লক্ষা লক্ষানা নুংশিৎকী ঈমায়দা ইপোন্নদুনা তৌগদৌরিবা অভিষেক-তা মীপূম পুন্নমক্না নুঙভাইনরিবা ঈহল ফোঙলি।

অসীনা মপানগীনি। কৌশল্যাগী শঙ্গাই, রামগী শঙ্গাই মীন চীৎলূ-ৱায়রূ চন্নদ্রে। শরৎকী থাংমৈদা থম্বান্না তাঙলক্লবা মতমদা থারোই-শাৎপা থম্বাল অমগুং অনীদংদা খোইমুগী শাগৈ পুন্নমক হুপচিনবগুম মী পুন্নমক্না হুপচিন্নরকপা অমদি হৱাউবা-নুঙভাইবা ফোঙনরকপা অদূগী শঙ্গাই দোলান্দা য়ৈরকপা খোম্থাংনা লোন্নাইদবা শঙ্গাই ফাওবা রামগী অভিবেক্কী ঈরাং য়াওবগুম তৌরি।

অধিবাস হৌরে। বশিষ্ঠ মুনিনা মন্ত্রনা শেংদোক্লবা রামসীতা বিষ্ণু-মন্দিরদা বিষ্ণু-উপাসনা তৌরে; কুশগী শয্যাদা হৌনবী উপবাস তৌদুনা অহিং লেম্নবগী থৌরাং তৌখরে। রাম-পোকচবা রাণী কৌশল্যাশু মচা-মমৌ অনিগী মঙ্গলগী দমক লৈমকোন্দা লৈবা বিষ্ণু-মন্দিরদা বিষ্ণু-উপাসনা তৌখরে।

তাঙ্গা অসীদা লৈমা কৈকয়ীগী মনাইনুপী মন্থরা মবেম্মগী মনাকতগী ঙহাক ঈচীক লাঙ্গে হায়দুনা মথোন-তরেৎনরবা দোলানগী মতোন তান্না হাইগৎলকই। মহাক্লা মতোল য়ৌরবদা অযোধ্যা মহানগরীগী ওইরিবা ফিভম অদূ উদুনা মবুক্তা 'করি ওইরগিবা ঙসীগী ঈরাং অসে' খল্লকই। তাঙ্গা অদূমক্তদা রামগী মপীশু কব্রংগী ফীজেৎ শেৎতুনা দোলান মতোন্দা হাইগৎলকই। মন্থরানা লাপ্না কৌদুনা হঙঙকপদা রামগী অভিষেক্কী মরোল পূম্নমক খঙ্খি।

মন্থরা নামা-শোয়বীগী পম্খেদা লৈবী নূপীনি; নম্বোম্বীনি। নামা-শোয়বনা নুংদা শেপ্না, মনম পোনবনা নুংদা পোম্বা অতাবীনি। নম্বোম্বী মন্থরা বামগী যাইফবম উবদা নুংবোম্বী শকফম পুথোক্তনীঙঙাই করি লৈ। দোলান মথক্তগী তনকূম কূমথখিদুনা হিপ্লল্লবী কৈকয়ী য়েঙঙদুনা হায়রকই —

মন্থরা : তুম্মু তুম্মু ইবেম্মা, ঙসি হয়েং মঙাইরে নঙনা লৈতানা তুমজগদবা।

কৈকয়ী : করিনোনে মন্থরা, নঙনা লাকফাৎত্রিঙৈনো শাউররিবসীবো, মরোন্দি হায়দনা?

মন্থরা : নঙদি, ঐখোয়দি নিপানা চাল্লবনি হাযদুনা চাদুনা তুমদুনা শেৎতুনদা মরৈবো। নঙনবু করি খঙবা হৌনবগে? হয়েংদা মঙায়রে, নঙনা পঙজবদগী নমাশু নচাশু চাক্লিফিনি চাগদবা। ঐখোয়দি নুংশিদবা ঙমদবনিনা ৱায়য়ে, ৱাজৈয়ে।

কৈকয়ী : অদুবু মরোন্দি ইহায় হেক হায়দে, পঙশাউদা মশাউই।

মন্থরা : নঙনা নহা খরা ওইবা, নশক-নতৌ খরা ফজবদূদা নিংথৌনা খবা দে দে তৌরগা ইতে হেক তেথরে। মতম লেম্নবা তৌবনি হায়বদি খঙদবা শারদনা।

কৈকয়ী : পতিনিন্দা তৌফদে।

মন্থরা ঃ খঙিঙ, তৌরক্তবা য়াদদুনা তৌবিবনে। মীথোই-মীহেন ওইরবা নচা ভারতপুদি নিংথৌ খুভম পীদনা মচা রামদা হয়েং শিন্নগদৌরিবসে ...

কৈকয়ী ঃ হাই অঙাওবী, অপঙবী, ইচা রামনবুদি নিংথৌ ওইদনা কনানবু ওইগদগে। ঐবু খল্লু হায়রবশু ইচা মাবুদা খনগদবনি। রামবু খঙদ্রিবা! ঐখোয় মমা অহন্না পোকপনে, খ্বাইগী অহন্নে। অপঙবী নঙনা নুংবোম্মিববু করিগীনো? ইচাগী অসুক নুঙঙাইবা পাউ পুরকপবু করিবু পীসিবনো। সে ঐগী ইনাক্তা লৈরিবা লীকোল, ফিরোল অসিদুম লৌজৌসে; অতৈশু হয়েং য়ান্নদুম পীথোক্কে। করিগীনো হৌজিকফাও নিংথৌনা ঐঙোন্দা অসুক নুঙঙাইবা পাউ য়ৌরক্তিবসীবো, শাউনীংঙিদা।

রাম-চানবী কৈকয়ীগী মৱা তাবদা হেন্না নুংবোম্নবী মন্থরা চৈনাখোল ফংলবী হু পুবী লিন অমোমদু মঙাইরে; ফী-ফী কান্নে; হায়রকই।

মন্থরা ঃ নিংথৌ অচৌবগী মচানি হায়য়ে নীতিদি ইখঙ খঙদনা ঈদুম ইকাইজে। লোন্নবী মচানা ফদুনা কয়াবু ফজিল্লগবনো! মমাগী মিৎলৈ অমদা থোক লৈখিদৌবা। রামনা নিংথৌ ওইরবদা কৌশল্যানা নিংথৌ-পোকপী ওইদুনা লৈপাক্কী মবেম্মা ওইবা হায়বদুদি মশানা তাজরবনি। নঙনা কৌশল্যাগী মীনাই ওই, নচানা রামগী ওই ৱারবশু ৱানা নমা নচাদবু কায়নজদনা শিরোই-নারোই পাঞ্জরবদি ফদুম ফৈ। অদু থোক্লাই হায়বিবনি। লক্ষ্মণ হায়রে রামগী মমিনি, শত্রুঘ্ন হায়রে ভরত-তা খরদং হেজ্ঞে হায়বদুমঙাই রামবু নীংদৌমখৈ নীংঙিবনি, লক্ষ্মণগীশু ঈ মখাক্লি। অনীদি অঙাংনীনা য়েক্লবশু ঙস্বা নত্তে, য়েক্লফমশু থোক্তে। নঙী নচাদি সিংহাসনগী ঙমথংনি। খুৎকন্নবদা পাঙ্গনবদা হৈবদা শিংবদা রামগী পাঙ্খকনি। রামনা কিদনীঙঙাই করি লৈ? মরাইনা য়েক্ল-তিংঙ্খং কোক্লবা থবক তৌজখিনি। নঙনা শিসি শিঙমদা হিংসি হিঙঙমদা হাও মাও তৌদুনা অদুম লেঞ্জনি হায়বিবনি।

কৈকয়ী ঃ এ: অদুমক তৌরক্কদরনে!

মন্থরা : করি তৌদনীঙঙাই লৈ! করম্বা সিংহাসন-না কূটনীতি চঙখিদবা লৈ। কূটনীতিগী মমাঙদা করম্বা মতমদা দয়া-দাক্ষিণ্যনা লেঙদবা ফিদা ফংখিবা লৈ!

কৈকয়ী : অদুদি মন্থরা করম্নো?

মন্থরা : করম্বা করমদবা লৈতে। নচা নিংথৌ হাপপু, রামবু বন্দা হেক থাও।

কৈকয়ী : অদুবু ঐনা ঙম্বা থবক্রা?

মন্থরা : করি ঙমদনি! শিদ-হিদাক মোনখাংনদুনা শিরগেরা। কাউরবরা? অদুঙৈ তিমিধ্বজ শম্বরগী লান্দা নঙনা সেবা তৌদুনা অমদি নখুৎনা দোলাই থৌদুনা নিংথৌগী মথবায় কনঙৈদো বর অনী লৈনখিবদো? অমনা নচা নিংথৌ হাপপু অমনা মীচা য়েক্লরগদৌরিদু বন্দা চহি তরামরি থোক থাদোকখো। চহী তরামরি বন্দা লৈখ্রবা নিপানা চহী তরামরি লৈবাক্কী মপু ওইরবা নিপাবু তাম্নোকপা ঙম্মবা হৌনবরা? নমা নচানা অদুম মপাঞ্জরদৌবনি।

মীগী মাঙঙু হায়বদুনা লাক্লবদা বুদ্ধি হোরৎনদবা কনা লৈ! হু মরীক অমনা হকচাংগী ঈখোঙ ফংনা মাঙবগুম মন্থরাগী ভেদগী ব্বাকাপ অমনা কৈকয়ীগী বুদ্ধি মরু ফংনা মাঙখরে; মখোঙ মথন্দা ককচনবা থৌরাঙ্খরে। নিংথৌ লাকপা ঙাইদুনা ব্বারৌ-শংদা তাদুনা লৈরুরে।

দশরথ থবক পূন্নমক লোইরম্লগা কৈকয়ীদা অভিষেক-কী পাউ তাক্কে অমদি পোত্থাগে হায়দুনা লাকখি। অন্তঃপুরদা পরপ-পরপ চঙশিল্লকপদা স্বর্ণ পর্য্যঙ্কদা নীংথিবী কৈকয়ী লৈবা উদবদগী মবুক্কীংদা করিনো, করি ওইবা তৌরবনো হায়বা চিংনবা অমা পোকখি। নিংথেম-নুবীশিংদা হঙঙকপদা ব্বারৌশঙ্গুমখরে তাবদগী অথুকপা খোঙফম্না শঙফম তাল্লকই।

শঙনুংদা নুংশিৎনা য়ৈহৎলবী উরীগী পান্দমগুম কৈকয়ীনা লৈমায়থক্তা তাদুনা লৈবা উবদা দশরথ নুংশিজরবা খুবাং অনীনা মকোক চাঞ্জরবা ফৈবোম থক্তা থাঙ্গৎতুনা নুংশি-মেঙলবা খোনফম্না হায়রকই, 'প্রেয়সি! করম্বা নুঙঙাইতবা ব্বাখলগী মখা

পোন্দুনা থোৎলবা মোন্দুম-মোন্দেকমক্তদা খাঙঙমদ্রবা নঙ্গী থোৎনা নৌরবা হুকচাংনা লৈমায় থক্তা তাদুনা লৈরিবা? হায়য়ু তাসি নঙনা করি পাম্বা হায়য়ু। নঙ্গী করি তৌরগা নুঙঙাইগনি হায়য়ু।'

নিংথৌগী মবা তারবদা লৈমা মরায় কাম্বৎতুনা 'বাশকউ ঐনা হায়বা তৌগনি হায়না বাশকউ; নৎত্রবদি হায়রোই' হায়রম্লগা অমুক তুথখরে।

নিংথৌ মথবায় ওইরবা রাম পন্দুনা বাশক্রে। লৈমা কৈকয়ী বাশক তারবদা নুমিৎ-থা, মৈ-ঈশিং নুংশিৎনচিংবা পুন্নমকপু সাক্ষী থম্মদুনা হায়রকই 'স্বামিন্, অদূঙৈ দক্ষিণাবর্ত্তগী তিমিধ্বজ শম্বরগী লান্দা ঐনা খুৎলাইনা শোক্রবা নঙবু ইশানা ইখুৎনা দোলাই থৌদুনা হিংচাবগী মায়াগী লমখৈদগী পুথোক্কুনা অমদি লায়য়েংদুনা কনঙ্জো বর অনী পীগে হায়খিবদো অমনা ঐগী ইচা ভরতপু নিংথৌ হাপপু অদুগা অমনা রামবু চহী তরামরি বন্দু থাও।'

লৈমগী তমথিরবা মবাহে অদু তাবদা লৈহেকপগী খুদোম্না লিনখাক য়েৎপা লৈদা খংবগুম দশরথ খংপ্রেক খংদুনা 'পাপিয়সি, করম্বা নরৈনা বাফম অদু হায়বা ঙম্মিবা' হায়দুনা ফৈবোমদগী মকোক থক ইম্থরকপদা চৈ চারবা লিন অমোম্না মকোক ফ্রং কাপতুনা পাইখৎপগুম ফুক হৌগৎতুনা হায়রকই, 'নঙ রঘুবংশগীনি, নীংসঙঙু, মহারাজ দিলীপ, মহারাজ হরিশ্চন্দ্রনচিংবা রাজর্ষিশিং; নীংসঙঙু, নিংথৌ শৈব্যনা বাশক্কীদমক খুনু-খরংদা মশাগী তোং কক্কুনা পীজবা; নীংসঙঙু মহারাজ অলর্কনা বাশক্কীদমক্তা মমিৎ অনী কোচ্চদুনা ব্রহ্মন্দা পীবা; বাশকখ্রগা করিগী ঙাক্রোই?'

বাঁশী খোঞ্জেন-পামজবা শজি-শঙাইগী শাগৈনা শাদানবগী মরৌ-লৈবা বাঁশীদা চেম্সিন্দুনা তুজরবগুম, দশরথ কৈকয়ীগী মরৌ-লৈবা প্রেমগী তমথিরবা চৈনাখোল ফংদুনা 'হা রাম' হায়রম্লগা লৈমায় থক্তা হায়থখরে। ঙহাক লৈরগা জ্ঞান লাক্কুনা 'কৈকয়ী, নঙনা হায়বা পুন্নমক ঐ পীগে, খঙঙু রাম লৈত্রবদি ঐ হিঙঙরোইদৌবনি, মহাকপু বন্দা থাবা হায়বসীদদি ঙাকউ' হায়না য়াম্না নোম্না হায়রকই। কৈকয়ীনা ময়াখিদ্রবদা লিম্লোইবগী মন্ত্রনা ফারবা, লম্মোনবদি ঙমদ্রবা, মবুক্কদি শাউবনা ফি-ফি কাম্লবা খারৌগী পান্দমগুম, বাশক্তা মপাঙ্গল হাৎখিবনা করি তৌনীঙঙাই লৈখিদ্রবা, পুঙমদবা অশাউবা মৈচাক্কদি মথম্মোই খোম্না ঙুং ঙুং চাক্রবা দশরথ মহাকপু মথবায় শোক্লা থীনা চৈরম্লগা লৈমায়দা হাইথদুনা অদুম তাদুনা লৈখরে।

নোঙাল্লে। পুষ্যা নক্ষত্রগী পুংফম চানা অভিষেক-কী থবক হৌননবা বশিষ্ঠনচিংবা ব্রাহ্মণ পুন্নমক কোনুং য়ৌরক্লে। লোইপোৎ হাবা নিংথৌ পুন্নমকসু নীংথি-নীংথিবা খুদোনপোৎ পুদুনা লাক্লে। লৈবাক্কী নুপী-নিপা- অঙাং-অহল পুন্নমকসু অভিষেক য়েঙ্গদৌবগী ওরং-ওরং তিল্লরে। নিংথৌ দশরথ-তি তান অদূফাওবা মশাদা প্রাত:ক্রিয়ানচিংবগী জ্ঞান ফাওবা লৈতনা কৈকয়ীগী কোন্দা নুংশিৎনা ফুক্তোক্লবা বন-পুবা উজাউনা লৈমায়দা শাংনো হাইথদুনা তাবগুম তাদুনা লৈরি। সূত-মাগধশিংনা হৌনবী য়াকাইরোল থৌগল তৌদুনশু য়াকায়বা য়াখিদ্রে; তাঞ্জা অসীদা ব্রহ্মণ-নিংথৌশিংগী য়াথং পুদুনা লৈম-নিংথৌ-কোনগী মঙাশুবা কাফম ফাওবা য়ৌবদা বেরা লৈত্রবা সারথি সুমন্ত্র মনুংদ-মনুং য়ৌনা চঙঙক্তুনা নিংথৌবু হৌনবী মরোল্লা য়াকায়ররে। নিংথৌ মমায় লোৎশিন্দুনা 'ঐগী ইচা রাম লৌরু' হায়রম্লগা মতোন তাখিদ্রে। সুমন্ত্রনা ওক্রুপ তৌবা উবদা চীনফেন-ফবী রাণীনা 'ইচা রামগী অভিষেক-কী ৱাখল্লা নুহঙইমনখিবদগী ঐখোয় অমত্তা অহিং তুন্নদরে। মহাকপু অসিদা মপা-নিংথৌগা ঐগনা কৌরি হায়য়ু। অথুবনি' শমথরকই। সুমন্ত্র লৈম-নিংথৌ অনীগী য়াথং পুদুনা রামগী শঙ্গাই তমখরে।

রামচন্দ্র সুমন্ত্রগী মরোল তারবদা কৈকয়ী শঙ্গাই তান্না লাক্লে। মপা নিংথৌ মমা লৈমা অনীবু খুরুম্লগা মখূৎ লোন্নদুনা মপাগী য়াথং ঙাইরকই। নিংথৌনা মথৱায়দগী হেন্না নুংশিজরবা মচাবু উবদা মিকুপ অমদা অৱাবা তনকাউ কাউখিদুনা 'ইপাগী রাম' হায়রম্লগা থংনবদা থোক্রিবা মওং অদূ খঙনীং নীংশঙঙকপদগী তুমিন মরু লুক্তুনা মিৎলুদা পি চদুম চদুম শিঙ্গুদুনা লৈখরে। মতোন তাখিদরে।

রাম-চুন্নগী মচা-ওইবা অমা নত্তে। মচা অমা ওইনা মপা নুংশিজবদগী হেন্দোক্না স্বর্গমক্তদগী থোইনা হেন্না ৱাংবা মপানি হায়বা তরু-তরু, তশেং-তশেং খঙনা চৎপা মচানি। অহল ওইরবা মপাগী মিৎলুদগী ৱারবা পিনা শিঙ্গুরকপা উবদা মাগী থম্মোই করম পুবা ঙমফম থোকই! লৈফম খঙদ্রে। মপাগী মচীন্দগীদি মরোল খংফং ফঙ্গনি হায়বা উদবনা পিরাংনরবা মিৎস্না-থম্বাল অনীনা পাউহংজবা নাতাগুম মমা-কৈকয়ীদা চিংনা য়েংজরকই। তাঞ্জা অদুদা ওইখিবা রামগী নুংশিরবা শকফম আদিকবিগী বীণাদনদি থাগে নীংলবদা থাবা ঙম্লমগদরা! খোর্জেজগীদি করি মতীক লৈরুগনি। শরৎকী ইপাল লাংনা শাৎলবী লীক্লা-ফুরবী, অশংবা থারিকথাদনদি মাগী নীংথিজরিবা মনীংথিজগী পীক্তা পীক্লা তাথরক্লবা শরুক্কী মচেৎ-মশুং অমতংগদি পারুনীঙঙাই ওইগদরা। অসুক নীংথিজখ্রবা রামগী মায়থোংনি। উবদা

নুঙেঙাল্লোইদৌবা করম্বা থম্মোই লৈ। অদুবু মন্থরাগী হুনা লুতোল য়ৌথিবনা মমিৎ-তাঙলবী কৈকয়ী মমিৎ পাঙনা-পাঙনা উবা ফংখিদে। করম্না উগনি। মশাদগীদ-য়েংবা মিৎফমদি সমুদ্রগী লীকোলগা অম্নানি। মঙোন্দা অরবা নীংথিবনা করি মমি তারুনীঙঙাই লৈ! কংনা নোকফেৎ তৌ, নিংথৌদা মিৎচিনা খারপ য়েং শাউরংনবা খোনফম্না হায়রকই রামদা কৈকয়ী, 'ইবুঙেঙা নপা নিংথৌসে রঘুবংশদ বংশদা পোক্ত-পোকপা নিংথৌ হায়বদুনি। ফনা থৌই, ফনা নীংথি। ইমানা ইন্দ্র-শম্বরগী লানফমদা নপা নিংথৌ লায়কন্নজমনগা মথবায় কঞ্জমনগা অনীগী বর অনী পীনি, হায়জরুবশু নত্তবা, বাশকপিগ্রগা হৌজিক পীরো হায়রুবা মতমদদি নহাকথংদগী বাশক ঙাক্লীংদ্রদনা কপ্লগা লাউবগা তৌরিয়ে। অমরোমদা শোয়রবসু অমরোমদদি মচা-চাঞ্জবা মপানি হায়বমদি ফনা ফজনা জগৎনা সোম্নগদৌরি।'

মমাগী বা তারবদা রাম মখূৎ লোম্নদুনা মপাগী মফমদা হায়রকই, 'তাত, করিগী বাবিরুই? ইমানা করি পাম্বিরিবা ঐঙোন্দা চিংনবা লৈতনা তাকপীয়ু। নঙনা ঐগী ধর্ম্মনি, নঙনা ঐগী স্বর্গনি; নঙদনা ঐগী তপস্যানি। নঙ্গী বাশক করিগী ঙাক্লেই? হূ চাবা তারবশু চাগনি; নঙ্গী প্রেমনা মপুং ফারবা হকচাং নঙ্গী দমক্লি। তাকপীয়ু ইমানা করি পাম্মীবা!' মিৎকুপ অমত্তং উদবদা যুগ অমা কায়নবগুম বারবা দশরথগী মচীন্না মচাবু করম চহী তরামরি বন চৎলু হায়গনি। হায়বা ঙমদ্রে হায়দ্রে। নিংথৌ হান্নদগী হেন্না মপি চদুম চদুম শিহুবা হৌরক্লে।

নিংথৌনা তুমিন লৈখিবা উবদা মশাগী থবক থুনা পাঙথোক্লীংলবী, মশাগীদা খল্লবী লৈমনা হায়রকই, 'নপানিংথৌনা হায়দোকপা ঙম্মরোই। করিশু নত্তে ইমা হেক্তা মহায়গে। বর অমনা নঙ্গী নহুত্তা ননাউ সেম্মু অদুগা অমনা নঙবু বন্দা চহী তরামরি থাও হায়বদনি। অদুদা নঙোন্দা হায়দোকপা হঙ্গোইরে। হঙ্গোইরিঙে মরোল হোদোক্লনদ্রিঙে থবক লোইনা শোয়নগদৌরি; নখোয়গী নহাকথং নহাকথংদগী মকহৈদ্রবা রঘুবংশ মক্তদৌরি। মক্লাইদ্রবা রঘুবংশ মক্তদৌরি; লৈখা তাগদৌরি।'

মমা লৈমগী মবা তারবদা রাম মোমোন নোক্লদুনা মপা নিংথৌদা হায়রকই 'তাত, অসীগী দমক্লা অবা-মৈখু লাংলিবা! ঐ পোকপবু ইপাগী মিংচৎ থীনবরা, রঘু-শাগৈ চিংথনববা! ঐনা ওইবশু অদুমঙাই ইনাওনা ওইবশু অদুমঙাই। হাপ্লিয়ু; ঐগী লাঙলিবা পোৎলম অসীমক্লা ইনাওবু, ঐগী নুংশিজরবা ইনাও ভরতপু অভিষেক তৌবিয়ু। বন্দা চহী তরামরি নোক্লা নোক্লা চৎকনি; ইপাগী প্রেমগী লম্মন শিঙ্গনি।'

মপাদা অসী হায়রম্লগা মমাদা ওন্সিন্দুনা হায়রকই, 'ইমা, ঐনা নঙবু ইমা কৌশল্যামক্তি নীংজরকপা ঙসি মহৈ য়াম্লে। নঙনা ঐবু ভরত-তগী য়াম্না থোইনা নুংশিবি হায়বা খঙলে। অযোধ্যাগী খোঙনাইবা সিংহাসন শৎতুনা ঙসি নঙনা নচাবু লেঙদবা নুমিৎ-থাগা কোম্নবা ধর্ম্মগী আসন তম্লিবা মমাদ-মমা ওইবীগী পীঙমদ্রবা দাননি। রাম কৌবা ঐহাক্না ইমা নঙবু নীংজবা ঙসি মহৈ য়াম্লে।'

অসী হায়না হায়না মপানিংথৌ মমা লৈমা অনীমক য়েৎ-ওইননা কোয়দুনা মখোঙ শোক্না খুরম্লম্লগা মমা কৌশল্যা, মাগী ওইবী জনকনন্দিনচিংবা মাগী ওইবা পূম্নমক্কী মফমদা পূক্কীং হরাউ হরাউনা বিদায় লৌবা থোকখরে।

ধর্ম্মসঙ্গত ওইবা বাহৈগী অমৃত খিক্তুনা লক্ষ্মণগী অশাউবা নোংদোনলীক্লানা নাপোম খোনবা মৈজাও মুৎপগুম মুৎ, মমা লৈমা কৌশল্যাগী কায়রবী থম্মোই সংযোগকরণীনা অশোকপা হকচাংগী কায়াৎ তাইশিনবগুম তাই থানবা ঙম্নদ্রবা লক্ষ্মণ, কায়ন-মৈচাক পুঙমদ্রবী সীতা অনিগা লোয়ননা বন খোঙশান্নবগী অরোইবা বিদায় লৌবা কৈকয়ী-মন্দিরদা চঙলক্লে রাম।

কৈকয়ীগী পোইরৈ মতুং ইন্না রাম রাজবেশ থমদুনা উকু শেৎলে। উকুগী মতুংইনবা মণি মুকুট্টগা মরুপ্পরবা খোই-খোইনবা শম্লাং জটা লৈনা পুক্লে। যোগেশ্বর শ্রীবিষ্ণুনা কল্যাণগীদমক জগত্তা যোগ তম্বীগে হায়বা নাতাগুম সিদ্ধাশ্রমদা কুমথরকখিবা মহাতপস্বীগী রূপকুম নীংথিজখি। কব্রং ফীদগা তায়োন্নরবী জানকী উকু হোংদুনা সহধর্ম্মিণীগী ধর্ম্ম ঙাকখরে। রামদা-লূপ্পবা লক্ষ্মণ রামগী ফীজোন ফীরোয়নখরে। মপা-নিংথৌ, মমা-লৈমশিং, বশিষ্ঠ-বামদেবনচিংবা মহর্ষিশিং, তিম্নরিবা নিংথৌ-প্রজা পূম্নমক্তা মতীক চাবা চাবা ভক্তিনা, সম্ভাষণ্না বিদায় তৌদুনা তম্নক্লে রাম বনগী লম্বী।

চৎলক্লে রাম বনগী লম্বী। মহাক্কী বন তম্লকপা খোঙথাং খুদিংনা পাম্লক্লে তীংদা থঙ-থঙ অযোধ্যা-নগরীগী। হীক্লবা মিজরাবনা ঘাট থেম্খাং মোনখাংনরবা মেঙনা নৌরবা তারগী পরেংদা য়েরকপদা বানা নুংশিরবা, নুঙোল নুংবংনরবা নুংশি-খোম্লাংনবা শৈরোল কাপথোরকপগুম মহাক্কী কায়ন-খোঙথাং খুদিংনা পাম্লকপদা তীং-শোক্লবী অযোধ্যানগরীগী শোক্লবা তীংদগী ফুদোরক্লে পিরোয়ননা তেংথাখোল -রাম! হা রাম! রাম রাম!

পুকথেল্লক্লে তমসা পিতা ধর্ম্ম ঃ।
নুংথেল্লক্লে গোদাবরী পিতা স্বর্গ ঃ।
বাপাংলক্লে জলধি পিতা হি পরমং তপ ঃ।
শৈখুল্লক্লে চীং-মাল, তৃ-খোং, বন-নুং
পিতা ধর্ম্ম: পিতা স্বর্গ: পিতা হি পরমং তপ ঃ।

তাড়কা-হাৎলবা তেল, মারীচ-থুক্লবা অস্ত্র, সুবাহু-ওল্লবা মন্ত্র, হর-ধনু থুদেক্লবা পান্বোম, বিষ্ণু-ধনু লীরি-পাল্লবা পাঙ্গল, পিতৃ সত্যদা বলি কৎ, উকু শেৎ, জটা পু খোঙথাং খূদীং অবাবা খূদিননীঙঙাইদা ওইরবা দণ্ডকারণ্যদা চৎতুনা ফোঙখি মপাগী গুণ জগৎতা

মপা-নীংবা রাম। ❑

*('রামায়ণগী ৱারী খরা' - ১৯৫১ দগী লৌথোকপা।)*

# পদ্মিনী

পদ্মিনী সিংহল-নিংথৌ মচানুপীনি। হমীরশঙ্খনা পোকপনি। মহাক্কী লাইপোক ওইনা পোকপী নুপীনি। মশক ফজে, মতৌ লৈ, মগুণ চেল্লি; নুপী ওইবগী হায়নবী নীংথিবা পুন্নমক মঙোন্দা লোইনা পুল্লপ পুল্লি। অদুনা মহাকপু মমিংদ পদ্মিনী কৌরব্বা নত্তে, মশক্ষু পদ্মিনীমক্তি হায়নৈ। ফজমনবসীনা সমুদ্র ঈয়ায়দা চীক্ল পোক্লবশু ভারত কংলৈপুংদা মহাক্কী মনম য়োঁই। ভারতকী নিংথৌ, নিংথৌমচা কয়া কয়ানা সমুদ্রমক্ল থৎন থৎনা মঙোন্দ তমশিন্নৈ। মখোয়গী মরক্ত মেবারগী রাণা রতনসিংহশু য়াওই। মহাক্ল খ্বাইদগী পুক্নোন হেন্ন থোকউবগা মহাক্কী শরুক-লাইবক ওইজৌ তম্মম্বগা মঙোন্দ নীংথিবী নিংথৌমচানুপীসী ওঙকই; চিতৌড়গী লৈম ওইরে। মতম অদুগী রাজস্থানগী নিঁঙোন-মৌশিংদ মহাক্কী মপা অমত্ত য়াওদে। ফজে, নীংথিজে হায়নবী পুন্নমক থবান্নিচাক্কী শাগৈনা থাদ শিনবগুম মঙোন্দা লোইনা অদুম ইশি-মশিনৈ। অদুনা চারণশিংন মহাকপু লৈগা পানৈ; রাজস্থানগী লৈরাং কৌনৈ।

নীংথিবী পদ্মিনীনা মপুঙ্গি-খোঙফম লোইশিনখিবা খৃষ্টগী কুমজা ১৩০৩ চনবদনি। মমখিবা অসুক কুইরবমক্তদ মহাকপু ইকাউ-কাউনদে। কাউনদ্রিবসে মশক্কীরা খল্লুগনু; মগুণ্ননি। শক্তি হকচাংন কেস্বদা অদুম লোইরবনি। গুণ্ডি হকচাংন মং চনখ্রবশু লৈহৌই। গুণুননি মীনা মীশক মুৎনদ্রিবা। পদ্মিনী জৌহর-কুণ্ডদা লোইখিবনি। মহাকচাংন কেস্বগা লোয়ন-লোয়ননা মশকফম মমখ্রবনি। মহাকপু বনানা নীংসঁঙুগনি! অদুবু মহাক্ল পুখিবা পুকচেল, ফোঙ্খিবা লৌশিং, উৎখিবা মরিন— অসী খিবিক্তি মগুণ্ণিনা তুঙ্গৈইহৌই। অদূনা মহাকপু ঙসিফাও অসুম কাউনদ্রিবসীনি।

ফজবী পদ্মিনীগী নীংথিবা মপাউ রাজস্থান্দদা তুংদুনা লৈখিদে। লৈবাক্কী লমখৈ লান অসুম অসুম শীনখিবনা দিল্লী থুং সুলতান অলাউদ্দীনগী মনাকোং য়োখি। সুলতান অসীমক্তি শারমথোক হায়নবা মীতা জাত্তুনি। মঙোন্দা অফ-ফত্ত লৈতে; অচুম-চুমদ নাইদে। মশাগী নুঁঙাইবদা ময়েংব, মশাগী ব্বাখন্দ মতৌবা, হৌজিক-

হৌজিক নুঁঙাইথোক্লগা লোইরেদা মখনবা মীওংনি। মঙোন্দ কয়ামৎকী পাউ অঙাওবনি; বেহেস্ত-দুযোগকী বা অসাবনি। 'অল্লাহশু অল্লাহগী থোকপা ঐশু ঐগী থোকপা' হায়না ইকোম-কোম্ন পানবা থম্মোইনি। মহাক্লম্ব মীওংন পদ্মিনীগুম্বী নীংথিবী অমগী ফজবা মপাউ ফংবদা করি নীংব হৌনে! 'অমুক্তং ইমাঙ থারবদিকো'! নীংফম থোকই। অদুনা অলাউদ্দীন পদ্মিনীবু রাণাদগী মুন্দুনা অন্দরমহল চনগে নীখি। অময়োমদনা, গুজরাট জয় তৌরুবদগী ফঁঙকপা নীংথিবী কমলাদেবীগী ফজবা ময়াইন্না উংদুনা হান্ন ঙাওবগী মথক্ত ঙাওদুনা লৈরিবা সুলতান্নি। অদুনা পদ্মিনীগী মপাউ হেক ফংবগা বাখল অমা খন্থবা নংদনা মঙোন্দ মহাকপু কৎলনবা লাইরিক অমা তনই ইখি। শগোল-পাউনা রাণাদা তম্থা অদুম থারে।

অলাউদ্দীন মশাবু লাই ওইনা নীংব নীপানি। মহাক্কী ময়াথংদি অল্লাহমক্কীনি খনবা থম্মোইনি। রাণানা মশাগী লৈম শোয়দনা কৎলগনি থাজে। অদুনা চিতৌড়দগী পদ্মিনী খুঁঙগদবা নুমিৎ মশীং থেকপা হৌরক্লে। নোংম হৌখি নোংম লাক নুমিৎ মশীং শুরে। শগোল-পাউশু হল্লক্লে। পদ্মিনীদি লাক্লে। মাগী মহুত্তা রাণাগী থীরবা মীচৈ অমদুম থুঁঙরে। সুলতান ময়াথং ঙাক্লক্তবগী নুঁঙাইখিদবনে পদ্মিনী ফংদবগী খোয়রাঙবনে শাউবনা মৈ থোক্লে। রাণাবু মতীক চাবা তৌগে নীংলে। অচৌবা তেঙ্গোল অমা তক্লে ম সেন্নে। মশামক্ল পুদুনা চিতৌড় লান চৎলে।

শিশোদিয়া রাজপুতকী পিবা-ফুঙ্গানি। শিবা কিদ্রে হায়নরিবা রাজপুতকী মকোক্নি। সুলতান্ন লান লাকপদা মখোয়না করি নাচুঁঙুনিঙাই লৈ! করিশু নাচুংদে। তৌবদদি অলাউদ্দীন বু খরদং মউ চোকথহল্লগা পাগে নীং লানবল থোঙ থিঁঙে। লাঞ্জাবা খর-খরদং নাত্তনা তেঙ্গোল অমত্ত মপান থোক্লে। অলাউদ্দীন্নু লানবন্ন অকনবনিনা থুগাইবা শক্ময়োই খঁঙদুনা কোয়দুনা অদুম মরৈরে। রাজপুতনা মবুক লৈরক্তদুনা মপাল থোক্লক্লবদা লোইশিনগ্নি খন্দুনা শীংদুনা অদুম মরেক্লে। অদুনা লান লৈতে হায়রবশু ময়াব, লৈ হায়রবশু ময়াব মওংনি। করিনা! পঞ্জাউ য়ান্নদ্রবশু লাঞ্জাবা মশেন্দি তত্তনা থেংনৈ। মায়গৈ অনীনা অসুম য়াক্লদুনা লৈরিঙৈসীদা দিল্লীদা অবাবা অমা লাক্লে। হিমালয় বাংমদগী মুগলশিং লান কুপ্লক্লে। রাজপুতনা মবুক লৈরক্তদুনা থোরকপফাও ঙাইদুনা লোইশিনগনি শীঙম্ব অলাউদ্দীন মরৈবাক হন্দবা য়ারক্লে। চিল্লবা তাঞ্জা অসীদশু মশাগী কান্নদ্রবা অপাম্বদি থাঙমদ্রি। 'পদ্মিনীগীদমক লাকপা লান্নি। মশকফাও উদনা হনবদি চুমদে।' খল্লক্লে মবুক্ত সুলতান। মশক্তদি

উগে নীং 'ঐহাক পদ্মিনীগীদমক লাকপনি। মশা ফঙ্গনি হায়বদি উদ্রে। মশক্তগা অমুক্তং য়েংনীঙি, মশাদা পকপা সনা লুপাদগা মশা শক্তুনা পুনীঙি। ঐনা হায়রিবসী য়ারবদি ঐহাক লানশং ফুক্লগনি।" হায়না পাউ থাজিল্লে।

রাণা সুলতানগী পাউ লৈবাক্ত লাউথোক্লে। লৈবাক্ল পাম্ব তৌ হায়না হায়দোক্লে। লৈবাক নাপাক তানরে। কাঙবু অমনা তেক্সন্নবনা ফৈ, কাঙবূ অমনা ফত্তে হায়দুনা মূক্সরক্লে। হোয়গা মাইগা কন্ন চিংনরক্লে; ৱা তানবা ঙমদ্রে। খন্নরিবা ৱাফম অসী লৈমগী মনাকোং য়ৌরে। "ঐগী ইশক উৎপনা, ঐগী ইপোৎ-ইচৈ খরদং কায়বনা লৈবাক্কী অৱাবা কোক্লগদবা লৈরবদি ঐ ইশানা চোংথোকফম থোকইনা!" খল্লক্লে লৈবাক্ল মহাকথঙ্গীদমক ৱানবদা ৱাজরবী পদ্মিনী। "ঐগী ইশক মিংশেন্দ উৎপা য়ারবা ৱা তেক্সন্নবা তৌবিসি। ঐগী ইশাদা পকপা লীক-কোন পূন্নমকক্সু লাম্ভোকচরে। ঐগী ইহাকথঙ্গীদমক্ত লৈবাক্ল ৱানরিবসী উবদা ঐগী ইথম্মোই পুঙমদরে। ইহাকথঙ্গীদমক্ত চিতৌড়দা ঈগী লৌখোং চেল্লগদৌরে খল্লুবদা অমুক হেন্না পুঙমশিল্লক্তরে। ধর্ম্মনা ধর্ম্মবু য়োক্লবদি ঐনা ইরৈবাক নুংশিজবা ধর্ম্মনা ঐগী নুপীওইবগী ধর্ম্ম শোয়দনা ঙাকচগনি। ঐগী ইপুরোইবদা, ঐগী ইনিংথৌদা, অঙম্ব-প্রজা পুন্নমক্ত ঙসি পদ্মিনীনা ভিক্ষাসীমতং নিজরি।" হায়না থৌগনপাউ থাদোরক্লে। লৈমগী মপাউ তাবদা লৈবাক-অঙম্ব চপমান্ননা নুঁঙাইনখি। লৈমবু খোঞ্জেন অমত্ত ওইনা থাগৎনখি। অসাইমখৈ ফৈগা ফত্তেগা য়েৎনরম্ব, হোয়গা মায়গা মূক্লরম্ব তেক্সন্নরে। লৈমগী অচৌবা পুকচেন্ন লৈবাক্কী অৱাবা পোৎলুম থারে। অলাউদ্দীন্দ মহাক্ল নীংব থুঁঙগনি হায়বা পাউ হল্লে।

রাজপুতকী লীচৎ মুন্ন খঙবা অলাউদ্দীন্নি। করিমতা অকি-অখং লৈতনা হাকথং থৌগল অম'নীদঙ্গ কোনুং চঁঙক্লে। মরৌ-লৈবা মীনি। করিগুম্ব কান্নবা ফংলবদি খন্দুনা তেঙ্গোল খরনা সনথোং ময়াদ লোত্তুনা থনম্মে। রাজপুত্তি মূক্লরিঙেদনা মৈ, তেনরবদনা ঈশিংনি। ঈশিংমুক ঈংন মহাকপূ ওক্লে। হায়নবা মতুংইন্ন অলাউদ্দীন্দ পদ্মিনীগী মমি উৎলে; মশাদা পকপা লীক-কোন লোইনা লাম্ভোক্লে। মরুপ্ত মরুপ্তৌনা মহাকপু নুংশিনা তৌরে। ঙহাক ৱারী-ৱাতাই সানদুনা নুঁঙাইনরে। বিদায়গী তানফম য়ৌরক্লবদা রাণা রাজপুতকী লোনচৎ মতুংইন্ন সুলতানবু থিন্দোক্লক্লে। ওইরিবা মতা অসী মহাক্ল (সুলতান্ন) পাম্বমক থোক্লে। করিনা! মহাক্তি পদ্মিনীগী মশক উরুবদগী লৈফম খঙদ্রবনি। তৌফম খঙদ্রদুনা ৱানা লৈরম্মবনি। রাণানা ইকোম-কোম্ন মহাকপু

থিন্দোকপদু উবদা মহাক ফাদুনা পুরগা পদ্মিনীগী লম্বী অমা সেম্ব য়াগনি হায়না খনখি। সনথোং য়ৌরে। রাণা সুলতানবু অরোইবা বিদায় তৌরক্নে। তাঞ্জা অসীদা মহাক্কী ঈঙ্গিত অমনা লোংলম্ব তেঙ্গোল চোংথোরক্নে। রাণাবু মখোঙ-মখুৎ পুন, শগোন্দ হাপ পুদুনা চেল্লে।

নিংথৌ ফাগ্রবদা লৈবাক হৌরে। লান থোক্লবা শীন্নরক্নে। লৈবাক্ক তৌরিবদু উবদা, মহাকথঙ্গীদমক লৈবাক নিংথৌনা ব্রানরিবদু খল্লুবদা পদ্মিনীদি লৈফম খণ্ডদ্রে। করি করম্ব লম্বীনা মরৈবাকপু, মপুরোইববু কন্নবা য়াগদগে খল্লি। তাঞ্জা অদুমক্তদা অলাউদ্দীন্দগী পাউ লাক্নে। লৈমগা নিংথৌগা শিন্নবা য়াগনি হায়রক্নে। পাউ অসী লাক্লবদা নুংবংনদুনা লৈরুরবী লৈম মোমোন নোক্নে। অঙম্বশিং কৌশিন্দুনা "অঙম্বা পূন্নমক তাবিসি, লৈবাক্ক ইহাকথঙ্গীদমক লান মায়োক্নবা তারকপা উবদা ঐগী ইথব্রায়সী য়াম্না ব্রারুরবনি; ঙাওন শাওনবগুম লৈরুরবনি। অদুবু চিতৌড়েশ্বরীনা লম্বী অমা পীনরে। ফৎত্রবা মুশলমাঙ্গীনা হায়রকইবা ব্রাফম অনীমক্ক ঐখোয়গী লম্বী ওইনদুনা মহাকপু মতীকচাবা তৌবনা ফগবরা নীংজৈ। মঙোন্দ ঐহাক নুপী লোয়নবী চাতরেৎক দোলাইদা দিল্লী চৎনবা লাক্রনি হায়না পাউ হৌজিক্কক হনবিনবা তৌবিসি। অদুগা লম্বীদা কনাগুম্ব অমত্তনা দোলাই ময়া চঙবা, করেম-কথাইনবা য়ারোই হায়নশু তাকপিখিসি। অরোইবদনা, ঐনা দিল্লগী অন্দরমহল চৎপ তারবনিনা রাণাদা অরোইবা বিদায় লৌনীঙি; বিদায়গী মতম পীগদৌবনি; বিদায়গী মমাঙদা ঐগা মহাক্ক (সুলতান) উন্নবা য়ারোই: অদুগা দোলাই খরদি ঐবু চুম্ন থিন্দোক্কদবনি; অদূনা অমুক কোনুংদ হঞ্জিনহৌগনি; মখোয়না হঞ্জিনবদশু লম্বী তশেং তশেংনা থমগদবনি হায়বিসি। মহাক্কী মপাউ ঐনা য়াম্ন খৌরাঁঙবনি হায়না থুজিনবা য়াননবা ইবিখিসি। অসোমদনা, অথৌবা চাতরেৎন দোলাই কাবিরগা লান্মী তরুক তরুক্ক দোলাইরেং ওইনবিদুনা মুসলমানগী লাঙ্গং চঙবিসি। ঐগী দোলাই সাবদুনা রাণাবু কৈশুমশংদগী পুথোকপীরক্লগা লাঙ্গং ব্রাংম লাক্লে হায়বা তাঞ্জাদা মুশলমানগী মথক্তা লান তাবিনবা তৌবিসি। মখোয়না সেম সাদ্রিঙৈদা ঐখোয়না ফনা য়াম্ন লাক্লিনহৌবা য়াগদরা নীংজৈ। অসী পূন্নমক চুম্ন নীংসংজবনি। অঙম্বশিংনা ফগদরা খনবিরবদি তৌবিগনি খঞ্জে।" হায়না তাক্লক্নে লৌশিং লৌশিং-লৈবী পদ্মিনী। লৈমগী মপাউ তাবদা অঙম্ব পূন্নমক নুঁঙাইনখি। মনুং-মপান অনীমক্কী থবক থোক্লবা প্রপ প্রপ শীন্নখি।

অলাউদ্দীন লাইরিক ফংলে। পদ্মিনীবু পাম্বনা, খৌরাংবনা উংদুনা লৈরবা কোক্লি। মবুক্তশু "মিৎন উবা লাই ঐবু পাম্মোইদৌবা কনা লৈ!" হায়না পোঙলবা নীপানি। অফ-ফত্ত খন্থবা ঙমদে। লাইরিকী মরোন পূন্নমক শিৎ-শিৎন য়ারে। পদ্মিনীগা রাণাগা পুন্থায় অমা উন্নবা য়াগনি হায়না পাউ পীরক্লে। রাজপুতশু পাউ ফঙবদা নুঁঙাইনরে। ৱানা নোঁঙানবা ঙাইনরক্লে।

নোং ঙাক্লে। চিতৌড়গী থোঙলেন হাংলে। অথৌবা চাতরেৎ দোলাই কারে। লাম্মী তরুক-তরুক দোলাইরেং ওইরে। দোলাই ময়াম ককচেং পরেং চৎপগুম মরী মরী হাদোক্লে। অদূ উবদা অলাউদ্দীনগী নুঁঙাইবা লোইরে। মশক অমুক সেম্মি; মকোই অমুক নাল্লি; পদ্মিনী উন্নবদা করিনা ৱাহৌসিবা অমুক খল্লি। অদুদগী মশক তনয়েং অমুক য়েঁঙি। চেপ্ন, চিংন, লৈনা-লৈনা কয়া য়েঁঙি। য়েঁঙম্বদগী মনাইশিং-করিশিংন পদ্মিনীগী খুত্ত শোয়রু-লাকউরবদি খংখন খল্লকই। খল্লুবদা মিহুন ব্রং হৌই ফ্রং-ফ্রং ছল্লি; ফুক হৌগত্তুনা মনাক্ত লৈবা মী মথং-মথং তম্থা থাদোকই। ঙহাক অদুদা সুলতানগী অমুক্তং চিঞ্জবা হায়বদু লোইরে। মহাক্ল পোকওঁদগী অসুক চিঞ্জবদি থোকপু থোকখিদ্রি। অমরোমদনা, দোলাই মরী-মরী থুঁঙরে। অদূ উবদা লৈমগী দোলাই রাণাবোমদা পুশিন্নবা হুকুম তৌরে। চিতৌড় হৎলৌগদবা সারিবশিংদুশু লৈমগী দোলাই মতুং ইল্লে। কৈশুমশং মনুংদ চঁঙিবা কাঙবূদুনা তৌনরিবা লৌশিং পূন্নমক মনিংথৌদা হোদোকউরে। রাণা দোলাই তনগা কারে। হাথু-হাথু তৌরবদি খঙ্খিবনা হানগনি খন্দুনা ঙহাক পন্সিন-খোচ্চিন্নরে। অদূদগী তাঞ্জা য়েংদুনা লেং পুবা মুশলমান অঙম্বগী মৱা লৌরে। দোলাই মরী মরী লান্সং ৱাংম তল্লে।

থবক অমা লোইশিল্লকপা উরবদা লৈহৌরিবা রাজপুত তেঙ্গোন মনুং-মনুংদ সেম-সানরে; ফোঙবদি ফোঙদোক্কে; নিংথৌনা লান্সং ৱাংম লানখিবা, মহিঁঙনিনা হায়বা মতাং অদু য়ৌবা য়েংদুনা লৈনরি। মিহুন্দি মীপুম খুদিংমক্কী, খঁঙপনা হানগদরা কিবনা চেনগুম-চেনগানৈ। পাখৎখিবদগী, মুশলমান্ন খঁঙকপা মতম শাংদোক্লবা মমিৎ লন্ন-লন্ন কুপ্প লাক্লরি। অমরোমদনা, পদ্মিনী খৌরাংবদগী ঙাইঙমদ্রবা সুলতান ঙাওখিবদগী মতম তেঙ্গিন্নবনি হায়দুনা মমিৎ তোইকুপ কুপ্লি। মহৌশাগী থোকপদা চৎপ মতম্নদি কনাগীশু য়েঁঙুদে; মশাগী তাজবা মিকুপ অমা লান, মিকুপ অমা কান মহৌশাগী শিঞ্জাংদ অদুম মচৎলি। অদুবু চৎশিল্লকইবনা পুন্থায় অমা ফারক্লে। রাজপুত রাণাবু কদাই য়ৌররিদৌনো ৱানরে। সুলতান পুংসুরে হরাউরে। পুন্থায় অমা খরা কল্লকপদদি ঙাইঙমদবদগী সুলতান মশামক রাণাগী কৈসুমশং তন্ন

ফূদোরক্নে। রাজপুতসু ফন-ফনা চোংথোক্নরক্নে; মথবায় লৌগদৌবগী মঙোন্দ তমশিল্লরক্নে। অদুবু মহাক্কী অঙম্বশিংনে মরক থথ্খিবদগী রাজপুতনা মখুৎ চহেলীবা ঙমদ্রে; চেং থরা লৈরম্বনা মশাদি হিংখরে; মাবু কনবা খুত্তি অদুম লোইহৌরে।

অকিবা লানফম থোক্নে। হিন্দু-মুশলমান তোরা তুনরে। ঙহাক্কী মনুংদ ঈনা লৌখোং চেল্লে। মীশা তাউরে; মীকোক ওল্লে। লানগী লাল্লাউগা শা-উচেক্কী মখোনগা পুনখিবনা অকিবগী মথক্ত অকিবা হাপখ্রে। মায়গৈ অনীমক অমত্ত হুন্নদে। রাজপুতকী মশীংদি অকরুবনি। মুশলমানগীদি সমুদ্রগী লৈঙোইনি। রাজপুত অমা চাম-চাম পাখিদুনসু অদুম মরেম্মৌবদা মথংলবনি। নুমিৎন তারকপা অদুবাইদদি সমুদ্রদা হিরুপ্পগুম রাজপুত তেঙ্গোন লুপ্লে; তুম্মে। তরাই তরাই তুমখিবদি নপ্তে; অমমন্ন মশীং থাঙমদনা কোম্নখ্রবনি। কোম্নখ্রবসু মুশলমান তেঙ্গোন্দদি পঙ্কায়-কায়না থোকহৌদরে। সমুদ্রদগী ঈশিং ফনা কপ্থোক্তুনবু করি ওইরুগনি!

নোং ঙাল্লে। রাজপুত তেঙ্গোন অনৌবা ফূদোক্নে। রাজপুত, অমমন্ন চাম-চাম হাৎলম্মগা নুমিৎ তাবদা তুমখরে। মুশলমান, লীশিং লীশিং মাঙনা মাঙনা ময়েং তাদবগুম খাঙহৌরে। অমুক নোঁঙাল্লে। য়ান্নরে। রাজপুত তুম্মে, মুশলমান লৈহৌরে। অসুম্ন নুমিৎ কয়ানি অকিবা ফংন পাঠান-রাজপুত য়ান্নরে। রাজপুত লোইশিল্লক্নে। গোরা, বাদল, নিংথৌমচা তরামাথোই, মখোয় মখোয়গী তেঙ্গোন তোঙ্গোন কোম্ননা লানফমদা অথৌবগী য়াহীপ তমখরে। হৌজিক্তি নিংথৌগা অঙম্ব-প্রজা খরদংদগা মঙাইহৌরে। লান ঙম্ব নৎত্রগা শিবদনা মথৌদাং ওইনরবা রাজপুত মরৈবাক্কীদমক, মগুণগীদমক শিবা লেপ্নরে। রাণা লৈমদা অরোইবা বিদায় লৌনা লৌনা মশাগী অমদি রাজপুত-চনু-মৌশিঙ্গী ধর্ম্ম শিন্নরে।

ঙসি রাজপুতকী অরোইবা নুমিৎনি। মশা মশা রণচণ্ডীগী ভোগ তন্নরবনি। অঙম্ব-নিংথৌ শাপোৎ-লানপোৎ শেৎপ লোইহরে। চিতৌড়েশ্বরীগী মন্দিরদা চঁঙে। অরোইবা দর্শন তৌরে। তৌনা তৌনা "ইমা! থাঙ্গী তাগী মরক্ত ঐখোয় রাজপুতনি, য়েক্নবা ককপা নৎত্রগা ককখিবনা ঐখোয়গী ধর্ম্মনি হায়বসীদদি কাউদবা পীনৌকো"! হায়না চিতৌড়-লাইরেম্ম খুরম্নরক্নে। লৈমনচিংবী রাজপুত-চনু-মৌশিঙ্গী জয়কার "জয় চিতৌড়েশ্বরী কী জয়!" হায়বা তেঙ্গোনগী লাল্লাউনা শম্মে, পুং-শেন্ন ওক্নে। অকিবা ফংলবা খোঞ্জেনগী মনিন্ন অরাবল্লী তনীক-তনীক খাঁঙে। খোঞ্জেনগা ঈরোয়ননা চিতৌড়গী য়োৎকী থোঙজাও গ্রং হাংদোক্নে, য়োৎকী থোং গ্রোং থাধরে; রাজপুত তেঙ্গোন শগোন্দ ফূদোক্নখরে।

শিগনি খঙনা ফুজিল্লবা রাজপুতনি। অরোইবা খোঙ্গাওনি খঙলবা মুশলমান্নি রাজপুত মায়গৈ নাইবা নুংশিৎকুম ফুজিল্লক্রে; মুশলমান উমং অচৌবগুম খোঙফম চেৎন খাঙলক্রে। রাজপুত হাইথুবা য়াবমখৈ হাইথুরক্রে; মুশলমান খাঙবা ঙম্বমখৈ খাঙলক্রে। অঙকপা অকিবা শাফুনি; অঙকপা খাঙহৈবা মগুন্নি। নুংশিংন খোঙফম তোয়না তোয়না হৌদুনা উজাউ কয়া কয়া ফুক উরক-উতোন কয়া কয়া তকখায়রবং উমংন অদুম মরেপহৌবা, মশানা অদুম মমুৎচখিবগুম রাজপুত য়েক্লবা মকোব কয়া কয়া শোই, মরোয়-মনাও মশীং লাকঙমদনা তকখায়-তকখায়না অসুম অসু মুৎশিল্লক্রে।

ঙসি অরাবল্লী চীংমাঙদা রাজপুত নীপানা শান্নরিবা অথৌবগী কুম্মৈ অথৌবগী মহাউ মুন্ন খঁঙবী রাজপুত-চনু-মৌশিংন লাপ্ন চিতৌড়গী শঙ্গায় মতোন-মতোন্দ লেপ্ন য়েঁঙি। অথৌবশিংন লীক্লাং চোইনা তাবগুম লানয়াইদা তানরকপা উবদ মিৎলুদ পি শিন্থনরি। অৱাবগী নত্তে, নুঁঙাইহবগীনি। নুঁঙাইহবগী পিনা চোৎলবা মায়থো নুমিৎ-মশেক য়ৈবা লীক্লা থাংব অয়ুক্কী অচীকপা মালেমগুম নীংথিজনরি।

তেঙ্গোন পূমতুম তুমশিল্লক্রে। ভাবুক মকোক চৎলম্বী পদ্মিনী রাজপুরোহিত য়েঁঙক্রে। জুহারগী মৈ হৌবা মতম য়ারক্রে নীংসংলক্রে।

জুহার-কুণ্ড মৈ হৌগৎলে। রাজপুরোহিতনচিংব ব্রাহ্মণশিংন বেদ-মন্ত্র জপ তৌরক্রে। মন্ত্র জপ তৌনা তৌনা ঘী পুন-পুন হৈজিল্লক্রে; চেং-থোইদিং, লৈ-শ লংশিল্লক্রে। মৈশেংন ঙ্রং ঙং ঙংন ফুরা-দোলান মতোন খেৎন চাকখৎলক্রে। মৈশেংগী মশক উরকপা, মৈনম নুংশিবা তারকপদা লৈমনচিংবী রাজপুত-চনু পুন্নমক মায়থো মকা লাম্না শঙ্গায় মতোন-মতোন্দগী মরী মরী হরাউবা খোঙথাংন কুমথনরক্রে।

চনু-মৌ পুন্নমক মশা লোইনা শেংদোক্লরে; ফিঙাং লোইনা হোংনরে চিতৌড়েশ্বরীগী মন্দিরদা অরোইবা দর্শন চঁঙে। মাগী মাগী মমা-মচা পুল্লপ-পুল্লপ মন্দিরদগী জুহার-কুণ্ড তম্নরক্রে। অঙাংব লৈপরেং পায়র-পায়রদুনা যজ্ঞ-কুং কোয়নরক্রে। তরেৎলক তরেৎলক সুরকপদা ঙংনা চাক্লবা মৈনুংদ ফল ফল হুঞ্জিন্নরক্রে ঙহাক-ঙহাক্কী মনুংদ উৎপুং ওইনা ওইনা তানরক্রে। মৈরাম্বীগী শাগৈনা মৈরি উবদ মমাঙদা চাকথেক-চাকথেক তাখিবা খুৎপু উরুদবগুম রাজপুত-চনু মৈরিদা ময়েংনৈ অতৈ অমা উরুবা লৈতে। ফুজিন্নরক্রে; মৈদা মশা মশা লোইশিন্নরক্রে। অসু লোইশিন্নরকপনা পুন্নোই লোইরক্রে। লৈম পদ্মিনীদা মঙাইহৌরে।

পদ্মিনী সতীগী মহান যজ্ঞগী পুর্ণাহুতি মতম ওইরে হায়বা উরে। মৈশেং তরেৎলক কোয়রে। আচার্য্যগী মনাক্ত খুরু-খুদক ফম্লে। পুর্ণাহুতিগী মন্ত্র জপ তৌরে। মন্ত্রনা মপুং ফারবদা লৈ অঙাংব পরেং পায়দুনা মৈনুংদ চোংশিনখরে। নীংথিবী পদ্মিনীগী ফজবা শকফম মিকুপ অমগী মনুংদ উৎপুং ওইখরে।

অলাউদ্দীন লান শুম্মে। চুম্নগী লান নত্তে, রাজপুতকীনি। রাজপুতশু অচম্ব নত্তে, শিশোদিয়ানি। অরাবল্লী চীঙ্খাংদ, বপ্পাগী খুভম চিতৌড়গী কংলোদা ইশলামগী নীনি-পানবা থা য়েকপা ফীরান্ন অবু চীংদোন শীংদুনা পাইংগদৌরবনি। মহাক্কী নুঁঙাইজবা লোইরে। হিমাদ্রিদগী কণ্যা অন্তরীপ ফাওবা জয় তৌরকপগী নুঁঙাইবনা ঙসিগী অসী য়ৌদ্রবনি। পোঙনা-চাউনা কোনুং চঁঙক্লে। মহাক্ক কোনুং হেক য়ৌবদা মহাক্কী লানঙম্ব মঙক্ত নীংথিবী পদ্মিনীনা পামজবা লৈগী পরেং হুক্রুম্মগনি হায়না পোঙলবা মবুরু চাউনা নীংদুনশু লাকই।

কোনুং য়ৌরে। পদ্মিনী লৈরমদরে। চুম্ন লৈরমদবা নত্তে, জুহারগী মৈদ উৎ ওইরম্মবনি। খঙজরে, মশাগী অখেংব থৌনা পদ্মিনীগী অঙ্গংব থৌনাগী মফমদা মমায় খুরে; উজরে, মশাগী অমম্ব নাপন পদ্মিনীগী অঙানবা নাপনগী মফমদা মমায় থীরে; পাল্লে, মশাগী ঙকচাউ থেকপা পুকচেন পদ্মিনীগী লুরুক্কবা থম্মোইনা মমু য়েথেক্লে! অসিদগী হেন্ন মায়খুবা অতৈ করি লৈরি! অলাউদ্দীন মথম্মোই পুঙমদরে; মায়থীবগী মৈচারু ঙাওখিবদগী চিতৌড়গী ফুরা-দোলান নীংথিবা পুম্নমক থুগাইরক্লে। অসুম অসুম মথং মথং থুগাইরকপদা পদ্মিনীগী শঙ্গায় য়ৌরক্লে। লানঙম্বী পদ্মিনীগী শঙ্গায় শীথবা লানশি অলাউদ্দীনগী করি মতীক লৈ! শোকপা ঙমদ্রে, শোকত্রে। ফুরা-দোলান অতৈনা তুমখ্রবশু লৈহৌরে অদুম চাউদম-ৱাংদম নীংথিনা লেপ লৈম পদ্মিনীগী শঙ্গায়।

ফংলে চারণ নীংথিবা শৈরম; পাল্লে ইশৈ মধুযন্ত্রদা; লৈহৌরে জগত্ত ফজবা মপাউ, থবরু পান্দ্রবা, লৌশিংন চঙদ্রবদা মশা মৈদা কৎ, শারমথোক অলাউদ্দীন জয় তৌখিবী

লৈম পদ্মিনীগী। ❑

*('ভারত-চনু' লারোন অহানবা - ১৯৫২ দগী লৌথোকপা।)*

# দময়ন্তী

বিদর্ভ হৌজিক বেরার হায়না খঙনরিবা লমদমসীনি। লৈবাক্তীদা নিংথৌ অমা পানখি। মমিংন ভীমসেন কৌই। মহাক্তী ধর্ম্ম খঁঙি; খঙবদা নত্তে, নীংথিনা ৮থলি। মদুগী মহৈনা মীনা ফঁঙমদবা মচা অমা ফম্মি। নুপীনি; দয়মন্তী কৌই।

দময়ন্তী মকুমগী লৈনা লৈরেপ তানবদুমঙাই, হম হম চাউরক্লে। চাউরক-চাউরক্লগা ফজবা মশক হেন্ন হেন্ন ফজরক্লে; নীংথিবা মতৌ হেন্ন হেন্ন নীংথিজরক্লে। মহৈ-মশিংসু মপা লৈতনা হৈরক্লে। লৈগী লৈনম্ন লৈখোঙদা তুংব মীগীনা লৈরক-কোন্নাং শীনবা মহৌশানি। বিদর্ভগী লৈরক-কোন্নাং খূদিংদ মহাক্কী নুংশিবা মনম শীল্লক্লে। অদুনশু লৌইদ্রে। লৈবাক লমখৈ লান মায়গৈ খূদিং শীল্লক্লে। নোংম-নোংমগী লম অসুম অসুম তাল্লিল্লকপনা মমৈথংদদি সমূদ্রনা থাঁঙবাৎ ওইরবী পৃথ্বী লৈমায় থুঙ্খরে। মহাক্কী মগুণ তাবদা লৈবাক লৈবাক্কী নিংথৌ পুন্নমক ঈরাং-লাঙনরে। অহন ওইবা কাঙলুপ্ন মমৌ ওইগদৌবগী মচা মচাগী মতীক-মগুণ কোন্নবা অয়েকপা মশক থানরক্লে; নহা ওইবা খিবিক্ল তালোয় ওইগদৌবগী মশা মশাগী। নিংথৌ ভীমসেন্সু অরাকপা পুন্নমক মচাদা হেক হেক লাঙ্খোকই। লাক্লিবশিংদুগী মরক্তা নিষধ-নিংথৌ নলগীশু য়াওরক্লম্মি।

নল মশক হায়নঙাই লৈতনা ফজে; মতৌ তম্নঙাই লৈতনা নীংথি; মহৈশু পানঙাই লৈতনা হে। নুপী-লক্ত দময়ন্তীনা ফম্মিবা ফম্ফম নিপা-লক্ত নলনা ফম্মি। চহী মতাশু দময়ন্তীগা থংম-নাউমনি। নিংথৌ-নিংথৌমচানুপী অনীসিনা শরুক লাইবক থোক্লুনা পান্নররবদা থাদা রোহিণীনা নিনবগুম থোক্লদৌরিবনি।

অকাবগা অকাবগা অতাবগা অতাবগা খন্নবা মহৌশানি। নিষধগী মপু বিদর্ভ-নিংথৌমচানুপীনা মাগী লৈমা ওইরবা লাইনীঙ্খি। বিদর্ভ-নিংথৌমচানুপীশু নিষধ মপুনা মাগী মপুরোইবা ওইনা ফংজবা লাইনীঙ্খি। চুম্নদা নীংনবা নত্তে; তুম্ব-হিপ্পা, চাব-থকপা নাইদনা নীংনশ্লবা মনীংনি। মৌবানীনা মথম্মোইগী মথম্মোইন্নুংদা কৌজবা লাইনা তাবিরে। মৌবানীগী নীংব থুংনজনবা শীনবিগে কৃম্নক্লে।

নোংম নিষধগী কোনুং পুখ্রীদা সনাগী কাঁও অমা তাররে। অমনা উরক, অনীনা উরক নিংথৌগী নাকোং য়ৌরে, লেঙথোকরক্রে। "মসীদি পাইহনখিবা য়াদ্রে" খল্লদুনা উচেক্তু ফাননবা হোৎনরক্রে নিংথৌ। মহাক্না লাং হুন্দুনা উপকদৌবগী হোৎনবা উরবদা "নিংথৌ, ঐঙোন্দ লাং হুনগনু; ঐহাক বিদর্ভ-নিংথৌমচানুপীদা নপাউ পুবিগে লাকপনি; নংন নীংজরিবা থুঙ্গনি তাকপীরমগে নঙ্গী পুখ্রীদা তারবনি" হায়রল্লগা নোথক্ত পাইখৎখরে। কাঁওনা মীরোল লোনবগী ওকপনে, মহাক্কী থম্মোইগী মৱা খঁওম্বগী ওকপনে নিংথৌ তুজুং-খ্যাউ লাউখি। মহাক্ন খোঙ্গুল তারকপদদি কাঁওদুদি ফনা তাল্লম্লে; উনা উনা লৈচিল মরক্ত চম্লে।

কাঁও বিদর্ভ কোনুংদ অমুক চৎলে। লৈমকোনগী পুখ্রীদা মচীঞ্জাক তাশিন্নদুনা অমুক লৈরুরে। দময়ন্তীগী থৌগল লৈশাবীশিংনে উরুদুনা মবেম্মদা হঙ্গৎলুরে। ময়াম লাঙ্গৈই চন্দুনা ফানবা থৌরাংলক্রে। "শকহেনবি, ঐবু ফাবা ঙম্মোই, ৱাননবনি। ঐ নিষধ-নিংথৌ নলগী মপাউ পুরকইবনি, নংন নীংজরিবদো শোয়দনা থুংজগনি, ৱারুগনু," হায়না হায়না ঈশিংদ মশা ফু নোংথক তন্ন পাইখৎলক্রে। পাইখৎ পাইখৎন "নিষধগী মপুনশু নহাকপু অহিং নুংথিল অনীদা কাউবা লৈতে" হায়রকই। দময়ন্তীশু নলনা ওইবগুম মতু খ্যাউ চুংদুনা অদুম মরৈহৌরে। কাঁওদি উনা উনা নোংদোন লৈচিন্দ অদুম তিনখরে।

হৌজিক্তি ঙাইনরে মতম ৱানা ৱানা নিংথৌশু নিংথৌ মচানুপীশু। লেম্নরে মতম ৱানা ৱানা অনীমক। লৈকা তিন্ন শাৎপ লৈরাং উরুই, মিহৌনৈ। উকা তিন্ন তোংব চেক্না থেংনরুই, কল্লক্নে। মখোয় অনীগী মফমদা মিকুপ অমনা পৃংফম অমগুম শাংলক্রে। পৃংফম অমনা নোংম অমগুম কুইরক্রে। নোংম অমনা থাবৃম অমগুম উইরক্রে। ৱাবগী পম্হেং য়ৌরে। অদুদা কাঁওগী মৱাদনদি খর-খরদং পোথানজে।

নীংনজবা থম্মোই অনীনা ৱানা ঙাইনজরিবা নুমিৎ অদো লাক্রে। ভীমসেন মচা থাজরগে নীংলে। অফবা নুমিৎ অমা লেপ্রে। মশানা মবুক্ত তাবা খঞ্জনবা হায়দুনা মতম অদুদা পানবা নিংথৌ পৃম্নমক বার্তোন তৌরে। অচৌ-অপিক পৃম্নমক্লি। অমত্তফাও চিখদে। মখোয়শু মশক্ত ওইরবশু য়েংহৌগে মতাগুম লোইনা অমত্তফাও চিখদনা, বিদর্ভ-কোনুংদ লাক্রে। নিষধগী মপু নলশু য়াওরক্রে। দময়ন্তী মহাক্না

মতম কুইনা নীংজরক্রবা নৈষধদা লৈ হৰে। হৌনবী মতুং ইম্ন মতীক চপচানা চাউনা লুহোংলে। মপুরোইবনা শেল মপাবুংনে ইন নিষধ কোনুং য়ৌরে।

নল-দময়ন্তী নীংব থুংনরবদা নুঁঙাইনা পাম্লে। মতম্ন মচা নীপা-নুপী পীনরে। লৈবাক্কী লৈম-নিংথৌ ওইনশু য়ুমগী নুপী-নুপা ওইনশু নুঁঙাইনা লৈতানা পাম্লক্রবদা অকায়বা অমা চঁঙক্রে। মী মানা মানা হৈবা মহৈদা শিগম্লি। থাংদ হৈবনা থাংদ, তাদা হৈবনা তাদা, লিন্দ হৈবনা লিন্দ, শাদা হৈবনা শাদা শোয়নগম্লি। নল চৌবর য়াম্ন হৈ; পামশু য়াম্ন পাম্মি। অদূনা মহাক্কী শিফম অমদি চৌবরনি।

পুষ্কর নলগী মনাওনি। হেক পোক্খিন্নরবনি। ময়াম্বুং নিংথৌগী য়াইফবা উবদা কল্লক্রে। মীওইবগী হৌনশা ময়াম্বগী ঈ মখাক্ল মহাক ওইবনি হায়বা কাউথোক্লে। ময়াম্বুংনে ফম্মিবা সনা-টাংবল করম্ন মুন্সিগে খল্লক্রে। অসুম অসুম খল্লকপদা নিংথৌনা মতীক মগুণ লৈমনবনা পাবা য়াবা মরম অমত্ত উখিদরে। মশানা হৈনা, পাম্ন শান্নরবা চৌবরদা মায়া তৌবা ঙম্নবদদি থোক্কনি হায়বা উরে। অদূনা নোংম ময়াম্বুঙ্গী মফমদা চঁঙদুনা "য়াম্বুঙ্গী চৌবর থৌগল অমুক্তুংদ ফংজবা য়ারবদি ...!" হায়দুনা হঙ্গৎলুরে পুষ্কর। নল জ্ঞান লৈবা ময়াম্বনি "ইবুঁঙো, শান্নবা হায়বসীদি হূকাবনি, মিকানবনি। কায়নবা য়াদবা অমদি কায়নহৈদবা মশেন শান্নহৈদে।" থেমজিল্লক্রে। মনাওনা ইয়া ময়ারক্রবদা মপোক্ল অশাবা ঈ চেন্নহাই ফ্রং শাউরক্রে। "ঐগী ইবা মতাদ্রবনিনা নংনে নমায় খূরবদি কমদৌবা?" য়েঁঙক্রে শাউনা নিংথৌ। পুষ্কর অদূ হায়বদা ঙাইরিবনি। "য়াম্বুঙ্গী থৌগল মতীক চানা তৌজবা ঙম্নবা হোৎনজগনি। লুপাগা লুপাগা, সনাগা সনাগা, হেরা-মণি-মুক্তগা হেরা-মণি-মুক্তগা, লমগা লমগা মতীক চানা থৌগল তৌজগনি। লৈবাক থাদোকপা তারক্রবশু নাচুংলূনীঁঙাই থোইনা লৈজদে।" তরাই-তরাই হৌদোং ভক্তিনা হঙ্গৎলক্রে ময়াম্বুং নিংথৌদা পুষ্কর। "ফরে অদূদি" ওক্লম্লগা চৌবরগী ইঙ্গিত তৌরক্রে মনাইশিংদ নিংথৌ।

চৌবর শান্নরে। অশাউবনা মাঙওইনখিবনা হৌজ হৌজ থেঙ্খাং কয়া পোবদা থংলে; মাঙবদা থংলে। পুষ্কর অচেংব য়েঁঙ-য়েঁঙদুনা, অরৌ লঁঙ-লঁঙদুনা নিংথৌবু পঙশাউদা শাউগৎহল্লে। শাউগৎলবনিনা পোমিৎ উরক্তরে, খুৎষ্ন য়েঁঙক্তরে নল। পুকৈ খোৎলে, লনগৈ তাক্রে। লৈবাক্ল খাম্বা য়াখিদরে। হায় হায় লাউনরে। লৈমা য়ৌরে; লেঙথোরক্তুনা কয়া হঙ্গৎলে, লৌবা লৈখিদরে নিংথৌ। হূনা লুতোন কুপ খূজিন-থম্বাল শোকগ্রবদা হিদাক করম্বা চঁঙুগনি! হিদাক লোইনা ময়াই চম্লে। লৈবাক্লা

খামজ-খামজনা, লৈমনা কপচ-কপচনা থারে নিংথৌ মশাগী খুভম। মাওলে। পুষ্কর হৌজিক্তি মচু শেংলক্লে। "য়াম্বুঙ্গী খোঙফম নিষধ-লৈবাক্তা লৈত্রবনিনা লেম্মিঙেদো লেঙবিহৌবনা ফরগদরা?" থারক্লে ময়াম্বদা লায়না অয়াকপা ৱাহে। নল "হাগনু ইবুঁঙো, ইয়াম্ব খঙি। ইয়াম্বগী মাঁঙিবসে মপানগী ওইবা লন খরদংদনি। হৌজিক্সু ইপাঙ্গল লৈরি; ইৱৌশিং মমদ্রি; ইরিল লেঙদ্রি। ইয়াম্বনা তৌগে হায়রবদি নহাকপুদি ছই-য়েন তানবগুম খুৎলাই অমত্ত য়াওদনা তানবা ঙম্মি। অদুবু, ইখুৎন থাম্লবা ঐগী ইরল, ইখুভম নহাক্কীনি। অমনা নহাক অসে ইয়াম্বগী ঈ মথাক্ল ওইবনি। মরম অনীসিদগী নহাকপু ঙসি ইয়াম্বনা য়েঁকম্বনি। নংনশু ফংজরবা ঐনশু থারগদবা পোত্ত করিগী থাংফমদা থাংন্নোৎলি? তৌফদে লোনচৎ-নাইবা মচানা। অদুগা অসীমশু খঙু। ফাঙমদবা শাদা শাগ্রেম্নরুগনু; পাঙমদবা লান্দ লানগ্রেম্নরুগনু; অপঙবনি। নথৱায়দা মাঙদুনা তোক্কনি। ঙসি নল না ধর্ম্ম-চৎপা নল, অমনা, মনাও খঙব-নল ওইরমদ্রবদা খঙৌ নহাক্ল ফমজগনি নীক্রিবা সনা টাংবল ফম্ব ঙম্মমগদরা? অমত্তংদগা তাহৌখো। নঙ্গীশু ঐগীশু বৈরসেনি হায়বা মিংফমদি মুৎপা খক য়ারোই। ঙসি বৈরসেনি অনী কায়নদুনা পাবুং নিংথৌ চিংথরে। নংন লৈবাক পুবা হৈতদুনা অমুক্ত পাবুং চিংথবদি তৌগনু। লৈহৌরো।" হায়না মনাও ৱারকপীরম্লগা লৈমকোল তম্লক্লে।

লৈমা দময়ন্তী মতম্বু মশক নীংথিনা খঙবী নুপীনি। নৈষধগুম্ব নিংথৌনা বুদ্ধি চোইবা উরকপদা মতম্ন চক্রি হৌরে হায়না উখি। তারক্কদৌবা ফিভম মাঙজৌননা খঙকনা মচাইবুঁঙো-ইবেম্ম অনীম্নক লৈমনাই অচানবগী মখুত্ত শিন্নদুনা হান্ন তম্পাকয়ুম য়ৌহনথ্রবনি। মশাদা কোম্ন মপুরোইবগী থৌগল ঙাইদুনা লৈরবনি। নিংথৌ লেঙশিল্লকপা উরবদা ভক্তি কৎন কৎন "ঐ সনা থৌগল লোইজরে" হঙ্গৎলক্লে। "নচা-ইবুঁঙো-ইবেম্ম অনীশু বিদর্ভ কোনুং য়ৌখরে সনা পুক্লীং লাঙবিরুদবা য়ারগনি।" তাথরক্লে মতোম্নু। লৈমগী নীংথিবা মপাউ তাবদা ঙহাক ৱারবা খোঙফমদা অৱাবা পোকথোকপা ফংজৈ নিংথৌ। "নপাউখোন থুম্লবী নিংথিবি! শিদয়াইনা থৱায় পীনবগুম নঙ্গী নুঙাইবা নপাউনা নল ঐগী থৱায় পীনরে। ইচা অনীগী ৱা তাবদা ঈংলে। ঐগীদি ঐনা থাকচরুরবা লাংনি; ইশাগী ইরাম্নংনি। মী পূম্নমক মশা মশানা লঙজরুবা থবক্কী মহৈ অদুম মসা মসানা মচানজবনি। ঐ নংফম থোকই। নোংম-নীনি মতমগী চক্রি লম্নক্ত খাঁভুখিগে। ঐগী ইহাকথং নংন ৱাবদি চুমদে। মনুং অসী পাবুং নিংথৌগী বিদর্ভ-কোনুংদ লৈরম্মু। মতম্ন খরদং হেক ফরকপদা ঐ নহাক্ক উম্নগনি; ইচা অনী য়েঁঙগনি।" তাক্লক্লে য়াথং লৈমদা নিংথৌ। "নুপী ওইবী

ঐখোয়গীদি মপুরোইবা কায়নবদনা অৱাবনি। মপুরোইবনা মাঙদদবু থাজবা ফংলবদি অৱাবা লৈতে। অদুগা অমনা, ইপুরোইবনা সনা-টাংবল লাঁউডিঙে নাপ্প য়াজরবী দময়ন্তী ঙসি উরু ফংঙ্গেনবদশু নাপ্প অদুম ময়াজগনি। নুপী ওইবী দময়ন্তীগী ধর্ম্মগী খোঙফমদা খূরৌ থাংবিগনু। লেঁঙসি থৌগল লোইজরবনি।" হঙ্গৎলক্রে মপুরোইবদা সতী।

লৈমা-নিংথৌ অনীমক কোনুং থাদোক্রে। তমথীরবা পুষ্করনা লৈচিন্দা তেন কাপখিবনা মথৱায় মঙামক য়াওনা নুংশিজরবা মীকোক অনীদুনা অনীশুবা ফি য়াওদনা লমশাং চৎলকপদা লৈবাক কনামতনা ঈশিংখুয়া অমত্তং ওকপা ঙম্নখিদরে। পুক্তা চাক চখোম অম তাদে, ঈশিং খুয়া অম থক্ত বনগী খোঙফম তাল্লক্রে মতম্ন খূভম মুনবিরবা নিষধগী মবুঁঙো-মবেম্ম অনীদো। ঙসাইদা সনা-টাংবন লাঁঙম্ব নল নিংথৌ, টাংবন-নাপ্পা -য়ারম্বী লৈমা দময়ন্তী কাংদোং লৈতবা উচেক্কী পাম্মক ওইরে। অমুক করি ওইগদৌরি! কনানা করি হায়রুবা ঙমগনি। চৎলক্রে, অসুম অসুম চৎলক্রে। অহিং নাইদে, নুংথিল খায়দে, পোথাবা লৈতনা চৎলক্রে। পোথাফমশু লৈতে। করিনা! অনীদুনা পন্মাংদ ঙহাক্তং পল্লম্বদা খুঙ্গংদু'ম তুম্ন মাঙ্গদৌরিবনি। ফৎত্রবা পুষ্করগী য়াথংনি।

বন য়ৌরে। নুমিৎ তরেৎনীগী মতুংদনি। লৈম দময়ন্তী য়াম্ফক তাখরে। অদুবু উখোঙদা ঙানা ঙানা "সনা হকচাং য়াম্ন ৱাররিগনি, ঐগী তম্বাক্তা মোন খাঙদুনা ঙহাক্তং পোথাবিখিসি। হৌজিক্তি বন য়ৌরবনিনা ইপু-নাইইনীং তম্ন পাঞ্জবা য়ারগনি"! হায়না হঙ্গৎলক্রে মপুরোইবদা চোকথরবা মিৎফম্ন য়েঁদুনা সতী। নিংথৌ লৈমগী প্রেম উবদা অৱাবা পুম্নমক কোকখি। অঙকপগা নুংশিবগা অনীনা ফুম্বংনখিবনা ৱাদি অমত্ত ঙাংদে; মুন্ন, চিংন য়েংদুনা লৈখি সতীগী মায়থোং। দময়ন্তীদি ৱা মতোন অতৈ তারম্ব ঙমদনা অদুম খঙহৌদনা উইথখরে। "লৈমনা ঙহাক্তং পোথারিঙেসীদা মসাগী অরাম-খৌরাংব ঙাকচনবা অফংবা খরদং থিবিহৌরুখিগে" নীং ময়া অদুৱাইদা করি করি লৈবগে য়েঁঙকই নিংথৌ। উচেক শঙ্গু অমা মচীঞ্জাক তাদুনা লৈবা উরে। অম-নীদং ফাবা ঙম্বরা য়েঙ্গে নীংলে। মখূত্তদি করিশু য়াওদে। কোয়েং য়েঁঙকপদশু করিঙম্ব অমত্ত তাখিদরে। তৌনীঁঙাই অতৈ উখিদ্রদুনা মশা কুপ্পরিবা ফি লৌথোক্রে। উচেক তমদুনা লাং হুনবদৌনা হল্লক্রে। অঙকপনি মতম্ন য়েক্লবিরবা মীগী ফিভম! উচেক্সিং অদুনা পাইবদা অমত্ত ঙাইরবা ফিদুদুম চেন্নখ্রে। নল অকোকপদা কোড়েক মাঙলে। পুম্মম মমখিদুনা চপ য়ুথ্খরে। দময়ন্তী ঙহাক তুমথরুবদগী নুংশা থিবগা লোয়ননা হৌগত্তুনা য়েঁঙকপদা উরে। মপুরোইবগী অৱাবা উবদা মিৎস্না থম্বাল

অনীদা মপি তরং তরং শিন্থরক্লে। তুমিন, করিগুম্ব অমত্ত ঙাংদনা মশাগী ফি তম্খাই অমা হাইদোক্তুনা মশা কুপ্পিনবিরে। ফি অমত্তনা ফিরোয়নদুনা কোয়রক্লে লৈম-নিংথৌ অনীদো বনগী লমদম। চাক্কী ঈশিঙ্গী হকচাংনি; কয়াবু কুইনা খাঙ্গনি! খোঙ থাংব য়ানরক্তরে; হাইথনরক্লে লৈমায়-থক্ত। দময়ন্তী ফি অমত্তনা ফিরোয়নরবনা মপুরোইবনা মাখ্বিবা য়াররোই খল্লুবনা লৈতানা তুমথোকখরে। নলদি ৱাখলগী চাংজৌ ফম্খিদবনি মিৎ উইশিনবা য়াখিদরে। "ঐগা চেন্নদুনা লৈরবদি দময়ন্তীসী য়ান্ন ৱাবা তারে। ৱাবদা নত্তনা চাদ-থক্তবনা শিবা তারে। লোন্না হন্দোক্রম্ব নত্তনা মহাকপু নীংথিনা থাদোকপদি য়াররোই। ঐনা থাদোক্রম্মবদি ঐগী দমক্ত অমদি পীক্রিবা মচা অনীগী দমক্ত মশা হিংননবা হোৎনগনি নীঁঙি। অদুনদি থাদোক্রম্মগে।" খল্লক্লে। খন্দি খল্লগা ঙমদ্রে। করিনা! শেৎমিন্নরিবা ফি অদু ছেৎপদা শোয়দনা তাগদৌরি। অদুনা তোকপদা তাদুনা লৈরে। অদূদা মতম্ন মহাকপু লাক্লবা পেল্লমদ্রমাক্লে! সতীগী মনাক্তগী চিংথোক্তবদি মখুৎ পেন্ন চৈ থাবা য়াররোই খল্লুরবরা! মনাক্ত থাং অমা তাবা উহল্লে। অদূ উবদা নুঁঙাইবনা লোইরে নিংথৌ। থাং তনখুন খুন্দুনা ফি কক্লক্লে। কক্ল কক্ল "নংনা মিকপ থোরকপা মতমদা ঐবু তমথি হায়না খনবা য়াই। অদূবু তমথিবা শাজৎ অসীনা নঙ্গী নথৱায় কনবা য়াবরা য়েঁঙগে তমথিরবনিকো সতী!" দময়ন্তী য়েং শিন্থরক্লে তরং মিৎলু অনীদা অতৎ-অখম লৈতনা। ককপা লোইরে। "নঙ্গী ধর্ম্মনা নংবু ঙাকপা ওইসনুকো!" হায়রম্নগা থাংলক্লে নল ৱারবা খোঙফম। খরা থাংদোক্লুরগা অমুক নীঁঙম্মক্তরে, হঞ্জিল্লি। হৌজ থেম্খাং কয়াররি অসুম তৌবা নিংথৌনা। অদূবু মতম্ন মহাক্কী তমথিরবা খুবাংন চেৎন পায় লাক্তুনা চিঙঁকপদা চত্তবা ঙম্ফম করি লৈ! হন্দোক্রম্মে দময়ন্তী শুক্লবা বন্দ মথন্দ; চৎখরে নল বন্দ মশাগী মখৈদা।

দময়ন্তী মিকপ থোক্লক্লে। মপুরোইবা উদরে। তৌরম্মিবা ফিভম অদূনা মাঙ্খ্রে হায়বা খঙলে। পাখৎলে, অঙাওবীগী পান্দম ওইরে। কোয়জেন চেন্দুনা মপুরোইবা থিরক্লে; পোখাবা লৈতনা কোয়কৌ কৌরক্লে। সতীগী ৱারবা খোনফম লোক্ত, তায়দা, চীংদ, মান্দ য়ৈদুনা অদুম মতোক্লে। খুম্নকপা তৌদরে নৈষধনদি। ৱারবা, মিপাইরবা খোঙফম্ন বনগী লমতূপ লমতূপ লাল্লকপদা অৱাবা তমথিবা কয়া থেংনবে। শক্তম নীংথিবা নুপী ওইবীশিঙ্গী মরন্নি। মতম্ন য়েক্লবশু ওই। ফজবী দময়ন্তী ঙসি মশাগী ফজবা শকফম্ন য়েক্লরে। মহাক উবদা বনগী শাদানবা অমা ঙাওদুনা ফূজিল্লক্লে। মহাক্কী মওং উবদা ওইরগদৌরিবা ফিভম খঙলে সতী। করি গতি

লৈত্ৰদুনা ধৰ্ম্ম নীংসং শাদানবগী মায়োক য়ারে। ধৰ্ম্মগী গুণ ওসি দময়ন্তী নোংশা অমোম্নি। নোংশা অমোমদা হূইথৌ লাবনা করি দৌনি! শাদানবা মায়থীরে। অসীদা নত্তে; লাইরেন কয়া, শা কয়া বম্নুংদ থেংনরে। মৈনা পাইশিল্লকপা মৈরাম্বী মখৈ চাকথেকপগুম সতী ধৰ্ম্মগী গুণ চাকথেক্লক্লে। চৎলক্লে, কোয়রক্লে অসুম অসুম দময়ন্তী মথন্দ খোঙফম খুদিং অৱাবা, অকিবা খোঙথেং-খোঙথেংননা শুক্লবা বন্দ। মমৈথংদ লম্লোনবা চৎপা কাঙবু অমা থেংনরে। মখোইগী মতুং ইঙ্গদুনা চেদি লৈবাক য়ৌরে। লৈবাক অমদি মফংলে; মীরম্লেন্দি ময়ৌরে; তৌফমদি খঙদে। কোনুং চঙদুনা নিংথেম্নুবী ওইবা নত্তনা তৌনীঙাই লৈত্রে; ওইরে। নৈষধগী লৈমা, বিদৰ্ভ-নিংথৌমচানুপী দময়ন্তী মতম্ন চেদি কোনুংদ নিংথেম্নুবী ওইরে। নিষধ মপু নলগু তানফম অসীমক্তদা অযোধ্যাগী মপু ঋতুপৰ্ণগী সাথৌবা ওইরে। অঙকপনি মতমগী মিৎলৈ! নল-দময়ন্তী সনা-টাংবন্দগী কুম বাহুক-সৈরিন্ধ্রী হায়না তোঙান-তোঙানবা লৈবাক্তা নাইফম চঙদুনা ৱানা লেম্নরক্লে।

বিদৰ্ভরোমদা লৈম-নিংথৌ অনীগী খুভম কায়বা পাউ তারে। ভীমসেন নিংথৌ ৱাব পন্থেংলে। মচাগা মমাক্ত অনীবু মশাগী কোনুংদা পুরক্লবা মী থাবদা খোঙ্গুল মুৎখিবদগী লেম্ন হল্লক্লরে। অদুদগীদি মায়গৈ নীপান্দ মশীং নাইদনা মী থাদুনা থিহল্লক্লে। দময়ন্তীবুদি চেদি লৈবাক্ত ফংলে; নলবুদি ফংদ্রে।

লৈমা দময়ন্তী মপাবুঙ্গী কোনুং য়ৌরে; মচাইবুঁঙো-ইবেম্ম অনী উম্নরে। অৱাবা কোঙ্গায় অমদি শেনফরে। নুঁঙাইবগী শরুক্তি য়াওদে। মপুরোইবগা ছেৎনরকপা ফি অদুদগী হেন্ন মশাদা ফিথোংদে। বনগী খোঙফমদা চামিন্নখিবা উহৈ-ৱাহৈ অদুদগী হেন্দোকপা য়াতোন তংদে। লৈমায়থক্ত মখুৎ মোনখাংনদুনা পোখাবদগী হেন্ন কোনুঙ্গী মোন্দুম-মোন্দেক শোক্লরুদে। হৈকোন অচীকপা লৈকোন মীতাদবদা চীক্ল চীক্ল কম্লি। মিৎস্না অনীদা পিনা অতৎ-অখম লৈতে। নোংম নোংমগী কংশিল্লকপনা শরুদা উন্দনা কুপ্লে। বিদৰ্ভ-নিংথৌ মথৱায় পুবা ঙম্মক্তরে। মমা ওইবী লৈমগীদি করি হায়রুগনি! লৈম-নিংথৌ অনীমক অঙাওবা সারে। করম্ন নল ফঙ্গদগে হোৎনবদনা মখোয়গী মথৌ ওইরে। অদুবু ফংনবদি মরৈখিদ্রে। মচাগী ৱাখিবনা চাদ্রে, থক্লে, তুমদ্রে, করিগুম্ব নুঁঙাইবগী ৱাখন অমত্ত তৌখিদ্রে। মী মনম মনম থোমজিন্দুনা থিরকপদা ফংবা মরৈখিদ্রে। মমৈথংদ তৌনীঙাই মরৈশিল্লক্লবদা 'ইপাগী ইবেম্মা, ইপা গতি লৈত্রে। নঙোন্দা হায়গদৌবা হায়ববু নপুরোইবনা করিগুম্বা হল্লকপা থোক্লবদা উম্নদুনা ঈংজনবা, অদুগা অমনা মপা কায়নবগী মৈশা-লাঁঙবা নচা অনীদা

মমা খাইনবগী মৈচাক হাপ্তনবা নশাগী থরদং য়েঁঙু অসী মঙায়রে। অমুক অমনা ইপানা থারীবা মীথিত্ত মী থোমজীন্দুনা নবুক থুংনবা তৌজৌ। ইপাগী হায়নীঙাই অতৈ লৈত্রে।" তাক্লক্লে য়াথং বিদর্ভ-নিংথৌ।

মপুরোইব্বু তরাই তরাই ফঙ্গনি হায়বা উদ্রে সতী। মথম্মোইগী মপাওখোন্না মথবায় ওইবা মহাকপু থিরগে নীংলে। পাউতপ্লক্লে শৈরেং সা অচৎপ মীপুম থীৎন বারবা থম্মোইগী মপাউখোল। শক্লক্লে লৈবাক খূদিং, কোনুং খূদিং, কৈথেল খূদিং, মীতিনফম খূদিং বিদর্ভগী দূতশিং

কৈদা চাক্তরি নুংশিবা চেক্লা,
চরৈ তম্খাই চেন পাইখিবা থবায়!
হল্লক্লোগবা নুজাগী ইফম,
মুৎলরোগবা থম্মোইগী মৈচাক!

পুখি অসূম অব্বাবা কোকথোং মপুরোইবগী; লীখি অসূম মহাক্কী খোঙ্গুল মপুরোইব-নীংবী

দময়ন্তী।

তাকখি ভারত-লৈমরোন্দ
মপুরোইব নীংবদনা থর্ম্মনি নুপী ওইবিগী। ❑

*('ভারত-চনু' লারোন মরিশুবা - ১৯৫২ দগী লৌথোকপা।)*

# রূপান্তরসিগী মরমদা ৱাহৈ অম'নীদং

'বুকে'গী অর্থ পীনে 'নাচোম'; লৈ মখল খর খর লৌদুনা সেম্বা অদুমখৈ মান্নে, অদুনা পীনবনি; খুৎলৌ, খুখোক অদুগা মশীজিন্নদি মান্নদে। বুকেনা মরু ওইনা থেন্নশেনগী (ফুলদান) সেম্বনি; নাচোমদি তশেংনা নাগী চোম ওইনা সেম্বনি। বুকেগীদি লৈশক নাইদে, চাউবা-পিকপা খণ্ডদে, লৈনম-লৈব-লৈতবা য়েংদে, লৈখোক শাংন শাংনা লৌরগা চাউদম হেক্তঃ ফজনা সেম্বনি; নাচোমগীনা লৈশক খল্লি; পিক্তক পিক্তক তৌবা, লৈনম-লৈবা চঁঙি; লৈশিং অদু পূন্সিল্লগা চিনবা য়াগদৌবা লৈখোক-নাইবা তখৈল্লে-কুন্দালৈগুম্ব লৈ অমগী মনুংদ হাপ্প অমা, নৎত্রে, চিনবা য়াগদৌবা অপিকপা ফজবা য়ুঁতিগুম লৈ অমগী মশাদা পানবা অমা। সাহেবনা লৈ পাম্মগা থেৎলি থবাক্কী ফুরিৎখাউদা, মেন্ন পাম্মগা পায় মখুত্ত, করিগুম্ব কুম্মৈদা মকোক্ত অদুক; মৈতৈ নীপানা লৈ পাম্মগা মনা মথক চুবাদা, অয়াম্বদা কোয়েত্ত, নুপীনা পাম্মগনা চিল্লি নাইন্দ, থেৎলি শমজিদা, করিগুম্বদা নাথক চুবাদা, নহানা করিগুম্বদা শম-নাদা লৈহাউগুম লৈতা: ওইরগা; অদুবু নাইন্দ লৈশাবীশিংনা তোলোক্ত পাখংশিংন- অদুগা লৈবু শৈশক্লে মৈতৈ অশৈবশিংন 'নুরা শাইনোন্ ঙান্নরে, পাখং তোলোক হেন্নরে।'

পূক্লীং ফজবগী লোয়ীন্নি; ফজবা লোইনা মিতানৈ মফম খায়দে, মতম লৈতে, মীওং নাইদে; সাহেব-মেমসু লৈ পাম্মি; পাম্বমখৈদি অরেপ্পনি মান্নে, শীজিন্নবা মওংদি তৈনৈ; লোঞ্চৎ ফজবিগী কাদসু অদুনা অদুম মতৈনৈ। সাহেব মেমগীনা নুংশিনবা চান্নবা পুন্নমক খুৎ শোক্লে — মীশক নাইদে, মীওং খায়দে; খুৎপায়, খুৎচিঙ্গী মওংন নুংশিনবা, চান্নবগী থাক লেপ্পে; মৈতৈগীনা শোক্তঃ মশোক্লে-মীশক কন্ন নাই, মীপুম খুদিং য়াদে ···। মেন্ন ফনেক কৌই ড্রোয়ার অমনা ফাওবা মতাং মতাংদ লেপ্পদা করি থোইনা হঙ্গোইনদে; মৈতৈ নুপীনা ফনেক চোল্লি, খুবোমগী অঙৌবা মীনা খিত্তং শোয়দুনা উখিবদা হঙ্গোইজে। মেন্ন থবাক মওং তানা উৎলি, মতাং মতাংদ থবাক্কী মচীল অদুদঃ কুপ্পগা মীরক তিনবদা ফজনৈ; মশানা ফজরে, য়ৌরে

খঙ্জে; মৈতৈ নুপীনা থা খুম্মি, অতাইবা শরুক খিত্তঃ শোয়দুনা কোমখিবদা মমায় জ্বাওজে।

সাহেব মেমগীনা নক্কবা পুন্নমক কোইনদে, লোয়না চুপ্লে; মৈতৈগীনা কোইনৈ, চুপ্নদে; চুপ্পা য়ারিবা মচা-মশু অপিকপ ফাওবা ফোংনে চুপ্পা হঙ্গোয়নৈ; হকচাংদঃ অনীথোকপা মতৈ-মনাও ফাওবা মপান-থোক্লা পুক্তিগী মতম পুন্নমক্তা চুপ্নদে। সাহেব পাপ্পা অমদা মমৌ নহা-ওইবীনা ইরায় লায়না নুঁঙাইনদুনা হায়বা ঙম্মি — "পাবা, নং নতোমদঃ হিপ্ল বাররি নিদঃ!" মৈতৈদদি মসি লৈ চিকপা বাফন্নি। অসিগুম নুপী নহা অমনা মশাগী নিপাদা মনেম-মকু মমাঙদা ইরায় লায়না 'চৎলো তুম্মুরসি, ইতোমদঃ তল্লি' হায়বদা করিমত্তঃ হঙ্গোয়দে; মৈতৈগীদি — অচৌ-অশাং ফুঙ্গাদা, অহল-লমলশিঙ্গী মমাঙদা মতৈ-মনাওফাও বা ঙাংনবা চোপ্লে, লোঙ্কৎ নাইদবা কৌনৈ; মনেম-মকুদা নুঁঙাইরুবদি থম্মো, ফিজি ফিনা হাইনি হায়দুনা ফি তাসিন চৎনৈ, 'মকোক-মরু থাদোকহৈদে কোক লু খুন্নে।

নুপীগী ফজবা মতাং মেমগীদনা চহি তরাতরেৎনি, মৈতৈ নুপীগীদনা তরাতরুক্লি। মেম-নুপীগী ফজবিনা মমিৎ লংবনি, ফজবা থাবদা ক্যাট্স্ আই, হৌদোং মমিৎক পান্দম্নে; মৈতৈ নুপীগীদনা মওংদ য়েংনৈ, মিৎস্না-থম্বান-মানবী হায়নৈ, থম্বান মনাগা চাংদম্নে। খোঙদাঃ য়েংবদা মেমগীনা কোর্নেনা মওং কায়দ্রিবা হায়বদি খৌঙুপ্প তঙদ্রিবা খোঙদাঃদুদঃ মথানৈ; মৈতৈ নুপীগীনা খুরুম খোঙদা তাবী খুনীংন ঙাতেন-মচীন মানবী হায়না শৈশক্লে।

লমদদঃ নত্তনা বাখন্দ, মিৎয়েংদ মীওং অনীসি নোংপোক-নোংচুপ অদুম তাম্নে। অদুনা ইংরাজী কবিগী শৈশক্ক মৈতৈ অশৈবগী শৈশক য়াম্ন তৈনৈ। মহাকবিগী শৈশক অসি মকোক মতোল চপচানা থম্মবদা মৈতৈ নাকোঙ্গ চুনদবা, মৈতৈগী বাখন্ন নাতোন-নাকচি কাঙদবা ঙস্মোইদৌবা মতাং কয়া কয়া য়াওবনা মৈতৈগী ওইনবা য়ানবা অনুবাদদ: অনুবাদ ওইনা তৌদনা রূপান্তর ওইরপ থমজে। অদুবু মহাকবিগী নীংথিজবা পুন্নমক ঙম্বমখৈ থমজনবদি অদুম মহোৎনজে; ইশাগী ইতিক্কী বাংমদা তাখিবা শরুক্ক শোয়ফম থোকপনা শোয়খিবা অমদি শোয়রবা অদুমখৈদি ঐহাক ইশাগী ইরান্নি। ❑

*(সেক্ষপিয়রগী 'দি রেপ অব ল্যুক্রেসি' - ১৯৬৫ দগী লৌথোকপা।)*

# বসন্ত পাউজেল

লোইরে নিংথম, লাক্রে কাম্বি। লিরি মালং ঈপোম লাং খীংলে মতু উচেক রায়া, ছল্লে য়েন্নিং হৈপাল-লৈপাল। ফাওরে ঈহুল থরায়গী মালেম লৈমায় শীন থুঃ অনৌবা ঈহুল, অনৌবা পাঙ্গল, অনৌবা রাখল, অনৌবা মিৎয়েং, অনৌবা থৌনা। জগৎকী খোঙথাং পেন্দ্রে মালেম্ন য়ৌরসি থা। কদায় ঐখোয়দি মণিপুর! চৎলি হৌজিক্ত ঐখোয়গীদি মধ্যযুগ। চীঙ্গী পল্লোম্নুংসিদ লেম্নরি ইন্দ্রশীংব হংঙোই শা খোঙফম খুদিং পুন্সিগী। ঐ-ঐগী, ইবা-ইবানীগী, ঐখোয়-ঐখোয়গী অখুব মিৎয়েংগী অনেম্ব রাখন্দা য়াইফ শাবা লম্বী থি ঙাওনরি কোক খোংথাং খুদিং পুন্সিগী খন্নদে, শংনদে খনবা ইজাতিগী, থম্মু লান্ন রাফমদি অপূনবা মীওইবা জাতিগী। মতমগী ঈরাং খঙবাসা চীনফেন্নদি হেঞ্জিল্লু খোঙফেন্নদি মেনঙমদা উপতুনবনা কোঙ্গায় অমা —। হৌগৎলসি কান্নরোই চীংবু, তম্বু অনীমক! তম্মৌরে খোঙফম ঐখোয় ফন শাং, চৎনখরে অতৈ জগৎপুম্ব ফন তাম; য়েংসি ঙম্রা তানখৎপ, ঙমদ্রে, লীসি খোঙ্গুন্দদি পোথাদনা খুমাঙ হোৎ; ফঙ্গনি লোয়রোই খরদং পঙ্গুং পম্বাং খুদিংদ মাঁঙোইনবা কাঙবুনা তম্বিরম্ব মতুংগী। চৎলো চৎসি চৎখৎলো অনৌব ঈহুল লাং, অনৌব পাঙ্গল হাপ, অনৌবা রাখল পু, অনৌব মিৎয়েং থম, অনৌব থৌনা পোক য়াইফ লম্বী য়ান্নবা ঙসি কুমগী লাকয়েঙ্গিদ ইজাতিগী।

ওঁ শান্তিঃ ❑

*('ঋতু' ২৮ শুবা চেফোঙ - ১৯৬৯ দগী লৌথোকপা।)*

# কালিদাস

কালিদাস ভারত কাব্য-জগৎকী লেমজনফম্নি; মহাক পোকচমল ভারতনা ওসি জগৎকী কাব্য-সমাজদা ফম্বে য়াবা ওমজরিবনি। তমসাগী খোঙনুংদা পোক্লবা তপোবনগী বীণানা নাওরোইবা ভারতকী কাব্য মপুং ফাজবনি, সিপ্রাগী খোঙবান্দা। কালিদাসকী শৈশক্তা মতম, যুগ কয়াগী য়াওল চারে; কবি কয়া লাক্লে, কবি কয়া চৎখরে; কবি-সমাজ খিবিক্তা কবিগী অর্ঘ্যদি মতম্মে মঙোন্দা মতম।

যুগকবি কালিদাসকী অমৃত-চেল্লবা খোর্জেদগী শিন্থুরকপা কাব্য-রসকী অমৃত চুপ্লুরবা কনানা মঙোন্দা ভক্তিগী অর্ঘ্য কত্তবা ঙম্মুবা। অকবিশিংগী ৱাদি থম্মু থম্লসি; কবিগী শাগেমক্লা মসা মশাগী অভিমান কাউথোক্লে; তন্না কৎনৈ মঙোন্দা ভক্তিগী অর্ঘ্য ভট্টি-বাণ-নচিংবা যুগ-পুবা কবি কয়ানা মখোয়না শরুরম্বা মহাক্কী গুণগান্না লেঙদবা প্রমাণ ওইরি। মতাং অসিদা কৃষ্ণভট্ট কৌবা অফাওবা কবি অমগী ৱাখল নীংশিংঙুদবা ওমদে।

"বয়মপি কবয়ঃ কবয়ঃ কবয়োহপি চ কালিদাসাদয়ঃ
দৃষদো ভবন্তি দৃষদশ্চিন্তমনি দূর্ষ্যদো দৃষদঃ।।

"নুংজমগা নুংয়াইগা নুংলোমদা য়েংদুনা নুংশীংদা চম্মিন্নবগুম, কালিদাসহোয়গা ঐখোয় অতৈ কবিগসু কবিরোমদা য়েংঙগা কবিশীংদা অদুক মচম্মিন্নবা হায়বদুনি" হায়বা কবিগী ৱাফমসিনা কাব্য জগত্ত কালিদাসকী ফমফম অদুম মতাকই।

কালিদাস লাইনা থাবা কবিনি। কোকিল কনা খোন্দম্লুবা লৈ। তান্না কনা তাম্থিরুবা লৈ! হরি কনা খোনশেম্লুবা লৈ? পিথাদোই কনা শৈরেংঙুবা লৈ! মশানা অদুম লাকচবনি; মশানা অদুম তাজবনি।

বররুচি থোয়না ৱাংনা চৎপা কবিনি। কবি কনাবুসু মানা মীথানরুদে; কালিদাসকী মগুণ শরুবা তাবদা মনাতোন নাকচি কাঙঙি। মহাক্কী অমম্বা অভিমান

অসি উবদা গুণগী তুংনফম ওইরবা ভোজনিংথৌ ৱাবীদবা ঙমখিদে। নোংমা সভাদা আবৃত্তিগী মতাং অমা থোকখি। নিংথৌগী সনা য়াথংনা কবি বররুচি আবৃত্তি— থৌগল তৌখি ঃ—

"শুষ্কং কাষ্ঠং তিষ্ঠত্যগ্রে"

নিংথৌগী সনা ইংগীৎ ফংদুনা কবি কালিদাস বররুচিনা আবৃতি হেক লোইবগা থীগ্রিবা পদগী রূপান্তর তনহল হনখি ঃ—

"নীরসতরুবরঃ পুরতো ভাতি"

বররুচি মমিৎ পাঙেঙ; কালিদাস মশক খঙেঙ; নীঙাইদনা খোংবা কোকিলগী মগুণ খঙেঙ; জগৎনা "কবীযু কালিদাসঃ" হায়না মগুণ শরুবদা মবুক্কীং, মথৱায়, মহকচাং য়াওনা খোম্বাংজদুনা গুণীগী খুবম তাঞ্জখি।

কালিদাস অসিগুম্বা কবিনি। অদুনা জগৎনা মহাকপু মহাকবি মিংথোন্নবনি।

কালিদাসকী শব্দ নির্ব্বাচন শক্তি মশাগী পীথোকচরকপনি; মহাক্কী শব্দ লুজবা, মেগুজবা নীংথিজজবা, ফজজবনা শ্রুতিদা অপেনবা পীনবদা নত্তনা ভাবুক্কী মিত্তা য়েংবদা পেনবা নাইদ্রবা কুম্মে অমমমগী মশক্তি; শব্দবিশেষ অমদা ভাবুক্কা ঙাওদনিঙাই লৈতবনি।

"সরসিজমনুবিদ্ধং শিবলেনাপি রম্যং"

পদ অসিদা সরসিজ হায়বা শব্দবিশেষ অসিনা মশাগী লুজবা, মেগুজবা নীংথিজজবা, ফজজবনা পদদা শ্রুতিমাধুরতা হাপ্পদ নত্তে; তরুবা থম্বালদা ভাবুক্কী মাঙদা খিন্দুনা ঈপোম্নরবা লাইজ ঈপাক্কা কোন্ননা খিল্লি। ভাবুক্তা শ্রুতি-দৃশ্য কাব্য অনিগী নুঙাইবা পুন্না পীনরি। শব্দদা লালিত্যগা সার্থকতাগা অনি হেক হেক পুনবসি মহাকবিগীনা ওইনা তৌজে!

মহাক্কী খুয়েক্তসু অসিমঙাই। খুয়েক্কী ফজজবদা নত্তে; শব্দগী মাধুর্য্যনা পদগী লালিত্যনা ভাবুকপু শুম্বদা নত্তে; নীংথিজরবা অমগী সঞ্জীবনী মন্ত্রনা য়েক্রকপা শক্তম খুদিং মথৱায় হাপ্পি; ভাবুক্কী মাঙদা তরং তরং খিল্লি ঃ—

* "মার্গাচলব্যতিকরা কুলিতেব সিন্ধুঃ
শৈলাধিরাজতনয়া ন যযৌ ন তাস্থৌ"।

উমাগী অকনবা অয়ুংবা তপস্যানা শিবগী নিবাত, নিস্কম্প ধ্যান কায়রে; মবুকচেন্দি য়েংনীংঙি; ব্রহ্মচারীগী মশক লৌদুনা ফাওরক্রে; মমাঙদা শিবনিন্দা তৌররে; ব্রহ্মচারীনি অয়াকপদি থানীংদে, মথম্মোইদদি য়ৌনা য়ুরে; মশাদা নাম্ব্রোকচরগে নীংবনা খোঙফম লৈনা ফুরক্রে; খোঙদোই-হুনখিগদৌরে উরক্রবদা শিবরূপ হঞ্জিল্লে; যুগ যুগান্ত মহাক্কী প্রেমদা তাউদুনা মহাক্কী দর্শনগীদমক্তা তপস্যাগী অরাফম পুরক্রবী পার্ব্বতীনি। চৎসি চৎঙমদা লৈসি-লৈঙমদা অরাবদা তারে। কবিনা মশানা বর্ননা তৌরিবা হৈমবতীগী শক্তম অসি 'চীংমায়দা য়াইবা ঈচেন্না লাইজ ঈহন্নবগুম' হায়বা মন্ত্রগী ওইরবা উপমানা মথবাই হাপ্তুনা পার্ব্বতীগী ঈকাই-নুংশি য়ান্নবা চৎসি-চৎঙমদা লৈথসি কদায় হায়বা শক্তম মাঙদা তরং তরং উথলি। অসিগুম্বা খুয়েক অসি জগৎনা "উপমা কালিদাসস্য" হায়না শক্নরিবসিনি।

কবিগী কল্পনা, কল্পনাগী খেল অঙকপনি; মহাক্কী কল্পনাগী জগত্তা তারুরবা ভাবুক কনাগী থম্মোয় মুন্দনিঙাই লৈ! স্বর্গদনি; কশ্যপগী আশ্রম্নি; সত্ত্বগী রাজ্য, শান্তিগী য়াহিপফম্নি; মফম অসিদা শজিনা কৈ উবদা থুক্তে, কৈনা শজিদ মিতাদে; লাইজ ঈপাক্লা বাড়বাগ্নি গর্ভদা পুবগুম মহাক্কী তম্বাক্তা রজঃগী শক্তম সর্ব্বমন; পীক্লবা মৈরিক্লা প্রলয় ঙম্ব শক্তি পুবগুম চহী মঙাগী তনৌ তনৌরবা শক্তমদা দিগ্বিজয়গী শৌর্য্য; অকিবা শম্ফে অমা পক্তনা মচাগীদমক্তা মপাঙ্গল ফুদোক্লবী নোংশা অমোমগা লালশোরুব কার্ত্তিক্কী শকফম; অমরোমদনা মশাগী ঔরস্তদগী তাবা মচা ওইবনা মচা নুংশিবা প্রেম্না ঈথরুরবা মথম্মোই পুঙমদ্রবা দুষ্যন্ত; অঙাংগী মিহৌবা শক্তম; অমুক অমরোমদনা জীবদয়ানা শক্তম্নরবী তপস্বিনী; সর্ব্বদমনগী দমন্দা য়ারবী নোংশা অমোমগীদমক্তা মথম্মোই হীক্লবী শক্তম; নুংশিহীক্লবা খোনফম্ন নোংশা থাদোকহনগদবগী য়াহোং অশাবা উত্তুনা লাউরকপা "পশ্য শকুন্তলাবন্যং"।

চহী মঙাগী পুন্সি খোঙফমদ মমাদনা অৱা-নুংঙাইগী খোঙবু ওইজরবা অঙাংদা শকুন্তলাগী শকুন্তগা মথংদা লাবন্যংগী লা লাকপগা মমা তাকপোই নীংঙকপা মমাগী মফম হরাউনা হংঙকপা অঙাংগী হরাউবা শক্তম; চিংনরম্বা কোক্তুনা মচানি থঙবদা

---

* তুরেলগী ইয়াইদা চীংজাওনা থৎলবদা মহাক (তুরেলগী ঈচেলদু) তুংহন্না থক চেনবা য়াদে, মাঙলোমদা চেনখিবসু ঙমদে। মতৌ অদুগুম্না চীংনিংথৌ মমোমলোই পার্ব্বতীদু চৎখিবসু য়াদে, মফমদুদা লৈবসু ঙমখিদে।

হরাউবগী ঈষ্ণা ফুং ঙাম্বোকপা নিংথৌগী শকফম; জীবগী অৱাবা কোকপদ নুংঙাইখিবা তপস্বিনীগী মায়থোং; তাঙ্গা অসিদা অঙাওবা মচাগী খোঙ্গুল লীরকপী মপুরোইবগা মচাগা পুন্না মমাঙ থাবা ফংজদ্রবী শকুন্তলা অনিবু পুন্না খঙহৌদনা উবদা ঈকাই-নুংশি য়ান্নরবী শকুন্তলাগী অঙকপনা মাঙেঙাইনবা শক্তম, শব্দগী খেল অমনা শান্নরিবা খেল কবি কালিদাসতগীনি।

জ্ঞান পুন্নমক্কী তুংনফম্নি। অখন্নবা ভাবুক খরদগী নত্তে কবি কবিদা কবিনি; মহাক্কী কব্য-সত্যগী পূজারী, জ্ঞানগী সাধক; বিজ্ঞানগী সেবক পুন্নমক্কনি;

* "তাং হংসমালা শরদীব গঙ্গাং
মহৌষধিং নক্তমিবাত্মভাসঃ।
স্থিরোপদেশামুপদেশকালে
প্রপেদিরে প্রাক্তনজন্মবিদ্যাঃ।। (কুমাব সমভবম্ ১/৩০)

"উমাগী শিক্ষাগী মতাংদা কাঙগী শাগৈ পুম্বনা শরদ ঋতু য়ৌবদা গঙ্গাদা ফুঞ্জিনবগুম পুর্ব্বসংস্কার খিবিক্লা ফাওররে" হায়রিবা কবিগী ৱাফম্না দর্শনগী তথ্য পুন্নমক ভাবুক্তা কয়া নীংথিনা পীরিবা!

** "গ্রহৈস্ততঃ পঞ্চভিচ্চ সংশ্রয়ৈঃ
অসুর্য্যগৈ সুচিতভাগ্যসম্পদম"। রঘুবংশম্ ৩/৩০

মহারাজ দিলীপকী ঔরস্তগী সুদক্ষিনাগী গর্ভদা পোক্লবা মহাক্কী মগুণতনা সুর্য্যবংশবু রঘুবংশ হায়না খঙনরবা রঘুগী জন্মকুণ্ডলীগী ৱাফম্না বিশেষ ভাবুক কয়াগী মথম্মোয় করি শুমদনিঙাই লৈ।

কবিগী কাব্য রসজ্ঞ খরদগী নত্তনা সত্যগী পূজারী, জ্ঞানগী সাধক, বিজ্ঞানগী সেবক পুন্নমক্কীনি। অদুনা কবিবু "সরস্বতীগী বরপুত্র" হায়না জগাৎনা মিংথোন্নবিবসিনি। ☐

*(ৱারেংগী শক্রোন, কলচরেল ফোরম, মণিপুর, - ১৯৭৫ দগী লৌথোকপা।)*

---

* শরদ ঋতু য়ৌরক্লবদা কাংও ময়াম্না পরেং পরেং গঙ্গদা তপ্পা লাকই। মতিক্ মগুণ চেন্নবা অফবা হিদাকশিং নুমিদাং ওইরকপদা ইরং লংই। অসুন্না পার্ব্বতী নহানমক্কী মপোক্তা হৈগুম মহৈশিং লায়না ফংই।

** দিলীনা নিংথৌ মপারি রত্ত পোকপদা গুহ মঙা খরাংথাক্তা অমসুং নুমিত্তগী থাপ্পা ভান্দূনা লৈবনা মাগী পুন্সিসি য়াম্ন মরাইবক্ ফরগনি হায়না ফোংদোক্নি।

# ইমুংগী লোঞ্চং

ঐখোয়গী ইমুং অসি য়াম্না ঈংনা পাল্লি। চফুগা ইৱানগসু নোংমা ফাদোক মকেৎনৈ হায়নৈ। অদুবু, ঐখোয়গী ইমুংদা অমগা অমগা নোংমা ফাদোক কেৎনবা খোৎনবগী ৱাফম থোইনা নীংসিংবা ওমদে। মসি ইধৌগা ঐজ্জাগা অনীনা ফজনা চৎখিবনরা নৎত্রে ইমুংগী মীশীং য়ামদবা, কেৎননিঙ্গাই মীশক য়াওদবনরা নহিলক্তরে নুঙাইতবা করিগুম্বা অমা লৈরফাওসু তুমিন তুমিন য়েশিন্নখিগুম্বা, লেমথোক্লখিগুম্বমা তৌবনরা — অমনদি ওইবা তাই নৎত্রগা অহুম্মক্লা পাদুনা ঈংনা অদুম চৎলম্বসু য়াই। তৌবগীসু ইমুংগী মীথিৎশিং অসি মশা মশাগী মশক অমসুং মথৌ মূন্না মূন্না খঙনা কায়দনা অদুম চৎনবগুম উই, অমগা অমগা য়াম্না নুংশিননা লৈনবগুম তৌই। ঐহাক ইশানা অঙাংমক ওইরিঙৈ অসুম্না অদুম খঙবগুম তৌই।

ইধৌনা ঐজ্জাদা ইবেম্মা হায়বদগী নোংমত্ত কায়দে। করিগুম্বা অমা হায়ৱা মতমদা পুক্লীংদা নুঙাইতবা অমা লৈবগুম তৌরফাওদা ৱাঙাঙ কায়দে, ফজনা পুক্লীংগী মপাউ অদুম পী। ঐজ্জা মসানসু কিনা য়েংনা অদুম চৎলি, ইমাখোয়দসু "নপাবুং মবুক্লীং নুংশিরপ তৌবনি, নীংথি-নীংথিনা চৎলু ইচাশা ওসিদি" অদুম ৱারক ৱাতেম্মি। ইমাগা ইমাইবেম-য়াইমগদসূ ইধৌনা নোংমত্ত মমিং ফান্দুনা কৌদে, য়াম্না নুংশিনা "ইমাহল, ইমায়াইমা" কৌই। মচানি হায়দুনা অকনবা ৱাহৈ খক শীজিন্নদে। "ইপাদি মদু পামদে" হায়বদি লোইরবা ৱাফম্নি লৌনৈ—কিনৈ। মাম্মো য়াইমদসু অদুমঙায়, মুখাগ্নিগী থমজবা মচানি, নোংমত্ত মমিং লাক্লা কৌদে, য়াম্না নুংশিনা 'ইপা" কৌই। করিগুম্বমা তৌহন্নিংলবদা 'ইপা, ইপাদি অদু পাম্মিদ," তৌহন্নিংদ্রগনা 'ইপাদি অদু পামদেদো ইপা" লোইরে অসিনা মপাম্মচাগী হায়ব্বু। ঐজ্জাসু অদুমঙায়, মচানুপীনীপা অহুমসিবু "চাউবা, চাউবীহল, চাউবীয়াইমা" কৌই। ঈংনা "ইমাদি অদু য়ানীংই, অদু য়ানীংদে" লোইরে ৱারকপা। ইধৌদনা "পাবুং" কৌই। ৱাঙাঙ ৱাফম খুদিংদা "জগে বিগে" অমত্ত অমুক্ত কায়দে। মাম্মোনা ইমাখোয়দা ঐজ্জানা কৌবদৌনা

অদুম কৌই। বা অমা হায়বা পাখোল অমা শীবা মতমদা নুংশিনা "চাউবীহল/চাউবীয়াইমা তামোদা অদু খর তৌ" হায়। করিগুম্বা শিন্নবা থবক অমা শোয়দুনা মবুক নুঙাইতবগুম তৌরফাও, অকনবা বা শীজন্নদে "ইচলশা, কাউরবোইরে নখোয়দে" লোইরে অদুম। ইমা খঙদে ইমায়ায়মা খঙদে, থবক অমা পায়দুনা লৈরফাও "তামো কাউরে" ফুক হৌগত্তুনা মাম্মোগী থবক্তু পায় হেক্ত। ইথৌগা ঐজ্ঞাগা অনীমক্তা কিনা চৎপগুম মাম্মোদসু চৎলি অদুম ইমা অনীমক। মাম্মোগী মাঙদা নোক খেদে, বা অমা হায়বা তারবদা "তাম্মো, অদুম্মত্ত তৌবিউ" হায়বসি য়ান্না কিনা তপ্না হায়। ইমাগা ইমায়ায়মগসু থক্সি খাসি ফজনা নাইনা অদুম চৎনৈ। নুংশিনা "ইচেম্মা, য়াইমা" হায়না তিন্নৈ। ইমায়ায়মনা ইমাবু কিনা চৎলি। ইমানসু করিগুম্বমা হায়বদা নুংশিনা "স্নাইমা, ইচেমদা মদুমত্ত তৌবিয়ুবা" হায়বগুম্বা বাঙাঙদনা মপুং ওইনা ঙাঁঙি। ময়ামসিদা খোল খরা কল্লিবা, জগে বিগে য়াওদবা, জবেঙ জবেঙ বায়াম শূরিবসি ইবেল থোইদিংজাম্বীদনি। মানা কিনা লুনা চৎলিবসি ইথৌদদনি, অতৈদি মমিত্তা থাকপদা থুপ্লিপোৎ নত্তে। ঐজ্ঞাদগী হৌনা মাম্মোয়াইমা, ইমা, ইমায়ায়মা ইন্দোমচা মুবী ফাওবসিদদি ঙাঙনীংবদ ঙাঙবা, বারকপদ থংব ঙাক্লি, খোঙথাং য়েংদুনা ঙাঙবনি। ঐদদি মাবু ঙম্মি, ঐনা তৌরিমখে য়াই। অদুদা অমদি লৈ, ঐসে লমহেনবা নিঙাই চাউবা অঙাংসু নত্তে অঙাওবা অঙাংসু নত্তে, হায়বা খোৎপা ইয়া য়াবা অঙাং ওইনা তৌবনি। ইন্দোমচা মুবীসিদি ঙাওরপ হৌবনি, অদুবু ময়াম কিবনরা ইমুংদদি মঙ্গৈংই, ইমাদদনি মানা নাউথি খর সাবা।

ঐনা খঙলকপদা ইবেন থোইদিংজাম্বীসি পোক্লা পূমঙৌ ঙৌরম্লে। মখ্বাং শোল্লপ তৌরে, চৈশু অমা পায়রগা মঙোন্দা নুঙাইগুম উরে। অদুবু, মচু মমেন শিদে, ময়া তেক্তে, মনা পঙদে, মমিৎ থৌরি, অহলগী কাউজল থীবা চঙদ্রি, বা ঙাঙবা কল্লি। ঐখোয়গীদা ঐজ্ঞাগা কোন্নদুনা অদুম লৈবদগী মচানিপানা ঐজ্ঞাদা কন্না হায়মন্দুনা নুমিদাংদং অদুক লৈরুবদনি। ময়ুম পঙলাপ লাপ্তে, ঐখোয়গী মনীং লৈরক্তা য়ুম্লোল অম-নীদং চৎলগা অদুম মরৈ। নুমিৎ খূদিং নুমিৎ থোক্লীং থোক্লাং তৌরকপদা হেক্ত য়ৌরকই। য়ৌরকপগা ইমাহোয়দা "নমা হৌদ্রিবরা" হেক্ত হংঙি। পাউখুম ঙাইদে, অদুক মহংবনি, খঁঙি মশানা লোইনা ঐজ্ঞাগী লেঙখৎপা মতম নত্তে হায়বা, চঁঙি ফম্মেল ফম্মাঙদা য়াহৌ থেঙবগী শাউদুনা, শাউই খঙসনু মতা ফজনা থীনা চৈবা হৌই "সনা ইবেম্মদি লেঙখৎপিদ্রিবোইয়ে"। "ইমা লাক্লুবরা, হৌগৎলগে হৌগৎলগে" খুম্মি ঐজ্ঞানা। "ইমা লাক্লুবরবু হায়জবা সারিয়ে মমায়

ইকাইগেদি হায়ব্রদনা" চৈনা চৈনা ঐজ্ঞাগী খুদা খুয়াদগী মহাক্কী হিদাকফু ঙাম্বক লৌই। ফুংগাদা চঙদুনা হিদাক হাল্লগা থকই। থক্লা থক্লা অদুম চৈ, লেপ্তে। মহাক্কী থক্লিবা হিদাক্তুবু ভাব তানা থক্লিগদরা খঙদে। "ইমাইপেম্মা, সুক থেঙনা হৌদুনা মী করম ওইগদৌরিবা, ঐখোয়দি খঙজরক্তেনে, পামজদেদ করিনো" ঙাঁম্ভি চৈ অদুম পেদ্রেৎ পেদ্রেৎ মুরুম মুরুম। ঐজ্ঞাসু পরপ পরপ অদুম লেঙখৎলে। চীন কুপ্পগা পরপ পরপ লোইশিন্দুনা ইমুংদা লেঙশিল্লকই, ফুংগাদা মায়োক্লে। হেক উবদা ফুক হৌগৎলগা, ঐজ্ঞাগী অয়ুক নুমিদাং ফানবা গোবর্দ্ধনগী খুদোং হিদাকফু মচা অমা লৈ, অদু তপ্লৌ লৌরুরগা, মহাক্লা মৈচাক্লবা হিদাক অদু পান্দুনা, শাউবদি ফৎত্রি "ফানবিরোসে ইবেম্মা" শাউরংননা পী। লেপত্রি, লেপ্তে ঙাঙবা চৈবা। চৈনা চৈনা কোল লীক এনশাং নাপী ঙা চাক থিদুনা ঐগী চারা বান্নবা চাক থোংবি। থোংনা থোংনা ঐজ্ঞাদা "হায়বা ইন্দদুনা চহী অঙাং পিশক নহাক্লা য়েত্তুম মনা উদ্রে, নয়া নারে ননাসু খিত্ত ঙায়রে মরাইনা পঙজরনি" চৈ লেপ্তুনা অদুম। ঐজ্ঞানা খুদোং ফান্না ফান্না "ঐনা না পঙ, মিৎ তাঙ-তৌরগা কদৌনি নং লৈদবো, নংনা অমুক নৌনা হোৎনখৎপা তারেদনা হা —" খুম্মি ঐজ্ঞানা নোক্মি নোক্মি। "ঐনবু লৈথবা য়ারবদি ফৈনে, তৌবিগেনে, য়ারোইদৌরিবসিনিনে, লুরিবো" খুম্মি তনহল ইবেন্না মশা-মউ হন্থনা লৈনা লৈনা য়েং। "নং কদাইদই চৎপা য়াগদগে ঐ লৈরিদবো, নোংথক কারে নখোঙ খূনীং অকায়বদু লাক্তুনা চিংথনি, লৈনুং চঙলে নপোক নশম হামুল পায়দুনা চিংখৎনি, করম চত্তৌরি নং হা" ঐজ্ঞানা মমিৎনে মনানে মঙক্লে, মখূৎনে অভিনয় তৌদুনা কূম্মে তৌবি। অদুতদা "থীদ অঙাওবীসিদে" হায়দুনা হেক নোকই, চৈবা হেক লেপ্পি।

ইবেনগা ঐজ্ঞাগা অনীগী অয়ুক্কী কূম্মেসিদি মখল মথেন্নি। ঐজ্ঞাগী খুদাগী খূয়া নমঙা অসি ইবেনগী বিজার্ভনি, হিদাকফু ঙাফম্নি। কন্নাগুম্বনা করিগুম্বমগী ঙহাক থৈদোক থাংদোক্লবসু থাংদোক্লুবা মীদুননি হায় ঐজ্ঞা মশাননি হায় অমুক খূৎফম সেমজিল্লিবনি। নোংমদি কাউনবগুম্বা অমা তৌববরা খূৎফম কায়দুনা ইবেন্না মাবদা ফংদ্রে। ঐজ্ঞা দশা তারে, দশা হায়বদুবু লৈপাকপোকপগী অপাইবনি, শনিগীনা ময়াই চল্লকপগী অশাউবনা মাঙোইনা য়েংবা শাথিবা মিৎয়েংনি। "নঙবু নীংথাদগী কোল্লকপবু শিবা তুশিংকব্রা হায়রগা, হিদাকফু ঙাম্বক্কী মফমফাও লৈতবা" খুদা ময়াদা ঙেক ফমথরে। প্রেম্না থীনা বারৌখিবরা খঙদে মমিত্তা মপি তৈখি, মনমগী ফিগী ফিনা পায়খত্তুনা মপি তৈথোক তৈথোক্লা "ঐনা হিংলুদুনা করি কান্নরিবা"

মথবায় হেক্তে শোক্লা হীকখি। ঐজ্ঞা মফম মরাং খণ্ডদ্রে, লৈপাক্কা কৎত্রে, ফল চোংথদুনা অনীশুবা ফি লৌদুনা "হায় ইচাশা নবেনগী হিদাকফু ঙাহুক্তি" হায়না হায়না পরপ পরপ থিরে, ফংলে, "ইমা সে, নশুশিংনা লাল্লবনি, ঐসু ওক্তবা হায়বদুনি, ঙরাং ইমাগী থিজিল্লৌদ্রে, ঙাওরবরা নংবু, নঙ্গী নপিদু কন্নাদা তাদৌরিবনো।" ঐজ্ঞাসু মখোল ওল্লে, মখুত্তা পী। তাঞ্জাসিদা ইমারা ইমায়াইমরা কাউরে তাংদাংবা হায়বা ঙমদ্রে চেনশিল্লকখি "ইবেন শাওরনু, ঐখোয়না শোয়খ্রবনি" হায়না হায়না ঙাহুক লৌদুনা হিদাক তহলানা হান্দুনা পানশিল "হয়েংমখে তৌররোই" হায়দুনা থেম্লখি — ঈংখি। অঙকপনি প্রেম! য়োয়বু য়োয়হৈ মচাশিংগা মখোয়গী মপীশিংগা — অনীগী প্রেম নীংসিংলুবদা থম্মোইনা হেক হেক হংবগুম তৌই "মবোক মবোক্কা মপী মপীগা— অনী অসিবু মখোয়দা কনানা হক্লিবা!

শক্লীংলকই মতাংসিদা প্রেমগী মগুণ মতেক্মা —

> প্রেম্ন লিংবা জগৎনিদো পুবনিদো প্রেম্না,
> পুনবনিদো প্রেম্না তেংবাল হিংবনিদো প্রেম্না।

ইবেঙ্গি চহি চাম্মগা অহুম পুনশি। মানা তুবসি শিরমদাই নুমিৎ খরদনি — খুত্তা থেকপা য়াবনি। মহাক্লা হেক তুবদা ঐখোয়গী ঐজ্ঞাসি ইঙাও ঙাওই। ইবেল লৈতবদা ঐজ্ঞানা কপ্পদু অঞ্জাওবগা পাংখক্লি। মচানিপা লৈনা লৈনা ঐখোয়না হোৎনদুনা চাপ্রাসী অমা ওইজবদগী মচীঞ্জাক্ত খর খর অদুম চাজ চাজনা, ইবেনগী শ্রাদ্ধগী মপূংদি "ইমাগীনি" হায়দুনা ঐজ্ঞানা পূই। ফুল ইথৌগা ঐজ্ঞাগনা বৃন্দাবন্দা পুদুনা শিবঘরদ চনখি। কয়াদ কনথ্রবা প্রেমগী লীপুল!

ইবেম্মা লৈরিঙে ময়াম, ইথৌদনি য়াওদবা, চাকচা তোকপগী ঙহাক ঙহাক পোথামিল্লবা মতমদা থাইনা হায়দুনা হৌরগা য়ুম্বাল খুনবাল, লাইনীং লাইশোল, লোঙ্গৎ নুংজৎ, লৈবাক নিংথৌ, অকল অথৌ — থা না লোইবা নত্তে, পূম্নমক্কী মরীদা ৱারী ৱাতাই কয়া কয়া তৌই, জ্ঞান কয়া কয়া তাকই, ৱারোইবনা অয়াম্বা মতমদা

> "চাহৈদবা চাগনু নয়া পুনশিনি,
> য়েংহৈদবা য়েংগনু নমিৎ উগনি,
> তাহৈদবা তাগনু ননা তাগনি,

য়াহিপ চাকচা ফজবা তম্মু মী ওইনি,
লাইগুরক্কী য়াথংনি খঁঙু লাইবানি,
ইবেন্না তাক্রমগদবদি সিদনি —
খক কাউনু ইশূশা খঙহৌ লেঙদবনি”

হায়দুনা হেক হেক লোইশিল্লি।

মশাদি মূরুম্বীনি, শিনফম্না মপীনি। কয়াদ ঝাংখ্রবা ফংলিবা শিক্ষাদি। নত্তে শিক্ষাদ, কোন্নরিবনি দীক্ষাসু-চৎলিবনি, ওইরিবনি মশানা অদুম চপচানা। চহী চাম্মগা অহুম পুনশিবদা তেকখিদে ময়া, তাঙ্খিদে মমিৎ, পঙ্খিদে মনা। শিরমদাই, মখূৎনা মঙ হেক হেক লাম্বা ফংলফাও য়েত্তুম মনাদা মখূৎনা লং হেক হেক লেংদুনা মহাক্কী মপোক্কী ধর্ম্মগী মচা, মশানা অপোকপা ইচানিঙোন্নি খঙজখিবা ঐজ্ঞাগী অয়ুক নুমিদাংগী খাঙজেৎ নমখাং শেগায় অরাক পুথোক পুথোক্তুনা ফোৎপা তাইবদু হৌজিক ফাওবা শংশং শংশং উরি। নেম্লবা থাক ফাওবদা লৈরিবা নীংথিবা শিক্ষাদীক্ষাসিনা তাক্লী করি! তাক্লী ইরৈবাক ইজাতিগী থায়নঙৈগী কৃষ্টিগী ঝাংখরবা থাক।

মকা লামজৈ থম্মোই খল্লুবদা ঐখোয়সে মখোয়গী মচামশূনি। অদুবু কদায় ঙসিদি! পোকপদি ব্রহ্মণ শাগৈদা মপোক্লুবা, মপোক্কী ধর্ম্মদি খঙসু খঙদবা, চৎসু চত্তবা খঙ্গে চৎকেসু তাল্লুবা লৈতবা পরেংনা “ঐখোয়দি ব্রাহ্মন্নি” খঞ্জবা ফঞ্জবগুম ঐখোয়সু অদুনি অদানি খঞ্জবা ফঞ্জবদা মঙায়রে।

মরৈবাক মজাতি নুংশিজরবা কবি দ্বিজেন্দ্রলাল রায়না তেংথাখিবগুম উরক শাথিবা য়াওল জাতিগী পুনশিখোঙভমদা তেংথানীংলকই ঐ ইশামক্সু ঙসি

চৎখ্রেদো ধর্ম্ম
চৎখ্রেদো সত্য
মাঙ্খ্রেদো পূণ্য
লৈত্রেদো দান —
লুপখ্রে ঙসিদি
মৈতৈগী থৱায়।

ইমুংদা ইবেন্না পুবা থবক অসি মশক থোইনা পানবা য়াদে, নোংমা নোংমগী থোক্লু থোক্লুবা তারু তারুবা হায়বদুনি। অদুদা, কায়দবা পরেং অমদি লৈতবা নত্তে। অয়ুক ঙন্তা হেক ফাওরকপগা ঐজ্ঞা হান্না থিবা, য়াহৌ থেংবগী শাউবা চৈবা, চৈনা চৈনা হিদাকফু ঙাম্বক লৌদুনা ফুংগাদা হিদাক থক্ল থক্লা মুরুম মুরুম ঙাংবা — অদুম চৈবা, ঐজ্ঞা উবদা হিদাক শাউনা লানবা — অদুম চৈবা, চৈনা চৈনা ঐগী চারা ৱান্নবা চাক থোংবিবা, মমা মচা মায়োক্লবা, ঐজ্ঞাগী মতৌদা নোকপা — ঈংথবা, পুমতে তেবা, ঐবু মিৎ মায় তাবিদুনা খোঙ খুৎ হাক্কনবা — চাক পীজবা, নুংথিল চাকচা তোকপদা মশুমচা ময়ামগা ঙহাক ফম্মিন্নদুনা নুঙাইনবা, থায়নগী করিগী ৱারী ৱাতাই মতেম্না করিমা তৌবা, লোঞ্চৎ নুংজং তাকপা, ৱারক ৱাতেম্বা — পরেং-সিমদি রুটিন ৱার্কনি, খক কায়দে। থবক পঞ্জাউদি মতেক মতা অৱাৎ অপা, অহো অরাক মেনবনা মপুংনি হায়বা তাই। কাচিল চঙলুবা নুমিৎনা কেপ তাঈ লোইনা থুদোক্তুনা ফোৎপা য়াবনা ফোৎপা, হুন্দোকপা য়াবনা হুন্দোকপা, কৈ নুং চঙলুরে অদুম মরম পুন্নমক য়েংশিন্দুনা হোৎনবা, ইংখোলদা তারুরে, ইংখোল অদুম মশূবা - লৈতে তুমিন ঙহাক্ত অমা নৎত্রে অমা। চহী মতাংগা নোল্লিবা খুৎনোমগা উবদা ইধৌনা "ওক্রে মবেল, ৱারনি" হায়দুনা খাম্বা নুমিৎফাও য়াওই। ইবেন্না মীওইবগী পুনশি খোঙভমদা পুরিবা ৱাখল্সি —

হিংলিমখৈরা নোল্লমগনি<br>
শিরগা অদুম পোথারুনি

হায়বগুম তৌনা অদুম উই। ৱাখল অসি মপুনশিদা চপচানা পান্দুনা চৎপরা খন্দবা ঙমদে। লেপ্তে ঙহাক্ত পোথাদে ঐজ্ঞানা "ইমা হিদাক লৈরে" কৌদ্রিমখৈ। মহাক্কী মগুন্না থেংনদে থোইনা করিগুম্বা অহোবমত্ত ইমুংদা হায়বা য়াই।

নীংসিংলুবদা ইবেলবু ঙসি খল্লকই থম্মোইনা মদোম তুমিন "মশাগী আত্মামক্লা মশানা লূনা শেংনা পুনশি খোঙভন্নজমল তাকপিদুনা পুনশিগী মশক খঙবা নীংথিনা ফজনা চচ্চখিবা ঙম্বরা নৎত্রে ইজাতিগী কনাগুম্বা মশক নাইখিদবা টেনিসন অমনা মাগী মনাকোংদা

নোম্লো কৌই হিংবা<br>
মংলে শিবা

কামথিবরা মন্ত্রসি, খল্লিবরা পুনশিংগী মশক"। অসুক নীংথি, অসুক ফজে ঐখোয়গী ইবেন্দ্গী পুনশি খোঙভম।

ইবেনগীসু ইবেনগীনি; অতৈগীসু ব্বায়েল পথাপ অমগী মখাদা মাগী মাগী ইমুংগী থৌগাই মশা মশাগী মশিল খঙনা খঙনা তুম্মিন তুম্মিন অদুম তৌনবগুম উই।

ইমায়াইমনা নোঙানবগা চাকখুম নুংখুম, ইমুং মনুং, কোল লীক হেক হেক তৌই। লোইবগা শিন থাই-ফনেক লোল্লি। ফনেক লোনবদা হায়নৈ, খ্বায়না লুপা অহুম লৌনবদ ইমা য়াইমনা মঙা লৌই। খুৎ হাঙদে— ফনেক লাকপা লেপ্তে অমুক্ত। মরক মরক্তা ইমুংগী ওইনবা খ্বাঙদা ফি রোল সাই।

ইমানা তুলসিবোং মাংগোল শেংই সূর্য্যগী ধূপ লৈ ঈশিং কথলি, ইথৌগী সেবাগী দায় পুই। সেবাদি থর কুপ্লি, লু হেন্দবসু য়াদে। ফক অরোনব অমা ফম্মেন্দা ইথৌগী, ফক অরোনবা অমনা ফক্লাং শীঞ্চোঙদা ব্রাহ্মণ নিংথৌমচাশিং অরাকপগী— য়াম্না তোয়নসু লাকই অদুম, ফক অমনা অমুক ফম্মেন উখোকতেন্দা লাইরিক লাইশু তম্বা লাকপা ব্রাহ্মণ নিংথৌমচাশিংগী, মাংগোল মাঙশোক্তা ফক অমগসু অতৈ ছাত্রশিংগী অরাকপা মী পোংগী থাই। ব্রাহ্মণ নিংথৌমচা অচৌ অচৌবা হিদাকফু ফিদা তিন্নবশিংগী হিদাকফু থম্বাল সাবা লুপাগী তোংজৈ পানবা অমা পীথ্রাই মখোঙদা লূনা থম্মি। হিদাকফূদা পান্নবা লারৈ অনী অমা অহুম অমসু সাদুনা তাঙ্গমদা হাপ্তুনা লূনা থম্মি। ইথৌ মশাদগী শীজিন্নবনা খেঁদৈ হিদাকফু পোরোবি অমা রবরগী তোংজৈ চিন্নইবি অমগা খেউগী মমৈ মকোক লুপা য়োম্বি, অকেবি খূবোমমুক শাংবা অমগা অনীসি কোন্ননা থম্মি। ইথৌ মশাদ ঙায় হায়, ছাত্রশিং করিশিং লাইরিক লাইশু তম্বি হায়, অদুদা রবরগী তোংজৈ শীজিন্নৈ। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অপাল অপিল ফম্মিন্নবা মতমদা বেভারগী থোঙদা খুম্তা থোংদুনা ফানবা মতাংদনা খেউগী শীজিন্নৈ। হিদাকফু অনীমক অয়ুক অমুক নুংথিল অমুক — অনীরক মহী হোংই।

ইথৌগী চীনগুপ্পবা থৌরাংসু ইকুপ কুপ্তবা নত্তে। হিদাক মৈথুম কুপ্পা মোন্না তকখায়রগা মৈতৈ থুম তোক্তুনা পোরোম অমগা লাকোয় অমদা থম্মি, ঈশিং শেঞ্জেং খুজাই অরুবা অমদা খিল্লি। পোরোম হায়রিবসি তরাই তরাইবা পয়া মতেক অমা হেক নত্তে। লৈমনিংথৌগী ফুজরু লোয়শঙনা সেম্বদুমক তাদ্রবসু মওং মতৌ কাবক

অদুম মমান্নবনিনা সেম্বদা খুৎ খরখিৎ অদুম মচঁত্তি। পৈয়া থারপ থম্বা, মচীল কাবক কাবক শুগাইবা, মতোল মচীল তুম্নপ হুইথবা মতোন্দগী ময়ায়ফাও খায়দোকপা অসিনি সেমগদৌরিবা। ফুজরুগী খুৎসেমগা খেন্নরিবা হায়রবু মখোয়গী মতুম তাবা, মতোল অখায়বা নাম্ম কোনশিন্দুনা থম্বা মশা য়াম্না নাহললবা অসিদনি। মসি হৈনরকপসু হৈনরকপনি, অদুদা, ইথৌগী য়া খিত্তং শোনবনা তৌদবা য়াদ্রবা অমনি। লান্দা ককচীংদা থা তরুক লোই লৈবদা থীনা হকচাং ঈখিবা, অমাইবশিংনা অকনবা হিদাকঙাক্ত থাখিবা— অদুদগী য়াদা পানখিবনি হায়।

অয়ুক্তা ইথৌগী কায়দবা থবক পরেং অমা চৎলি। চীনগুপ্লে, মনুং লেঙশিল্লে, অৰ্দ্ধস্নান তৌরে, বৃন্দারাণীগী মৃত্তিকা নম্লে, গোবৰ্দ্ধনগী ঝাড়ু সেবা তৌরে, অদুদগী খুৎ শা শেংদোক্নুনা ফন্তম ফক্তা খূদোং ফান্দুনা ঙহাক লৈতাবা। মতুংগীদি লাইরিক তম্বিরে তম্বীবা, অতে অমা তৌবা তারে তৌবা অসিনি। ইথৌনা ঝাড়ু সেবা তৌবা লোইরুদুনা ফক্তা হেক লেঙশিনবদা ঙাম্থক তেংনৌসাবিদা তাবা হাপ্তুনা ঙহাক মাঁঙেইননা হান্দুনা থম্লবা মথন্দ মৈ চাক্লীং চাক্লীং তৌরবা হিদাক্তু লানশিন্দুনা তোংজে পান্দুনা খূত্তা হেক পীরম্লবা ইমাগী সেবাগী থৌগাই লোইরে, মশাগী মশিন পায়বা য়ারে — অদুম পায়রে। অদুনা অয়ুক্কী থবক থাবা মতম ফাওবা কায়দনা অদুম ফম্বা য়ারে — ফম্লে।

ইমায়াইমনা ফনেক লোনবদা ফাওবগুম ইমানা ফুরিৎ খূদাং লাউবি খূৎনা ফিরিল লৌবি তূবদা ফাওই। খ্বায়না ফুরিৎমদা শিকিহুম, শিকিহুম আনা লৌবদা ইমানা শিকিমঙা লুপাম্মখাইগা লৌই। অদুবু খুৎ পঙহাঙ হাঙদে — লাকই, তৎপা লৈতে, ফুরিৎ অদুম। লাক্লিবসি ফজৈ হায়দুনা তান্নরকপগী ঙাক্সু নথক্রি, মরম অমসু লৈরি।

ঐখোয়গী হাওবমগী মাস্মোহন্সি ইশৈসু তৌই, মনোহরশাইগা য়াম্না হৈ, অদুবু ফুরিৎ তুবনা মাহাক্কী শিনফম মপূং ওই। চুম্না হৈ হায়বদ নত্তে, মমিং য়াম্না চৎলি। নিংথৌ পনগী পূম্নমক অপাল অপিলশিংগী লোইনমক, অকে অমৌশিংগী খোগোৎপা মাস্মোহলগীদা লাকপা ঙাক্লি। ইমাসি মাস্মোহল্লা অঙাং ওইনা তম্বিখিবদগী ফিরিল খুৎলোইখিদুনা অদুম অদুম শূখিবদগী মওং অমা তাখিদুনা মমিং চৎখিবনি। অদুনা পঙচন্ত মাস্মোগীদসু কান্নবা ইমাগীদসু বাত্তবা অমা থোকখিবনি।

হৱাউ কূম্মে লূহোং থোঙদোং খর তাম্বা মতম ফুরিৎ লাকপা খর পাবা মতমদদি পাংয়োংসু অদুম মপানখথলি, মসাই।

ঐজ্ঞাদি তরেৎ নাইবা য়াম্না হৈ, লংহৌ তাল্লি। অয়ুক নুংথিন্দা মচাক লাঁউি — তাল্লি। নুমিদাং তরেং নাই, নংত্রে, লং লংঙি। লশিং ফৌবা, মনবা, তকপা, কাপ্পা, তাবা পুন্নমক্তা নোংমগী শরুক অয়াম্বা অদুম কোন্নে। ইবেন্দু অয়াম্বদা অদুম চৌন্নে। মরক মরক্তা ঐজ্ঞাগী ওইনসূ খ্বাং পাংয়োংসু অদুম মপাল্লি। অদুবু, সাবদি অয়াম্বা ইমাখোয়না অচঙ অচঙ সাবা ঙাক্লি। ঐজ্ঞাগী কায়দবা, কায়বা য়াদবা ইমুংগী থৌগাইমক্তি চান-থক্লবা য়েংবা শীনবনি।

মাম্মোয়াইমগী থবক অমা মশক থোইনা নাইদে-য়াম্মি। নীপাগী থবক পুন্নমক মাম্মোগীনি। শুম্মাঙ থেল্লোং, হৈকোল লৈকোল, ইংখোল শম্বল, শীং য়েন পুন্নমক য়েংশিনবা, ইধৌনা শংলকপদা ঙহাক লাইরিক লাইশুসু মতম্বা — ঙহাক্ত শংদে। মাম্মোসু ইশৈ তৌই, মনোহরশাই য়াওই। পালা য়াওবা নুমিত্তা খরদং কোম্বদৌনা তোকপা মঙায়।

খ্বাইদগী কোম্না চিনবনা ইন্দোমচা মুবীনি। অয়ুক ইমায়াইমগী থবক পাংই, অদুদগী ইমাগী য়াওই। মী লাকপগী সেবা তৌই। ইমুংগী মীকোক খুদিং পাখোল তৌই, ফি সারে লংচাক চাকই। লশিং শূরে মরম পুন্নমক্তা চেন্নে। পোৎ অৱাৎপা লৈবা চথলি ঙহাক্ত হাঙদে। খিত্তং কোম্লপ তৌবা তাঞ্জাদনা ঐগী-ঐগী মতম মতমগী শান্নপোৎ মানা ঙমজবা হৈজবমখৈ লাঙবা শীনবা — অসিনি মাগী লোইবা লৈতবা নোংমগী থৌগাই।

অসুম থবক তৌনা তৌনা, চাক্কী মতম ওইরকপগুম হেক তৌবদা ঐজ্ঞানা ইবেন্দা "ইমা নং করি চানীংই" হেক হেক হংই। চুম্না অদুক হংবা নত্তে, ইবেন্না চানীংই হায়বদু মহাক্কীদ ওইরবসু থোংগদৌরিবনি। অদুম হংন-হায়নরক্লবদি ইমারা ইমায়াইমরা, চাক্কী লেং থোকপা অমা হায়নবা ঙাইদে, অদুম হৌগৎখরে ঈরু মায়থনবা থৌরাং অদুম তৌখরে।

কৈথেনগী দায়মা, ইবেন্না পুবা ঙমদ্রবনিনা, ঐজ্ঞাগীনি। চাক ঈশিং হৌরম্লবা মরম পূম্নমক ইবেন্দা সিগা সিগা হায়বদু লোইনা শিন্নরম্লগা ইন্দোমচা মুবী পুদুনা ঐজ্ঞানা কৈথেল হেক হেক লৌঙি।

থবক পুম্নমক মশা মশানা অদুম খণ্ডনা খণ্ডনা, করিমত্ত লৌতানবা লৈতনা, পুনখিবনা ইমুংগী করিমত্ত হোদে, ইমুং মহী লাণ্ডদে, ঈংনা তপ্না লৈতানা লেৈম্নে পুম্নমক অদুম নোংমা নোংমগী পুনশি। নীংসিংলকই মতাং অসিদা রেভরেণ্ড টৌড্‌কী বাফম্মা

পথাপ চৎপা জগৎকী ধর্ম্মনি।

থারে লোইনা ময়ামগী দায়, বাথলি থাবা ইশাগীদি। চাউখ্রবনি, ঐগী দায়, য়ামখ্রবনি ঐগী থবক — বাবনা তপ হেক তারিবনি। অয়ুক চরা হেক বানবগা মাম্মোগী নংগন্দা কোনবা, কোন্না কোন্না শুম্মাঙ থেল্লোং হৈকোল লৈকোল শেংবা য়াওবা, চিখ নাম্বহৌবা উনা শীংনা ফত্ত হৌদি "অদু লৈহৌরে অদা লৈহৌরে" হেক হেক তাকপা — ফনা লুবা ফনা কুপ্পা থবক্লি ঐনা নংগন্দা তৌরিবা থবক্লি, কদায়দা অদু কদায়দা অদা অমত্ত চিখদনা য়েংদুনা তাক্লিবনি। মাম্মোগী থবক পরেংমা লোইরে, কুম্মে ঐসু নমদগী, চঙলে তুমিন ইধৌগী তম্বাক্তা লাইরিক তম্বিরিঙৈদা, ময়েক অমনী ফারে, লোম্না হায়দুনা য়েংই, খঙলে চীন্দা পক্লে। হৌগৎলক্লে চৎলে "রামঃ রাসৌ রামাঃ"। ইবেন্না লশিং মল্লিঙৈ তুশিল্লুরে লশিংদা। হৌগৎলে অমুক, চঙলে ঐজ্ঞানা লং লংলিঙৈ সেগাদা, মহী য়াওদবা খোমদু খৌবুম থল্লা উমদুনা কন্না কন্না চিংলে! থোক্লে মহী, কংলে খৌ — চৎলে ইমাগী মনাক্তা। ফুরিৎ কন্না তুরি, সেগাদা লিৎশিল্লি — খঁঙি ইমানা খোম থক্কদৌরে "অমুক্ত চুপ মতৌ, অদুগা শান্নরু, ইমা ফুরিৎ লোইথোক্কে মাম্মোহন্না 'পীরো' হায়রবনি"। চুপ্লে, চৎলে। ইমায়াইমা ফনেক কন্না লোল্লি। কোল্লে মনমগন্দা। "লেঙ্গনুহায় য়েত্তুম শোয়জনি হায়, ঐদি ইমোননি হেক্ত হায়নি মপু লাকপদা" লোন্না লোন্না অদুম ঙাঁঙি। মীকোক সুরে, ইন্দোমচাদ ঙায়রে, য়েংবদা উরে, লাইগী লৈ হেক্লি। চৎলে মনাক্তা, লৈ হেকপা য়াওরে। "ইন্দোমচা নং শল সাবিগেরা নৎত্রে মতম মতমদুগী ঐনা থোকপমা হংদুনা মবা লৌরে-লোইরে। চৎলে মনীংদরা মমাঙদরা, খঙদে খোঙনা পুবা হায়গদরা পুক্লীংনা চেনবা হায়গদরা, চৎলি অদুম পঙচৎ হৈ খর য়েং, লৈ খর য়েং উচেক খর য়েং— কুম্মেগী কুম্মে ঙাক্লি ঐঙোন্দা। অমনা "আ চারগে" হায়রে, ঙত্রগা মিঙ্গল তাদমখৈ চেল্লক্লে, লোৎলবে ইমুংদা। ফাগ্রগনা মখোয়না লক্লনিঙাই লোইনা লক্লরে। ঐনা য়াম্না কিবা উবদা থেমদুনা থারক্লে। ঐনা মিৎ মায় পুমঙাঙ ঙাঙদুনা লাক্লে — ময়াম্না নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌনরে। ঐ শাউরে, অফংবা ফম্মুংমদা কাদুনা হিপ্লে। "ইশুবু লক্লবা কনানো তৌগেদো" লাউরকই ঐজ্ঞানা ঐ

তানবা। পুক্লীং লুম্লে, হরাউরে ঐ, তাক্লে ঐঙ্গাদা মীশক, অদুনি অদানি। "ঐনা চখোক্নু হায়দরা, শাম্নৌ সিদা সুম" হায়না হায়না "মুবী নচাগী কবোকতো পুবিরকউ খর" ইন্দোমচাদা থৌদারে। কবোক পুরকলে — চারে। ইন্দোমচাগনি হায় ঐনা থোকপনি হায় অদুম গুহাক শান্নরে। অদুগী মতুংনা নোংমগী থোক্লে থোক্লবা অদুম লাক্লে। অচৎপা অমগী মতুং ইন্দুনা কোয় হায়, করিনো করিনো অমা অদুম তৌরে। অসিনা অয়ুক্কী পরেংনি, নুংথিলগীসু পরেংমা অদুম লৈ।

মখাগী ইথৌনা পোকপা ইন্দোল অমা লৈ। অহল ওইনা পোকপনি। ঐঙোন্দগী চহী অহুমলোমদ হুনবনি। ঐবু য়াম্না লুনা তৌই — হেক হেক পোয়। ঐনা তৌরিমখৈ য়াই। মানা ঐঙোন্দা লাইফদিবি শান্নবা তম্বি, কাং থরো শান্নবা তম্বি। মমান্নবশিং লাক্লগা থবী ফুকপি মায়রেল ফুকপি শান্নবা য়াওহল্লি। সেবোতি কাওনরে কাওনবা তম্বি — য়াওহল্লি। হরেত্তুপ শান্নরে হরেত্তুপ সাহল্লি। কাক কাক শান্নরে ইচা খোমদোল সাহল্লি। রাস শান্নরে কৃষ্ণ সাহল্লি। লুহোংবি শান্নরে, বর সাহল্লি। উরাউবি অহাবি, ৱাহায়বি,, শীংখুনবি, অবা শগোল তোংবি, চৈতেক লোৎপি অমাংগোরোয়, পুম্মাং, অশোক শেং — লোইনমক মহাক্লা তম্বি য়াওহল্লি। হৈবা খঙদে, হৈতবা খঙদে, ঐবু ইচিংদ চিংই। ঐসু নুঙাইবোই করিবোই ফম্মু ফম্মি, চৎলু চৎলি, চোংঙু চোংঙি, চেল্লু চেল্লি — তপ তাই।

য়ুমদা লাক্লে শংদে। য়েংথৌগী শগোল থৌই, কাঙজে কাদ্রুম পুথোক্লুনা শান্নে, নুংশিৎ মপী পাই, য়েংথৌ মতোন্দা পুনবা তেলংগা পাই, খুং মচা উংদুনা শান্নে — উংদ্রগা অফংবা মীদা তাইনৈ। নুপী খঙদে নীপা খঙদে, থেংনবমনা উঙবী — ঐনা অউঙবা খুংদা "উঁঙে উঁঙে" খুবাক খুদুনা চোংঙি। তেল মচাগী শীঁঙুৎ তেনগা পুথোক্লুনা কাপ্লুনা শান্নে — থম্মি। চৈখেৎ শীংনাংগী অমুক ঈল্লি। শাইরোং মচা পুথোকই, লৈবাক্কী মরূ মচা অতাবা হাপ্লুনা কাপ্লুনা শান্নে — খুবীদা পাল্লি নাদুনা ফ্রং ফ্রং চোংদুনা কপ্পি। ময়াম "কৈনো কৈনো" চেঙ্খোক্লরকই, খঙনৈ, নোক্লে। মাঙ থারকপমনা কোল্লি, ফায় "মন্ত্র সোনগেসে, মরাইনা ফজনি" — সোল্লি খুবী ফাদুনা কাম্মি ফু ফু। নুংথিলগী পরেংসিগা লোইরগা নোংমগী ঐগী ইথৌ লোইরে হায়বা য়াদ্রি। নুমিদাংগীসু মরৈ। নোংমা ফাদোক্তি য়াম্না চিনবসু লৈ।

করি করিগুম্বা নোংগী ৱানি। লাই থাউমৈ থানবা মতমদা মখাগী ইন্দোমচানা লৌরৈ-চৎলি। অবোক্লা ৱারী লী। পেবেৎকীনি হায় হনুবা হনুবীনা পান থাবগীনি

হায়, অমা অদুম ইতত্তনা লী। থোইনা হোংবা লৈতে অদুবু ঐঙোন্দা ইনৌদা নৌনা থোকই, ইনুংদ নুঙাই। অবোক্কা মমিৎনে মনানে মখোলগা ওন অভিনয় তৌবদুনি নুঙাইরিবসে। হৌদোং লম্বোইকগী মখুৱাংদগী পেবেৎ সনাতোম্বীনা পাইবা মতাং, হনুবা হনুবীনা য়োংয়াম হৌরকপদা খরুংদা লোংপা মতাং অনীসিনি ঐগী থৱায় তাবি হায়বসি। অবোক্কী অভিনয়দা ঐনা পুন্নমক্তগী পুক্নেন হেন্না খোয়দারিবা নুঙাইরিবসি মতাং অনীসিগীদুনি। অভিনয়গা কোন্ননা মুন্না ফায়। য়ুমদা হেক লাকপগা ঐনা অবোক্কী অভিনয়দু চপ চানা তৌদুনা অমুক লী। ঐজ্ঞাদি "করম দৌবা করম দৌবা অমুক্কা তৌ অমুক্কা তৌ" হায়দুনা ফর ফর হাইমখে নোকই। ইধৌদি "ইতৈমসিনা অঙাংদা ওহোক ওহোকপা ঙাক্ত তম্বিদুনা" হায়দুনা নোকফেত্ত তৌই। ইমাগা ইমায়াইমগদি ইধৌ কিবদগী মচীল খুম খুমদুনা খাঁঙি।

ময়ামসিনি ঐগী ইতৌ, ইমুংগী থৌদাং, নোংমগী দায়। নীংসিংলুবদা ঙসি, খঙদে করিগীনো, শিঙ্ছগে তৌরকই মিত্রা পি। খাঁঙি ঙহাক তুমিন, উরকই অদুবু নুংশিবা চেংলৌ ময়াম মতমগী তৌরৈ তুথুপ কয়াদা লাইজ কোংগোল তাকপগুম মথং মথং অমমম অমমম চিপক চিপক মুৎখরবা। অৱাবনি পুনশি — মীওইবগী পুনশি।

উখিদরে অমুক হন নুংশিবা চেংলৌশিংদো। তাখিদরে মখোয়গী নুংশিবা খোনফমশিংদো। নোংমা ফাদোক অচিকপা পুংভমদা অদুক নীংসিংলুবদা মঙায়রে। তেংথাখি নোংমা নীংসিংলু চেংলৌশিং

নোংজা ঈচিক হুন্থরক থানা নোংফাইনরকপা
মালেম য়াওল থৌগনবা কৌজেং খোল্লম চাম্মনা
ঈপোম্নরক ঈখোল্লোয় খোল্লম্মদা তাদুনা
ঈচিক শোয়রেল ৱায়রকপা তাঞ্জাসিদা নুংশিবা
কাউরুরব ৱাখল্মা মায়থোং মক্রুপ নুংশিবা
অকাউ ফিজং নাতৈ কাঙ য়েংলৈ মূনা তুম্মিন্না
লুরুক মিংলু পিরাং চেল মতৎনবা ৱাহৈনা
তম্লে মপাউ কয়াগী চাম্নপরৈনখিবা।
নীংসিংলকই চেংলৌশিং পুনশি তুথুপ খুদিংদা
তাকখরবা কোংগোলগুম মথং মথং অমমম,

তুথুপ খুদিং অসুম মা মিংকী পিনা মাঙদা থা
থেংনৈ নুংশি খিবিক্লক কপমিন্নজে অমমম।
তাখি নুংশি খোঞ্জেন্মা "তৃম্নীংবনা মঙলে মঙ"
তাখি ফিজ্জং অকাউবা — মম্মী মঙদম নঙ্গী মঙ!

মহামায়ানা স্মৃতিগী শক্তম লৌ মীবু অমুক কপফন, ভ্রান্তিগী শক্তম লৌ অমুক নোকহল জগৎমণ্ডসিদা শান্নরিবা কুম্মৈসী উরকপদা ঋষিগী থৌগল তৌদুনা জগৎপোকপী ইমাগী মখোঙ খুয়া থম্বান্দা কৎনীঁঙকই ভক্তি

যা দেবী সর্বভূতেষু স্মৃতিরূপেণ সংস্থিতা
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ।
যা দেবী সর্বভূতেষু ভ্রান্তিরূপেণ সংস্থিতা
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ। ❑

*('পুনশিগী শক্তম', লারোল অমা -১৯৮০ দগী লৌথোকপা।)*

# ইশাগী শিক্ষা দীক্ষা

শিক্ষা গর্ভদা হৌই, মংদা লোই। অভিমন্যু গর্ভদা লৈরিঙৈ হৈরকই ব্যূহভেদ, থুগাইরে কুরুক্ষেত্রগী লান্দা দ্রোণগী চক্রব্যূহ। সংসার অবাবগী মশক্লক্কি হায়বা ঋষিগী বাক্য, পুনশি দুঃখান্ত লীলানি হায়বা কবিগী মপাউ খঁঙি তশেং মীওইবা মংদা, অমং য়াথোঙ কুম্বদা — চৎনৈ অদুনোং মীপূম খুদিং মিংকী পিনা ৱাখেরম ৱানা হেক হেক।

জগৎ শিক্ষাগী ক্ষেত্রনি, লৈবাক্না কেন্দ্রনি, যুম্না কেন্দ্রগী কেন্দ্রনি। ফংনৈ যুমদা ধর্ম্মগী জ্ঞান অমসুং চরিত্রগী পাংগল। অদুনোং চাউই, থোইখোইবনি মীওইবগী পুনশিদা যুমগী অবদান। ঐখোই ইমুংদা ঐদনি অঙাং। ইমুংগী মীপূম খুদিং ঐগীদি শিক্ষা দীক্ষাগী গুরু ওাক্লি। অদুবু, ইধৌনা থোইখোইবনি। ইধৌগী ধর্ম্মগী জ্ঞান, থম্মোইগী গুণ, চরিত্রগা বলগী মঙান্দনি ঐগী ধর্ম্মগী ভাব, থম্মোইগী গুণ, চরিত্রগী বলনা মমী তমখিবা।

ইধৌদি লাইরিক্সু হে, ইশৈসু তৌই। চুন্নদ হৈবা তৌবা ওইনা তৌদে, অনীমক্তা ওজাগী থাক্তা লৈবদৌনা তৌই। ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিং লাইরিক তৌবা ওজাশিং য়াম্না লাকই ঐখোই যুমদা, তৎপা লৈতে নোংমক্ত। মখোয় মখোয়না শূরু শূরুবা লাইরিক্কী অরু অরুবা মতাংগী ৱা পুথোক্তুনা ইধৌগী ব্যাখ্যান হেক হেক তানবগুম তৌই, লৌনবগুম তৌই — লৌনৈ। মসিনা মশা মশাগী মরন্নাই মরন্নাইগী ৱানি। লৈবাকনিংথৌ পনগী ধর্ম্মগী অরুবা মতাং লাকপদফাও ইধৌগী ৱা তানৈ। নীংসিংলি ব্রহ্মসভাগী ৱাথোক অমা। ইশানা অঙাং য়াম্না ওইরিঙৈ ওইবগা, মতম্নগা কুইমনখিবগা ৱাথোক্কী তাংদাংবা মরমদুমক্তি তশেংনা হায়বা ঙমদ্রে — কাউরে। মৈতৈনা শালচক্র সেবা চৎপগী ৱারা, ঙসি পক্কোৎ (পক্ষ) হায়না খঙনরিবা পরেং অসিগীরা, দিবারাসগীরা অমদি ওইরমগনি। ব্রহ্মসভা অনী তানৈ। অমগীনা বিন্দুমাধব পণ্ডিতনা লেপ্লি, অমগীনা লৈহাউথাবা চক্রবর্ত্তীনা লেপ্লি। শিন্নে ৱাথোক্কী বিচার শ্রীযুৎনা চৈরাপ্তা।

চৈরাপনা মধ্যস্থ ওইরগা পক্ষ অনী শাস্ত্রার্থ তৌনবা তারে। লেপ্লে নুমিৎ। পক্ষ অনীমক্লা ইথৌদা লাক্লখি মনুংদা। ইথৌগী বিদ্যাবত্তাগী মশেক্লা য়েংখিবগুম তৌখি ঐগী অঙাং ওইবা থম্মোইদা, পোকখিবগুম তৌখি আশা অমা "ওইগে ঐসু নোংমা ইথৌগুম লাইরিক হৈবা মীশক অমা"। লাইরিক্কী লাইরিক হৈবশিংনা লাক্লবগুম, লাক্লে ইশৈগী ইশৈ তৌবশিংসু অদুম। ইশৈ পরেংগী, শৈশক শৈদাগী, করতাল মরৌ মথাগী, মরোলগী, খোঙথাং খুথাং, শাথেক শানোম্নচিংবা কয়া কয়াগী বানি হংলরিবা থিররিবা। লাইরিক্কীদা কোম্না কোম্না খুম্বগুম খুম্মি, তাকই ইশৈগী, চোলোমগী, করতালগী, তাল-মেল্লচিংবগীদসু অদুম। লোইনা ইকোম ইকোম কোম্ননি। ইথৌ মশাগীদি খণ্ডদে ঐ ইশাগীদি তম্বাক্তা ফম্না ফম্না নুঙাইবনা কায় লুতোল, মঁঙি খণ্ড-হৈবগী পুনশিমা ইথৌগীগুম্বা ইশাগী পুনশিদা।

ঐখোই মতমদদি হৌই মঙাদা লাইরিক তম্বা। মাসি

লালয়েৎ পঞ্চবর্ষাণি দশবর্ষাণি তাড়য়েৎ।
প্রাপ্তে তু ষড়োশে বর্ষে পুত্রে মিত্রবদাচরেৎ।।
(কোম্নি লুনা চহী মঙা লাক্লি চেৎনা তরা।
সুরো চহী তরা তরুক মরুপ মতম লৌনি মচা।।)

হায়বা নীতি চৎলুবদগীনি। নীতি অসিমক্তি আ থায়না মর্মাঁঙেগীনি। অসুম চত্থরকপদগী অদুম চৎনরকপা, চৎনরুবদনি।

অঙাংনা লাইরিক তম্বা তারবদা লৈতে মমা মপাগী মনাক্তা, চৎলি গুরুগী ময়ুম। গুরুগী ময়ুম হেক য়ৌবদা অঙাং ওইবা য়াদ্রে অঙাং। ওইবা তারে, ওইরে অদুম মশা কাবক ইৎপা ঙম্বা মীশক অমা। অয়ুক নুমিদাংগী খোঙহাম খুৎহাম, ঈরু মায়থজবনচিংবা থবক থৌরম পুম্নমক মশানা খঙনা য়েংনো অদুম তৌজবা তাই। হান্না লৈরম্বা ছাত্রশিংগী মতুং ইন পাংগলগী থবক কয়াদা অঙম্বা শরুক য়াবা তাই। যজ্ঞেন যণ্ডাক চৎলি, লৌ শীং ইংখোল শুবা য়াওই, শীং য়েন চনবা চৎলি, ভিক্ষা চৎলি।

অসিসু অসিনি, লৈরি অমুক্কু অৱাফম পরেং অমা শাথিনা থোকপা, নত্তে, শাথিদ শাথিবা। ব্রহ্মচর্য্যসাধন্নি। চাবথকপা, তুম্বহিপ্পা, শেৎপচাবনচিংবা পুম্নমক নীতি নিয়ম অমগী মতুং ইন্না চৎলি — মনীং কৌবা তম্বা ফংজদে, পীদে য়াদে

করিমত। মপাঙ্গোংদদি তাড়ন্দ তাড়ন্নি, লাক্লবগী অথেংবিনি। মনুংদনা পককুম্ভন্যায়গী মতুংইন দেহ লিংনবা শীনবনি, লোয়ননা হকচাংগী পুক্লীংগী থম্মোইগী মতীং মঙল মঙাল ফৃদোক্লবা সেম্বনি, মীদ মী ওইনবা য়েংবনি।

শিক্ষা দীক্ষাগী পান্দম যুগদুগীদি অৱানুঙাই অনীগী ৱাংমদা লেঙদনা লৈবা আত্মাগী দর্শননি, মাগী মখুভম তানবনি। জ্ঞান, বিজ্ঞান, প্রজ্ঞান তানবদা পুবা ঙম্বা হকচাং চঁঙি। অদুনা ব্রহ্মচর্য্য সাধন অমসুং পালন শিক্ষাগী অচৌবা অঙ্গ অমা ওইনা চৎপনি — চৎলি। পীনৈ দীক্ষা অদুনোং গুরুনা শিষ্যদা —

সত্যং শিবং সুন্দরম্<br>
নায়মাত্মা বলহীনেন লভ্যঃ।<br>
(আত্মা সত্যগী মশক্তি,<br>
মঙ্গলগী মশক্তি,<br>
ফজবগীসু মশক্তি,<br>
ফংদে মপাংগল লৈতবনদি খক।)

পুন্নমক্তি লৈবনা কক্লম্বনি ঋষিশিংনা বিদ্যারম্ভগী মতাং চহী মঙাদা। অদুবু মসিমক্তি পথাপ অমা নাইনা নীতি নিয়ম অমগী মখা পোন্না শিক্ষা দীক্ষাগী থবক চৎপা হৌবগী ৱাদনি, শিক্ষা দীক্ষাদি গর্ভদগী অদুম হৌরবনিনা মশাগী পরেং অমা অদুম মচচ্চবনি।

### পীক্লিঙে
### (বিদ্যারম্ভগী মমাঙ)

ঐনা জ্ঞান খর খর তারকপা মতমদা ঐখোয় য়ুমসি অয়ুক্তনা টোল, নুংথিল নুমিদাংৱাইরমদনা ইশৈগী আখড়া ওইনা অদুম লৈরম্লে।

অয়ুক্কীদা সারস্বত ব্যাকরণনচিংবা লাইরিকশিং তম্বা পরেং অমা, ভাগবতনচিংবা বৈষ্ণবগ্রন্থশিং তম্বা পরেং অমা — পরেং অনী চৎলি। বিদ্যার্থীসু পরেং অনীসিদা মঙা মঙা তরা তরা অদুম মরৈ। ধূপ আরতিগী মতম অদুৱাইদগী ভুক আরতিগী অদুৱাই ফাওবা হেক হেক চথে। নুংথিন্দনা থাল আরতিগী মমাঙ ওইরম্না মী লাকপা হৌই। কনানা ইশৈ তম্মি, কনানা পালা তম্মি, কনা মনা জগোই

তম্মি। সন্ধ্যা আরতিগী মতম অদুবাই ফাওবা চথে। করি করিগুম্বা নোং, থাবলগা ফবা মতমদদি ইধৌনা সন্ধ্যাগী মালাজপ লোইবা গুইরগা সন্ধ্যা মতুং ফাওবা চথবা য়াওই। মপালগী ময়াম অসি চৎনখ্রগা, ভহাক্তুংগা পোত্থারগা তখেন্দগী ময়াংগী সেবকশিং অমনী লৈবা মতাংদদি, ছুটি লৈতে। ইধৌনা ইশৈগা থোনবা লেঙবা, কনা কনাগুম্বা সেবকশিংনা গোষ্ঠ, গৌরলীলা, রাসনচীংবা তম্বিরলগা পানখৎলমদাইদা লেঙবা নৎত্রে হকচাংগা অদুক ঙমদ খোত্তবা থোক্লবদদা মরেপ্পি। টোলিসিদা খঙদে আখড়াসিদা খঙদে ভাবুক্তি ঐনি, ইধৌগী তমদনি হায় নৎত্রে নাক্তনি হায় ঐহাক লেঙদবা ভাবুক পুরেম্নি।

লাইরিক তম্নরিবশিংসিদা অঙাংদি থোইনা য়াওদে, পাখংগুম্বদগী মীয়াময় চল্লবগুম্বা ঙাক্লি। লৈদুনা তম্বসু নত্তে লাক্তুনা তম্বনি। অদুনা, ছাত্রমক্তি হায়বা য়াদে। য়াদ্রবসু বিদ্যা তাল্লিবনিনা বিদ্যাগীদি বিদ্যার্থীনি। মশানা সেবক কৌজে। অদুগুম নুংথিলগী ইশৈগীদা লাক্লিবশিং অসিসু অঙাং য়াওদে। অঙাং ওইনা ইশৈ তৌরকপদগী পামজদুনা চথরগে থল্লবা নহাদা নহাদি নৎত্রবগুম্বা পরেং, মশক মমিং কাবক কাবক নাইগে তৌরগুম্বা, অদুনা নাইবা য়ারবদি নাইরগে তাল্লকপা পরেং কাবক কাবক নাইগুম লাক্লুম তৌরদুনা তশেং নাইবা হায়বদু ওইরগে তাল্লক-পরেং — অসিগুম্বা ঙাক্তনি। মখোয়সিসু মশানা সেবক অদুম কৌজে। মখোয় মখোয়গী ময়ুম ময়ুমদা পানবা হৈ-রা, মহৈ-মরোং, মনা মশীংদা নীংথি নীংথিজবা য়েংদুনা ইধৌদা অদুম কৎলৈ, মখোয়না থোকচরুবা ফংজরুবা ফি-রোল শেন থুম্নচিংবগীদসু ইধৌগী শরুক অদুম্ মতম্লকই। অদুগী মথক্তা নহা ওইরপ তৌবা কাঙবুশিংগী কাউঙমদবা সেবা অমনা মখোয় অমনী অমনী চুংশিন্নদুনা মতম মতমগী এক্সাং নাপী থাই, সম্বল নুংবল সেমজিল্লি, সেম্মি, করি করিগুম্বা মতমদা ফৌ চেঙ খোম্বনচিংবফাও তৌই। ইমুং অনা অয়েক য়াওরক্লবসু মখোয় মখোয়না তৌবা য়াবা পূম্নমক তৌই। অসিগুম্বা মনুং মপালগী পঞ্জাউশিংসিদ নত্তনা অঙনবা লাকপ'মনা শুমাঙ শিত্তোকই, শীং য়েম্নচিংবা লোইনা য়েংশিল্লি। কদায়দা করি ৰাৎকদগে হায়বসি কন্না য়েংই।

থায়নঙৈগী মতমগুম্না লৈবাক্লা নিংথৌনা শিষ্য থম্বা গুরুশিংদা লৌ শীং, যণ, সনা লুপা ধর্ম্মগী মিংদা দান তৌদুনা শিক্ষা দীক্ষাগী চাওখৎনবা লম্বী সেম্বদুমক্ লৈত্রবসু সেবকশিং অসিগী ভক্তি শ্রদ্ধা প্রেমগী অর্ঘ্য পূম্নমক অসিনা ইধৌদা স্বর্গগী সুখ শান্তি পীবগুম তৌই, লক্ষ্মীনা লেঙদনা শেনবিগুম অদুম মথোকই। চহী

মঙাদা নৎত্রে তরেপ্তা গুরুগৃহদা লাকপা করি খঙদ্রিবা অঙাংনা হান্না লৈরম্বা শিষ্যশিংগী মতুং পঙইন্দ ইনবগুম্ ইশাগী হৈনিংবা মতম থোকপা সেবকশিং অসিগী প্রেমগী সেবাশিং অসিগী শরুক হেক হেক য়াই।

শিক্ষা গুরুদি অপোকপা ইপাগী শরুক তরানি খঙনা চৎলিবা সেবকশিংদু নীংসিংলুবদা মতমগী চোয়রবা সমাজগীদমক পোয়েট ৱার্ডস্ৱার্থনা চোয়রবা মজাতিগীদমক মাগী "লণ্ডন ১৮০২" দা মিল্টনদা লাউজখিবগুম লাউনীংলকই ঐসু

লাকখো নখোয় সেবক লৈরে নথৌ
হৌজিক কংলৈসিদা।

মীদি মমামপালৌবনি — নিপানা মপা, নুপীনা মমা, হায়নৈ। অচুম্বনি, অচুম্বমক্তি। য়ুম্না মীগী শিক্ষাগী হৌদোক্লিন্নবা কেন্দ্রনি — অথোইবনি। নিপানা মপাগা নক্লে - নক্লিন্নৈ। মপাগী লীচৎ শাজৎ, ৱাঙাঙ খোনফম, ফিজেৎ চাকচা, লাইনীং লাইসোল লোইনা তম্মি — লৌই। নুপীসু অদুমঙায়। মমাগা নক্লে-নক্লিন্নৈ, মমাগী লোইনা তম্মি - লোই। অনীমক্তা অপুন্বা ইমুংগী মঙাল নৎত্রগা মমি অমুক তাই। মঙান্না মচু লোকই, মমিনা মচু শঙই। পুন্নমক্লি মী মীদুগী মপুন্শিদা কদৌ লেঙদ্রবনি, মাঙদ্রবনি, মুৎত্রবনি। তাক্লবা সমাজনা, তিল্লুবা মীওংনা, পাল্লুবা মতন্না তায়োন্নরফাও নুংনা উনা নন্বা তিংথৌনা শিবা তৌদনা মচু ওন্দুনা খাঙলুরগা তাঞ্জা হেক্ ফংবদা থিন্গৎলকপগুম তনৌ তনৌ ইশং ইশং তাঞ্জা লাকপদা অদুম হেক্স্বক্ ফৃদোকই। উন্ মমাঙদা চীংমায়দা তাখিবা গৌন্না উন লোইখিদুনা থিনগৎলকপদা নাপী শীংনাসু অদুম ময়াওরকপগুম অফবসু ফত্তবসু অনীমক কোন্ননা অদুম হেক্সক ফাওরকপা ঙাক্লি। অদুনা য়ুম অসি মীগী পুনশিদা য়ান্না লুই।

ইথৌনা অয়ুক লেঙখৎপদা লৈদা খোঙ থাদ্রিগুঁ খুৎ লোন্নদুনা পৃথ্বীস্তোত্র থী, য়েৎনা লৈমায় লাইবক কৎলি। সোর য়েংলগা যাত্রাগী নাম সোন্দুনা খোঙ থাই। মপাল দারিদা অমুক খুৎ লোন্নদুনা সূর্য্যস্তোত্র থী —খুরু খুদক খুরুম্মি। খুদোং ঙাম্ভক অমা ফাল্লগা চীন্ কুপ্পি, মনুং লেঙশিল্লি। মনুং লেঙশিনবদা খুবাক হেক হেক খুই, তুমিন তপ্লপ করিগুম্বা খর থী। লেঙথোরকপদা পুম্রীদা হকচাং তংখাইদি হায়রগা ফনা নীংথিনা কোকলু ঈশিং চাইখত্তুনা চাইথৈ। বৃন্দা চবুতরদগী তিলক খর নম্মি। পি অকংবা হোংদোক্লগা সেবকশিং থেংনৈ।

ঐগীদি হিপফমসি অহম্নি। ইধৌগরা, ঐজ্ঞাগরা ইমাগরা নোংমগী ঐনা হিগ্নীংলুবা মফমদা অদুম হেক্ত মহিগ্নি — ইনীংনি। অমগবু তুন্নবসু অমগবু তুন্নবসু হৌদোকপদি ইধৌগীনি। ঐবু হিপকল্লি তুমগল্লি হায়দুনা চোথে থুনবান্দবা কৌই। ইধৌনা হেক লেঙখৎপগা "চোথে থুনবান্দবা হৌগৎলো, নুমিৎনা নন্ননি" হায়দুনা হেক পুথোকই। লৈবাক কৎপি, নুমিৎ খুরুম্বি, "অঙাং মমায় মমিৎ তাবিয়ু" হায়দুনা ইমুংদা থাজিল্লি। ঐজ্ঞাগা ইবেনগা অনীগী অয়ুকী অহানবা থবক্তি ঐগী মায় মিৎ তাবিবা, চৌব্রি থোংদুনা পীজবনি। ঈশিং লুম্বু লুম্বু শাবনা নৎত্রে অঈংবনা মতম মতম চানা মায় মিৎ তাথোকপি, চীন য়া শেংদোকপি। তম্বাক্তা পন্না পন্না চৌব্রি থোংদুনা পীজে। চৌব্রি চাবা লোইবগা ইধৌম্বী নাক্তা চৎলি, তম্বাক্তা পমদুনা লাইরিকী ভাবুক ওই। মখোয় বিদ্যার্থীশিংনা হায়বা শ্বীবশিং অদুদগী ফাহৌবা লাকহৌবা খর ইতোমদ তুমিন তুমিন হায়দুনা থীদুনা শান্নে। লাইরিক লোইরদুনা ইধৌনা চাইথবদা হেক হেক য়াওই। নিংথমথাদদি ঈসিং অশাবন্না লুবিরগা অঈংবনা অমুক খর খর চাইদুনা শেংদোকপি। লাইখুরম্ভমদা ফি মচা অমা থাবিদুনা ফম্নাল্লি, চন্দন থিনবিরগা মন্ত্র সোনবা, পাঠগা লোইবফাও অদুম থম্মি। গিরিরাজগী নির্মাল্য বৃন্দাদা কৎপদা পুই, গোবর্ধন পরিক্রমাদসু য়াওহল্লি। ইধৌগী নাক্তা পুখম মচা অমদা চাক হেক হেক পীজৈ, চাক তাহন্দনবা, চারিবা পুখম তেংগোৎ মোৎহলন্দনবা কন্না য়েংশিল্লি। চাক খিত্তং তাখিব্র, পুখম তেংগোৎ খিত্তুং তৈবা উবদা "ঐগী চাক তাবরা, নঙ্গী করি তানি, ঐগী তৈবরা নঙ্গী করি তৈনি" হেক হেক বারকই।

ইধৌদি মশানা অদুম নাঞ্জরবনি। নোংমত্ত কোক তুমদবা লৈতে। নোংমত্ত নগুণ ফেঙদবা লৈতে — থোংগ্রা মতোন্দা মদুগী ৱাচেৎ অমা সেমদুনা অদুম্ থম্নবনি। চায় নাল্লি, শেৎলি নাল্লি, লাইরিক ইবদা ফাও চে খূনাং চাহন্দে, মুক অমত্ত হাবা উদে — খুৎই চাং কায়দে, ময়েক লূই। মশা নাঞ্জবগা শিনফমগা ইংখোলগনা তপোবনগুম তৌবগা মুনি ঋষিগী আশ্রমদা লৈবা গুরুকুলগা অম্না ওইনা অদুম মথোক্লবা ইমুংনি।

মতাংসিদা পুনশিগী কাউঙমদবা থবক মওং কয়াসু নীংসিংই। ঐ ইশাসি নিঙাই লৈতবা অঙাংনি। পোৎকী চৈগী অঙাং'মা ওইবগী নিঙাই তৌখিবা ঐ ইশানা নীংসংবদা পঙথোক থোকখিদে। মসিগী অয়াম্বা শরুক্তি ইধৌগী চায়োক ফজবননি, ইধৌনা অঙাংগী মনস্তত্ত্ব হৈবননি হায়বা তাই। করিমত্ত ৱাৎহন্দে। মবুক থোক্না য়েংধৌগী শগোল সাবি — তোংহল্লি, কালোক কোনবি — ওলহল্লি, গাড়ী চনবি

— তোংহল্লি, ঈহলল্লি, তেলংগা সাবি — পাইহল্লি, কাণ্ডজে খাণ্ডবি, কাণ্ডদ্রুম সাবি — শান্নহল্লি, খুং সাবি, মরী তাবি — উংবা তম্বি, উংহল্লি। মতম মতমগী মশান্ন লোইনা শান্নহল্লি। ঐনা নুঙাইজবা অমনা য়েংথৌ মপাল সাবা মতমদা য়েংথৌ মপাল খোংবা, য়েংথৌ মপালগী তৌদ্রি খোংবনি — ইথৌনা তত্তনা খঙনা অদুম হল্লি। অসিদসু নথত্রি। মেরা লাক্রে দুর্গা পূজাগী দোল চনবি, চে নুং ফজনা নপ্পি, থাকল য়াত্তুনা লাংফম নীংথিনা সেম্বি, ঘট লিংদুনা ইথৌনা পূজা নীংথিনা কথপি, পঞ্চমী লাক্রে অদুমঙায়। অদুনা পুনশিদা অবাংপা মশক খঙ্খিদে, অবাংপগী বাখল অমত্ত পোকখিদে।

রাজ্যসিদনি অঙাং ওইঙে পিক্লিঙৈ ঐনা পাল্লকপা। অঙকপনি খল্লুবদা! ইপাগী মশাইগোন্দা মতম্বাক্তা চাউ তমদ্রবা, "মহী ময়াই কনবা অঙাংনি, মহাক চঙ্লকপদা ইমুং মাঙ তাকপা অঙাংনি" হায়দুনা ফত্তবা অঙাং, ফত্তবা মচা শীংদা চল্লবা ঐহাক্লা পাল্লকপা, চাউরকপা স্বর্গদো ঋষিগী আশ্রমসিদনি। তম্বা ঙমদে কনানসু খঙবা লৈতে কনাদসু মীওইবগী পুনশিখোঙফম্। শক্লল্লিবসিনি, অদুনা ভগবান শ্রীবাসুদেবনা

নিপা ওইবই লাইবক,
নুপী ওইবই শাজৎ,
মণি কৌ'দুই মমল
খঙদে কৃষ্ণ ঐফাও।

## বিদ্যারম্ভগী মতাং

চহী মঙা চঙলকপদা লাইরিক তম্বা হৌই। ইথৌনা ঐগী ইহান হানবা শিক্ষাগুরুনি। অফবা নুমিৎ অমা য়েং হৌনবি পূজাগা তৌ, লৈয়েংদা মহা সরস্বতীগী বীজ "ঐ্রঁ" ইদুনা হৌই নোংমা লাইরিক তম্বা। ইথৌদি খুৎ য়াম্না ফজে, শ্লেট্টা কাস্তুনা মপী চাউনা ইদুনা তম্বি। নোংমা নীনিগী মতুংদা বাঙলাগী বর্ণ পরিচয় অমা লৈহল্লুই। মৈতৈরোলগী মপী লাইরিক লৈতবনা নত্তে, অমদি মরৈরবনি। মণিপুরগী শিক্ষা বিভাগগী ডেপুটি ইনস্পেক্টরদা ইহান হানবা তোনুবাবুগী মতমদা সব্ ইন্স্পেক্টররা ইন্স্পেক্টিং পণ্ডিতলা ওইরম্বা মকরসিংহ কৌবা নিপা অমনা ইরম্বনি। পাঠশালাদা পাঠা ওইরবনা খুল্লক লৈরক্তসু অদুম মতম্নরবনি। অদুবু, লাইরিক হৈবা লাইরিক শূবা অপাল অপিলশিংগী মফমদদি পাঙচন্ চন্নদ্রি। চন্নদ্রিবসিগী মরম অদুম চাউনা মরৈবনি।

থায়নঙ্গে মণিপুরদা লাইরিক লাইশু পঙতম তম্নরম্বা তৌদে, অপাল অপিল, অকল অথৌশিংগী মচা মশুশিংনা থাঙ তা, শা লালগী বিদ্যাদা, সাধারণ প্রজানা লৌউ শীংউ, নিংথৌ পলগী লাল্লুপ্তা অদুম মরোইনবনি। লাইরিক লাইশু হৈতবা য়াদে মতা অদুক কায়দনা তম্বা হায়বদবু মপা মপুগী খুভম ফংহৌনবা, শিহেল্লৌনবা পণ্ডিত লোয়শঙ কাবা পণ্ডিতশিংগী মচা মশু, অমাই লোয়শঙ কাবা লৈবাক নিংথৌগী অমাইবশিংগীগা খরদনি। জাতিগী ময়েক জাতিগী লাইরিক লাইশু লৈজরবসু অখঙ অহৈ মখোয় খরদনা শূবনি — পায়বনি। খ্বাই খুনাইনসু অপাল আপিল অকল অথৌশিংনসু পঙচঙ চঙলুবা পঙশোক শোক্লুবা নত্তে। অদুক পাম্লুবা খরদংদনা ইবা পাবা ঙম্বফাওদংগা মতৌরগা মদুম মতোকপনি। তৌরুদে, তৌরক্তে অদুনোং লৈবাকনিংথৌ পন্নসু অখঙ অহৈশিংনসু অঙাং লাইরিক তম্বিনবগী থৌরাংনি অমত্ত। লিংদে, লিংলক্তে শঙ — অঙাংগী তম্ফম; লৈতে, লৈরক্তে লাইরিক — অঙাংগী তম্নবা।

অমরোমদনা, বৈষ্ণবধর্ম্মনা পুরকখি শিক্ষাগী ঈহৌ অচৌবনি অমা। লৈবাক্লিংথৌ পন্না টোলনচিংবা লিং খোত্তুনা ঈরম সেম্বনচিংবা তৌবিদ্রমক্সু ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগী য়ুমথোঙ খূদিং লৌখি টোলগী মশক। টোলশিংসিনা তৌখি কন্না অয়ুক নুংথিল শিক্ষাগী প্রচার। জাতিগী ৱাখল, ফিদম, মিৎয়েং, পান্দম, পুনশিগী অর্থ মরৌ ওল্লকপা মতুংইন অপাল অপিল কোঙ্গায়মসু য়াখি প্রচারগী শরুক। তারকপনা ধর্ম্মশিংনা চেল্লকপা লোনশিংনা, মপূংমক ওইনদি সংস্কৃত, বাঙ্গলানা জাতিগী নৈতিক নৈমিত্তিক ক্রিয়াকাণ্ডগী মরোন্দা ওইনা চৎলম্বদগী অপাল অপিল ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগী নোংম নোংমগী পুনশি খোঙফমদা অদুম খর খর অসুমসুম তোংশিনবগুম তৌখি। মখোয়গী ৱাঙাঙ্ সংস্কৃত, বাঙ্গলা, ব্রজবুলিগী শব্দশিংনা পুখি, পরেং শানা অদুম চৎখি। মৈতৈরোল শিথরো তম্বা মতা থোকখি, শিথখি অদুম নোংমনোং; মৈতৈ ময়েক, মৈতৈ লাইরিক তাখি থীনা কাঞ্জথাঙ।

লোইবা নৎত্রি অসিনা, লৈরি অতৈসু কয়াম্মা। সংস্কৃতি লাইরিক্কী লোল ওইজবগী ওইজবা লৈজরে অদুম। বাঙ্গলাদি ধর্ম্মগী কায়দোং ওইবদ নত্তনা চঙ চঙ লাউনা হিংলিবা চৎলিবা লোন্নিনা লৈবাক্লিংথৌ পানবগী থৌরমদসু শরুক তন্না য়ারকখি। ঐখোই লৈবাক্না কম্পানী বাহাদুরগা শম্নবা হৌবসি মহারাজ গৌরশ্যামগা মহারাজ জয়সিংহগা নিংথৌ মচীন মনাও অনীগী সনা হাক্তক্তনি। কলিকাতানা

মখোয় কোম্পানীগী কোনুং ওইবগা, শাসননীতিনা বৃটিশ কর্ম্মচারী পুন্নমক বাঙ্গলানচিংবা ভারতকী লোল মপূংশিং হেক হেক তম্বীবগা বাঙ্গলা লোন্না ঐখোয়গী অর্থ অমসুং রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা মতাং অসিমক্তদগী মফম চাউনা কনবা হৌখি। জগন্নাথদাসগা হরিদাসগা গোস্বামী অনীনা মথং মথং লৈবাক্লিংথৌ পনগী এজেন্ট ওইখি। মতুংদা লাকপা নিংথৌশিংগী সনা হাক্তকশিংদসু বাঙ্গালী নৎত্রে বাঙ্গলা হৈবা তখেল ময়াংদা পোক্লবা মৈতৈ, নহিলক্লে মৈতৈগুম্বা মীওইশিংগী মতেং হেক হেক লৌখিবগুম — লৌবগুম, তৌবদগী লোল অসি লৈবাকনিংথৌ পানবগী হিংনরম অমা ওইনা থোকখি। শম্না, লৈবাক অসিগী ধর্ম্ম, সমাজ, অর্থ, রাজনীতিগী থানফদবা লোল অমা ওইনা লৌখি। হৌজিক ইংরাজী হৈবা মীবু অখণ্ড অহৈ শীংদা চন্নবগুম বাঙ্গলা হৈবা মীবুসু অদুম চন্নখি।

পঙ্গাউ অমনা হৌখিবা শতাব্দীগী লোইরমদাই, বৃটিশনা ঐখোয়গী লৈবাক অসি লৌদুনা পানবা হৌরকপদা বাঙ্গালী কর্ম্মচারীশিংনা অচৌ অচৌবা থবক লোইনা পায়। সরকারনা শিক্ষাগী লম্বী য়েংলকপা মতমদা মখোয়না লৈবাক অসিগী ওইরিবা মওং অসিদা খুদোং লৌদুনা বাঙ্গলাগী মাধ্যমদা শিক্ষা পীনবা শীনখি পীখি।

মরম খিবিক অসিদগীনি ইথৌনা মকরসিংহগী মপী লাইরিক লৈনা লৈনা, পাঠশালাদা খুন্নক লৈরক্তা তন্নরে খঙনা খঙনা বর্ণ পরিচয় ওইনা লৈরুরিবা।

ময়েক মশক খর খঙলবদা ৱাচেৎকী কলম্না মৈতৈ চেদা ইবা নিত্যাচার অমা পুথোক্তুনা তম্বি। অসুম অসুম চখরক্পদা হেক হেক থেংনরকপা পৃথ্বীস্তোত্রগুম্বা পুন্নমক চীন্দা লোইনা পুহল্লি। মফম মতম চানা শীজিন্নবসু তম্বি। অয়ুক হৌগৎপদা খুৎ লোন্নদুনা স্তোত্র অসি থীরগা লৈবাক কোক কত্তুনা খোঙ থাবা কায়বা য়াদে। থা ফনা য়ান্না চখরক্তুনা লাইরিকসি লোইনিং লোইমা তৌরক্লবা অদুৱাইদা চীন্দা ব্যাকরণগী অ আ সু খর খর অদুম তম্বিবা হৌই। মতা চারুবদা তল্লিবা লাইরিকসিমক্তদসু পান্দুনা অদুম্ মতাকপি। ঐসু খর খর অদুম ৱায়শিনবগুম্ ৱায়শিনবগুম তৌই। ইথৌনা য়ান্না হুৱাউই। মরক মরক্তা সেবকশিংদা "ঐগী ইশূসিদি মী মওইজগদৌরি, তাকপসি হেক্তা মখোঁঙি, কাউবসু থোইনা লৈতে, মসি সংস্কার ফনা নীংথিনা লৈ" নোক্লা কোন্না হেক হেক তম্মি।

মতম অসি নাম সঙ্কীর্ত্তন মতেক অমা শকপা ঙমদবা, পুং মতেক অমা য়ৈবা ঙমদবা হায়বসি নিপা অমা ওইকী অচৌবা অহোবা অমা ওইনা লৌনৈ। অয়াম্বনমক

নৎত্রবসু কোঙ্গায় অমদি অদুম মণ্ডন্নবা ওইনসু তৌই। মণ্ডন্নরিবসিগী মরম অচৌবা অনীনি। অমনা, মতম অসিগী নুপী অঙাং নহারোলশিং অসি সাধারণ অমা ওইনা লাই য়াম্না থাজে, লাইগী থবক্তা মথৱায় য়াম্না য়াওই। লৈকাই লৈকাইগী মন্দিরদা সন্ধ্যাগী আরতি মতমদা লাই খুরুম্বা য়াম্না চৎনৈ। মদুবু গৌড়ী য়াওবা, চৎপা, খুরুম্বা হায়নৈ। নহারোলশিংদা পুং ইশৈগা শকখঙনবগী খুদোং অমা হেক হেক পী। মশাদা সংস্কার খর লৈবশিংদি ফনা নীংথিনা ৱায়শিনখিবসু য়াওই। গৌড়ী পুবা নৎত্রে দর্শন লাকপা অহল্লমনশিংদগীসু মতেং ফংদবা নত্তে। অমুক অমনা, লৈকাই পালা খুনগং পালা হায়বা অমা কন্না চৎনৈ। পুংয়েবা ইশৈহনবা হাপ্তুনা থন্নে। করি করিগুম্বা লৈকাই, খুনগংদদি মতিক চাবা লৈরবদি দুহার খোনবাংতোন ফাওবা থিন্দোক্নে। পালা অসিনা লৈকাইগী অশি অনা, লুহোং কৈহোঙনচিংবা পুন্নমক পুই। অদুনা অয়াম্বনা পুং ইশৈ খর খর অদুম মতন্নে।

অদুনোং, ইধৌনা ঐবুসু পুং ইশৈ খিত্তং খঙহন্নীংবগুম তৌরুবরা, পুং মচা অমা তিংলুই, নুংথিল খর খর তম্বি। ঐগী তনবি হায়বদু খম থেংই। তল্লুবসিগী মরম অকিবা অমদগীনি। ঐ য়ন্না পঙনা হৌই। পালাদা পুংয়েবা অনী তুংথ মাঙথ তুংথ মাঙথ চেপ্পোক চেন্শিন্ তৌবা, পুং পায়দুনা লৈবা হুনবা, থোংখোং সাদুনা কন্না ফুবসি উবদা খৎনরিবোই ফুনগদৌরিবোই খন্দুনা ইপা পাখৎলি, কিদুনা অয়াম্বা মতমদা মিৎ উইশিন উইশিন হেক হেক খাঁঙি। অদুনা ইধৌ কিবদগী খোৎপদি মখোৎলি, থৱায়দি চঙদে, ময়েক চত্তে। "থিবোৎলোয়সিদি, মী ওইরোইদৌরি" হেক হেক চৈ — লোইশিল্লি। ঐজ্ঞাসু পুং খর খর হৈ। "ইবেম্মা, নশূনিপাসি খর খর তম্বিউ, ময়েক খিত্তদি চৎহলম্নি" ঐজ্ঞাদা হেক্ হেক্ শিন্নে। "হৈ সিদা পুরকউ, ঐ তম্বিগে, হোরেল নধৌনা চৈবিনি" হেক্ হেক্ কৌই, ঐনা য়াবিদে — ঐজ্ঞাবুদি ঐনা ঙম্মি। "নং চিনি চফু চাদ্রেদনা, লৈবাক হৱাই খোংনাং মনা চানীংদ্রেদনা" হেক হেক থেম্মি। পোৎলম্ অনী অসি ঐখোয় অঙাংনা য়াম্না পান্নে। হৌজিক্তি কৈথেন্দা থোক্লে — লৈত্রে। অহানবগীনা, মবুক্তা তাং অনীগামুক্তুং, মরেপ্তসু অদুগামুক্তংগী থা থা লাউবা মখুন থেন্না খিত্ত মহুৎপা চফুদা চিনি হৈবনি। চাবনা পদুম মতেক অমনা খিৎ খিত্ত কোৎ, কোত্তুনা চাবনি — পাই অমগী অনী অহুমগা অদুম তৌবনি। অকোনবগীনা, সনা খোংনাং নৎত্রে নারেংবি মনাদা লৈবাক হৱাই মরু চিনি তোৎলগা কোয়না ফজনা হৈবনি, ফক ফক্তুনা চাবনি, লৈবাক হৱাই চিনি তোৎপদুদা খোংনাং মনাগী নুংশিবা মনম অমসু য়াওবনা য়াম্না হাওই — মতেক্কী অনীগুম্বা তৌই।

"হান্না পীউ অদুদি, চাখিগে!" পী। চাথোকই, তমদে। মখোয় কনামত্ত ঐবু ফুদে, ফুবা ঙমদে, খূদোল হত্তে, নুংশিনা চৈবদনি। "থীদ, য়ানবসিদে" লোইরে তোক্লে।

অসুন্না নোংমা লেন, নীনি শু, হন্নি চৎ, মঙানি কা, চয়োল লোই, থা ফারক, থা লোই অদুম চৎলে — পূংদি ময়েক চৎত্রে। করিদগী চৎলুনি! তম্দুনা তোকখিবদ লাই খুরম্লিবনি। নোংমদি "ইবেম পাবুং, নশূনিপাসি পূং তম্বিরনুসি, মথৱায়না সুকপাম পামদে, কান্নররোই, লাইরিক্ত মতম্বিরসি" হায়রক্লে ঐঙ্গানা তল্লুরবরা খঙদে ঐগী ইতৌদা। "হোয়নে, ঐসু অদুম খল্লবনি, মসিগী মতৌসি পূংগী সংস্কার য়াওরক্লবরা খল্লবনি" খুমদোরক্লে ইধৌসু। ঐ হিংলে-তোক্লে অদুম মাঙজবনি হায়গদ্রা খঙদে অদুদি, অতনবা অমদগীদি হিংলে অদুম। পূংগী পূংফমদা ব্যাকরণ চঙলক্লে। শব্দরূপ, ধাতুরূপ, সন্ধিনচিংবা খর খর অসুম অসুম মথং মথং তমথবা হৌরে-তমথরে। ঐগী লাইরিক্তা থৱায় য়াওবা উবদা ইধৌদসু করি নুঙাইতবা অমত্ত উখিদ্রে অদুম।

## স্কুল খঙনীংলকপা

চহী অনীরোম হায়জিল্লক্লে য়ুমদা অসুম তম্বা। ঐবু স্কুল থাবগী ৱাখল ইধৌনা থোইনা তৌরুবা উদে। মসি ইধৌ মশানা সংস্কৃত, ধর্ম্মগ্রন্থশিংদা লুপ্পা থৱায় অমা ওইরুবনা ঐবুসু ক্ষেত্র অসিদা অসুম মরৈরসনু হায়বা ৱাখল ঙাক্কী নত্তবরা, করিগুম্বা অকিবা অমদগী তৌরবরা খনবগুম তৌই। মতম অসিদা য়াইস্কুল পনপাক্সিগী তম্ফম অসি শীংজমৈ থোকচোম লৈকাইদা লৈবা পেট্রিগ্রু স্কুল হায়না খঙনবা পাঠশালাসিনি। হৌজিক্তি করি ওইরবা খঙদে, থিজিল্লুবসু লৈতবনিনা হায়বা থোইনা ঙমদে। মসি মমিংসিমক্না সাহেব অমনা, নৎত্রে সাহেব অমগী মমিংদা লিংবনি হায়বা অদুম মতাকচৈ। লিংবমকসু আমেরিকান ব্যেপটিষ্ট মিসনগী পেট্রিগ্রু কৌবা পাদ্রি অমগী লমজিং মখাদনি হায়। ঐখোয় ইশাগী পারোন পরেংদা লাইরিক লাইসু চে কলম্নচিংবা লেম্না লেম্না য়েন্দুনা ছাত্র থিদুনা খোমদুনা হৌখিবনি তায়। অসুন্না মিসন্না চীং মান্দা স্কুল লিং লিংদুনা চীংগী অঙাংশিংবু দীক্ষা হেক হেক পীদুনা খ্রীষ্টধর্ম্ম শন্দোকপা উরুবদগী পাঠাশালা অসিমকসু খ্রীষ্টধর্ম্ম শন্দোকফম অমা ওইনা উনবগুম্বা অমা লৈ। মসিদগী অমুকসু ফকয়েংলোমগী পরমসিং কৌবা নিপা অমনা খ্রীষ্টধর্ম্মদা দীক্ষা লৌদুনা বাইবলগী নিউ টেষ্টামেন্টগী মতাং খর খর মৈতোরোন্দা ফোংবা লাইরিক মচা কয়া কয়া লেম্না লেম্না য়েন ধর্ম্মসিগী প্রচারগী চেষ্টোক চেনশিন তৌবা উরুবগা স্কুলগী মরমদা চিংনরুবদু চুমদ চুম্মাল্লে খনখিবগুম্বা

অকনবা অমা উখিবগুম তৌই। "জাৎ তানবা লাইরিক তম্ফম থোকপ্রা" হায়বা খ্বাইগী বাখল অমনা স্কুল কাবা থাবসি কন্না পাউথোক্লখিবরা খল্লি। অপাল অপিল অয়াম্বনা মচা মশূ পঙথা থানদে — থাদে। অদুনা স্কুল কাবা ফংনি হায়বা থোইনা উখিদে, কাগে হায়বসু কিখি।

কাবদি কানীংই — প্রোক প্রোক চাকই। খঙনীংই স্কুল হায়বসি কমদৌই, কৈদৌই — করি তম্মি। "আশাদি মৈনি থোইখোইবা" হায়বা ব্যাসদেবগী চীনগোই মপাউ অসি ঐগী অঙাং ওইরিবা থম্মোই অদুদা চপচানা পানখিবরা খল্লি। চাকই — খিত্ত নত্তে, প্রোক প্রোক্নি। "নীংবু নীংলবদি থুংই" হায়বগুম স্কুল চৎনবগী লম্বী অমা লাকখি।

## লোন্না ব্বানোম্বা

নোংমা নুংথিল অমগী ব্বানি। ইধৌ লৈতে — ইশৈ থোনবা লেম্খি। ঐজ্ঞানা "নুংশা শাই" হায়দুনা ফম্মুংদা নমশিনবদগী ঙহাক তুম্লুরে। ইতোমদ মঙায়রে, লোয়নমক ইমুংদা পোখানরি। কোয়থোক্লীংলক্লে। ইমুং চঙদুনা "ঐজ্ঞা ঐ তামোহোই শান্নরুগে" তাক্লম অদুম থোক্লে। ঐজ্ঞানা "হে ঈশিং কৃষ্বা য়াদে" লাউহৌই, ঐসু "কৃম্লোই" খুম্লমই। খুন্না খুন্না অদুম প্রপ্ প্রপ্ চৎলে।

তামোসি ইমাইবেম্মশিংনা পোকপনি, ঐঙোন্দগী চহী মরি মঙামুক হল্লি, ঐবু কোন্না পোবা ঙম্মি, য়ন্না চাল্লি। লাইরিক ওরাইরম্মি, ঐ মনাক্তা তুমিন ফম্লুই। অঙাং ওইরবসু ঐদি খুৎশা কয়া লেঙদবনা ঐ ফম্লুবদা মঙোন্দা থোইনা কায়বা থোক্তে। অদুবু নুংশিবনিনা ব্বা ঙাঙনীংলুবরা খঙদে "ঐ হয়েংগী হস্তলিপি লোইথোকখিগে, কৈনো অমা পীজগে, ফম্মু" হায়। হায়না হায়না লাইরিক ফাক্তোক্লুনা খাতা খুৎনা থুপ্পা অমদা হস্তলিপি ই। লোইবগা লাইরিক প্রপ প্রপ লোইশিন ইমুংদা থমজিনবা অদুম চম্বরে। থোরকপদা লৈবাক হৱাই খোংনাং মনা অমা পুথোরকই — "নং লাকপা ঙাইরম্বনি" হায়, ইচীল ইনাও অদুম চামিন্নরে।

তামো!
হুঁ।
ঐ নহোই স্কুলদা অমুক্ত চৎকেনা, পুবিগেরা?
পু'বুদি পুবিগে, চৈরোইদরা?

ঐজ্ঞাদা লোম্না হায়রগা লোইরে।
অদুদি হয়েং অয়ুক ঙন্না লাকউ।
চারা হেক বানবগা চেন্নক্কে, শোয়দনা ঙাইবিরম্মু।
থেঙবদি পঙথেঙ থেঙবা য়াদে, ফাল লেপ্পা তল্লি।
থেঙলোই।

বা লোইনরে, হয়েং অয়ুক্কি হায়বদুদা চৎপা য়ানরে। মতুংদি তামোনা মাগী লাইরিক্তগী বেণী হায়বরা করিনো, কাউবু কাউরে, ষঞ্জেন্নহা অমা ওইদবা ঙাঙবদগী কৈনা চাবগী বারীগা য়ান্না লীবিরে। ইমাইবেম্মসু ইচেম্মতোম্বীগা লেঙথোক্লবদগী "ইচা লৈরম্মেদনা" হায়দুনা কবোক্লা হৈরো, কাউবে, হরাউ হরাউ তরাম তরাম পীজররে। পীজ পীজনা তামোদা "হে, ইমো নংনা ননাওগী খাকপা খোংনাং মনাদুদি" হংলরে। "চামিন্নরে" খুন্নে, বারী অমুক মখা লৌথরে। নুমিৎ তারক্লবদা তামোনা থিনবিরে।

## লোম্না চেনবা

অহিংদু ঐজ্ঞাগা তুম্মি। খংদুম তুম্বা য়াদে, পুক্লীং ইরাঙ লাঁঙি, ফৎ ফাৎ ফৎ ফাৎ খর ওল্লি, খর ওন্নিঙাই ওল্লগা তুমথখিবা খঙহৌদ্রে — অদুম তুন্নে। অয়ুক মিকপ থোক্লকপদা চাক লোইরম্নে। চৌবি নত্তে, ইমাইবেম য়াইমনা শেংনা চাকখুমদা থোংবনি। খিত্তং ঙক্লপ তৌই, ভাব অদুম্ তারে। ঙরাংদু ঐনা সন্ধ্যা ওইরপ হল্লকপদা লা শীং খর মাংগোলদগী ইবেন থোইদিংজাম্বীনা পুথোকরপা, ফক নুং খর পুশিনগদবগী কোনশিল্লগা য়ুং য়ুংদুনা লৈবা উখি, পালা তিন্নখিবনি হায়বা খঙলে।

মতম অসিগী ফজবি, চৎনবি অমা — কনাগুম্বা অমগী শোরাৎ ইশৈ শকপা তারবদা, হয়েং শোরাৎনি হায়বদুদা ইশৈ শকপগী ময়ুমদা নুংথিল যণগারকপা মতম অদুবাইদা পালা লোইনা তিল্লি — ইশৈ তিন্নবা হায়দুনা তিন্নে — লোইনমক হোদোক্লে, খর খর লুনা থোক্কদবা মতাংনা নীংসিংনৈ, শক্মিন্নে। য়ুম্বুনা শেংগাদা, হোরাইদা পালা বার্ত্তন হায়দুনা পানা কা থেনগত্তুনা পুরক্লে — খুরম্মে। য়ারিবমখৈ অষ্টকাল কায়দনা শক্লে — সোন্নে। গুরুজন, চাকথোং পরেংদগীগা হৌবা শৈফমদদি পালা খুদিংমক ঙন্না ঙন্না মতম খঙনা চৎনৈ — খক শোয়নদে। মতমগী মতাং চুনদনা ইশৈ শকপসি অপরাধ অচৌবা অমা লঙবনি লৌনবগুম তৌবা তাই। অদুনা চাকথোং অদু উবদা পুক্লীং লুমখি, লাইকু অমনি, কোন্না তামোগী মতুং ইনবা য়ারগনি খল্ হরাউ হরাউ হৌগৎখি।

হৈনবিসু ওইরবা তৌদবসু য়াদবা, লৈমায় লাইকক কৎলে, নুমিৎ খুরম্লে, হকচাং শেংদোক্লু মিৎ মায় তাথোক্লে, চীন খা তেংথোক্লে। "মাবেম, ঐগী চাক পীরো" হায়দুনা লৌরগা তঙ্গা চাথোক্লে। খুদৈ অরাংবা ঐগীদমক সাবা মচা অমা শেৎলগা মোজা ফুরিৎ, অথাবা অঙাংবা ফজবনি, অমা লিৎলগা "খাকা, ঐ তামোহোইদনি", হায়রম্লগা অদুম চেম্লে। ঐজ্ঞাদি ইথৌগী হোৎনবদা তারিদ্রা তারিরোইদরা খঙদে, ঐদি পাউখুম ঙাইদনা অদুম চৎলে।

## মিং নমদুনা চনবিবা

য়ৌরে স্কুল। পেট্রিগ্র স্কুলদনি। স্কুলগী কোম্পোং খর হেক লানশিনবদা তামোগী মমান্নবশিং অমা অনীনা "কন্নানোসিদে, ননাওরা, কৈদৌবা লাক্লিবনো" হংনৈ। তামোসু "উম, ইনাওনি, স্কুল য়েংনীঙি হায়এ, পুবিরক্লিবা" খুম্মি অদুম হেক হেক। ঐদি মখোয়গী ৱা থোইনবু তারুদে। স্কুলগী ইংখোল মচীল হেক য়ৌরকপগী টিম্না কুপ্পা স্কুল শঙনা খা ৱাং, ফুট চাম্মদি ওইনি, চাউদম শাংদম ইশাং শাংনা খিল্লিবা, ইংখোল মায়গৈ মরিদা লৈপন্না শাংদম ৱাংদম খারিবা, লৈপন ময়া থুংনা লফু পরেং থারিবা, স্কুল মমাঙ থুংনা পঙফ ফজদ্রবসু লৈকোল সেম্লিবা — পুন্নমক্সিদা ঙাওরি। ঙাওরিঙৈ অসুম তারকখি তামোনা কৌরকপা "হৈ ইমো, চঙলসি লাউ"। খোঙদি তামোরোমদা থাংঙি, মিত্তি স্কুলগী মায়োক থোক্লা নক্ত তরক য়ুংবা অগুাফুল পাম্বীমদা থম্মি। লৈপাক্সিদা ঐনা অদুক মুন্না য়েংউরিবসি মশক খঙদবগী নত্তে, খোঁঙি, তামোহোয়গী থোঙ্গালগী লৈকোন্দা হৌই, মানা তেংথাবগুম্বমা তাবগীনি। মরোন্দুদি খঙ্খিদে মতম অদুমক্তদি, অঙাং ওইবদুনা ওইবা তাই। হৌজিক জ্ঞান তারক্লবসিদদি খল্লি ওইরম্বা য়াই মাগী তেংথা মরোন্দো "পেট্রিগ্র সাহেবনা হুন্দোক্লম য়েংবিনিঙাই কন্না লৈজদ পিদোন্না হিং শিবদ ঙাই ৱানা য়ুংলবী ঐনি।" মসিমক্তি পেট্রিগ্র সাহেবকী মতুংদা রাজসরকারগী শিক্ষাবিভাগ পুহৌবা ডেপুটি ইনস্পেক্টরশিংগী ফন্না ইকাইনিঙাইনি।

চৎলে স্কুল। প্রথম শ্রেণীগী কাদনি, ফম্মি তুমিন — তামোগী মনাক্তা নপ্পুনা। ঙহাক্কী মনুংদা চঙলক্লে ওজা। ময়াম লোইনবা হৌগৎনৈ, ঈংনা লেম্না নত্তে, খুবিং খুবাইনি, ফাল গ্রোংগ্রোংনি। ঐ খংপ্রেক খংঙি, ইঙাও ঙাওনা ফুক হৌগৎলি। মচীনগা ওইবগা ইনেমগা নেমবগা ওজানা হেক উই, হংঙি তনহং কন্নানো সিদে।

তামো — ঐগী ইনাওনি ওজা, স্কুল য়েংনিংঙি লাকপনি।

ওজা — লাইরিক্তি তম্নিংদরা নংদে?
ঐ — য়ুমদা পাবুংদা তম্মি।
ওজা খিত্তুং ঙকপ তৌই, তামোদা য়েংঙি।
তামো — ইথৌবুনি মানা হায়রিবসে।
ওজা (ভাব তারে) হংঙি — ইথৌদদি করি তম্মি?
ঐ — য়াম্মি, নিত্যাচারসু ব্যাকরণ সন্ধিসু তম্মি।
ওজা — অঙ্কদি তম্না?
ঐ — তমদে, হৈতে ঐদি অঙ্কদি।
ওজা — মণি, অঙাং পুরকউ লাউ।
তামোগা ঐগা ওজাগী তুংইন্দুনা চৎলি। পঞ্চম শ্রেণীগী কা য়ৌরে।
ওজা (ওজাতোন্দা) ওজা, সি খঙবিবরা?
ওজাতোন (তামোদা য়েংদুনা) মণি, নন্দোইবেম্মগী মচা নৎত্রা?
তামো — মানি ওজা।

ওজাহল — অঙাংসি ইকুইবুঙোনা সনাৱৈ চাবা লাইরিক্তা মাঙহনগদৌবে। ময়াম্বগী মতুং ইল্লক্লিঙৈসিদা য়েংদুনা মমিং খর চনশিনবিহৌ, দশলকারগাদি হৈরবনি, অঙ্কদি সনাৱৈনা চাখিদুনা পূম্নো, চনবসু লুদৌরিবনি — খন্দুনা তৌবিরো।

ওজা অনীমক ঐখোয়গা মরী ইথোক থোক্লরম্লে। তাইবংমীগী মরীদি লীরোম্নে হায়বগুম অনীমক ইথৌগসু ঐজ্ঞাগসু মরী অদুম ইথোক থোক্লবনি। অদুসু অদুনি, মতম অসিগী মীওইশিংগী থম্মোইগী গুণগী বিকাশ অসি খিৎসু মপূং ফাবদৌনা তৌই। শাগৈ-নাতৈ, মরী-মতা, মরুপ মপাং, শকখঙ মায়খঙনবগীদ নত্তনা, খ্বায অতৈগীসু প্রেম অমা ইথম থম্নবগুম তৌই। অঙম অঙম্বা, অয়া অয়াবা মতেং অদুম পীনৈ। অৱাবগী ৱাবিবা নুঙাইবগী নুঙাইবিবা, অৱৈ-লৈত শেৎন-খাইন চামিন্নবা, অশি-অনাগী অৱাভম শরুক য়ামিন্নবনচিংবা লোঞ্চৎ অমা ইচৎ চৎনৈ। নামডাকা অমা তাবদা "মী লৈতবা য়াওবোইদো" হায়বা অৱাবগী খোষ্টোক অমা অমদগী নৎত্রে অমগী তানৈ হেক্ত অদুম। তানৈ অদুগুম কনাগুম্বা অমগী য়াইফবা উবদা অৱা-অনংদগী খঙদে নুঙাই-য়াইফদগী খঙদে "য়াইফসনু, কর্ম্ম ফরকপগীনি" হায়বা নুংশিবগী খোষ্টোক অমা। লম্বোই তুবোই খঙদে অৱা অনং খঙদে নহিলক্লে অঙাও-অফৈ খঙদে ভিক্ষা অমা লাকপদা ইমুং খূদিং খূমন মণি মমা ঙাক্নি — "হাপখো

হাপখো অরৈবা খর, ঐখোয়গী থোকপা লাক্কনি" অসিদনি। ইংখোলদা হৌবা মনা মশিং, পানবা মহৈ-মরোং লোইনা লাইগী তম্নে, কৈরোয় লৈকাইগী শরুক থুংনৈ। মীশি মীনা লোইনা মশাগী ওইনা চৎনৈ। শম্না, মানবধর্ম্ম হায়না খঙনবা মীওইবা ঐখোয়গী ফজবা লোঞ্চৎ কায়দনা চৎলি।

অরাম্বদা পীজনৈ চাক,
খৌরাংবদা পীথক্লে ঈশিং।
অনাবদা চঙনৈ সেবা,
অবাবদা পীনৈ তেংবাং।
নুংশিবা বাহৈনা
নুংশিবা মতৌনা
কৌক্লে কোঙ্গায় অরাম খৌরাং
মুৎনৈ মৈচাক অবা অনা।
প্রেমগী জগৎনি
চৎনৈ লোইনা খঙনা অদুম,
সেবাগী লাকপনি
পুনৈ লোইনা চৎনৈ অদুম।

অসিনি মতমদুগী লৈবাক্কী লোঞ্চৎ। ফংলোই করিনোং ঐহাক অঙাং অমনা ওজা ওইবশিংগী মতেং! চনবিরৈ মিং পঞ্চম শ্রেণীগী ক শাখাদা। মচল অমনি, থা অহুমগীনি। হস্তলিপিগা অঙ্কগা অনীগী খোঙচৎ য়েংলগা ঐগী তাংদাংবা থাকফম, লেপকদৌরিবনি। ওজাতোন্না নুমিত্তুমক শ্লেট, কান্থু ধারাপাত, মপী লাইরিক লৈনবা তামোদা শিন্নরে। ঐ য়ুম চৎপা য়াবনি অদুবু তামো ঙাইবা তাবনিনা ফল্লে অদুম। ঙাইবগী অৱাবদি ঐঙোন্দা চঙদে, কুম্মৈ য়েংবগুম্বনি। কুম্মৈমক্তু অনৌবা নুঙাইবা ওইনা থোকপনি ঐঙোন্দদি অদুম! ☐

*('পুনশিগী শক্তম', লারোল অনী -১৯৮৩ দগী লৌথোকপা।)*

# মণিপুরী সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাব

বিষ্ণু উপাসনাবু বৈষ্ণব ধর্ম্ম কৌই। ধর্ম্মসি বেদগীনি, একায়ন শাখাদগী পোকপনি। নরগা নারায়ণগা ঋষি অনীনা বদরিকাশ্রমদা শন্দোকপনি। এলহৌ ভারতকী নীংথিবা ধর্ম্মনি। শিথরুই অদুবু মতমগী গতিনা ফনা কুইননি।

খ্রীষ্টকী অঙনবা শতাব্দী খরগী মনুংদা দাক্ষিণাত্যদা ভগবদপ্রেমী খর মথং মথং চোংথোকখি। আড়বার হায়না চৎলি মখোয়। ভগবদসিদ্ধ ঙাক্লি। মখোয়গী মগুণনা কুইনা শিথরুরবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম হিংগৎলকখি অমুক। চুম্নদ হিংগৎলকপা নগুনা হান্নদগী হেন্না মপাল ফনা দক্ষিণাবর্ত্ত লান্দুনা উত্তরখ-ও য়ৌনা শনদোরকখি। তরাগা মঙাশুবা শতাব্দীদদি ভূ ভারত্তা বৈষ্ণব ধর্ম্মনা পুংমায় লেপখি। অদুনোং শতাব্দী অসিবু ভারতকী ধর্ম্মগী ইতিহাসদা বৈষ্ণব যুগ, ঈহৌ অসিবুনা নব্য বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ঈহৌ হায়না খঙনৈ।

তরামঙাশুবা শতাব্দীগী তমৈ তরাতরুক্কীনা তাজীন অনীনা লোম্নরকপা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা পাল্লিঙৈ মতাংদনি বৈষ্ণব ধর্ম্মনা ইথা থাজদবা মওংদা ঐখোই লৈবাকসিদা লাকখিবা। পোংনিংথৌ চৌফা খিখোম্বনা নিংথৌ ক্যাম্বদা বিষ্ণুগী স্বর্ণবিগ্রহ মচা'মা খুদোল তম্লকখি। নিংথৌনা অনাশঙ কুমঙৈ অমাইবীগী লাইবাউদগী বিগ্রহসি নিংথৌ পন্দা ব্রাহ্মণনা লাৎখি। নিংথৌ পন্দা বিষ্ণু লাৎপগী পাউ নুংশিৎনা চেল্লুবদৌনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মনুং চনবা নৃসিংহ (মীনোংশা), হয়গ্রীব (শগোল লাই), অনন্ত (কোংবা লাই), গণপতি (শামু লাই) নীংবনচিংবা সম্প্রদায়গী মীকোকশিং মথং মথং কয়া কয়া মশা মশাগী ইষ্টদেবতা পু-পুদুনা লাক্লখি।

মণিপুর স্পার্টনি। মণিপুরী জাতিগী পুন্সি স্পার্টানগীনি। মৈ নেৎনা হিংবা, মৈথক্তা পানবা লায়োয় পুন্সিগী মহাউ তংনিংঙাই লোইনা তংলবনি। বৈষ্ণব জীবনগী অঈংবা খোঙফম মিতাখি, ওনশিল্লকখি নোংম নোংমগী খর খর অসুম অসুম চহী চনীগী মতুংদদি মণিপুর বৈষ্ণব জগত্তা চঙবা হৌখি।

তরাতরেৎসুবা শতাব্দীগা তরানিপালসুবা শতাব্দীগা অনীগী তামৈ-তাজিন লোম্নরকপা মতমদনি তুবী চরাইরোংবনা কংলৈ সনা ফম্বাল লাংবা। সনা হাক্তকসিদা লাকখি উৎকলদগী নিমান্দী ধৰ্ম্ম। গোপাল কৃষ্ণ উপাসনানি। নিংথৌ কৃষ্ণ মন্ত্র দীক্ষা লৌখি। তিনবা হৌখি অসুম অসুম জগত্তা মণিপুর। মথংগী নিংথৌ মৈদিংঙু ময়াম্বা সনা হাক্তক্তনা লাকখি রামান্দী ধৰ্ম্ম। শ্রীহট্ট নরসিংহ টিলাদলীনি। নিংথৌনা মপা হাৎপগী প্রায়শ্চিত শরা ধৰ্ম্মসি লৌখি। লৈবাক নিংথৌ পনগী ধৰ্ম্ম ওইনখি। তিনখি অসুম মণিপুর বৈষ্ণব জগত্তা পূমতিল।

রামনগর শেমখি। মন্দির সাখি। রামগী সেবা চাউনা চৎখি। মহাবলী লিংখৎখি, সেবা চাউনা চৎখি। রাম মন্দিরগী বঙ্গদেশ পালা লিংখি। পুখি থৌগল, শকখি নুমিৎ খুদিং। মহাবলী মন্দিরদনা তৌখি রামায়ণগান নুমিৎ খুদিং।

মথংগী নিংথৌ চিংশাইগী সনা হাক্তক্তদি মবুধৌ তুবী চরাইরোংবা সনা হাক্তকী নিমান্দী ধৰ্ম্মনা মরায় তন্না কাঙখৎলক লৈবাক নিংথৌ পনগী ধৰ্ম্ম ওইখি, অদুবু, মাঙখি মখুভম গৌরীয় ধৰ্ম্মদা থুনমক।

মৈদিংঙু জয়সিংহ যোগভ্রষ্টনি, যোগসিদ্ধিগী লাকপনি, ফংখি ভগবদদর্শন মপোক কয়া তাঞ্জরকপা। লিংখৎখি গোবিন্দগী শ্রীবিগ্রহ। অভিষেকা কৎখি রাধা ভাব কীর্ত্তন অমসুং রাস। কৎখি প্রজানা ভক্তরাজর্ষিদা মহাভাগনি নীংথিজবা মিংথোল ভাগ্যচন্দ্র।

মচা ইবেম্মা তম্ফাসনা ভক্ত নিংথৌগী ভক্তিনা মূর্ত্তি পান্দুনা চোংথোকপনি, মীরাবাইনি। মহাক্কী প্রেমনা দারুব্রহ্ম জাগ্রৎ পুমওই ওইখিবনি। পূণ্যভূমি মণিপুর পূণ্যভূমিদ পূর্ণভূমি ওইখিবনি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তদি মণিপুর শক্লোন অনী পুখি। অধ্যয়ন অধ্যাপনা কীর্ত্তনরোমদা য়েংলগনা গুপ্তবৃন্দাবন, মন্দির আখড়ারোমদা য়েংলগনা বৃন্দাবন ওইনা থোকখি।

উরে হৌজিক্তি, বৈষ্ণব ধৰ্ম্মনা লাকপনা চহী চামঙা, মণিপুরনা বৈষ্ণব জগত্ত, তিনবনা চহী চনী হায়রে হায়বা ঙসিদি। অমুক্কা অমনা, মপূং ওইবা সম্প্রাদায় হায়বমখৈসু লোইনবু সুরবনি। নারসিংহি, হায়গ্রীবি, আনন্তি, গাণপত্য, নিমান্দী, রামান্দী, গৌড়িয় লৈরে। শ্রীসম্প্রদায় ফাও লৈরে-থেঙনা লাকপগী ৱাদনি। ৱাৎলিবা হায়ববু

উপসম্প্রদায়শিংদনি। সম্প্রদায়সিংসিগী কৃষ্টি খিবিকমক ঐখোয় মণিপুরী জাতিগী এহেলৌ কৃষ্টিদা অদুম তিল্লবনি। মখোয়গী প্রভাব ঐখোয়গী বাচনিক্ অমসুং লিপিবদ্ধ সাহিত্যদা অদুম মতারবনি।

মণিপুরী সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাব তাবা হৌবসিমক্তি তরানীপালশুবা শতাব্দীদগীদ ওইনা তৌই। মমাঙ্গী লাইরিক লাইশুশিংদদি তাবা থোইনা লৈতবদৌনা উই। তাভমসু পঙথোক থোক্তে। সাত্বিকপুরাণচিংবা বৈষ্ণব গ্রন্থাশিংনা লাকপা, খ্বায় লৈবাক্লা শ্রবণ কীর্ত্তন অধ্যয়ন তধ্যায়পনা তৌবা হৌবা লৈবাক্লা বৈষ্ণব জগত্তা চঙলবা মতমদগীনি।

ৱাফম অসিদা কনাগুম্বনা খনবা য়াই — বৈষ্ণব ধর্ম্মনা লাকপা শতাব্দী তরামঙা তরাতরুক অনীগী লংদাইদনি। বিষ্ণুগী পূজারী ভবানী নাথ অমসুং মচিনমনাওশিংদগী হৌনা ব্রাহ্মণ কয়া কয়া মথং মথং তত্তনা লাক্রবনি। অদুগীসু মথক্তা মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তদি তখেন্দগী ভাগবতসু পুরক্রে। ৱাহেংবম মাধবরাম পণ্ডিতকুম্বা নিংথৌগী পণ্ডিতমকসু লৈরে। করিননো করিদগীনো তরানীপালশুবা শতাব্দীদদা প্রভাব খংতা তাররিবা পাউখুমদি অদুবু তেন্না লোইশিনবদা থোইনা কায়দে। তরাতরেৎশুবা শতাব্দী ঐখোই সাহিত্যগী প্রাচীন, মধ্য যুগ অনীগী যুগান্তনি, লাংদাইনি, বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাব তশেংনা উবা হৌবদি মধ্য যুগীয় সাহিত্যদগীনি।

গ্রীক্লা য়ুম্লাই লাৎপগুম মণিপুরীসু লাৎলি। য়ুম অমা পাল্লবদা মাঙশোক্তা লৈমরেনগী শনথোংদা সনামহীগী খুভম য়াই। অনীসিনা জাতিগী অথোইবা লাইনি। মখোয় জাতিসিগীদি পুক্সিগী নোংজু-নুংশা খঙদে, তুংগী-আ তুংগী খঙদে পূন্নমক মখোয়গী মখূত্তনি। বৈষ্ণব জগত্তা তিল্লবা, বৈষ্ণবগী রীতিনীতি কন্না চৎলফাও চেত্ত-চেৎশিল্লক্রবা, চিদ-চিশিল্লক্রবা মতাংদদি বৈষ্ণব অথেংবফাও অয়াম্বদি য়ুম্লাই অনীসিদা অদুম মওনশিনবনি। অখঙ-অহৈশিংনা হান্নবু উবরা, সনামহী লাইকলগুম্বা লাইরিকতদি সনামহীগা কৃষ্ণগা অমত্তবু ওইনা সাজিল্লম্মী।

মখোয় অখঙ-অহৈশিংগী ৱাসি থুরেমখৈ জাতিগী য়ুম্লাইগী স্তোত্রদা চপচানা অদুম থোকখি। স্তোত্র, ঐখোয়না মন্ত্র হায়নবদুনি। অনীংদং য়েংবদা লাইশোলশিংদা তারিবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাব তশেং তশেং অদুম মউগনি।

প্রাগবৈষ্ণব যুগকী সনামহীগী লাইশোল অমগী তেংথা মতেকমা —

"হে লায়িংথৌ সনা মহী কৌবা ইপা ইবুংঙো,
হে ইপালাই ইপুলাই তশেংবা,

.... .... .... .... .... .... .... ....

.... .... .... .... .... .... .... ....

নশাদগী হুল্লকপা
নয়োন্দগী শাৎলকপা
লৈহাউ লৈরেল অথোইবি লৈরাংগী লৈশক
খঙজগে হায়বনি।

.... .... .... .... .... .... .... ....

বৈষ্ণব যুগকী মতেকমা —
"ক্লীং হরসিক .... .... .... ....

.... .... .... .... .... .... .... ....

রাম রাম রি ররিঁ ক্লীঁ স্বাহা
হরি সনা রিক শং

হে তগুপ তরেংবা ইবুংঙো কূক কূক কূক
রে রে রে।

অমাইবগী মন্ত্রদা তারিবসিগুম ঈশৈগী পরেংশিংদসু অদুম মতাই। লাই হরাউবদা লমথোকপগী হঞ্জিননগুম্বদা শকপা অদুম মতানৈ —

"হরি হে নারায়ণ
রাম কৃষ্ণ নারায়ণ।"

খুল্লংশৈদা নিপানা নুপীগী নীংথিজবা থাবদা শকনৈ —

"মায়থোং তাবু য়েংলগা লোইদাম থাজ মাঞ্জবী
শাইনোনতাবু হায়রগা থম্বাল লৈরিক ঙমজবী,
পিশুম তাবু নীংথিবী কামগী লীরুং মাঞ্জবী,

.... .... .... .... .... .... ..... ..... ..... .... ..... ....

.... ..... ..... ..... ..... ..... .... ... ... ... ... .... ..

তত্ত্ব ওইবী নুংশিবী

.... ...... ..... .... ... ..... ..... ..... ..... ...... ......

..... ..... ...... ...... ...... ..... ...... ...... ...... ....

অশেবনা মোইরাং থোইবীগী শাথেক শাওংনচিংবা থাবদা শকই, চুড়াচান্দ মহারাজ সনা হাক্তকী ওজা তোনাগীনি।

নব নব অনৌবী,
নব বৃক্ষ শকহেনবী
নব লতা অনৌবী,
তন্তু মুহী (মূড়ী) খ্বাংনৌবী

.... .... .... .... .... .... .... .....

..... ..... ..... ..... ..... ..... .....

পুন্নমকসি লোকগীতকী পরেংদা লৈ, উচ্চসাহিত্যগী মনুং চন্দে, অদুনোং, বাচনিক সাহিত্যগী পোচ্ছক ওইরি, লিপিবদ্ধগী ওইদ্রি, ওইবসু ৱারনি হায়বা অদুম মখণ্ডনৈ।

বাচনিক সাহিত্যদদা তাবা নত্তে বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাব, লিপিবদ্ধদসু অদুম তাই। লিপিবদ্ধদদি মশেক মণ্ডান্দ খরদং তাবদগী হেন্দোক্লদুনা প্রতিভাগী মশক ওইনা জাতিগী মীওং সংস্কৃত বাঙলাদা ইবা পরেং অমা ফাওবা থন্নমলিবনি।

নিংথৌপন্দা বিষ্ণুগী সেবা চৎলে চৎনা হৌবদগীনা চহী চনীমুক্তি নিংথৌ কনানসু কনধান কৎপদগী হেন্না মমায় থোইনা ওনশিল্লুদবা তুংইন প্রজাশিংনসু থোইনা থৌৱা শারুদবা, এহেলৌ ধর্ম্মদা লৈবাক, নিংথৌ লোইনবা অদুম লাক্তুনা লৈবা, পূজারী ব্রাহ্মণশিংনসু প্রচারগী খুদোং থোইনা ফংদবা — পুন্নমকসিনা বৈষ্ণব ধর্ম্মসি তাউনা অদুম মচৎপনি। মতাংসিদা নীশিংহৌদবা য়াদবা অমত্তংদি লৈ। খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা তখেন (ত্রিপুরা) লৈবাক্তগী সাত্ত্বিক পুরাণ অথোইবা ভাগবত লাকখি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মশেক মণ্ডাল হান্নদগী খর হেন্না ফুদোকপগুম তৌখি।

ধর্ম্মসিনা ফিভম তাবা হৌবনা তুবী চরাইরোংবা সনা হাক্তক্তা তাবনা মৈদিঙু ময়াম্বা (তুংলমচৎকীনা মহারাজ গরীবনিৱাজ) সনা হাক্তক্তা, চপচানা তাবনা মৈদিঙু চীংথংখোম্বা (তুংলমচৎকীনা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র) সনা হাক্তক্তনি হায়বা মথক্তসু

মমি শামি খরদি অদুম মউংথ্রে। অদুগুম মপাল থেংনা ফম্বনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তনি, থেংনা ফম্না পানবনা মহারাজ চূড়াচান্দ সনা হাক্তক্তা ফাওবনি! অদুনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাবনা লিপিবদ্ধ সাহিত্যদা তাবসি মতাংসিগী তাজীন্দগী অদুম তশেং তশেং হেক্ত মউগনি।

নুংবাল পোম্বী লুৱাউবা — বৈষ্ণব যুগকী তাজীনগী শরুক্তা ইবদৌনা তৌই। 'ইয়া নাপী চীক' হায়বা দৈন্যনা অদুম তাকই। আদি অমসুং বীর রস অনী পান্দুনা ইবা নীংথিবা কথা সাহিত্যনি।

লুৱাং খুনথিবগী মচা নুংবাল পোম্বি লুৱাওবনা কৌব্রু নিংথৌগী মচানুপী নামোইনু লৌই। লুহোংবা ইকুই কুইদনা নামোইনু অনা হেদৌ চন্লে। লুৱাওবনা মবুক্তা অকনবা অথুকপগা লোয়ননা মতালোয়বু কন্না লায়েংঙি, লায়কন্নে। কান্নদে, খুৎথারে — লোইরে। ওল্লাংখি মবুক, ৱারৌখি, লেপখি থেংনরগে থোঁঙা। থারে লেরা থোঙাঁদা লাইবার। মশানা লানপোৎ সুনা শেৎ মখুৎশূ তাবাক পায়দুনা লাল ঙাইরে। শাউরে নৈনুং থোঁঙারেন, থারক্লে মনাও অতোম্বা পোইরৈতোন। তুরে লুৱাওবগী মখূত্তা, চন্লে, নূংখা। পাউ তাবগা থারক্লে তন্না অমুক মনাও য়াইমা লকাবা। মহাকসু তারে অদূম মনাওগী দশাদুমক্তা, থারে নূংখা। লাক্লে হৌজিক্তি থোঁঙারেল মশেক্কা মঙালগা অশাউবা শক্তম তন্না সু।

তুরে লুৱাউবা খযুম মখোঙখাদা, লাউখি, নংদি থৌজালগী মশক্লি, লুহোংবা তরানি সুদনা তালোই শেৎকে তৌবা করি মতৌ কৌরিবা লায়িংধৌ, নোংদম্বিয়ু।

পেনখি থোঁঙারেন, কুবিখি "মদাইবু নপুনশি চহী চাম্মা তেক্ত কায়দনা নতালোয়গা পাঞ্জহৌরো।"

খুরমখি লৈশি লৈথোল লায়িংধৌদা লুৱাউবা, পানখি পেন্না মতালোয়গা লুৱাউবা নুঙাইবা পুনশি চহী চাম্মা।

তুবী চরাইরোংবা সনা হাক্তক্তগী নিমান্দী, রামান্দী, গৌড়ীয় ধর্ম্মশিংনা নিংথৌ পনগী, লৈবাক নিংথৌ পনগী ধর্ম্ম মথং মথং অসুম ওইরকপা, তুংইন, লৈবাক্কী ৱাখল ফিদম, মিংয়েং পান্দম, পনশিগী অর্থ মরৌ হোংলকপা; বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মপূংওইবা, গৌড়ীয়গী দৈন্যনা জাতিগী পুনশি চেনবগুমতৌ ক্ষত্রীয়গী অকনবা থবক, শা-লান্দা হৈনিংদবগুম তৌরকপা, অমরোমদনা, লৈবাক্কী য়েক্লবা কনবনা

লান্দনা হিংবা লান্দনা পানবা — অসি খিবিক উবদা সাত্তিক পুরাণশিংনচিংবা ধর্ম্ম গ্রন্থশিংগী নীংথিজবা শিক্ষা দীক্ষানা লৈবাক্কী হন্নবা মথৌ শঙনবা ইবা লাইরিক্কি লুরাউবা।

নীংশিংসি হৌজিক্তি মহাভারতকী ৱাফম মতেকমত্তং। ভীষ্মা জ্ঞান্নীনি, খঙি মশা গুণ কর্ম্মগী মতুংইন ক্ষত্রীয় ওইনা পোকপনি। ধর্ম্ম যুদ্ধনা ক্ষত্রি ধর্ম্মনি অথোইবা, লাইবক ফবনা ক্ষত্রীয় ওইনা পোকচমল লানগী থৌগাই পুরিবনি। লান্দি পরম অনী চৎলি — তৃরে য়েরুবদা কায় স্বর্গ, ঙম্লে য়েরুবা চায় মর্ত্ত্যদা ভোগ। ভগবতভক্তনি মহাক অমুকসু অথোইবা, ক্ষত্রিধর্ম্মনা ফংগনি ভগবান।

ভগবান বাসুদেব লান্দা খুৎলাই কৌবা পায়রোই ৱাশকই। ভীষ্মঅতিরথীনি, মশাগী থাক্কী মর্য্যাদা ঙাক্না চৎনীঙি, শীংঙি ভগবানবু খুৎলাই অহল্লক পায়মনগনি। কায়খি ৱাশক ভগবানগী। অতিরথীগী শৌর্য্যদা পেনখিবনি ভগবান বীর রসনা অদুম, মরমদি রসগী মশক্কী মহাক্তি — রসো বৈ সঃ।

হন্দক ভগবান্না পেল্লিবসি থেংনা হেক্তা পেনখিবনি। ভক্তগীনি ভগবান হায়বদু ভীষ্মগীদা চপচানা থোকখি। নোংমা লান মনুংগী অহিংদা ভগবানগী লানশঙদা খোঙদোই মহারাজ যুধিষ্ঠির থেংনরুই ভগবান্না যোগদা লৈরম্বা। ঙাই নিংথৌ অঙকপগা লোয়ননা — নীংজৈ মাবু বিশ্বজগৎনা, মানা কনাবু অমুক নীংলিবা। নিশান্ত য়ৌরে, ভগবান যোগনিদ্রাদগী জাগৎ ওইরে, মাঙদা যুধিষ্ঠির উবদা চীঙ্গোইখি মোমোন, 'ৱারম্লরিনি রাজন। ঐ ভীষ্মগী চৈনাখোল ঙহাক পুরুবনি।"

জাতিসিগী মীওইশিংগী পীথোরকপগুম্বা অঙকপা গুণ অমা লৈ। মখোয়না উরুবা তারুবা খঙলুবা করি খঙদে করা খঙদে অমা মশাগী হেক্তা ওইশিনবা ঙম্মি, ওইশিনবগা অনৌবা মওংমদা তন্না হেক্তা পুথোকপা ঙম্মি।

জ্ঞানী, ক্ষত্রীয়, ভগবদভক্ত, অতিরথী ভীষ্মগী আদর্শদা নায়ক্কী চরিত্রগথন তৌরগা মথৌনানা অশিরমগী লাই থোঙারেলগী মখৈ তান্দুনা নৌনা ঙন্না মাঙবা তারবা মতালোয়বু কল্লগা মথৌনাগী মপাল নৌহৌনা লৈতানা পাহননবনি।

লাইরিকসিনা লৈবাক্তা ক্ষত্রীয়না ক্ষত্রি ধর্ম্ম কাউফদে, স্যধর্ম্মনসু নীংথিনা কায়দনা চৎলবদি ফংই অদুম ঈশ্বর তাকপগা লোয়ননা মহাভারতকী ভীষ্মপর্বগী ভগবানগী জ্ঞানোপদেশ অমসুং ভীষ্মগী যোগসিদ্ধিগী মশাদা তারিবা মঙালগী মপাউসু অদুম তমজৈ।

চোথে থামৈ পাখংবা — মৈদিংঙু ময়াম্বগী সনা হাক্তক্তা ইবনি। সাবিত্রি উপাক্ষ্যান অমসুং স্বর্গারোহণগী মঙান্দা ইবনি।

লৈবাকসিগী এহেলৌ সমাজদা নিপা অমদা নৎত্রে অমদা মপুনশি লোইনবা নুপা য়াম্না তাঁঙি। তাঙবা নত্তে, লৈবু লৈতবনি। লৈবাক্কী চৎনবিননি! য়েক শলাই য়াম্বগী মতিক চৎনবি মওংসু য়াম্মি অদুম। য়েক অমনা মখোয়গী চনুশিং অমত্ত মপাম খূঞ্জাও লৈচাওনবা নুংশিৎকী মচা অমা থম্লমদ্রিমখৈ থাজদে। শাগৈগী মৌ, লুখ্রা ওইবা থোক্লবা, ওইরবা হন্দে অমত্ত পঙনা মপাম ওংনৈ অদুম মনাওনিপা অমদা অনকপা খঙদে অরাপ্পা। ইতাউ মশেল নুপী অদুম ফমদিন্নে। অসিনচিংবা কয়ানি। মরমশিং অসি লৈবনা নিপা অমদা নত্তে অমনা পুনশি লোইনবা নুপী সুক্লে লৈতবগুম অদুম তৌবনি।

মওংসি ঐখোই সমাজদ নত্তে, মিসর গ্রীসনচিংবা লৈবাক্কী এহেলৌ সমাজশিংগীসু অদুমঙাই। ভারতসু অদুমঙাই, তোঙান চৎপা নত্তে। মওং অসি চৎলি হায়দুনা সতী ৱাৎপা নত্তে। ঙসিদি সতী হায়রগা মপুরোইবা অমদা নৎত্রে অমদা মপুনশি লোইনবা নুপী খঙনৈ। মসিদি কায়নথংগীনি। এহৌঙৈদদি থবক্কী মতাংদা মরা লৌবা য়ারী, সেবাদা নাইগী মশক লৌবী লুনা তৌবদা মমা শকপী, ঙাকহৈবদা মালেম লৈমা, ধর্ম্মগী থোঙদা মমা ওইবী ফমদিন্নঙৈ মশা য়োনবীগুম চৎপী নুপী খিবিক সতী ঙাক্কী। অয়ুক্তা নীংশিংননিংঙাইনি হায়রিবা অহল্যা, দ্রৌপদী, কুনতী, তারা, মন্দোদরী—মহা সতী মঙাসি নিপা অমদা নৎত্রে অমনা মপুনশি লোইখিবী অমত্ত নত্তে হায়বা অদুম মখঙনৈ। শাথেক খুদিং অহোংবা শীনবা মতমনা সতীগী লক্ষণদা অহোংবা অসি শীল্লকপদনি লক্ষণ অমা খোমজিনবদনি হায়বসু ময়াবনি।

অকোনবগী বৈষ্ণব ধর্ম্মনা পুশিল্লকপা মপুরোইবা অমদা নৎত্রে অমনা মপুনশি লোইনবা নুপীগী ফিভম অসি উৎ নারী জগৎকী অনৌবা শক্তম অমা শেম্লগে ইবনি থামৈ পাখংবা।

সাবিত্রি রাজর্ষি অশ্বপতিগী মচানি। ব্রহ্মাগী শক্তি সাবিত্রীনা পোক্লবনি। লৈশাবী মপুং ফারবা মতমদা মশানা খোয়দাবা মীশক থিবা থায়। কাম্য বন্দা সত্যাবান থেংনৈ, মবুক্তা মপুরোইবা ওইগে লেপখি।

সত্যাবান য়েক্লম্বনা খুভম মুন মমিৎ কোৎথোক মথৱায়দং খাল্লা তাহ্লোকল্লৱা নিংথৌ দ্যুমৎসেনগী মচানি। বন্দা মপা নিংথৌ মমা লৈমা কোন্দুনা তোম্না হিংলবা নিংথৌ মচানি। অসিদি লায়রদুনা লুহোংবা নুমিত্তগী চহী অমা হেক ফাবা নুমিৎকী মনুংদা শিয়ু তম্বা লৈ, শিসু শিনি হায়বসু দেবর্ষিগী মচিন্দগী খঙলবনি। অদুবু, "পুক্নিং কৎথ্রবনিনা লম্মলতোন্দুনা লৈরবা শিবগীদমক ধর্ম্ম কায়বদি ঙম্মরোই" কৎখি সত্যবান্দা মথৱায় মহকচাং সাবিত্রী।

সাবিত্রী নোংমত্ত মপুরোইবগী শিগদবা নুমিৎ কাউদে। "ইমা নঙ্গী কৃপা মঙায়রে" শোল্লি জগৎ মাতা সাবিত্রীগী নাম, কৎলি মাগী পূজা নুমিৎ খুদিং। য়ৌরে নুমিৎ, ইল্লি বন্দা মপুরোইবনা শীংজনবা চৎপা মতুং। নুমিৎ য়ুংবদা ইখঙ খঙহৌদনা শিরে সত্যবান।

পুরে সত্যবানগী মথৱায় যম, ইল্লে সাবিত্রী! যম মাঙ্গে তৌবা ঙমদে খক। বর পী পীদুনা লৈহৌনবা থেম্মি। মপা নিংথৌগী পিবা কোক্লবা, মকু নিংথৌগী মমিৎ উনবা, খুভম হৃঞ্জিন্নবা বর — লোইনবা ফংঙি মথং মথং সাবিত্রী। মমৈদ মমৈদা, সাবিত্রীনা বৈতরনী লান্দুনা তান্নরকপা উবদা থেংখি ঙকপা যমগী অমুক্তং। অঙকপগা লোয়ননা থেমলকখি সাবিত্রীবু "মপুরোইবগী মথৱায় নত্তনা নংনা পাম্ব'মা হায়রো পীরগে, হল্লৌরো ইবেম্মা" হায়রকই। নিখি সাবিত্রী মচা ফংনবা বর, পীনখি যম হরাউ হরাউ, তাখি মতোল "হল্লো ইবেম্মা"। "ধর্ম্মরাজ, পীনভম থোক্লিবরা ইপুরোইবগী মথৱাই নঙগী থৌজাল মতুং ইন্ন" য়াখি সাবিত্রী চরৈ স্বর্গরোহন ফিগাউ। মায়থীখি অসুম সতীদা মৃত্যু, মহাভারতকী ইরোই লোইবা পর্ব্বনি। মতাংসিদা পাণ্ডব মচিনমনাও মঙাগা মখোয়গী লৈমা দ্রৌপদীগা মখোয় তরুক্লা স্বর্গ খোঙফম তানবগী ৱা ই। মখোয় তরুক্তা যুধিষ্ঠিরদং হিংনা স্বর্গ য়ৌই, অতৈদি লম্বীদা মথং মথং লোইনা শি।

চোথে থামৈ পাখংবদা উপাক্ষানগা পর্ববগা অনীগী মমি তারিবা ৱারী মশা হায়রপতং য়েংবদা অদুম হেক্তা মউগনি।

চোথে থামৈ পাখংবা কেগে নিংথৌ কোদিং অহনবগী সোরারেন্না থাবা মচানি। পাখং শরেপ ফাবৱাই তালোই তূইল তমদ্রিঙৈ মদোম তন্না কোরৌ নোংগারকউ থারকপনি। নোংম নোংমগী অসুম অসুম চাউরক পাখং শরেপ ফারে। নোংমা শাদানবা চংঙৈ থোংনাং লোইরেম্বগী মচানুপী শুনুলেম্বী উরুরে। পাখংবগী খোয়দাবা

থেংখি। মশা মশা য়ানরবা তুংদা লুহোংলে। লুহোংবা মতুং থা'মা হেক ফাবদা পাখংবগী মমঙদা নোং নিংথৌনা ময়াথং ইন্দবগী বারক-চৈথাগা লোয়ননা কোরৌ শীংবুম মঙানি সুবদা কোরৌ নোংকারক্তবা য়াদে হায়ররে।

য়ৌরে নুমিৎ। মপাম কেগে তুংওইনরম, পিগী ঈহৌ তন্না লান কারে, পাখংবা অবাং কোরৌ নোং, ইল্লে লৈমা শুনুলেম্বী। কোরৌ মরোল মথং মথং কারে, বানা বাননি, লৈমা মহাকথক্কীনি অবোইবা মরোল সোরারেনগী খুভম য়ৌরে। সোরারেনগী য়াথং মতুং ইন পাখংবেবু লাইচাক পীজরে, লাইরূপ তিলহল্লে, শুনুলেম্বীবুনা মপাম কেগেদা কুমথরো হায়রে। লৈমা মপুরোইবগী তাহৌবা মশা কোন্দুনা শিবা ঙাইদুনা লৈরে।

নোং নিংথৌনা ওক্লাবা ময়া-কোন্ থোঙ লোনবা, পাম্বা কৈরেন, লাইজ ইচাউ, খাম্বী মৈজাও, উমু কাকয়েল থাজিন্দুনা য়েংঙি, হন্দে লৈমা। নুংশিবিরে লৈমবু লায়িংধৌ, পীনরে মপুরোইবগী থবায়।

হিংগৎলে পাখংবা। তারক্লে অনী কোরৌ নোংদোন্দগী, ওকপিরে খোরীফাবনা, পাল্লে কেগে ফম্বাল লাং।

মগুণ লৈবা বাকমনা মৌলিক্তা উত্তুনা ইরে ইনা ইন্দ্রলোক কাবদি হিন্দুগী কৃষ্টিনি হায়না অদুম মখঙনৈ। ইন্দ্রঅস্পরিনচিংবা বাহৈসু অদুম মশীজিন্নৈ। জাতিসিগীদি থোঙানা পুবা অশিরমদা পাল্লুবা ঙাক্তি লোইনবা।

পান্‌থোইবী খোঙ্গুল — খোই খোইনা নীংথিজবা কথা সাহিত্যনি। বৈষ্ণব যুগতা ইবনি। গোড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাবনি। লাইরিকসিদা কন্না তারিবা।

পান্‌থোইবী লোইজিংদা পানবা মৈতৈ নিংথৌ তুবী অঙনবগী মচানি। মালং নোংলম তূনা ঙান্না পানবী পানথোইবীগী শায়োননি। কংলৈ নিংথৌ খাবা শংগ্রোকপগী মচা তরঙ খোইনুচাদা ওঁঙি। খাবা কোন্দা লৈনা লৈনা নোংপোক নিংথৌ চীংশোম্বগা নুংশিনৈ। মতমগী মতুংইন লৈকাই মনিল নাইরক্লে — ইমুং বাথোক্লরক্লে। পান্‌থোইবী অঙৌপানবদা চেনশিনখ্রে। খাবগী লৈমা তেকঙ-নিঙোনবীদা খোঙ্গুল তন্না লী। অনীবু লাইনি খঙ খাবা কোন্দা কৌথৈ। মোইবুং খোং শেঙফাং য়ৈ শিংগানা ইন ওক্লগা চাক্লোং কথলি। অনীনা খাবা শাগৈবু কুবিখি।

নোংপোক নিংথৌ পান্‌থোইবী অনীনা খাবা কোন্দা খোঙদারকপদা মোইবুং খোং, খোনফাং য়ৈ, শিঙ্গানা ইন ওকই হায়বসিনা লাইরিকসি বৈষ্ণব যুগদা ই হায়বা অদুম মতাকই। মরমদি, পোচ্ছকশিং অসি তূবী চরাইরোংবা সনা হাক্কীনি, নিংথৌনা নিমান্দী ধর্ম্ম লৌরবা মতমদা হৌদোকপনি অহানবা। অসিদা নথত্রি পানথোইবীনা খাবদা ওংদ্রিঙৈ লৈচোল হাওরকনা নিংথৌ শা পাইবগী হায়বা লাকপদসু খাবা ময়ুমদা লুহোংঙৈ থিল্লকপদসু দেউতি ওকপা কবোক চাইবগী ৱা অদুম ময়াওবনা বৈষ্ণব যুগদা ইবমক্লি, য়াওরিবা অদুমক বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাবতগীনি হায়বা অদুম মতাকপা, অদুম মউৎপনি।

বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মার্গদি ভক্তিনি। ভক্তিগী অর্থদি অয়ৌবা প্রেম হায়বনি। ই নারদ ভক্তি সূত্রদা — সা কস্মৈচিৎ পরম প্রেমরূপ।

শাণ্ডিল্য ভক্তি সূত্রদদি ঈশ্বরদা অয়ৌবা প্রেম লৈবদুম হায়, ই — সা পরানুরক্তিশ্বরে।

প্রেম চৎলি মখল মঙা, শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, মধুর হায়না খঙনৈ। পৃথিবীদা রূপ, রস, গন্ধ, সপর্শ, শব্দ লোইনা পুনবগুম মধুরদা প্রেম লোইনা শুনা লৈ। মধুর প্রেমবু কান্তা প্রেম হায়নসু খঙনৈ। প্রেমসি চৎলি মওং অনীসিদা অকোনবসিনা হকপা য়াম্না হেল্লি। গৌরাঙ্গনা সনাতন্দা ইবা শ্লোক অমনা অদুম মতাকই —

পরব্যসনিনী নারী ব্যগ্রাপি গৃহকর্ম্মসু।
তদেবা স্বাদয়ত্য তর্ণবসঙ্গ রসায় নম্।।

য়ুমগী নুপীনা মী অমগা নুংশিনরুরবা ইমুংগী থবক কম্না নোম্লে নোম্না মথম্মোইন্দি নৌনা চারম্বা নুংশিবগী মহাউদু কাউবা কৌবা তৌদে, হায়বনি। মহাউসিবু সম্ভোগ কৌই।

সম্ভোগ চৎলি মখল মরি। সংক্ষিপ্ত, সংকীর্ণ, সপান্ন, সমৃদ্ধিমান হায়না খঙনৈ। প্রেমলীলাগী মখল মথেল, রতিলীলা অমসুং রতিক্রিয়াগী মওং মতৌ কৃপনা খায়রম্বগী ৱাদনি।

পানথোইবী পরকীয়া রসদা ইবনি। সম্ভোগনা থনবা লাইরিক্লি। ৱাফম অনীদং য়েংবদা — অদুম মখঙ্গনি।

পানথোইবীনা তুরেল লাংমৈপুংদা ইরুরিঙৈ নোংপোক নিংথৌ লাকই, নুংশি ঝা হৌনৈ। ঝাহৌনঙৈ সম্ভোক অমা অদুম হৌরে। ইরি —

··· চিঙশোমপানা তমপা ঝাংঙমলোনপু ফৈরা তানতা থোংনা ঙকথী লুমশাং কোল খচাই লেংলোয় চুপ য়োয়পু শকথোং মায়য়োক্লনা ঝাঙম চিল সনা থম্বাল ··· ··· চিলগোয় চল ··· তমপা থীকলেল লৈখোঙ পায় ··· ঝাহমলকয়ে। ····

থানখিবা তুংইনা চথলি পানথোইবী লোং খোল্লি হায়জিন্নদুনা চীংগোই তুরেন্দা অভিসার। চীংশোনবনা মথাদা কোল মচীল মরৈ চুপ নুংশিনৈ। ইরি —

"তমপা ··· অঙৌপানা ফৈর তানদা থোংনা ···· চিঙগোই চননা নুনৌনখিয়ে। মথংদা মচী তাংখুল সাদুনা লাকউ হায়নৈ। পানথোইবীনা তমদা ঙাই, চীংশোম্বনা চীংদা ঙাই, শোয়দরে বিপ্রলম্ভ অমা লৈরে।

কোংবা ইনজিংবদা নোং নংবদগী মশা পুমচোৎ চোৎতুনা কানক মখ্বাং থোংলগা থাখুম ফি, ইনফি ইপাউ অনীমক ফৌরিঙৈ অঙৌবা লাকখি। পানথোইবী ইকাইবা নংলে নংনা মঙোন্দদি হরাউবা নুংঙাইবা মথোই কানা থোকখি। কোনখি, চুপখি তম্ফাবু —য়োয়চা-সম্ভোগনি অচৌব'মা।

মথংগী নোংমা তম্ফানা লাকোল সেংলগা ফৌগং কোকথোংনদুনা লাকপদা সমৃদ্ধিমান সম্ভোগ অমা থোকই — ইরি —

"···· তমপা শমলাং তোনকা নান খচাই লেংলোয় চুপ, ফৈরা তানথতা থোংনা শাবেল য়েৎনা কোল ঝাঙম থীকলেল লৈখোঙ পায় পেঙবা লূপননন ঙারা চীলওকনা তমপা খুপোম চোংয়ায় মেৎ ঝাঙম ঝাক ওইনা খাল, ঝাকঙম ঝাকয়ৈ ওইনা নোংপোক তোংচেং খমনৌ কঙলোননা ···।

সংকীর্ত্তনদা শক্লিবা

ভুজ হি ভুজ বনধন
মুহ হি মুহ চুম্বন,
কিএ রাধা মাধব
সুখ রতি লীলা।

হায়বা সম্ভোগকী মমি ফজনা অদুম মতাবনি।

লৈবাক্কী ওইবা বিষয় বৈষ্ণব কৃষ্টিগী মতান্দা ইদুনা জাতিগী সাহিত্যগী লনগৈদা নৌহৈৌনা নীংথি-নীংথিবা মণি-মুক্তাগী পরেং থোমজিনবদ নত্তনা বৈষ্ণব কৃষ্টিগী অবদান পরেং অমসু অদুম মরৈ। মমল নাইদবা লন ঙাক্লি। মতাংসিদা পনফম্মক থোকপা খরদি কৃত্তিবাসী রামায়ণদগী ইথোকপা মণিপুরী রামায়ণ, গঙ্গাদাসী মহাভারততগী ইথোকপা মণিপুরী মহাভারত, বাঙ্গলাদা পায়ারদা ইবা বিজয় পাচাঁলি, সংস্কৃতা ইবা ধরনী সংহিতা, মণিপুরী কীত্তনিয়া গাথকশিংগী পদাবলী তমদুনা লেংবা বাঙ্গলা লোনগী ঈশৈ পরেংনচিংবসিনি।

মতাং অসি ফাওবদা ইরিবসিনা মধ্য যুগগী সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাব তাবা অমসুং ধর্ম্মসিনা তৌবা অবদানগী ৱাদনি। ঐখোয়গী হৌজিক হৌজিক চৎলিবা সর্মসা ময়িক সাহিত্যসিদসু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাব অমসুং অবদান অদুম মরৈবনি, অদুম মতাবনি। হান্নদগীবু থোইনা হেন্ননি।

সমসামরিক সাহিত্যনা পোকপসি চৎলিবা শতাব্দীসিগী অনীসুবা শরুক্কী তাজীনৱাইদনি। খুমাবা খোর্জেৈ খিবিকমক বৈষ্ণব ধর্ম্মগী তমদা চাউরকপা ঙাক্লি। বৈষ্ণবগী ৱাখল ফিদম , মিৎয়েং পান্দম, পুক্নিগী অর্থ মরৌদা চাউরাকপা ঙাক্লি। লাইরিক ইবা খুদিংমক মশা মশাগী শক্তম য়েকচবা ঙাক্লি। অসিনোং মখোয়গী খুৎফমদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাবতি অদুম মশানা তাফম থোকপনি, অদুম তাবনি।

খ্বাইরাকপম চাউবা খুমাবা সাহিতত্যিকশিংগী মনুংদা থোইথোই'বমনি। মহাক্কী খুৎথা অমত্তং য়েংবদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাব অদুম মউগনি। মহাক্কী 'লবঙ্গলতা' দা মশানদি বৈষ্ণবগী আদর্শ পামজবনিনা মহাক্কী প্রধান নায়িকা লতাসনাগী চরিত্রগঠন সীতাগী আদর্শনা পান্নিংবদগী যুগগী অপনবা মুৎনবা নবীন কৌবা লমগোইবা মীশক অমবু লানথৈদুনা লৈরিঙে নুমিদাং নুমিদাং রামায়ণ হেক হেক লীহল্লিবদুনি। অসিগী অসিমঙাই।

অবদানগী শরুক্তসু অদুমঙাই, হান্নদগী য়ান্না হেল্লবনি, নোংমা নোংমগীসু অসুম অসুম হেনগৎলক্লি — হেনগৎলি।

ধ্রুবচরিত, বভ্রুবাহন অঙাংগী মহাভারত কুম্বা মহাভারতকী ৱারী ৱাতাই অদুক ইবা লাইরিক খরদ লৈরম্বদগী হৌজিক্তি মহাভারত মশামক খণ্ড-খণ্ডনা ফোঙলক্লিবা মশীং ফনা চৎলক্লে — চহী তরাগী খোঙফম অমনীদদি অপুম্বা মশক উরবা য়ানবু

লৈ। রামায়ণগীসু অসিমণ্ডাই। সীতাবনবাস, রামায়ণগী ৱারী খর, মেঘনাদ তুবা কাব্য, মেঘনাদ বধ কাব্য উত্তররামচরিতনচিংবা খরদ ঙাইরম্বনি। অদুবু ঙসিদি রঘুবংশ লৈরে। রামচরিতা মানস পুথোক্লবা হোৎনবা য়াওরে। বাল্মীকি রামায়ণসু লোইরে নমগদবদা মণ্ডাইরে। পংকুই কুইদনা উরবা য়ারে।

অসিদনা লোইবা নথত্রি, লৈরিবনি কয়াম'মা — অতাঙবা ঙাক। গীতানচিংবা উপনিষদ কয়া, ভগবতকী দশম স্বণ্ড। চৈতন্য চরিতামৃত উস্কুল নীলমগী, গোবিন্দ লীলামৃত, গীতগোবিন্দনচিংবা বৈষ্ণব গ্রন্থ কয়া, গরুড় পুরাণনচিংবা পুরাণ কয়া, বহ্মাণ্ড পুরাণনচিংবা উপপুরাণ কয়া — মখল মশীং লোইনা থাবা ঙম্বা পোৎ নত্তে — ফোঙলে ফোঙলকখিনি অমুক কয়াসু লেপ্পা তৌরোই, লেপলোই খক।

মধ্য যুগীয় সাহিত্যদা কীর্তনিয়া গাথকশিংনা ঈশৈগী শরুক অবদান তৌবগুম সমসা-ময়িক সাহিত্যদসু মখোয় মতমসিগীনসু অদুম তৌই। খেন্নবা অমত্তংদি লৈ। মধ্য যুগকী গাথকশিংগী অবদানগা মধ্য অমসুং সমায়িক যুগ অনীগী যুগান্তগী গাথকশিংগীগা অনীনা বাঙলাদনি। সমসাময়িক যুগমকসিগী গাথকশিংগীনা মতমগী য়াওল মতুংইন্না মণিপুরীদনি।

লাক্লে হৌজিক্তি বারোইগী মতাং, লোইশিনসি শন্না হেক্তা ৱাহৈ অমনীদংদনা - মণিপুরী সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাব অমসুং অবদান হায়নঙাই লৈতনা চাউই অমুক ৱাহায় অমনা। নীংথিবা মণিপুরী সাহিত্যনা পোকপা অমসুং মরাং কায়বা বৈষ্ণব যুগদনি। ❑

*('গোল্ডন জুবিলী নীংশিং চেফোঙ', মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,*
*ইম্ফাল -১৯৮৫ দগী লৌথোকপা।)*

# শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী মাহাত্ম্য

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা মালেম খোঙদাগ্রিঙৈ খোঙদাখ্রবনি ভারতগী ধর্ম্মগুরু কয়া। বুদ্ধদেব, নম্মাড়বার, ভগবান শঙ্করাচার্য্য, যতিরাজ রামানুজ, মধ্বাচার্য্য, বিষ্ণুস্বামী, নিম্বার্কাচার্য্য — মখোয়শিং অসিনা থোইখোইবনি। থোইখোইবনি হায়বদ নত্তে, চৈতন্যদেবগুম অবতারনি চৎপা ঙাক্লি। বুদ্ধদেবগীদি গীতগোবিন্দনা 'দশাবতার'দা শক্লিবদুনি।

নিন্দসি যজ্ঞবিধেরহহ শ্রুতিজাতং
সদয় হৃদয়দর্শিত পশুঘাতং
কেশব ধৃতবুদ্ধশরীর
জয় জগদীশ হরে।
বেদবিধিনা যজ্ঞদা জীববলি তৌবা
পেল্লুদ মথম্মোই নুংশিরু জীব তোল্লবা
বুদ্ধ কৌ তাইবং হকচাং পুরিবা হে কেশব
জৈ শ্রীহরি জগৎকী মবুঙো জৈ নঙ্গী জৈ।

অতৈ খিবিক্কীসু অসি মঙায়। ভগবান শঙ্করবু শিবগী, যতিরাজ রামানুজবু লক্ষ্মণ (অনন্ত) গী, নিম্বার্কাচার্য্যবু সুদর্শনগী, নম্মাড়বারনচিংবা অহম্বুনা বিষ্ণুগী অবতারনি মাগী মাগী যুগনা শক্লখিবা, লাৎনখিবা ঙাক্লি। ভারতকী ধর্ম্মগী ইতিহাসনা লেঙদবা প্রমাণনি।

মখোয় ধর্ম্মগুরু পুন্নমক জগৎকল্যাণগী লাকপা ঙাক্লি, মাগী মাগী থোকপা কল্যাণগী লম্বী উৎলম্বা, তাক্লম্বা ওক্লি। অদুদা লৈ অমত্তং। চৈতন্যদেবগী মাঁঙোইনখিবা গুরুশিংদি চুমদ্রিং নাপাক অমত্ত হুম অদুম চৎখিবগুম তৌই, চৎখি। চৈতন্যদেবদি নাকয়েৎ হাইনা য়েং চৎপগুম তৌই, চৎলি। খোঙথাং খেন্নরিবসিগী মরম লৈতবা

নত্তে, চাউনা অদুম মরৈ। মখোয় মাঁঙোইনখিবা গুরুশিংদদি মানি সংসারসি অৱাবগী মশক্মক — অৱাবমক। মানি অদুনা মখোয়দা সংসারগী মরী ককপদনা লেঙদবা নুঙাইবগী লম্বী।

সংসারো দুঃখমেব।
দুঃখস্যাত্যন্তসেষোহপবর্গঃ।।

মানি সংসার অৱাবমক।
মুক্তিনা অৱাবা পূমকোক কোকপা।।

চৈতন্যদেবদদি নত্তে সংসার অৱাবগী মশক, মানি মাধুর্য্যগী মশক, মধুর।।

ঈশ্বর মাধুর্য্যগী মশক্কি — মধুরনি। অমুক্না, আনন্দগী মশক্কি — পরম রসনি। মশাগী রস মশানসু চুপকে, খ্বায় অতৈদসু য়েনগে, সেম্বনি জগৎ অমসুং জীব। জীবদা মীনা থোইখোইবনি। ফাওই মঙোন্দদ মপূং ফানা জীবশক্তি, ফায় মপূং প্রাণ।

ঈশ্বর মাধুর্য্যগী মশক্কি, পাম্মি — শান্নে লীলা। কৌই অদুনা মাবু 'লীলা লাবণ্য বিগ্রহ' লীলাগী নীংথিবা শক্তম। লীলাগী মীথিৎ জীব, মাগী অংশ ঙাক্কি — মানি অদুম মাধুর্য্যগী মশক, মধুর। লীলাগী ক্ষেত্র জগৎ মহাক্কী মায়াগী মশক্কি — মশানি। মানি অদুনা, মাধুর্য্যগী মশক, মধুর।

মাধুর্য্যগী জগত্তা অৱাবা চঙদবা নত্তে, চঁঙি হেক হেক মতাং মতাংদা, লাংঙি জগৎ থীনা অৱা মৈখু। জগৎ মশাগী দোষনদি নত্তে মীগীননি পুই চৈতন্যদেব। মী চিদংশ ওইরে ওইনা পোল্লি মায়াগী মখা। মীগী অপাম্বনচিংবা কয়াগী খুদোং লৌ মায়ানা মাবু মচু হেক হেক শঁঙি। মচু থীনা শঙলক্লবদা মীদা মী য়াওরক্তে। চৎলকই তুংইন অকায়বা, অমম্বা লম্বী ঙাক। লাংঙি জগৎ অৱামৈখু।

মিৎয়েংগী মতুংইন খৈন্নে চৈতন্যদেবগা মাগী মমাঙ থাখিবা গুরুশিংগা কর্ম্মগী খোঙফমদা অদুম। মাঁঙোইনখিবশিংনা য়েংঙি, খল্লি জগৎ-ৱাংমগীদ, পী শিক্ষাদীক্ষা মীওইবা জীবদা কক্কনি করম জগৎকা মরী, চৎকনি কৈদা, চারুনি করম ব্রহ্মানন্দ। খন্দে য়েংদে থোইনা মখোয়দি জগৎকী। করিনা। জগত্তি মখোয়দা অৱাবগী মশক্কি শংশংবা — সেম্বা থোক্লবা। চৈতন্যদেবদদি জগৎ ভগবান্‌গী লীলাক্ষেত্রনি —

হয়াউ তয়াম্পূং; মী মানি লীলাগী মীখিৎ—ব্রহ্মামক্না ফংগমদবা য়াইফ-মপোক; জগৎকী অব্বাবা মানি চুম্নগী মায়ামোহগী খেল — মীনা খরগা হেক মকোকপা। চৎলি অদুনা মাগী কর্ম্মগী খোঙথাং নাক য়েৎ হাইনা য়েং, শীল্লি চপচানা মীনা নুঙাইনা পাঞ্জনবা অসিদসু আদসু অনীমক্তা।

তাকপি জগত্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব —

কুম্মি ভগবান ভক্তগী মশক লৌ জগত্তা হেক হেক।

অহমেব দ্বিজশ্রেষ্ঠ লীলা প্রচ্ছন্ন বিগ্রহ।
ভগবদ্ ভক্তরূপেণ লোকং রক্ষামি সর্ব্বদা।।

নৃসিংহ পুরাণ

মানি ঐদি দ্বিজশ্রেষ্ঠ অথুপ্পা লীলাগী শক্তম।
শেল্লি জগৎ মতম খিবিক ভক্তগী শক্তম তন্না তম।।

প্রেম মানি হ্লাদিনীগী বৃত্তি'মা। মানি অদুনা ভগবান প্রেমগী মশক। য়েল্লি অদুনোং তৎপা লৈত প্রেম জগত্তা ভগবান।

অমরোমদনা ভক্তদি ভক্তিমান্নি — চেল্লি ভক্তি।
ভক্তিনা মানি পরম প্রেমরূপা — থোইখোইবা প্রেমগী মশক।
সা কস্মৈচিৎ পরমপ্রেমরূপা।

নারদ ভক্তিসূত্র

মানি মাদি (ভক্তি) থোইখোইবা প্রেম কনাই কা।

মানি মী জীবদা থোইখোইবা। ফাওবনি মঙোন্দদা মপূং ফানা জীবশক্তি, ফাবনি মঙোন্দদা মপূং প্রাণ। সেম্বনি জীব ভগবানগী স্বরূপশক্তি চিচ্ছিক্তিনা বহিরঙ্গা শক্তি জীবশক্তিদা তোং। মানি অদুনা জীব চিদংশ, মীনা চিদংশদা থোইখোইবা। সেম্বনা সেবাগীনি। মানি অদুনা মী ভগবানগী নিত্যদাস — লেঙদবা মদাই, সেবানা মাগী বৃত্তি মশিনফম।

ভক্তিদা থোইখোইবা মানি রাগাত্মিকা ভক্তি — ঈশ্বরবু ঐগীনি, ঐগীমক্নি হায়না নীংবা। চৎলি খঙু ভক্তি মওংসিদা ঈশ্বরনা সম্বন্ধ — সাধ্য, ভক্তিনা অভিধেয়-সাধন, প্রেম্না প্রয়োজন-ভূমি। অচম্বা লোন্দনা —চৎলু ঈশ্বরদা মরী মতা অমগুম; খঙু থোক্লবা মরীনা কৌই ভক্তি চৎকদবনা প্রেম।

তৌ জীবদা দয়া,
ঈশ্বরদা ভক্তি
ভক্তিগী সাধন খঙ্‌ভু মানি কীর্ত্তন।
কলিযুগই ধর্ম্ম মানি কৃষ্ণনাম সঙ্কীর্ত্তন।

তৌ নাম সঙ্কীর্ত্তন— শেংগনি থম্মোই, কোক্কনি সংসারগী মৈশা, ফংগনি য়াইফবা নুঙাইবা, ফংগনি বিদ্যা অঙৈংবা, চাগনি পেন্না পোক্রমল মহৈ, কোক্কনি লোইনা পাপ।

চেতোদর্পণমার্জ্জনং ভবমহাদাবাগ্নিনির্ব্বাপনং।
শ্রেয়ঃ কৈয়বচন্দ্রিকাবিতরণং বিদ্যাবধূ জীবনং।
আনন্দাম্বুধিবর্দ্ধনং প্রতিপদং পূর্ণামৃতাস্বাদনং।
সর্ব্বস্বস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনং।।
শিক্ষাষ্টক

চঙদে ঈশ্বরদা জাতি বর্ণগী বিচার। খায়দে নিপা, নুপীঃ নাইদে ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রীয়, বৈশ্য, শূদ্র—মান্নে চপ, অমত্তনি।

বৈষ্ণবতি নাপীনি, চৎনি নোন্না নাপী মতম।
উপালনি, খাঙনি লোইনা অবাবা; অবা-চৈনা খাঙনা
খাঙনা তৌনি অদুম মীগী সেবা। তৌফদে কদৌ বৈষ্ণবনা
নাপল, কাউনি লোইনা মশাগী মতিক মগুণ, চৎনি খঙনা
'দুবু মীগী মতিক মঙাল।

তৃণাদপি সুনীচেন তরোরিব সহিষ্ণুনা।
অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরি।।

গৌড়দেশনা মুস্লীমগী শেগা থারকপা চহী চনীয়াঙ্খেরোম হায়রকপা মতাংদনি চৈতন্যদেবনা মালেম খোঙদারবা। ধর্ম্মদা য়েংঙি মনসা পূজাগুম্বনা অয়ৌবা ওইনা চৎপা, নোংমা জগৎপু ঈংনা কোল্লম্বা বৌদ্ধধর্ম্মগুম্বা অচৌবা ধর্ম্মনসু থীনা মাঙথরকপা; মীদা য়েংঙি কুইনা নাইফম ওংলকপনা মথবায় ইশি শিবা, মী পঙওই ওইদবগুম তৌবা; সমাজদা য়েংঙি নিপা নুপী থীনা নাইবা; অমরোমদনা, ব্রাহ্মণনা মখা থাবা বর্ণ অহুম নৈবা, ক্ষত্রীয়না অনী নৈবা, থক্কী অনীগা বৈশ্যগা অহুমনা শূদ্র

নৈবা; অখণ্ড-অহৈ, য়াইতোং-খমদোঙশিংদা য়েংঙি করিসু নত্তবা থাউ-য়াউবা খূম অমা উবদা 'থাউগী খূম'না চুম্বরা 'খূমগী থাউ'না চুম্বরা হায়বা অরেম্বা বিচারদা লূপ্তুনা লৈবা; অপূনবা লৈবাক্তা য়েংঙি জাৎ, ধর্ম্ম, লোল, য়াহিপ-চাকচা পূমতিল তিন্নদবা মীগী শেগা থানা পানবগী হৌনবা খোঙফম খুদিং করি ওইরগবা ইথুক্ত থুকপা মতাংনি।

মতম লিন্নি, চন্তে খক চুমদ্রিং থেক্লা খোয়। চুমদে মরীক্সু অদুম। মুখৎলি অরিবা কয়া, থেচ্চিক্লি অনৌবা কয়া। শান্নে কয়া অফ-ফত্ত হোংদোক-হোংজিল। ঙরাং ফরম্বা ফত্তে ঙসি। ঙরাং ফৎলমদবনা ফরৈ ঙসিদি অদুম। অফবা কয়া হাৎলি মচু, উৎলি শেরান। ফত্তবা কয়া শাঁঙি মচু শান্নে মিৎত্রং, শুম্মি লোইনা ভাবুক। হোংঙি তুংইন মীওইবা জীবগী থাখল ফিদম, মিৎয়েং পান্দম, পুনশিগী অর্থ মরৌ। সত্ত্ব গুণনা মপুং চৎলে লাইগী লীচৎনা, রজঃ গুণনা চৎলে মীগী লীচৎনা, তমঃ গুণনা চৎলে শাগী লীচৎনাপুই অদুম জগৎ। ঈংঙি, নুঙাই, শাউই তুংইন।

চৈতন্যদেব থেংনরৈ গৌড় থীনা শাউরবা মতম। উই নুংশিনদে মীনা মী। চৎনৈ মশা মশাগীদ য়েং। য়েংনদে মীগী কৌবা অমত্ত। সমাজদা হিংনা হিংনা উনদে, খঙনদে সমাজ কনামত। গৌড় লৈকংলানি, তাঁঙি-নংঙি থীনা প্রেমগী ঈরা। চৎলি অদুনা মহাক্কী শিক্ষাদীক্ষাশিংসিদি ইহ, পর লোক অনীগী কল্যাণগী তুনা অদুম।

অমরোমদনা, মানি জগৎ ভগবানগীনা অফোংবা লীলাগী ক্ষেত্র, মীওইবা জীবগীনা সাধনগী। রঙ্গ অমগী শরুক য়াবা তারবদা তালিম অমা চঙবগুম ভগবানগী নিত্যলীলাগী শরুক য়াবদা যোগ্যতা লৈনবা সাধন অমা চঁঙি। পীনবনি অদুনা ঐহিক, পারত্রিক কল্যাণগী তুংনা অদুম। তাকই —

> মানি জগৎ ভগবানগী অনীসুবা লীলা ক্ষেত্র — হরাউ তয়ামপুং। মীনা শোয়বগী লাংবদনি অরা-মৈখু। মহাক্না মশাগী মশক, মশাগী মথৌ খঙনা জ্ঞান লৈনা চৎলবা লৈনি জগৎ অদুম হরাউপুংগী হরাউপুং—লাংলোই কদৌ অরামৈখু।
>
> মী লাকপনি সেবাগী। মানি সেবা পুনশিগী বৃত্তি—থৌগাই। চৎলু সেবা ধর্ম্ম। নুংশিয়ু জীব, তৌ সেবা। মানি মখোয় ভগবানগী

মশেক মঙাল ঙাক—মিৎনা উবা ভগবান। মানি মখোয়গী সেবা ভগবদ্ সেবা—ভগবানগী নিত্যলীলাদা সেবন অধিকারগী সাধন।

সেবাদা প্রেমসেবানা ইথোই থোই। করিনা। ঐগীনি পুবনা থবায়-হকচাং পুক্নীং লোইনা চঙনা তৌই। তৌ প্রেমসেবা, চৎলু "জগৎ পুম্বা ঐগীনি।" হৈনরক্কনি, হৈনখিনি অদুম। চাগনি মহৈ তৌজমল, য়ানগনি মহৈ পোক্লমল।

নিপা নুপী হক অমত্তনা সৃষ্টিগী তংখায় তাবনি। শ্রুতিনা প্রমাণনি। অদুবু, মপাংগল নৌনা লাকখিমল তাংখি, থাখি নিপাগী শেগা। নিপানসু খূদোং ফং লাকশিনখি মাবু অসুম অসুম নোংমনোং, চনখি ইমুং, থমখি ইমুং-মনুং কৌই। মাপ্তি তুংইন নুপী থীনা মশাগী হক। অপাল অপিল ফুংগাদদি ইমুং চনবদ নত্তনা ফিজঙ মরুম চনখি। অসূর্য্যম্পশ্যা, নুমিৎ-মশক-উদবী, হায়বা মিংথোন্না লেম্নজখি। মদুনা তারকপনা সমাজ মশা-তংখায়-শিবা মীগা অম্মা ওইরবে। অমরোমদনা, মখোঙ-নামত-পানবা গন্ধর্ব্ব—মীমরামগী মতম, চৎলে চোং চোং মচৎপা, তুরে হৌগৎপা থীনা রানা মথোকপা ফিভমদা অদুম তাররবনি সমাজ।

অমুক অমনা বর্ণভেদগী দোষ অমনি। ভারতকী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী থাক্না থেংনা কাবা বর্ণ খায়বদগীনি। অদুবু, মতম্না জাত্যভিমান পোক্লকপা, থাক্কী অমসুং থৌগাইগী খূদোং লৌনরকপা; তুংইন, অচৌ-পিশক, অনেম-অৱাং থীনা খায়রকপা — পূম্নমক অসিনা ওইরকখি অসুম অসুম নোংমনোং সমাজগী মাঙনবা, ৱানবা মরম অচৌবা অমা। পীনখি অদুনোং শিক্ষাদীক্ষা মতমগী পোইরৈ য়েং—

চঙদে ঈশ্বরদা নিপা নুপী খঙদে ব্রাহ্মণ-ক্ষত্র-বৈশ্য-শূদ্র খঙদে অমত্তগী বিচার। মখোয় অমসু অমসু অমত্তনি-অম্মানি।

পীখি তুংইন শূদ্রদা, ম্লেচ্ছফাওনি, গুরুগী আসন। রামানন্দ, হরিদাস, শ্রীবাসগী মচল লৌখি লোইনা গুরুগী আসন। গঙ্গা নারায়ণ চক্রবর্ত্তী ওইরৈ ঠাকুর মহাশয়দা গুরু। জীব ভগবানগী নিত্যদাসনি, সেবানা পুনশিগী বৃত্তিনি নীংসিংনবা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবী পূম্নমক হৌরকফম অনেম-অৱাংগী ৱাখল লোইনা তুংদা থম লৌখি দাস-দাসী উপাধি। হাপখি অসুম মতম্না মতিক মঙাল শিরবা নুপীদা নৌহৌনা মতিক মঙাল, পীনখি বৈষম্যনা মশুং তারবা ওলাং ওনশাউরবা সমাজদা সাম্য অমসুং শান্তি।

সাম্যভাব চেৎনা মরা তানবা মীগী অহঙ্কার য়ারিমখৈ লাকশিন্নবা পীখি শিক্ষাদীক্ষা —

বৈষ্ণবতি নাপীনি, চৎকনি নাপী মতম।
মানি মাদি উপাল, চৎকনি উপাল মতম।।

চুন্না শিক্ষাদীক্ষাদ পীবা নত্তে চৈতন্যদেব, মশাগী শাজৎ লীচৎ কয়ানসু উৎলি অদুম কল্যাণগী লম্বী। কৌই চাঁদ কাজীবু গ্রাম সম্বন্ধনি, নুংশিনমক মামা; তৌই লুনমক হরিদাসবু, তৌবি সেবা পেন্না মাগী অন্তিমদা, তৌই মশামক্তা মাগ অন্ত্যেষ্টি ক্রিয়া। তাকই অসুম জগত্তা —

চণ্ডদে ঈশ্বরদা জাতি বিজাতিগী বিচার,
মীগী মী অম্মানি — অমত্তনি। নুংশিনগদবনি।
প্রেম্না, প্রেমদনা পুনবনি জগৎ।

কাজীনা সঙ্কীর্ত্তন থিংঙে পুই, চৎলি সঙ্কীর্ত্তন, থেংনৈ করি থুকপা লৈত কাজী। উৎলি জগত্তা —

অফবা অচুম্বগীদমক্তি পীগনি মী,
পীগদৌবমক্তি তরাই থরায়-হকচাং পোম্বা।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা জগৎকল্যাণগী চেল্লম চোংলম্বা তরামঙাসুবা শতাব্দীগা তরাতরুকসুবগা অনীগী যুগসন্ধিদনি। অদুবু মাগী ৱাখল ফিদম, মিৎয়েং পান্দম, পুনশিগী অর্থ মরৌদি মুত্তে, মুৎত্রি, মুখৎপা তৌদে কদৌ মুখৎপদ থংবা মতম্না, চৎলি মতমগী মতুং ইন যুগ খূদিংদা অদুম, ওইসু ওইনরি যুগ খূদিংনা মখোয় মখোয়গীদমক অদুম। চেনখি নোংমা অদুনোং মতুংগী যুগমদা স্বামী বিবেকান্দনা 'বিশ্বকুটুম্বকং', শকখি নোংমা অমুক সাধক মুকুন্দদাসনা চৎলিবা শতাব্দীগা মাঙীগা অনীগী যুগসন্ধিদা —

গাইতে হবে
নাচতে হবে
লাগতে হবে
জগৎবীণা যে সুরেতে বাজে।

চেল্লম্মি ঙরাংদসু বাপুজী সাম্যগী, উৎখি থেংখাং কয়া আজাদীগী লান্দা সত্যাগ্রহ।

শম্না, তাকপিরম্মি জগত্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব —

ভগবান প্রেমগী মশক্কি। মী মানি ভগবানগী নিত্যদাস — সেবানা বৃত্তি। জীব মানি লোইনা চিদংশ ঙাক—মিৎনা উবা ভগবান। নুংশিয়ু জীব—ভগবদপ্রেম্নি। তৌ জীবগী সেবা—ভগবদ্ সেবানি। জীবপূম্বা খল্লু নশানি, নহীনি, নঙ্গীনি, তৌ প্রেমগী সেবা, চাগনি মহৈ তৌজমল সিদসু আদসু অনীমক্তা। নুপী মীনি, পীয়ু লোইনা মীগী হক — য়াইফনি সমাজ। ব্রাহ্মণ, ক্ষত্র, বৈশ্য, শূদ্র — সেবাগীনি লোইনবা, থাদোকউ থাক্কী, থাক্কী শক্তি অমসুং মর্য্যাদাগী ভাব—অরানবনি, খল্লু লোইনা নখোয় দাস দাসী ঙাক্লি—পানগনি ঈংনা সমাজ। নশা খনগনু ৱাংনা, খল্লু মীবু ৱাংনা। চৎলু নোন্না, তম্মু খাঙহৈবা। নুংশিয়ু বিজাতি বিধর্ম্মী—ঈংগনি জগৎ শান্তিদা মতম লৈবা খিবিক।

প্রেমাবতারগী প্রেমগী মশক্নক ওইরবা মুখবাণীনা হাপখি নৌহৌনা ভারতকী নীংথিবী সংস্কৃতিগী মথৱায়। পোকখি নৌহৌনা প্রেম নংলবা জগত্তা জীবপ্রেম। নীংসিংনবগুম তৌখি ভারতকী পারোল পুরোল মথং মথং চৎনরকপা নীংথিবা ধর্ম্মগী বিধান —

দরিদান্ ভর কৌন্তেয় মা প্রযচ্ছ ঈশ্বরে ধনম্।
নীরুজস্য কিমৌষধৈঃ।

পীজৌ থন্না লাইর-অনং কৎলনু লাইদা শেল।
চঙব্রা নাদবদা হিদাক।

পোকখি অসুম নৌহৌনা অমুক লোকজনার্দ্দন সেবা, দরিদ্রনারায়ণ পূজা। লাকখি তুংইন ঙসি অর্থনীতিগী ক্ষেত্রগা "গরীবী হটাউ"গী নীতি। চৎলি অসুম ঙসি কুনসুবা শতাব্দীগী ভারত্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী প্রেমগী শিক্ষাদীক্ষা খিবিক্নকী মমল। কন্নানা শকপা ঙম্লগনি প্রেমাবতার মহাক্কী মহাত্ম্য! পুরক্লি ভারত জগৎ ঙসি

চহী চাম্মঙা, পুখিগনি অমুক্সু নুমিৎনা থানা মুৎত্রিফাও প্রেম্নাবতার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী প্রেম অমসুং প্রেমগী শিক্ষাদীক্ষা।

নমো মহাবদান্যায় কৃষ্ণপ্রেমপ্রদায় তে।
কৃষ্ণায় কৃষ্ণচৈতন্য নাম্নে গৌরত্বিষে নমঃ।।

খুরুমজে নঙোন্দা পীনহৈবা কৃষ্ণপ্রেম পীনবা।
কৃষ্ণচৈতন্য কৌবা হে কৃষ্ণ নঙান্না ঙৌরিবা।।

হরিঃ ওঁ শান্তিঃ ❑

*("শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব"-১৯৮৬ দগী লৌথোকপা।)*

# মণিপুরী লোকসাহিত্য

মণিপুর চীংগী পম্লোম্নুংদ, হেঙৈ মদোম হেঙবী, ঙাঙৈ মদোম ঙাঙবী, নীংথিরবী লৈবাক্নি। চীংদা য়েংঙুই মনীংথি; তমদা য়েংঙি মফজে; য়েংঙু-য়েংঙুবা মায়গৈদা ফজবগী ঈপোম, নীংথিবগীনা ঈথক-মিৎফম কনা শুমদবা লৈ। নীংশিংঙককই লার্ড আরুইন্‌গী মপাউখোল 'মণিপুর মানি ভারতকী সুইজরল্যাণ্ড।' কৌখি নোংমা পণ্ডিতজীনসু 'নোংপোক ভারতকী কাশ্মীর।' নত্তে লৈবাকসে ওইজবদাঃ মিৎকী কুম্মৈ; গুণগী কাদসু ৱাচ্চদবী অমনি। মহাক্কী সংস্কৃতি, মহাক্কী সভ্যতা লোকসাহিত্যনা শৈশক্লরিবা ঙক্লফন্নি। মতমগী খোঙহৌ খোঙহৌদগী পোক্লকুবী সংস্কৃতি, সংস্কৃতি মহাক্কী য়াওল যুগ যুগফম খুদিংদা, য়াওল খুদিং শৈশক্লরিবা লোক-সাহিত্য কনানা পাউদমলুগনি।

নগর-রাজ্য কয়াগী মরক্তা অমা, অমদুগী লোকসাহিত্য, সাহিত্যদুগী মপাউ-মপাউদুগী মপৌ ওইবা খরদং ইজগে, মদুগী মঙান্দা শোয়রোই, তাজগনি মশানা অদুম অপুনবা লোকসাহিত্যগী নাপ্ল মমি।

খাগী লমখৈদনি লমদম অসিগী। পাল্লম্মী নোংম নীংথিবা নগর রাজ্য অমা। খঙনখি লমদমদো কেগে লৈমরোল, মোইরাং লৈকোয়বুং হায়বা নীংথিবা মিংখৈনা। লৈবাক অসে য়েক্লবনা পল সাবা কল্লকপনা শৌ শাবা লমদন্নি। খোংগ্রেংনা পুন্সি থৌগাইনি, লানফম্না পুন্সি চাক্তাফন্নি নীপা খুদিং লালোয়নি; লালোয় খোঙফমদনা পুন্সিগী লেঙদবা লম্বীনি। নীপা লৈবাক্কী থৱায়নি; লৈবাক্কী পাঙ্গলনি; লৈবাক্কী লন্নি; লৈবাক্কী নাপন্নি। নীপা লৈবাক্নি; লৈবাক নীপানি। নীপা নোংম নোংমগী মশেক চাউনা মঙাল তানা পানখৎলক্লে, নুপী নোংম নোংমগী মঙাল শিথরক্লে। নীপাগী শেগাংনুং মরুম থুপ্না হিংজবা থৱায় অমা ওইথরক্লে। অসুম অসুম নীপাগী মরলনুংদ চঞ্জবদঃ মঙায়রক্লে। যংগোল যন্না হৈনম লৈনম চেল্লম্ব থোক্লবা নুপী ওইবী শাগৈনা মাঙশোক খুদা য়াজবা ৱানা থোক্লম্মগনি।

নুপী নীপাগী মরল্লি; মথৱায়দা পাঙ্গবনি। মপু ওইবা নীপানা শীজিন্ননীংবা মওংদা শীজিন্নবদা কনানা করি হংঙুগবা। মপা ওইবা শাগৈনা মশা মশাগী য়াইফ— খোঙফম তানবদা মচা নিঙোল ওইবীশিংবু লৈরোং লাইদা কৎপগুম থাজনীংবো মফমদা হাজদুনা কখোক্লে। মবুং মৌপ্পা ওইবশিংনসু অদুমঙায়। পুল্লিগী খোংগ্রেংদা, লালোয় য়াইফ খোঙফম তানবদা মরল ওইবী নুপীবু হাদুনা য়াইফ কোঙ্গায় লৈনখি। খন্নদে নুপী ওইবীশিংনসু থম্মোয় কৌবা পোচ্ছক্তো মপাঞ্জে; খঙনদে, থম্মোয় পান্ন পোকচবনা অপাম-নুংশি মখঙজে; নীংনদে কদৌনুং, অৱা-অনা কৌবদো মপোকচৈ মখোয়গী থম্মোয়নুংদসু। নীপা ওইবশিংনা তরাই তালোয় লৈচা শেৎনৈ; নুংশিবা কয়াগী মকাদা লৈচা তম তালোয় তুয়িন তম্বীনৈ। খন্নদে, নুপী মীনি; মীওইবগী থম্মোয়নি। নীপা ওইবা থম্মোয়দা অপাম-নুংশি পানবগুম নুপী ওইবী থম্মোয়দসু মপাঞ্জে; নীপা ওইবা থম্মোয়দা অৱা-অনা ফাওবগুম নুজা ওইবী থম্মোয়দসু অৱা-নুঙাই অদুম তন্ন মফাওজে।

নুপী হৈনি, লৈনি। হেক্লীংবনা পঙহেক-মহেকপা, চিন্নীংবনা পঙচিন মচিনবা— তরা চারে মচাবা, মঙা চিল্লে মচিনবা—করি নাচুংঙুবা কনানা! নুপীজা ওইবী থম্মোয়গী থম্মোয়নুংদগী পোক্লকপা মীকপ-মীরাউ, ঙমজখিদে নম্মাৎপা লালগী লালাউ, লাংঙম পুংখোল, য়াইফ-মীনোক। যুগকী য়াওল কয়া ইরোন্নুংদা চেঞ্জখি নুজা ওইবীশিংগী খোন্ন চাক্লবা থম্মোয়গী কারবা মীকপ-মীরাউ।

পাল্লুরবোয় নোংমদি অশৈবগী মথম্মোই! চোংথোরক্লে মৈদিংগোল থম্মোয় পানবা অশৈবা। লেপ্লে কল্লগে মোইরাং চনুরা। তম্মে হারিগী শৈহেক, লৌরে পিথাদোইগী শৈশক; তাংঙে তান্নাগী খোম্বাং ইক্লে ঙানু থঙ্গোংগী খোল্লাই, শক্লক্লে মহাক্কী শৈরেং— নুংশি-নুংঙোল থম্মোয়গী মপাউখোল, পোকখরে নুংশি নুংঙোন্ন লংলানরবা নীংথিবা লোকসাহিত্য শক্লরক্লে চীম্বাং য়ৈনা লৈরক কোন্সাং খিবিক্ল যুগ যুগফম খুদিংদা — অকোং জাম্ব ফৌওইবী, হেঞ্জুনহা লাইপুরেম্বী, খুয়োল হাওবা য়াইথিংকোনু, কদেং থাংজহনবা তোনুলাইজিং লেম্বী, খুবোম্ব পিদোংনু; ৱাংলৈ পুংদিংহৈবা শাৎপচনু শিহৈলবী, খম্ব থোইবী ····।

নুংশিবা-প্রকৃতি, অপাম্বনা-বিকৃতি; প্রকৃতিনা স্বর্গগী, বিকৃতিনা মর্ত্ত্যগী; অপাম-নুংশি অনীগী মশক হান্ন তাক মোইরাং চনুরাশিংগী চাক্লবা থম্মোয়গী কারবা মপাউখোল তম্মগে নীংঙুরমাল্লে অশৈবা লেংলক্লে শৈরেং; থম্মে নায়ক-কী কাদা

মোইরাং অকোংজাম্ব-অপাম্বগী মশক্তম; নায়িকাগী কাদনা নীংথিবী লাইলুড়া, গুরুগী মমোম ফৌওইবী লাইরেম্ম নুংশিবগী মশক্তম।

শজিবু থাজিন্দনি মতম্না; মফম্না তোর্ব্বুং লমজাউদনি। অপামনা য়ারৌ শাদাম্লিঙৈ নুংশিনা পায়ম নুংদ ওল নুংশি কাইহৌজরুরে; 'মতাং চানা ইবাল খোঙদাজৌ; তালোয় লৈরাংপরেংলক শীংঙেল লৈচিল ওইবিনি, মোম্নু ইতালোয় নাচোম্দা লংলা লংজা থুপ্নকি লৈরুপ লৈতিল তম্বীগে' চীঙ্গোইবিরে অপাম্না নুংসি মাগী মকাদা। মতম য়েংনে ফৌওইবী খোঙদাজরে অকোংজাম্ব মরানয়ায়; নুজা ওইবী থম্মোয়গী থেংনদরে লোয়ুম্বা। ইকাই-নুংশি মৈবা থক অপাম মাগী মগুংলোং য়ারেকচরে নোংম কৌবা নোং; ফংনদরে মথংলেল। য়াংদৌ খোঙশাম্লগে নীং নুজা খোঙদোই হুম্লক্রে নুংশিবনা ফিজি য়াল, পামু মহাকপু কুব্বিরমগে নীং শাখরে জগোয়—লৈতাই, নোংদাই, লৈনেৎ। অকোং মাগী শুম্মাঙ মথৌবুং পৈরে ফৌরাংন চীং চোল। খোঙশাম্লক্রে হৌজিক্তি য়াংদৌ অব্বাং তন্ন পাং ফৌওইবী লাইরেম্ম। অকোংজাম্ব মরাল তম্মকঙৈ ফংঙরে ফৌওইবী খুদম, লীরক্রে খোঙ্গুল লাংগোই শয়াংথক্ত নেৎ। লম্ফা লৌকোন্দা থেংনরুরে। 'অপাম্বনা নুংশি ফাংখোঙ পায়ফরোই; অপাম মানা খম্নগা নুংশি ইকাই য়ৌগনি; লাইনিং পরৈ চেংন নুংশি ইখোঙ লীরকউ। অপাম্বনা খম্মবা কাল খম্ব কৌনা চংঙকউ; থোয়না ব্বাংনা লৈজবী নুংশি কৌজবী ঐহাক্ল থোইবী কৌনা ওকচগে' নুংশি পূকমেন পাওমেল্লম হুনখরে খোঙদোই ফৌওইবী খংগোল মায়গৈ তন্ন তম।

ইংরাজী কবি ব্বার্ডসব্বার্থনা প্রকৃতিগী পৌরোহিত্য তৌখিবগুম সংস্কৃত কবি কালিদাসনা প্রেমগী পৌরোহিত্য তৌখিবনি। মহাকবিগী অভিজ্ঞান শকুন্তলম্দা য়েংসি।

অপাম্বগী বিভূতি—দুষ্যন্ত, নুংশিবগী বিভূতি—শকুন্তলা। অপাম-নুংশি অনীগী নুংঙোল খোঙফম—অকনবা নীংনবা ঈচেল; চাংজৌনা অপাম-না নাম, নুংশিনা নাম। নোপ্নে চাংজৌ নাম। দুষ্যন্ত তপস্যা তৌবা তারে। মহাক্কী অপাম, অরঙবনা পোকখিবা কায়নবগী মৈদা ইক, মচু লোকপা তারে; ইক্রে, লোক্রে, সনা মচু শেংঙে। অপাম ওল্লে নুংশিবা। চাংজৌ থোং মান্নরে; নীংনবা ঈচেল মপুং ফানা থাবা য়ারে। নুংশিবা স্বর্গগীনি; নুংশিবগী বিভূতি-শকুন্তলা, শিন্নরে দুষ্যন্তদা, তাপস্যনা শেংলবা; কদাইদা! স্বর্গদা।

য়েংঙসি হৌজিক্তি কেগে অশৈবগী অকোংজাম্ব-ফৌওইবী। নুংশিবা লাইরম্লেলগী; লেপ্লে অদুনা ফৌওইবী লাইরেম্মা নীংথিবী লাইলুড়া; অপাম্বনা মীরম্লেলগী; থম্মে অদুনা অকোংজাম্ব মোইরাং লালোয়। চাংজৌ নাম নাপ্লে; নীংনবা ঈপুং ফাওম্মোইদৌরে। অকোং চংঙে কাইনা মৈফম; মপোক কয়া চুপ্ন মৈদা ইক মচু শংঙে; অপাম ওল্লে নুংশি; থম্মে অপাম, ওল্লে নুংশি ফাওরে নুংশি খম্ব কোলোয়না। থোয়না ৱাংনা লৈজবী নুংশি নোংগুম্লক্লে থোইবী কোলোয় লৌ; চেপ্পরে নুংশি ঈচেল ঈরাউখোল্লোয় চাংজৌনুং নুংশিনবা থম্মোয় অনিগী।

অমরোমদা, কালিদাসকী প্রেমগী পৌরোহিত্য সংস্কৃত সাহিত্য জগত্ত অমরোমদনা কেগে অশৈবা, মোইরাং চৈজিংবা, মৈদিংগোলগী নুংশিকগী পৌরোহিত্য মৈতৈ লোকসাহিত্য জগত্তঃ করি খৈল্লে। খেন্নদে — অমত্তংনি। কয়াদঃ ৱাংখ্রবা মৈতৈ লোকসাহিত্য। ❑

*('মণিপুরী ৱারেং', দি কলচরেল ফোরম, -১৯৮৬ দগী লৌথোকপা।)*

# মণিপুরী কৃষ্টিগী মশক অমা

মণিপুর চীং অমসুং তমগী লমনি। চীংগী পম্লোননুংদা খা অৱাং শাংথ-লেংথ হিপ্লা উবদা ষম্নাড়ীচক্র (খোয়দৌ) নিংসিংদবা ঙম্লোই। বৃহত্তর ভারতনগা নোংপোক চিদাই থেংন চাউরে, লৈরিবা মপানগা খোইদৌ মপা থোকলে, অদুনা হিন্দুনা বৃহত্তর ভারতকী খোয়দৌ লমনি হায়দুনা মণিপুর থোল্লম্বা য়াই। ব্রহ্ম পুরাণনা হিন্দুশিংনা লৈবাক অসিবু য়াম্না কুপ্না মুন্না খঙবগুম তৌই। চীং তম অনীমকপু তীর্থ তালিকাদা তমবু মণিপুর চীংবুনা মণিপুরগিরি হায়না পী। লমখই অনীমক তীর্থ তীর্থভাক ওইনা উথলি। লৈবাক মশাগী ধর্মমকসু পুরাণগী যুগ হৌরকপা অদুবাইদদি নুমিৎ নীংবগা শিব নীংবগা অনীনা মপুং ওইনা তৌই। ঐখোয়গী "শকোক লমলেন" গুম্বা লাইরিক্তা অনীংবা লাইগী মতুং ইন যুগ খায়বদৌনা তৌই। হয়িচক যুগশিংগী অহানবনি। নুমিৎপু হরি কৌই অদুনা নুমিৎ নীংবা মতমবু হয়িচক (হরি নীংবা মতম)। মথংগী হেক তাইনবা যুগনা হয়াচক কৌই। হয়াচক 'হর' যুগ হায়বদগী থৈরকপনি। শিববু 'হর' হায়না খঙনৈ, মদুনা 'হয়া' হায়না ইরুদ্রবসু য়াবনি। হয়াচকতা 'কুরু' শিদবা শিদবী নীংবনা অস্ত্র ধর্ম্মনসু মপুং ওইবনি হায়বা অদুম মখঙই। ত্রিপুরগী ভাব নীংথিনা খঙই হায়বা 'গুরু' ফানখোঙ অহমগী ৱারম্না অদুম মতাকই।

শম্না, লৈবাক্কী লৈওং লৈফম অদুগা ধর্মদসু অস্ত্র ধর্মনা মপুং ওইনা চৎপা লম অমা ওইবনা লৈবাক্কী মমিংসি হিন্দুনা থোল্লম্বনি হায়বা অদুম মতাকই। অদুবু লৈপাকসিনদি মশানা 'কংলৈ সনাপুং' হায়না চৎলি। বৃহত্তর ভারতনা জাভা সুমাত্রানচিংবা ঈথক্তগী হৌনা ব্রহ্মদেশকী অৱাং লমখইনা কোল্লিবা থক্কী লোহিত সাগরগী (ব্রহ্মপুত্র) খারৈবাক মপা ওইনা নোংপোক চিদাইগী লমদম অসিবু স্বর্ণভূ, সুবর্ণভূ, স্বর্ণভূমি, সুবর্ণভূমি কৌই। মণিপুর লৈবাক্তগা স্বর্ণভূগী মনুং চম্লে, সনানগা মরাং কায়না হুনদুংগুম্বদা সনাগা থোকলে, অৱাংগী খুনখা পরেংনা সনাকৈথেল ফাওবা লিংলে, অসি খিবিক্লা লৈবাক মশানা স্বর্ণভূ হায়না চৎলুবগুম তৌব্রা। অদুগা 'কংলৈ' না কংলাগী বিশেষণনি।

মণিপুর মশানা লমদা-ৱাইদা ফজব নীংথিবা থিবিক্লা তিন্দুনা লাকপনি। চীংগা তমগা অনীমক্কী মফম মফমশিংগী মশা মশাগীদ ওইবা লমদা-ৱাইদা নীংথিবা, নুংশিবা মওং অমা অদুম মরৈজবনি। লর্ড আরউইনগী 'সুইজরলেণ্ড', পণ্ডিত নেহেরুগী নোংপোক্কী 'কশ্মীর' হায়বা ৱাফমনা অদুম মতাকপনি।

মণিপুর ঈখাদ ঈরোন চন্না লৈরম্মি। য়াম্না শাংলুদ্রবসু ৱাফম অমনীদংনা অদুম মতাক্কনি। তমেংলোং লম্বী সেম্বদা 'কট্রল' কৌবা ঙাগী ফোসিল অমা ফংখি। আরকিওলোজিকেল ডিপার্টমেন্টকী মিঃ মেননা হায়খিবা ৱা ঐখোয় নীংসিংলি। ঙা মখলসি সমুদ্রগী ঈখাদা মাইল য়াঙখৈদগী তাদনা অরুবদা লৈবা প্রবালগী চীংগী লোকতা লৈবা, নুমিৎ মশক অমুক্ত উবা লৈত্রবা মখলগী ঙানি। অদুনা নোংমদি চীংনা লৌনম্বাল ওইনা লৈরম্বা পাৎচাউ অমা ওইনা লৈরম্বনি।

সুগ্রীবনা রামায়ণগী মতাং অমদা মকুদা লম তাকখিবা মতমদা হায়খিবা ৱাফম অমা লৈ। নোংপোক লমখইদা উদয়গিরিগী চীংখোঙদা চীংনা লৌনম্বাল ওইবা সুদর্শন কৌবা পাৎচাউ অমা লৈবনি। থম্বাল চামনিপাল অঙৌবা থন্না শাৎপনি, ফজবদ থেংবনি। ঐখোয়গী নোংমাইজিং অসিমক শিরোয়দগী লাকপনি। রামায়ণগী মতমদদি নোংপোক চিদাইগী লমনি।

চীংদা মী হান্না তাই। মখোয়গী যুগ অদুবু লাইনা-পানবা-যুগ কৌনৈ। গ্রীক ইতিহাসকী হিরোয়িক এজ হায়বা অদুগুম্বনি। মখোয়না ঙাপ্রুম ফাদুনা চায় হায়বদগী চীংজেং অমবু ঙাপ্রুমচীংজেং কৌই, ঙারা ফাদুনা চাবা চীংজেংবুনা ঙারাচীংজেং কৌই। মতম অমদা নরব্যাঘ্র (কবুই কৈ ওইবা), একপাদ (মী মরাম) অসিনচিংবা মী মওং লৈরম্বগী ৱাফমসু সুগ্রীবগী মপাউদা অদুম পী।

তন্না হাগৎলকপা মতমদা খুরাই লমখইনা হান্না ফাওই, অদুনা খুরাই লমখইদা হান্না মী তাবগী ৱাফম লৈ। মসিমরুসু পীরিবা পাউ অসিদগী হেন্দোকপা চীংগী মণিপুরদা লাইফম ঙাক্ত ঙায়বগী ব্রহ্ম পুরাণনা হায়রিবা ৱা অদুগী অকনবা সাক্ষ্যনি।

মণিপুরগী চীংগী ফজবা তমগী নীংথিবা করিবু হায়রুনি। চীং তম তুনা খঙলবা মীদনা খঙলবা লাইগী খুৎশেমদনা থল্লবা নীংথিবা লমদা ৱাইদাদনা অদুম মখনবনি। স্যার ৱাল্টর স্কটকী

"O Caledonia! Stern and wild
Meet nurse for a poetic child."
হায়বদুনি।

চীংগোল, উকোল, বাকোল, হৈকোল, লৈকোলনচিংবা নীংথিবা নুংশিবা মওংদনা থল্লবা মণিপুরনি। ইরৈবাক ইরমদম ওইকনা মশানা নীংথিবা ফজবদা তোংবনি, মণিপুর লম্মুংশিদ লম্মুংশিনি।

ইউরোপ খণ্ডগী অহুমশুবা উনগী ঈচাউদা অণ্ডৌবা শাগৈনে, অমুবা শাগৈনে, নাপু মচুগী শাগৈনে তোংন-য়ান্নদুনা ভুমধ্যসাগরগী লমখইদা লৈমিন্নে। অহুমগী ঈতিন্নদুনা জাতি অমা পোকই, জাতি অদুবু শ্বেত যবনসিংনা হেলেনিক জাতিনা (গ্রীক) মখোয়বু আষ্ট্রিক থোল্লি। আষ্ট্রিক হায়বদি মখোয়গী খারমগী মী হায়বনি। মখোয়না ফুরুপ ফুঙ্গা অমা ওইনা মশক খঙনা লেপখিবসি খৃষ্টগী মমাং চহী ৮০০০ গী (নিপান শুবা মিনুরান যুগ) অদুবাইদনি। মখোয় ক্রীটতা পাল্লম্বা মিনুশিংগা (Minos) মরী লৈনবা ট্রিমিলস ফুরুপকা (তামিল) মরী লৈনৈ হায়নৈ। মখোয়না ভারত্তা চঙলকপসি খৃষ্টগী মমাঙ চহী ৬০০০ অদুবাইদনি বেলুচিস্তানবাইদা চঙলকপনি। হিমালয়গী লমখইদা মপান থংবা চীংখোঙ য়ৈনা কাঙলুপ কাঙলুপ অসুম অসুম ফুরুপ লাকপদা প্রাগজ্যোতিস্পুরগী উমংলম অসি খৃষ্টগী চহী লিশিং মঙাগী অদুবাইদা য়ৌবনি। মখোয়না মথংদা মণিপুর, ত্রিপুরা চঙলগা মালয় উপদ্বীপকী লমদা চঙখি। মখোয় দ্রাবিড় জাতিগী লম্বী য়ানবা জাতিনি। মতম্না মাঙজৌনমনখিবনা কন্থা কলেন্ননা চৎখিবদগী য়াম্না চাওখৎলবা দ্রাবিড় জাতিগদি তশেংন খেন্নবমক ওইনা উরবসু নকতি নক্কবা জাতিনি হায়না খংনৈ। মখোয় জগৎপোকপী ইমা নীংই, লিননা ইমাগী প্রতীক ওই (শকই)। জগৎ পোকপ ইপাবু 'কো' কৌই। মখোয়ন মণিপুরদা চৎলিবা তন্ত্রগী মপুং ওইবা শরুক শন্দোকলম্মি। শন্না হায়রবদা কুণ্ডলিনী চক্রগী পঞ্চপাদুকাদা ত্রিপুরদ মরৌদুনা গুরু ফানখোং অহুম হায়না চৎলি। মখোয় লৌ-শীং উই, পোখাদুনা য়ু থকপদা ইমুংগী নুপী অহলনা অহানবা থক্রুগা নুপী মথং মথং নুমিৎ থা উবা চৎনা মতুং ইন থকই। মীকোক শুরবা নিপা অহনন। থক্রুগা চহিগী মতুং ইন অমুক মথং মথং থকই। অদুগা ফিদি উকু শেৎলি। মতমগা য়েংনবদা মখোয়গী থম্মোয়দা য়াম্না নুংশিচাউবা থম্মোয় অমা উই। উকু খোকপা মতমদা পানা তপ্না উদা নাগনি হায়দুনা খোকই।

মৈতে জাতিগী অরিবা যুগকী মিনুরৈমরোল অতেনবা ৱারীদি গুইরগা ইতিহাসকী তত্ব অমদি তথ্য য়াম্না নীংথিনা চেল্লবা পুয়ানি।

শমপৎনা — গুরু থুপকে নীংলে, মচানিপা অহুম কৌশিল্লে — (১) নখোয় পোমদনা শাৎপা লৈ, হেক শাৎপদা লৈরম শুনা শাৎপা লৈ, (২) মপান শাদনা পানবা হৈ, হেক পানবদা হৈরম শুনা পানবা হৈ, (৩) তাইবং মৈরিং শীং, (৪) তাইবং লিঙ্ঈই থিরুগে হান্না হল্লকপা নিপাদা ঐগী ফানখোং গুরু ফানখোং শিন্নরমগে।

অচিবনা লিরুং তেন্দোং নমদা পো নোংশা তোং অৱাং পাংনা চৎখ্রে; অশিবনা থাঙজৌ (খড়গ) লেংদা থোং কৈ তোংদুনা খারোমদা চৎখ্রে; খ্বায়গী অতোম্বা কোনজন তুথোকপদি ময়াম্বা অনীনা কনবা শিংবা হেনবনিনা ফানখোং ফংলরোই খল কপনিং তৌ শত্তম মথা ঙৌব চিং তারেন তানা চৈশু শু মমা লৈশিরেল লৈরেল হনবীদা লাক্রে। মচাগী মতৌ উবদা লৈশিরেল লৈরেন হনবীনা ইমাগী খোমৈ খোমদোন নবুক্লিং করি নুঙাইতবা লৈ তম্মু তাসি। মমাদা তৌরিবা মওংশিংদো তম্মে। মচা অতোম্ববু খ্বায়দগী নুংশিনা তৌবনা, ৱাখল ইতৌ তৌদনা, হায়দোকখি — অহানবগী অনীনা ইমানি — ঐনি, অকোনবগী অনিনা নপা গুরুনি। গুরু ফানখোং তরেৎলক কোয়রো, মালেম কোয়বা শকপনি। তরেৎলক কোয়রগা ইপা গুরু নচা খোম্মৈ লাকলে হঙ্গৎলু — করি খল্লুদনা কোক হেক হায়দোকখি। মমাগী য়াথং মতুং ইনা কোনজন তুথোকপা গুরুদা কায়দনা তৌরুরে। কনানা তাকই — হংখি গুরুনা।। তমখি — ইমানা তাকপনি। মচা অতোম্ব কোন্ননীংলে হায়বা খঙলে গুরু। হায়রকই — ইপা হয়েং ফাওবা লৈখিগে, নচল মিনুলৈমা থাজখিগে। নং কুরুম চিংদা কাদুনা লাউরুচো। হয়েং অয়ুক অঙনবদা মী খঙদে, লাই খঙদে, শা খঙদে, উচেক খঙদে গুরুনা অহানবা হেক উবদুদা ইচন মিনুরৈমা থাজগনি — গুরুগী য়াথংনি লাওথোকলে।

নোংঙাল্লে — গুরুনা য়েংখিবদা তাউবা হুইচা অমা উরে — লাউ মিনু থাজগে, থাজরে। নখোয়গী লৈফমদি — লাইজ ইপুংয়াই, ইমু মপুংয়াইদা পীরমগে তাবদা মিনুরৈমা কপখি। হংখি — করিনো ইমোম। খুমখি — ইপা গুরু নখুক য়েংলকপদা লাইজ ঈথক ঈরোলনা খনখি উবা ফংলরোই কপ্পনি। গুরুনা অশংব অতিয়ানা হেক খাল্লিবমখৈ ইপানা নংবু শেল্লিবনি, মালেমনা নখোং খাদা হেব লৈরিবমখৈ নমা লৈশিবিনা কোল্লিবনি খংঙু। নবুং অহুন্না নোংমগী অমুক নংগীদ য়েংলনি, খক শোয়রোই।

হিন্দুপুরাণনা মখোয় 'নাগ' কৌই। কশ্যপ মুণিনা কদ্রুদা পোকপনি। কুচুদি শংলৈ নাপু (নীলপীত) ওইনা তৌই। কাশ্মীরগী লমখে ভদ্রবাহু চীংমৈদা লৈবা কাংবুগী সিদ্ধ জাতিশিংগী য়াম্না নীংথিজবা জাতি ওইনা তৌই। নাগপুরাণ অদুগা জীমূতবাচন উপাখ্যান মখোয়গী মরমদা য়াম্না নীংথিনা ই হায়। মখোয়গী নিংথৌশিংগীনি হায়না খংনবা নুংগী মূর্ত্তি খর ফংই হায়নৈ। মূর্ত্তিশিং অদু অহুম অহুম ফাংগি হায়; য়েৎকীনা অনন্তদবতানি, ওইগীনা নীংথৌগী মচা, লুখ্রাবী মচা শঙ্খ চুড়গী মথৱাই কন্নবগীদমক গরুড়গী চাকহুল মশানা শকখিবা পুরাণগী নীংথিজবা চরিৎত্রনি। মহাক্কী যুবরাণী মলয়বতী ঙসি ফাওবা য়ুম্বানবী নুপীশিংগী ভক্তিগী খুভম য়ারি।

মখোয় নাগ বংশদি মশানা য়াম্না ঙাওই, লমহেল্লি। হৌজিক ফাওবা শক্তিবুদা মখোয়বু পেন্নবনি হায়দুনা কাশ্মীরদা ঙসি ফাওবা খিঁচুরীগুম্বা হেক হেক থাদোক্লরি। মখোয় নাগবংশসিদি তিন্নবা য়াদদুনা তোঙাম্না লৈ। অনন্ত নাগনচিংবা নাগশিংগী মমিংদা পানবা লোক নুং কয়া ঙসি ফাওবা কাশ্মীরদা অদুম মরৈ। অদুদগী হেন্দোক্লুনা বতোর চুমদ্রিংনা নোংপোক্তা মাইল কুনমঙারোম অদুদা চাউরাক্পা কিলোমিটর কুনমরি কুনমঙা অদুৱাইদা নাগ কুণ্ড কৌবা তীর্থ অমা লৈ হায়। চহী মঙা খুদিংগী যাত্রিক লাক হেন্না বাসুকী দর্শন তৌবা হেক হেক চৎনৈ হায়। অয়ুক পুংফম অমা নাইনা বাসুকীনা মকোক থিঙ্গৎতুনা হায়রিবা যাত্রিকশিং অদুদা দর্শন পী হায়।

ঐখোয় মৈতৈগীদা ইমোইনু চাকহোংবীবু হৌদোং অমুবীনা প্রতীক ওই (শকই)। হৌদোংবু মিনু কৌই, লৈমরেলবুসু মিনু কৌই। মখোয়না জগৎপোকপীবু Rhea কৌই। ঐখোয়না লৈমরেনবু মিনু কৌই, লৈমা হায়বা অসিমক মালেম লৈমা হায়বনি; হায়বদি রি-লি-মা মখোয়গী মরোলনি হায়না খংনৈ। মৈতৈগী লোনগৈদা মিনুবু হায়রিবা অনিসিদা শিজিন্নবা লোইরে। অদুদগী অমনা নোংঙাল্লকপবু অশৈবশিংনা লাইরেল লাবা য়াওল্লে, হুইথৌ লাবা চিফেংলে হায়না শৈশকই। শকনাইদবা ঈশ্বরবু ইমাগী প্রতীক ওইরিবা তাউরোইনাইগী মঙালনি। মানা য়াওল্লি হায়বসিনা মচি অনিদা সনাগী লোংখুমগা লুপাগী লোংখুমগা হুকই। সনাগী লোংখুমনা য়াতাবা মতমদা নুমিদাং ওই লুপাগী লোংখুমনা য়াতাবা মতমদা ঙাল্লি হায়বদি মঙাল লাকই, নুমিৎ থোকই। হুইথৌ হায়বদি হুইগা কৈশালগা ঈতিম্নদুনা পোকপনি। হায়রিবা হুই অসি গ্রীক রোমকশিংগী নিংথৌনা য়াম্না শিজিন্নৈ অদুগা শাদ-লানদা শিজিন্নৈ। অমরোমদনা নোংঙানবগী মতাং অসিদা থাইনগী গ্রীক রোমক্কী

অশৈবশিংনা ডায়না (আরকিমিস) তা মখুৎতা পায়, হুইথৌ পুদুনা হোইমুরেমা অমম্বগী লাইরেম্মগী মথক্তা লান তাবগী মওং অমা পাম্নে। মতাং অসিদা পল্লমদবা য়াদবা অমনা হুইথৌ লাবগী মচি হায়দুনা হায়বা অসি মচি পানবগী বা নত্তে; অমুক্তা নুমিৎকী মণ্ডালগী মচেক শাংনা মণ্ডাল কাপথরকপা অদুবু শা-না শল্লা চীলোক্লবা মচি হেক হেক ফেংবনি। হায়বদি শা-লানগীদমক তৈয়ার তৌবনি। মসিগী পিরিবা অসিমক থাইনগী গ্রীকী লেটিনগী চৎনবী মণ্ডাল অদুমক অদুম তাবনি। 'কো' জগৎ পোকপবু কো কৌই। কুবী হৈএ হায়বা খুমুং লোনগী বাফম লৈ।

মরম কয়ামুক্তগী 'কো' বু কোং অকোং হায়না শিজিন্নে। ওঁ কঁ পি ময়েক নিকএ ··· ···। অদুগা কৌক্লগী অকোং হাওব সনাপতি অসিনচিংব নীংশিংব য়াই। জগৎ পুন্নমক্তা জীবগী খংদে, অদুগা উ বাগী খংদে অচংবা পুন্নমক কুরুনা কুজে হায়বদি কুবি, তস্বি হায়বগী কুরু কৌই। অসিনচিংবা কয়া কয়ানি।

হান্না লৈরম্বা নুমিৎ নীংবগা হেক মথংগী লাকইবা জগৎ পোকপী অনিগা তিনশিন্দুনা ইতিহাসকী মমাংগী ধর্মগী যুগ ওইদুনা লাকপনি। আগম নিগমগী শিব পার্বতী, বেদগীব্রহ্মমায়া, উপনিষদকী পুরুষ-প্রকৃতি, বৈষ্ণব ধর্মগী বিষ্ণু মায়ানচিংবগা অম্নানি। অদুনা ধর্ম মখল অনি অসি তিন্নদুনা মৈতৈগীদা ওইবা তোঙানবা ধর্ম অমা হৌখি। তুংইন্না লাকখি লাংবচক। লাংবচক হায়বসি শাক্ত ধর্মগুম্বনি লং হায়বদি লৈমরেল নিংবা যুগনি। অদুনা লাংবচকতা কোনচকসু অদুম কৌই। কোনচকনা কোন্না নিংবা হায়বনি। মথংদি পৌরাণিক যুগতা অহানবগী গুণাবতার ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বরবু অতিয়া গুরুশিদবা, লাইনিংথৌ অপানবা, লাইনিংথৌ অশিব গুরু অহমবু নিংবা হৌই। পৌরাণিক যুগপু লাকপনা হায়রিবা ত্রিমূর্ত্তি উপাসনাদগী মী তাই হায়না শরুরম্মী অসিনচিংবা ··· ···।

মতাং অসিদা মঙ্গোলোদশিংগী নুমিৎকী শাদোং চীংলাইনা ওইবা অদুগা ইমাগী হায়বদি লৈমরেলগী কুরুনা মপুরোইবা ওইবা অদু পুনশিন্নদুনা মৈতৈগী পোকলকপগী বাফম অমা য়াম্না ফজনা শৈশকনৈ। পোইরৈরোম্বনা (চীংলাই) মচি অনিনা চপথাং কারোং ওই, মনিংশা মাইব চিং, মনিংনা চোং খল নুমিৎকী আম্লাদগী নোংলুম ময়াদা উম পুথরক লৈনুং য়াবিরোক্তা তরেৎনি কোল পাখংবা পোকই হায়বা বাফম অমা ঐখোয় মৈতৈগী কম্না চৎনৈ। নোংদা লাইরেল পাখংবনা ফম্বাল কাব মতমদা অচি অহিংচি হায়না মথক্তা হায়খ্রবনি।

ধর্ম মপুং মগুঙ্গা লোয়না শুনা লাকখি — (১) সৌর উপাসনা (নুমিৎ নিংবা), (২) শিব উপাসনা (মহাদেব নিংবা), (৩) শাক্ত (শক্তি উপাসনা), (৪) বিষ্ণু উপাসনা (সাত্ত্বত ধর্ম, বিষ্ণু নিংবা) অমদি (৫) গানপত্য গণেশ উপাসনা লোয়না লাকখি। প্রত্নবৈষ্ণব ধর্মনা লোইনা পুরকখিবনি।

তরামঙাশুবা শতাব্দীদসু নব্য বৈষ্ণব ধর্ম লাকখি, গৌড়িয় বৈষ্ণব ধর্মনা মপুং লেপখি। শন্না মৈতৈগী চীং তমগী ধর্ম কয়া মপুং ওইবা ধর্মশিংনা মচু লোক অদুদগী নব্য বৈষ্ণব ধর্মগী মঙাল চং, গৌড়িয় বৈষ্ণব ধর্মগী মমাংগী ধর্ম পুম্বা পুমচুপ চুপশিল্লি হায়বদি নত্তে, জপানগী মিনতোইজমদৌনা মৈতৈগী অসিসু অরিবা অনৌবা নাইনা অদুম চৎলি। অসিনা ধর্মগী ৱানি জাতি অসি মশানা ফিজেৎ চাকচা ৱাখল নুংখল মিৎয়েং পান্দম পুন্সিগী অর্থমরো মরৌদা ফজনা নীংবা মরৌজবগুম অযুক নুমিদাংগী পুন্সিদা ফিরোল মরাং কায়না শিজিন্নদ্রবসু ঈশিং মনম নম্বা ফিরোল শিজিন্নে। মশাসু লুই, হেল্লি। য়ুম্বাল কৈবালসু লুই, নাল্লি। করিগুম্বা অমা তৌরকপা মতমদা লুন হেন্ন নান্না মচু তানা অদুম তৌথোরকই। অনীশুবা লাঞ্জাওগী মমাং ফাওবা মতমগী শিক্ষা-দীক্ষা লৈত্রবসু মৈতৈ সমাজবু শিক্ষিতনি দীক্ষিতনি হায়দবা য়াদে। মশা নানবদৌনা তৌথোরকপা পুম্ব লুই। মধ্যযুগতা নব্য বৈষ্ণব ধর্ম লাকপদগী মহাভারত, রামায়ণ, চৈতন্য চরিতামৃত, বলদেব তীর্থ যাত্রা, গোবিন্দ লীলামৃত-নচিংবা বৈষ্ণবকী হায়বদি গৌড়িয় বৈষ্ণবকী লাইরিক কয়াদা, ভাষ্যদা একাদশী, থাশি থানিলদা মেরাগী ৱারী লীবদা অদুম মখঙনৈ। নিপাদি থম্বু থম্মো মৈতৈগী চনুরাপুম্বা হায়রিবা লাইরিকশিংসি লোয়ন তাক, লোয়ন খঙ-ময়েক সক খংদ্রবসু নিংথিবা শিক্ষা দীক্ষা অদুম নীংথিনা চৎপনি। য়ুম্বাল, কৈবাল, ফিজেৎ চাকচা ঙন্নমক মৈতৈগীতা ওইবা অম ওইনা নীংথিনা অদুম মচৎপনি। অদুনা লাইনিং লাইশোল, ধর্ম কর্ম, অশেং অমাং, থকসি খাসি, ৱাঙাং খোলহায় ঙন্নমক্তা নীংথিনা অদুম চৎপনি।

শীসু শী ওইরে মৈতৈগী নুমিত্তা লৈবা পাখংববু তাউরোইনাই কৌই। খুরুম্বদা — 'ওঁ কোঁ পী ময়েক নীকএ ··· ···।' নচিংবা পাখংবা দর্শনগী লৈরিবা কৌব্রুগী লোক অমগী মমিং অকোংরোক কৌরিবা অমদি অফাওবা বড় সেনাপতি অমগী মমিং অকোং হাওবা সেনাপতি হায়না খংনরিবা অসিনচিংবদা য়াওরিবা কোং অকোং অসি কোঁদগী থৈরকপা ঙাকনি। মৈতৈগী লোনগী লোনগৈদা খা (য়ুম) খারি (লম্বী) খারায় (থোঙ্গাল) অদুগা হুই কৌবদা শিজিন্নরিবা দ্রু দ্রু অসিনচিংবসি মখোয়গী

লোন ঙাকনি। মা (অপোকপী), মিনু, হৌদোংমুবী, লৈমরেল শিদবী, লৈম, মালেম অসিনচিংবা পূম্নমক মখোয়দগী ঙাকনি। অমত্তুং নীংশিংলগা মতাং অসি তেন্না অসুম লোইশিল্লসি — অশৈবশিংনা নোংঙানবগী শৈশক্তা 'লাইরেল লাবা য়াওনবা হুইথৌ লাবা চিফেংবা' হায়রিবা ৱাফম অসিনা অঙানবী (অতিংকোকতগী) হৌনা শায়োল তরাগী মনুংদা মঙালগী মবেম্মবু অঙানবী কৌই। অঙানবীনা অয়ুকতা মখুৎতা হুইথৌ লাব শাগোন্ননা অমম্বা হুইমুরৈমবু লান তায় হায়না খংনরিবা ৱাফম অসি গ্রীক্কী আর্কিমিস, লেটিনগীনা ডায়না, অঙানবগী মবেম্মনা হুইথৌ লাবা পুদুনা মখুত্তা তা পায় অমম্বগীমবেম্মা হুইমুরৈমবু লান তাবগী ৱাফমগী মমি অদুম তাবনি।

কো কুব্বিবা অর্থদা চথলি। কুবিহৈত্রে কুরু তৌনা কৌএ খুনুংলোন। মৈতৈদদি কোঁ নথত্রে অকোং হায়না চথলি। নুমিত্তা লৈবা তাউরোইনাই পাখংবা খুরম্বদা ওঁ কোঁ খোংনা পী ময়েক নিকএ ‥‥ সোল্লি। কৌব্রুগী লোকচাউ অমবু অকোংলোক কৌই। অফাওবা হাওবম শাগৈগী সেনাপতি অমা অকোং হাওবা সেনাপতি হায়না চথলি। কুরু শিদবীবু লৈমরেল শিদবী কৌই। লৈ-মা-রেল হায়বনি। লৈ ৰৈ (Rhea) দগী লাকপনি। ইরৈবাক-ইরমদম-কোইবী লাইনি; মা,ইমা ইপা-ইপুইবেল-লোইনবা পোকপী পেনগী পেনকোক; পেনকোকশিংদা মকোক ইথোং থোংবী হায়বনি। আদ্যা শক্তিগী মশক ওইবী হায়বনি। শৈব্য, শাক্তগী য়ুম্ফম্নি। লিন্না শকই ইমাগী মশক। ইমাদি পোমদনা শাৎপা লৈনি, ফজবদা থংবা লৈমল-চনবা-লৈতবা; লিন্না মকু হু হুদুনা ইনৌদ নৌদুনা লৈবগুম লৈজবীনি। অদুনোং লিন্না শকই ইমাগী মশক।

লিন মপুং ওইনা খারৌ, ঐখোয়না লুনা তৌই। কৈদা লৈরে কৈরুংবা, ইংখোল লৈরে লমশেন তুশেনবা, লৈপুংদা লৈরে লৈপুংকোইবা, শঙ্গায়শেল পাইরে, লৈপুং কোইবা পাইরে খঙনৈ। খারৌনে, হংকোকনে, লাইরেলনে অহুমসিমদি মরুম কোকপদা মখোয় খুদিংমক্কা খারৌ অমা, হংকোক অমা, লাইরেল অমা কোকই হায়না থাজনৈ। ইমুংদা চঙলো লিন, তাম্বোকপা য়ারগা তাম্বোক্রে য়াদদুনা হাৎপা তারগনা অশিবা মশাদু মপান্দা পুথোকনদে। ইমোয়নুদা চফুদা হাপতুনা শরেন চল্লি। হান্না লৈরম্বা হয়িচক্কী ধর্ম্মদা পাখংবগী শাদোংনি খল লুনা তৌনবা চীংলাই হংকোকনা শকই। মখোয় পোংদি নোংলুমদগী পোকপনি হায়ন চথলি। অদুনা মখোয় মখোয়না মরুম হেক হেক কোকপদা অহুমগী অমদি হংকোকনি চৎপনি! ঐখোয় মৈতৈগীসু নুমিৎতা লৈবা তাউরোইনাই পাখংবগী মচু তরেৎতগী শাগৈ তরেৎ চোংথোকপনি চথলি। অদুনা নিংথৌজা শলাই পোকপা নোংদা লাইরেল পাখংবগী খাবী অমাইনা শকনৈ শোন্নে।

"নুমিৎকী আহ্লাদগী নোংলুম পুরৈরোম্বনা
মচি অনীনা চপাং কারোঙ ওই
মনীংশা মৈবা চিং মৈজাও হায়রৌ চম
মমৈনা চোংলেন হাইজাও খাল।"

পুরৈরোম্বনা পুথরক লৈনুং য়াবিরোক্তা নুমিৎ তরেৎনি লাংগোল পোকএ নোংদা লাইরেল পাখংবা হায়দবরা! অসিনোং চিংলাই শকপা হংকোক থারুবনি।

লৈমরেলবু ক্রোসাস্‌কী কৃষ্টিদা মিনু কৌই। হৌদোং অমুবীনা শকই, অদুনা হৌদোং অমুবীবুসু মিনু কৌই। লৈচাউ খুনজাউ চাকহোং, ঙাহোংগীদমক লৈমরেল নীংবনি হায়না মতমসিগী অখঙ অহৈশিংনা মিনু নীংবসিবু 'Fertility Worship' সু হায়না কৌনৈ। অতাবিসু অতাবিমক্লি।

মৈতৈ ঐখোয়গী লোনগৈদা মখোয় আষ্ট্রিকশিংগী মরোন কয়া তাহৌই। ৱাহৈ মঙা তরাদং উৎলগা অদুম মখঙ্গনি। অতিয়ানা কুরু শক্লগা মালেমনা ইমা লৈমরেল শকই। 'মা' হায়বা ৱাহৈ অসি আষ্ট্রিক্কীনি হায়নৈ। খুদমগী মশক ওইনা — কামাখ্যা। কামাখ্যা — কা-মা-খা দগী সংস্কৃত ওনখিবনি হায়না পীনৈ মত। 'কা' না নুপীগীনি, 'উ' না নুপাগীনি, অদুগা শ্রী হায়বগা অম্নানি। 'মা' না ইপা ইমা, ইপু ইবেন, লোঙ্গনবা পোকপী ইমা হায়বদি, মৈতৈরোল অশেংবদা হায়রগা পোকলেন পোকপী, শাৎলেন শাৎপী ইমা হায়বনি। 'খা' খুভম হায়বনি, ইমাগী খুভম য়াবা মফম খুদিংদা সুরুং অমমম লৈ; সুরুংদু অরাই কংদবী অকোং হাংদবী ইমাগী শুক শুম্বলনা শকপদা শুম্বলদুগী মশক্তুনি (Phallic Worship)। অদুনা ইমাবু লৈনুং য়াবিরোক কৌরুবনি। মখোয়গী মরোল অসি সংস্কৃত্তা ওনখিবতনি। 'শান' না শ্যাম ওনবগুম্বনি।

'খা' — খারাই, খারি — মথংশিৎনা য়ূম, থোঙ্গাল অমদি লম্বী হায়বনি। অদুদগী হৈ-ৱাগী মমিং মথা অয়াম্বা চম্প্র শলো অসিনচিংবসু মখোয়গী মরোলনি। হূইমক কৌবদা দ্রু দ্রু হায়না কৌবসিমক মখোয়গী মরোল ঙাক ঙাকনি।

"লাইরেল লাবা য়াওক্লে
হূইথৌ লাবা চিফেংলে
... ... ... .... ... ... .... ...।"

হায়না শকলিবা শৈশক অসিদা তাউরোইনাইবু, মপূং ওইনা পাখংববু মচি পানবা চিংলাইগী মশক্তা থম্বনি। য়েৎকী মচিদা সনাগী লোংখুম, ওইগীদনা লুপাগী লোংখুম হুকপগী মওং অমা মৈতৈনা থাজনৈ। তাউরোইনা য়েৎনা য়াতারে নুমিদাং ওইরে, ওইনা য়াতারে নুংথিল ওইরে। অদুনা য়াওনবগী ৱাফম অমা চংবনি। হুইথৌ— য়ুম হুইগা কৈশালগা ঈতিন্নবা পোকপনি। গ্রীক ল্যাটিনগী মীওইশিংনা হুইথৌ য়ান্না শিজিন্নবগী ৱাফম লৈ। মচি ফেংবা হায়বদি শেমশাবা হায়বা অর্থদুদা মরৌবনি। মফম অসিদনা মচি হায়রিবসে নুমিৎকী মশেক মঙাল তোঙান তোঙান্না অয়ুক্তা লাকপদুবু হায়রুবনি। গ্রীক লোন্দা আর্টিসিজ, ল্যাটিনন্দনা ডায়না মঙালগী লাইরেম্বীনি। মৈতৈগীনা শায়োন তরাদা অঙানবী হায়না খংনৈ। মহাক্না মখুৎতা তা পায় হুইথৌ লাবা অমা পু অমম্বদা লান তাবা হায়বা মওং অমা মফমশিং অদুগী অশৈবশিংগী নোংঙানবগী শৈশক্কুগী মমি অদুম মতায়।

শন্না 'কুরু' শিদবা শিদবী নীংবা মখোয়গী মরোল মথা কয়া লৈবাক অসিদা অদুম মতাহৌবনি। ঐখোয়গী য়ুগ খায়বদা কোনচক, লাংবচক হায়না হায়রিবা অসিমক 'কো' নীংবা য়ুগ, 'লং' নীংবা য়ুগ হায়বনি। মালেমগী বীজ লংদগী লাংবা অদুম লাকপনি। য়ুগ অনিসিগী মমিং অসিমক্কসু মখোয়না পোইরকপা ক্রোসাসকী কৃষ্টিগী মপূং ওইবা শরুক অদুম তাহৌরবা লৈবাকনি ঐখোয়গী মণিপুর।

লাংবচক্কী মতুংদা লাকখি খুনুংচক 'খঙ' নিংবা য়ুগ হায়বনি হায়বদি অতিয়া গুরুশিদবা নীংবা য়ুগ হায়বনি। মতাং অসিদা লাইগী য়ুগ হায়বদো লোইরে খঙঙু মৈতৈগী পুয়ানা, মৈতৈ লাইরোন্ননা। অতিয়াগুরুশিদবা নীংবা হায়বসি গুরুশিদবগা কোন্ননা লাইয়িংথৌ অপানবা অদুগা লাইয়িংথৌ অশিবসু অদুময়াওনা নীংবনি। হায়বদি হিন্দুগী গুণাবতার ত্রিমুর্ত্তি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অহুম নীংবগুম্বনি নীংবনি। মতাং অসিদা মীগা লাইগা শন্নরম্বদগী মীনদ মপূং ওইনা চৎলে। মীগী য়ুগ হৌরে হায়নৈ।

মণিপুর খুনবান লৈপাল মওং কাবক নীংথিনা তারে, অদুবু পম্থোং হাংনা পানবদি নত্তে। মাগী মাগী ফুরুপ অদুম লেপ্পনি। তমগী লমদা খুনবাল লৈপালগী মওং হৌরবা মতাংদা মপূং ওইনা পানবা লম অসি 'পূং' হায়না খংনৈ। পোইরৈ মৈতৈ পূং, লুৱাং পূং, খুমন পূং, কংলৈ পূং অসুম হায়না চৎলি।

পূং হায়না খঙনরিবা মফমসি পংয়াম য়াম্বা নত্তে। চাউপা পারবদা মাপনদনি, অতৈদি খুন ওইনা অদুম লৈবনি। পূংশিং অসিগী মনুংদা মতমগী মতুংইন্না লেপফৌবসি মঙাখন্তনি। মখোয়বু মৈতৈ পূং, অঙোম পূং, লুবাং পূং, খুমন পূং, মোইরাং পূং অসিতনি। মখোয়দি গ্রীসকী নগর রাজ্যগী মওংনি। বৃটিশকী ইতিহাসকী সপ্ত নগর রাজ্যগী লৈওং লৈতা লোনচং; লৈবাক নিংথৌ—মপান অমত্তনি। মৈতৈ পূংগী নিংথৌবু ব্রেটবাল্ডা কৌনবগুম মৈতৈ পূংগী নিংথৌ অয়াম্বা লিকলায় ইবুংঙো নিংথৌরেল কৌই। অদুবু মণিপুর তশেংনমক অপুনবা লৈবাক ওইনমক্তি মোইরাং নিংথৌ খেলৈ নূংনাঙ শিরবা তুং হায়বদি জয়সিংহনা তেখাউদগী হস্তক খুভম হঞ্জিল্লবা মতুংদা ওইবনি। মোইরাং কংলৈপূংসি ঈরাংমা হায়না খংনৈ হায়বদি ঈশিং বাংমগী মী হায়না খংনৈ। মোইরাং নিংথৌবু লৈমাবা কৌই। কেগে মোইরাং খুম্বক খুনখা তুনা পানবনা লৈকোয় মপুসু হায়না খংনৈ। তমগীদা মসিমদি কাওরোইদবনি মতম য়াম্না থেংনা থীনথনা কবো অমদি পোংনা পূং পূং হায়না পানবা অদুম মরৈবনি। কায়নথংদা অরিবা মৈতৈগী যুগতা পোং নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌগী মখা পোনখিবদগী কবোগী পূংনা কবোগী মপাংগল মুথখিবনসু মখোয় লৈহৌদবনি।

ঐখোয় মৈতৈগী কৃষ্টিদা লিন্না মফমগা মতমগা অনীগী মশক ওই। লৈসেম্লোলগী বানি, লায়িংথৌ অপানবনা নোংলমগী মপুনি, মালংগীসু ওইগে নীংলে। লোইরেল লোক্তা কো সনা পাখংব শায়োল্লগে কূল্লে। অতিয়া গুরু শিদবনা লৈনুং য়াবীরোকপূ মমা সারুচো থারক্লে। শায়োল্লে। অমুক অমরোমদনা, অতিয়া গুরু শিদবনা নাতোল ওয়রোমদা কোঞ্জন তুথোকপা পুথোক্লে। কংলাগী ফম্বালগী ওই, মাইগই মরি কারল মরি নাই, পাফল ওইনা ফৈদি কোল, মমৈ ময়ানা চিক মমৈ মকোক নাইদবা মতমগী মশকসু ওই পাক্লা শন্না তারে। কো সনা পাখংবনা মালংগীসু মপু ওইরে, মানা ইহান হানবা নিংথৌনি, নিংথৌ পুনশিবা হায়না চথলি।

নুমিত্তা লৈবা পাখংববু তাউরোইনাই কৌই। মচু তরেৎথনি। মচু তরেত্তগী শাগই (য়েক শলাই) তরেৎ লাইরেল তরেৎ পোকই। মীগা লাইগা পাদিন পীদিন্নে কোগা অস্তিগা অনীগী মচা ওাক্লি। লাইহুৎলোনগী বানি, মীনা পাশক মাশক নীংথিনা খঙলবা, মী মাসু লাইচুদে লাই মাসু মীচুদে।

পাখংবালোল পরেং অমগী বানি, নুমিত্তা লৈবা তাউরোইনাই পাখংবনা থাদা লৈবা ঈতাউরেল পাখংবা পোকএ। ঈতাউরেন্না নোংপোক খন্নাংবা পোকএ। খন্নাংবনা খয়ুম নোংপোক অরিবা পোকএ।

অমুক অমনা, হয়িচক্তা, কোঙ্গীন তুথোকপনা পাল্লে। হায়চক্তা লোঙ্গা অরিবনা পাল্লে। লাংবচক্তা লোলাং পাখংবনা পাল্লে। খুনুং চক্তনা নোংদা লাইরেল পাখংবনা পাল্লে। নোংদা লাইরেল পাখংবনি নুমিৎকী অক্লাদগী নোংলুম চীংলাইনা পুথরক লৈনুং য়াবীরোক্লা নুমিৎ ৭ কোন ফাওবনি। শকই পাখংব নোংগুল্লোল ঃ

নুমিৎকী অক্লাদগী নোংলুম পুরৈরোম্বনা ময়াদা উম, মচী অনীনা চপখাও কারোং সা, মনিংশানা মৈবা চিঙ, মমৈনা চোঙলেল খান পুথরক লৈনুং য়াবীরোক্লা চয়োলমা লাংগোল্লে হায়দবরা !

লাইরেল্লা মরূম কোকপদা লাইরেল অমা, হংকোক অমা, খারৌ অমা কোকই; হংকোক্লা কোকপদা হংকোক অমা খারৌ অমা, লাইরেল অমা কোকই; খারৌনা কোকপদা খারৌ অমা, হংকোক অমা, লাইরেল অমা য়াওই থাজনৈ।

কৈদা লৈবা খারৌবু কৌই কৈরুংবা, লম তুদা লৈবা খারৌবু কৌই লমশেল তুশেনবা, লৈপুং কোইবা খারৌবুনা কৌই তুবীরেল তানবা খারৌ। লৈপুং কোয়বা হেক থুংবদা খংদেল তেনশিল মচু ওল মঙাল তা তুবীরেল খুভম ফংই। মানা পাইববু মৈবুল পাইবা কৌই। লাইনীং পানবা নুমিত্তনা খোংনা লাউনা পাই — শঙ্গায়শেল পাইবা কৌই।

লুপা লোঙখুম ওয়দা হুকপা পাখংবগী মশক (সনা লোঙখুম মচী য়েত্তা) মঙ্গোল ফুরুপ ফুংগা শংবী তাউরোই ঈগী মশক্লি হায়না খঙগদবনি।

ইহান হানবা নিংথৌ পুনশিবনা কো সনা পাখংববু কো কায়দম কৌবা, লাইহুৎলোল অমদা লাইদা লাই থেংনরুবা মীনা মশক তাকপদা কোনা ইপানি অঞ্জিনা ইমানি, নঙসু কো অঞ্জি অনীগী মচানি, নঙনসু হেন্দে, ঐনসু তাদে, ঐনসু হেন্দে নঙনসু তাদে হায়বা ৱাদা কো অদুম কায়দনা শীজিন্নৈ। চীন লোমদা ঙাঙবা কাঙবুনা কো অদুম শীজিন্নৈ, নাতোল্লোমদা কাঙবা কাঙবুনা কোঁ, অকোঁ শীজিন্নৈ।

মণিপুর খুন শান্দুনা হৌই, খুঙ্গাউগী মতেং অপিকপা খুন্না তাংই লৈবাক পানবা হৌই। খুদমগী মশক ওইনা চীংৱাংলকী পুরৈরোম্বনা লায়িংথৌ পাখংবনা ইয়ুৱা চীংখোঙ পোইরৈতোনগী মায়োক্তা মীচঙ নেকই। লাল লোইরগা হন্দ্রে। অনী চঙদুনা পোইরৈ মৈতে ওল্লে। পাখংবা মৈদিঙু মৈতৈগী নিংথৌ ওইরে। পাখংবা পুরৈরোম্বগা মীচঙ ওইরে, ইয়ুৱা চীংখোঙ পোইরৈতোনগা ঙল্লে, লুৱাং গুরু পুনশিবগা

চঙলে, মৈতৈঙ্গুগা ওইরে, পোং নিংথৌ তরানা কংলা ফম খুৎ কল্লে। লীক্লাই ইবুংঙো নিংথৌরেল ওইরে। অতৈদি নিংথৌ, লৈকোয় মপু, লৈমাবা ওইদুনা লৈহৌরে। শন্না, গ্রীসকী সিটি ষ্টেট, বৃটেনগী হেপ্টাকীদৌনা পাল্লম্বনি। গ্রীসদা এথেন্সসগা, স্পার্টা, মফম অনীনা, বৃটেন্দা নোর্দম্ব্রিয়া, মাচিয়া, ৱায়েনেক্স মফম অহুম্না হকনা লৈবগুম মণিপুরদনা অঙোমপূং, পোইরৈ মৈতৈপূং (কংলৈপূং, লৱাংপূং, মোইরাং লৈকোয়পূং, খুমনপূং মঙানা হক্লা তাই।

নিপা নুপী অনী পুম্নো — য়ুম ওইরে, য়ুম্না পোক্লে খুন, খুন্না পোক্লে লৈবাক। লৈবাক্কী খোইরাশিংদা মতীক মগুণ লৈবা অমা ময়াম্না খল্লে লুচিংবা কৌরে নিংথৌ। নিংথৌ মাগী লমজিং মখাদা পাল্লে লৈবাক। লৈবাক্কী মীথিৎ শাগৈ শলাইশিংনা অদুম ওইরে—লমতুপ লমতুপ খুদিং অদুম পোক্লে নগর রাজ্য অসিনি মীওইবগী রাজনীতিগী খোঙ ফমদা অহানবা। তাকই অসুম্না অরিষ্ঠ মুনি (Aristotle) মৈতৈগীদি ভৌগলিক অবস্থাগা করিগা পুনখিবনা অপুনবা মণিপুর অসি খঙপোক পোকখিদে। আঃ কায়নথংদা জয় সিংহনা তেখাওদগী হল্লক্লবা তুং মোইরাং নিংথৌ খৈল্লে নুংনাং তেলহৈবনা কবোদগী থোরকপদা খারৌ লৌবুক্তা বীরগতি তানখ্রবা তুং গ্রীসকী নগর রাজ্যশিংগী Unification থোকখিবগুম মৈত্রবাক্কী নগর রাজ্যশিংগীসু Unification লাকপনি।

থায়নঙৈ মৈত্রবাক অসি ইখা ঈরোল চন্দুনা লৈবগী ৱাফম অমা মথক্কী মতাং অমদা পনখ্রে; অদুনা লৈবাক অসি ঈশিংনা ঈৱাইদুনা লৈবনি। মোইরাংবু ঈৱাংমা (ঈশিং ৱাংমগী মী) হায়না চৎলি। খোঙলম্বীসি ফদিবী লমশাং হায়না খংনবা ৱাংবী (ঈশিংগী মথক্তা লৈবা লম্বী) অমত্তংদনা লৈবাক্কী হাইরে ওইনা লৈরম্বনি। লম্বী অসিমকসু চৎপদা পংকোম কোম্ববু নত্তে। নোংপোক্কী লমলাই চলৌগী লমখৈদগী নাপেৎ পল্লি হায়না হৌরকপনি। মদুনা চরাংপাৎ তারক্লগা ৱাংবন পল্লি হায়না কৌদুনা লাক অদুনা মদুদগী হায়গৎলক্তুনা ইরোম মৈজাও তারক্লগা অমুক চুমদ্রিং তারক্লগা খোরিফাবা চীং লাল্লকপনি খোরিফাবা চীংদগীদি চীংদা অদুম চৎপনা মোইরাংগী ঙাংখ লৱাইদা তারুবনি। মসিনা শন্নবসিনা লোইরে। অদুনা অয়াম্বা হিনা মচৎনবনা থংবনি। নোংপোক চীংখোংদগী তুরেল অচৌবা হায়না খংনবা তুচৌ অসি ফাওবা ঈঙৌ ঙাক্তা চেল্লি। নম্বুন তুরেলদগী (নম্বং) খাগী চীংখোঙ পরেং অসি ঈমু ঙাক্তা অদুনা ঈশিংগী মচু য়েংদুনা লৈবাক অসি ঈঙৌ ঈমু হায়না খায়। অদুনা লৈবাক নিংথৌগী হিয়াংগুম্বা, কাংজেগুম্বা শান্নরকপা মতমদা ঈঙৌ

ঈমু তান্নগদৌরি শান্নগদৌরি হায়বদি পানা নত্তনা শান্নগদৌরে হায়বা খংই অবস্থা অসিনা মোইরাংবু লোইকন হায়না খংনৈ। অদুনা মতমদা মমিং অদুম চথখিবনা অপুনবা লৈবাক ওইনা থোকখিবনি। মসিমকনা অপুনবা মণিপুর ওইবদা অপনবা থোকখিবনি।

মৈত্রবাক্কী নগর রাজ্যশিংদা মপুং ওইবা খরগী মরম খংবনা চুমই; হায়রিবা লমদমশিং অসি গ্রীসদা নগর রাজ্যনা থল্লবসু স্পার্টা, এথেন্সনা ৱারী ৱাখোং অদুম মপুং ওইনা চৎপগুম মৈতৈ লৈবাক্তসু অদুম মপুং ওইবনি। লৈবাকসিগী খুন্দা অহানবা পরেংদা চেংলৈনা ইহান হাল্লি, মখোয়সে এলহৌ খুন্দা অহানবশিংদা খ্বায়দগী চাওখৎপদৌনা চথলি। মখোয় নুপা নুপী শীনফম য়েন্নবা থৌগায় পুন্নমক য়েংঙুবদা মতম অদুগীদি ফন নীংথিবা কাংলুপনি, মখোয় মশামক্তা হেলা জাতিনা (গ্রীক) মখোয়গী ৱাংমগী ফুরুপশিংবু বারবারিয়ান কৌরম্বগুম মখোয় চেংলৈনা চেংলৈ নত্তনা ফুরুপশিংবু হাউং কৌই। হাউং হায়বদি মীতম্বাল—মীগী মওংতা মানবা হায়বনি। মখোয়গী লুচিংবা খোইরাদি নিংথৌ কাংবা হায়না খংনৈ। মখোয়না কংলাগী লমখৈদা হান্না পাল্লি, মতুংদা নোংপোক লমখৈ ঈরিবুং মশাংনা চিংবা লমখৈশিংবু চেংলৈ ঈরিনবুং হায়না খংনৈ। অয়াম্বা ৱাখ-নচিংবা খুলশিং অসি মখোয় হৌরকপা লমগী মমিং ঙাক্লি। মখোয়গী অহানবা খুন্দাফম কংলাগী লমখৈ হায়রিবসি অৱাংদা কোংবা তুরেলগী তুথেক (খোমিদোক্কী ময়া) অদুগা মখাদা ৱাক্রম পম্বোং হায়বদি পুরাণা রাজবাড়ীগী লম নোংপোক্তা কোংব তুরেন, নোংচুপতা কংলৈ পুংগী কংলা অসিবু খংনৈ। ঈশিংনা কংথরকপা মতুং ইন ঈরিনবুংগী লমখৈশিংদা অসুম অসুম শন্দোকখিবনি। মদুদগী মৈতৈগা হিন্দুগা শন্নরকপসি পৌরাণিক যুগতনি হায়বা মথক্কী মতাং অমদা য়াওখ্রে। মখোয়সি হিন্দুনি, মখোয়গী পুকোক্কী মীংখৈদি খগরাজ কৌই। খগরাজগী মচানিপানা অমুরাজ কৌই, অমুরাজ হায়বদি চমুরাৎ সেনাপতি কৌই, মথংদা লাকপনা চেকরাজ কৌই, চেকরাজ হায়বদি একরাট হায়বনি, একরাট হায়বদি নিংথৌরেল হায়বনি। মখোয়সি মান জাতিবু জয় তৌদুনা মখোয়গী মথক্তা পানবনি। মাঙাং (মান আং) হায়বদি মান জাতিগী নিংথৌ হায়না চথলি। মান জাতি অসিনা মৈত্রবাক্তা পাল্লম্বসি অসামগী নিংথৌ ভাস্কর বর্ম্ম শশাঙ্কগী মথক্তা হর্ষবর্দ্ধননা লানদারুবা য়াওরুবদগী হায়রিবা নিংথৌরেল অসিদা পাউম্বদা অদুম খংনৈ।

মৈত্রবাক্কী অফাওবা গুরু পুন্সিব অহুমগী অহানবা হায়বদি মকোক গুরু মঙাংগুরু পুন্সিবা অসিমক মখোয় মঙাং জাতিগী মীরোল তরামুক্কী অদুৱাইদা লৈবা

মীশক মক্নি। মখোয় মঙাং জাতি অসিবু চীংবাংলক্কী পুরেরোম্বনা তকখোক্লুনা পোইরৈ মৈতে লমদম মুলহৌবনি। লুবাং শাগেনা মখোয়বু কোনশিনখিবনি। লুবাংগী হায়বদি শাঙ্ শাগেগী য়ুংদোবোন্দা মখোয়গী লীখোঙ নীংথিজনা অদুম মতাকলিবনি। মখোয় মৈতে জাতিবু পোইরৈ মৈতে হায়না কৌরুরিবসি ময়ুম নত্তনা খুন্দাংদুনা লৈরবনি হায়বদগী পোইরৈ হায়বদি পোইরকপা হায়না খংনবদনি। লুবাংনা কোনশিনখিবনা মঙাং জাতিবু মুৎলবা শাগে অদুম মচল্লি।

মঙাং জাতিবু কোনশিল্লিবা লুবাং ফুরুপ অসিদি শাঙ ফুরুপনি হায়বদি তিবতিনি। মখোয়গীদি লুবাং হায়বসি ঋষি হায়বনি। লুবাং title অসি মখোয় মীপুম অহুমদা মফংবনি। ইখোয়গী পুকোক লুবাং খুনথীবা লাইনীংহল হায়না ফাওবা অদু অমা, লুবাংগুরু পুনশিবা অমা গুরুপুনশিবগী ঈ খুমনদা চংখিবা অমা — (মখোয় অহুম অসিদমক ওইনা তৌই) মখোয়গী ফুরুপকী ঈ লাইগী ফুরুপ ওইনা চৎপনা শাঙ হায়না খংখিবনি। অদুনা মানস সরোবরদগী ব্রহ্মপুত্রনা ভারতকী ক্ষেত্রদা চঙঙকপদা মানপু হায়না চঙঙকখিবনি। মঙাংবু পোইরৈ মৈতে হায়রিবসি মৈত্রেয়গী Corruption নি (অপভ্রংশ)। মৈত্রেয় হায়বদি নুমিৎ নীংবা হায়বনি। অঙোমনা আঙ্ ময়ুম হায়বনি। নিংথৌ ফুঙ্গাবু নিংথেম (নিংথৌ ময়ুম) অদুন্না আঙ্ ময়ুম্বু অঙোম হায়খিবনি। আঙোমনা চেংলৈগী মশা—মখোয় মচীন মনাও ঙানবা খমদিংগোলগা খাবা লৈরোলখৈগা মচীন অনাও অনীদা ঙানববু ইম্ফাল তুরেলগী ঈখায় চামিন্নবদগী খৎনরক্লুনা হাৎখিবদগী খাবা লৈরোনখৈনা ময়াম্বগী ফুঙ্গা চুপশিনখি। অদুনা পুনশিন্দুনা খাবা ঙানবা হায়না শাগে অমতা ওইনা লেপখি। অদুগুম শরাংথেম, লৈশাংথেম নিংথৌ ফুঙ্গানিনা পুনশিন্দুনা শরাং লৈশাংথেম, হাওরোক কোনথৌজম ফুঙ্গা অনীসু ফুঙ্গা অমত্ত ওইন লেপ চেংলৈগী লেপখি।

মৈতে ঐখোয়গী নিংথৌজা শলাই অসি অঙোমনা ঈবা চীংখোং পোইরৈতোন খুনথোরকই তাবদা মখোয় নিংথৌজাশিংবু মখোয়দি পোং-নি, পুথরকপনি, কৌথরুবনি। পোইরৈতোনগা লুবাং গুরু পুনশিবগা নিংথৌজা শলাইগী নিংথৌ নোংদা লাইরেল পাখংবদা চীংখোঙ পোইরৈতোনগা লুবাং গুরু পুন্সিবগা অনীনা চংজরবা তুং পোইরৈ মৈতৈবু ঙমদুনা লৈথবদগী মখোয় নিংথৌজানা খ্বায়দগী অথোয়বা নিংথৌ ওইখি। পাখংবগী নিংথৌ পোংব তরানা মতেং পীনৈ হায়না শৈশকনৈ। অদুনা মৈতৈ নিংথৌ নোংদা লাইরেল পাখংববু মৈতৈ ঙম্মী মৈতেংঙু—মৈদিংঙু মীংখোল পীখি। মখোয় পোং হায়বদি মীওতায় ওইবসু নুমিৎ নীংবদগী

মৈতৈগা ত্রিঅশিন্নখিদুনা মৈতৈগী মীংথোল মৈতৈ অমদি মঙাং অনী অসি লৌশিনখি। অদুনা মখোয় অসি পোইরে মৈতৈগী মীংথোল মৈতৈ, মঙাং মখোয়গী ওইশিনখি। মরমদি মীও তায়দি নুমিৎপু চীং-হি হায়না নীংই। অদুনা নোংদা লাইরেল পাখংবনা সনা ফম্বাল কাবদা অচী-অহিং-চি হায়না নুমিৎপু খূরুমদুনা কাখি। অদুনা নোংদা লাইরেল পাখংবদি নুমিৎতগী তারকপা লাইরেল লাই জাতিগী নিংথৌ পাখংবা হায়বদি নাহাদা ইওইদা ওইনা লৈবা অদুগুম্বা মীংথোল অসিনা মাগী ফম্বাল মীংছল (Throne Epithat) ওইনখি।

মৈতৈগী মাইচৌশিংনা (গুরু) পুকোক পুকোকশিংগী মীংথোলদা ফাওরকফম মশক ময়েক্রুচিংবা শম্না লোইনা হৈনা মীখ্বেদা য়েক য়েকতুনা তাকলম্মী। পাখংবগী ফম্বাল মীংছলনা পাখংবগী মশক ময়েক লোইনা তাকই।

অবাং ফাৎলৌ লাইমকোল, মীরা নমু পোংথোকলম, হনজিং চীংমৈ ইন্না খুন্দারকপা নোংদা লাইরেল পাখংবা হায়রিবা মীংথোল অসিদা পীরিবসিগী অর্থ হায়ফেৎ য়েংবদা পাখংবগী মশক অদুম মতাক্কনি। অবাংগী অকোকপা লম, লাইশিংগী লৈফম, নম-মু-পোংনচিংবা মীশিং থোরকপা মরম হঞ্জিং হান্নগী গোবী মরুভূমিগী লমখৈদা লৈবচিং স্তানোভয়গী চীংলম মতুং ইন খুনদারকপা নোংদা নুমিৎকী নোংলমদগী পোকপা লাইরেল লাইগী নিংথৌ পাখংবা — নহাদা ঈবোয় ওইরিবা মহাক অসি উত্তরা কুরু প্রদেশ (সাইবেরিয়া) দগী হৌরকতুনা গোবি মরুভূমিগী নোংপোক লমখৈদা লৈবা চীংগী মথং মথং লাকখিবা পোং জাতিগী ফূরুপ অমগী নিংথৌনি হায়বা অদুম মতাকই। অসুন্না ঈউবা চীংখোঙ পোইরৈতোনসু চীন লৈবাক্কী ঈউবা ফূরুপকী নিংথৌগী মচা মশু ওইবা পোইরকপদা হায়বদি খুনথোরকপদা খ্বায়দগী ইকোন কোম্বা মীশক্তি হায়ব উৎতুনা মহাক্কী মীংথোল অসি থোল্লম্বনি। হায়রিবা ঈউবা শাগৈ অসি চৌ নিংথৌ ফুঙ্গাগী ঈউ-এ শাগৈদা পোকপনি হায়বা অদুম মতাকই। হান্না লৈরম্বা নিংথৌশিংনা নোংদা লাইরেল পাখংবগী শেগাদা মথং মথং চৎনরকপনা মখা থংবা নিংথৌ ওইনা নিংথৌখুভমদি মুংতন্না লুয়াং নিংথৌ, মোইরাংনিংথৌ, অঙোম নিংথৌ, খুমন নিংথৌ মলৈবনি। অদুনা মৈতৈ নিংথৌবু লিকলায় ইবুংঙো নিংথৌরেল হায়না চৎনরিবসিনি। অঙোম, খাঙম, শরাংথেম, মোইরাংথেম অসিনচিংবা পুন্নমক অসি নিংথৌ ফুঙ্গানি হায়বা অদুম মতাকই। অঙোম ফূরুপ অম্বু নোংমাই নিংথৌ কাইনোম চিংশৌ অয়দগী মোইরাংথেম চীংশোম হায়না খংনরিবসিনি। মপুং ওইবা খরসি উৎলগা শাংমনখিনি হায়বদগী

মতাং অসিদা অদুম মলেপলে। অদুনা অপূনবা মণিপুরগী নগর রাজ্য পুন্নমক্তি মূৎপদি থোকতে। মখোয় তরেৎতি ব্রিটেনগী হেপতারকী সপ্ত রাজ্যগী হৌজিকমকসু মৈতৈগী চৎনবীনা কনখিদুনা খুমন, মোইরাংনচিংবা লৈরিবসিদি অদুম মরৈরিবসিনি। অদুগা মসিমদংদি ৱারোই ওইনা নীংশিবা য়াই। অঙোমবু নোংপোক্তা পানবা নিংথৌ শাগৈনি হায়দুনা নোংবাল হায়বদি ঈঙৌ লমদা পাল্লি হায়দুনা ঈঙৌপানবা কৌনৈ। লুৱাংবু মনুংচন্না পাল্লি হায়দুনা নুংবাল কৌনৈ, মোইরাং নিংথৌবু ঈশিং ৱাংমদা, পাল্লি হায়দুনা ঈৱাংমা, ঈৱাংমা, মোইরাং লৈকোয় পুংগী মপুনি লৈমাবা মোইরাং লৈকোয় মপু, অঙাংবা শাগৈনি হায়দুনা ঙাঙোয় কৌনৈ। মতাং অসিদা ৱাফম অমা নীংশিংবা য়াই— পোইরৈতোনবু ঈৱা-পোইরৈতোন, মোইরাং শাগৈবু মরিয়া ফম্বালচা হায়না খংনৈ। হৌজিকমকসু মোরি শাগৈ লৈরি। মখোয়সে মৌরিয়বংশগী অপভ্রংশনি মখোয় কবোগী রাজবেননা (yasban) সনা পুয়ানা মিথিলা মচানি হায়রিবদুনি। মখোয়গী নিংথৌ ফুঙ্গা অনীদা মোরিলুমেঁ, ক্ষমালুমেঁ হায়বা শাগৈ অনি চৎলিবসিনি। অফাওবা অলম্পায়া (alampaya) মোরিলুমেঁনি। ❑

*('য়াচঙ্ শৈরোল খম্মিন তেংথা' - ১৯৯৫ দগী লৌথোকপা।)*

# চিন্তামণি

অযোধ্যা ঙসিদি উত্তরপ্রদেশকী পীক্লবা সহর অমনি। থায়নঙৈদদি অচৌবা কোনুং ওইরম্মী। কোনুং অদুদা শাগে অমা কুইনা পানখি। সূর্য্যগী ধারানি হায়দুনা সূর্য্য-বংশ কৌই। বংশ অসী সত্যগী মনাইনি। সত্যগীদমক্ত অৱাবা মৈনংনবদা নাচুংবা লৈত্রবা নিংথৌ ঙাক্ত পোকই। অমদি সত্য-হরিশ্চন্দ্রনি।

হৰিশ্চন্দ্র মহারাজ নোংমা মৃগয়া লেঙথোকই। লমদাংনে বিশ্ব মিত্রগী তপোবন্দ তারুরে। নুংশা হাইগৎলকপগী চাকপগা শজি-শঙাই তান্নরুবগী ৱাবগা ঙহাক পোত্থানীংদুনা তপোবন মনুংদা লেঙশিল্লি। মফম নুঙাইবা অমা য়েংদুনা পোত্থাগেদা তৌবিঙৈদা 'মঙ্গল ওইসি রাজন্!' হায়বা খোঞ্জেন অমগা ইরোয়ননা মঙানগী মশক ওইবী নুপী অহুম চোংথোক্লক্লে। নিংথৌগী মৰা ঙাইদনা 'ইমাখোয় বিদ্যা অহুম্নি। বিশ্বামিত্রনা তপস্যাগী পৱৈ থাদুনা ইমাখোয়বু ফাবিরে, ইনীং তমজবা ঙমদ্রে। বৎস হরিশ্চন্দ্র, নহাক্তি ধর্ম্ম চৎপা নিংথৌনি। চুম্নদা চৎপা নত্তে খঁঙি, ধর্মগী মশক্মক্লি। নহাক্ত নশাগী ধর্ম্মদা ইমাখোয়গী মঙ্গল ঙাববদি ইমাখোয় শোযদনা নাম্থোকপা ঙমগনি। তাত, নহাক্ত ঙসি লাক্লিঙৈসিদা ইমাখোয়বু থাদোক্লম্মু।' হায়বকই।

হরিশ্চন্দ্র ধর্ম্ম চৎপ নিংথৌনি। চুম্নদা চৎপ নত্তে, কদাইদা অমদি কবিদা শৈম্ফে অমত্তং শোয়খিগদগে য়েংনে চৎপ থম্মোয়নি। চৎফম থোকপা ধর্ম্মগীদমক অৱাফম পুন্নমক কোকথোংনগনি চীংবা পুকচেন্নি। চঙজবা কনবা ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মনি। মঙোন্দা চঙজরকপশিংনে করি মায়খুকনঙাই লৈ। বিদ্যা অহুম কল্লুবদা বিশ্বামিত্রদা লঙবা থোক্কনি খঙন খঙনা 'ঐনা নিংথৌগী ধর্ম্ম শৈম্ফে অমা কান্দনা চৎলক্লবা, ভগবন্, পীনবিসি মুক্তি মাতৃ অহুমগী' কৌরক্লে ভগবান সত্য-হরিশ্চন্দ্র।

ধর্ম্মসু ভগবান্নি, তপস্যাসু ভগবান্নি। হরিশ্চন্দ্রগী ধর্ম্মনা বিশ্বামিত্রগী তপস্যাগী পৱৈ হল্লে ঃ বিদ্যা অহুম অৱাফম কোক্লে; নিংথৌবু মঙ্গল তৌরম্লগা নুমিৎকী মঙান্দা তিনখরে।

সনানা মগুণ লৈরুবদগী কোম্নং-মৈফম মৈনংনৈ। হরিশ্চন্দ্র মগুণ লৈবা নিংথৌনি। চাংয়েং-মৈফম মৈনংনদনিঙাই করি লৈ! বিশ্বামিত্র বিদ্যা অহুম উদবদা

ঙহাক ঙকই। যোগনা য়েঁঙকপদা থাদোকপা মীশক খঙলে। শাউবনা মৈ থোক্লে। পম্বুবা তৌদনা অযোধ্যা কোনুং তম্ন ফুথরক্লে, য়ৌরে। নিংথৌনা কৎপ অর্ঘ্য লৌনা লৌনা 'রাজন্, চঙজবা কনবা ধর্ম্মনা ত্রিবিদ্যা থাদোক্লে, নিজবা পীবা ধর্ম্মনা নঙ্গী লৈবাক ঐঙোন্দা দান তৌসিদনা' হায়রকই শংত্রিক য়েংদুনা বিশ্বামিত্র। নিংথৌ মুনিগী মবুক উরে। ধর্ম্ম ওইবা ভগবান নীংসং দান তৌগে য়ারে। অঙম-অথৌ, রাজ পুরোহতনচিংবা পুন্নমক্না খাম্ব পুম্ব সুপ্নম নম সংকল্প তৌদুনা দান তৌরে।

বিশ্বামিত্র শাপ তৌগে লাকপনি। অচেংব ফংননবা মীনা নিনবা হৌনদবা দান নিবনি। অদুবু ধর্ম্মদা অধর্ম্মনা মায়খুফম থোকপনা মমায় খুরে। চৈফম খংদরে। অমরোমদনা নিংথৌগী দাননা মহাক্কী খোয়দৌদা লাইরেল মখোয়দা তৌ থাবগুম তীং শোক্ল য়ৈরক্লে। অচাকপা মৈদা ঘী হৈরে। মমাঙহল্লগে নীংলদুনা অচেংব অমা অমুক য়েংখৎলক্লে। "অঙকপনি নংগী ধর্ম্ম রাজন্! সূর্য্য-বংশদদা থোকপা ধর্ম্মনি। দান অমা তৌরবদি দক্ষিণানা লোইশিনফম থোকই হায়বা খ্বাইনা খঙনরিবদুমঙাই। হৌজিক্তি লোইশিন্নবা তৌরসি; অদুগা অসীমগা নীংসংবিসি, রাজন্, রাজ্যদি দান তৌথোক্লবনিনা সনা হকচাংদা পকপা পুন্নমক ফাওবা য়াওরবনি। নচা ইবুঁঙো অমদি লৈমগী মরমদসু অদু মঙাই। খাংজেৎ খাংজেত্তদি মমন হল্লগা কোন্নবিখিবা য়াগনি।" হায়থরক্লে মুনি। "চুম্মি মুনিদেব, দক্ষিণাগী ৰাখল তৌহৌদবনা শোয়রে। ঙসিদগী তরেৎনিদদি ঙাইবিগনি" হায়না হায়না নিংথৌগী সম্পোৎ পুন্নমক থারে। "সত্যগী মনাই ওইবা সূর্য্যবংশনি। বংশগী মর্য্যাদা কায়দনবা তৌবিসি রাজন্!" হায়না নিংথৌবু বিদায় তৌরে মুনিশু।

নিংথৌ লৈমা চিন্তামণিগা মচা ইবুঁঙো অঙাং ওইরিবা রোহিতাশ্বগা অনী কৌথোক্লে; ঙহাক্কী মনুংদ থোকখিবা থৌওং পুন্নমক তম্লে। "নিংথৌগী থৌগাই লৈমা ওইনা য়াজরক্লবী চিন্তামণিবু ঙসি লম্বীগী চাক্নিবগী থৌগাই চাক্নিবী ওইনা পুজবা পীনৌ স্বামিন্! নুপী ওইবীগী নীংথিবা সহধর্ম্মিণী মিংথোল মুৎহনবিগনু।" হায়না হায়না লৈমগী সম্পোৎ পুন্নমক থারে; মচা ইবুঁঙোগী পুন্নমকসু লৌথোক্লে। খাংজেৎ অমমমদগা নিংথৌগী থৌগল তৌরক্লে অৱা-অনঙ্গী খোঙফমদা মচা ইবুঁঙো থাদা কোন লৈমা চিন্তামণি।

অঙকপনি সংসার, ঙহাক্কী মমাংদা সনা টাংবল লাঁঙস্ব হরিশচন্দ্র, টাংবল নাপ্প য়ারম্বী চিন্তামণি, সনাগী মথক্ত তম্ফা থিনবগুম য়োক্লকপা রোহিতাশ্ব অনীশুবা ফি

য়াওদনা চৎলক্রে নগরগী পম্থ লান্দুনা বনগী লমদম। চাবা লৈতে, থকপা তৌদে, হিপ্ল নাইদে তৃম্ব খঙদে বারানসীগী খোঙফম তাল্লক্রে।

বারানসী য়ৌরে। লৈম নিংথৌ অনীনা কোয়জেন চেন্দুনা শেল থোকফম য়েংলক্রে। অমত্ত ফংখিদরে। নুমিত্তি নোংম নোংমগী হৌজিনখিবনা লৈরক্রে। দক্ষিণা শোয়রবদা হরিশ্চন্দ্র সত্য কায়বা তারি। সত্য কায়বগী পাপতি মশানা তাজবনি। সূর্য্যবংশ চিংথবা তারি। "ঐগীদি নুমিৎ থানা মুৎত্রিমখৈ নরক্ত তারবসু লায়, সূর্য্যবংশগী মিংচত্তি ইহাকথৎদগী মাঙহৌবা তারেদকো ভগবন্"! ধর্ম্ম ওইবা ভগবান কৌরক্রে বাবগী পন্দোগ্লোম্লবা হরিশ্চন্দ্র।

মপুরোইবগী অবাবা উবদা মথম্মোই পুঙমদরে চিন্তামণি। ধর্মগী দমক্ত অবাবা মৈনংনরবা মপুরোইববু করি করম মৈকনগদগে খল্লক্রে লুরুক্লনা সতী। চিন্তামণি ধর্ম্ম চৎপী নুপীনি। ধর্ম্মগী খোঙফমদা মপুরোইবগী থৌগাই নাকপাক য়াবনা নুপীগী অথোইবা ধর্ম্মনি খঙবী নুজানি। খঙবদা নত্তনা মফম, মতম, মরম পুন্নমক্ত য়ারক্লবী মহাক্কি। মহাক্ক পুন্সি খোঙলোয়নরিবা হরিশ্চন্দ্রনা করি ধর্ম্ম ঙাকপা ঙমদফম লৈ! "করি অদুক বাবিরুরি স্বামিন্! দক্ষিণা করিগী লৈরোইদগে? নুপী মপুরোইবগী মরল্লি। য়োনবিসি চিন্তামণি; অশিৎপা শেন্ন দান-ধর্ম্ম লোইশিন্নবিসি। ইপুরোইবা লৈবা ওইবনা ইশানা ইশাদি য়োনবা য়ারোইদৌরে। নীংজিংনবিগনুসি স্বামিন্, ইপুরোইবগী ধর্মগী দমক চিন্তামণিগী দেহ য়োনবিসি।" হঙ্গৎলক্রে মপুরোইবদা সতী।

চিন্তামণি য়োল্লে। নিংথৌগী মচানুপী চিন্তামণি মীনাই ওইরে। সূর্য্য-বংশগী মৌ, হরিশ্চন্দ্র মহারাজগী লৈমা চিন্তামণি ধর্ম্মগী খোঙফমদা মৈনংনরবা মপুরোইববু মৈকল্লবদা নাইফম চঙলে।

ওইখি অসূম লৈমা চিন্তামণি মপুরোইবগী ধর্ম্ম নাকপাক য়াবদা

**নাই শৈব্যা।**

পীখি মায়রোং ভারত-লৈমরোনগী
হাপখি নাপল নুপী শাগৈগী। ❑

*('ভারত-চনু', লারোন অহুমশুবা -১৯৫২ দগী লৌথোকপা।)*

# অনুপ্রভু

যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজস্যহম্।

ভগবদগীতা (অধ্যায় ৪ শ্লোক ১১)

ভগবান ভক্তিগী মখা পোল্লি, চৎপি ভক্তগী অপাম মতুংইন্ন। ইতিহাস শূবশিংগী মত মতুংইন্না অঙনবা খৃষ্টগী শতাব্দী পরেংগী মতাং অমগী ৱানি। দক্ষিনাত্যগী শ্রীরঙ্গরদা রঙ্গনাথজীগী অঙকপা প্রেমলীলা অমা পোকখি। কৃতমালা তুরেল মপান্দা পেরি আড়বারগী ইমুংদা নুপীমচা অমা পোকই — অগুাল কৌই। অঙাং ওইনা রঙ্গনাথ তৌঙৈ, যোগশিদ্ধিগী লাকপগুম তৌবরা, মপুরোইবনি লেপখি। পুংগক চাউরক মশা খিত্তুং পুবা ঙমলকপদগী হৌনা রঙ্গনাথদা হৈ-লৈ থিদুনা কৎপা হৌখি। নোংঙাল্লমদাই নুমিৎ খুদিং লৈকাই মমান্নবা হৌরগা মঙ্গলারতি হেক হেক য়াওই। মপা পেরিনগা আড়বারনিনা মচানা লাইগী সেবাদা মবুক্লিং থম্বা, মথৱায় য়াওবা উবদা ইপেন পেঞ্জখি। লুহোংবগী চহি মতাং য়ৌবদা অগুালগী মতৌ মৱাদা মপানা মাবু থাজবা ঙমখিদে-থাজখিদে। অদুগা, অমরোমদনা, রঙ্গনাথজী অগুালগী প্রেমনা নোংমা নোংমগী অসুম অসুম পুনশিল্লক জাগ্রৎ ওইখি। পূজারীদা অগুাল হায়নবা হায়খি, চাউনা লুহোংখি। অগুালদেবী মখুৎনা ইবুংঙোগী সেবা তৌখি। শিরবদা মহাক্কী বিগ্রহ (মূর্ত্তি) রঙ্গনাথকী মন্দিরদা লাৎখি, লাৎলি হৌজিকসু অদুম।

তরা তরুকশুবা শতাব্দীগী চৈগোক্তা শানৈ অমুক ভগবান মহাক্কী অঙকপা লীলা। হন্দক্তি রাজস্থান্দনি। যোধপুরগী মেঙ্তা তালুক্কী কুড়কী গ্রামদনি। মীরাবাই রঠোর চনুনি। দুদাজীগী মচা রতনসিংহনা পোকপনি। প্রতিমা অমা গিরিধরলাল, মপুরোইবা ওইনা অঙাং পিশক ওইরিঙৈদগী লাৎলি। মহাক্কী প্রেমনা ভগবান জাগ্রৎ ওই। মহাক্কী গুণনা শুম মপুরোইবা রানা ফাও গিরিধর লালগী সেবাগী লম্বী শেমখি। মহাক্কী ভজন অমদি পদাবলি ঙসি ভুভারতনা শরুরিবসিনি।

তরা নীপালশুবা শতাব্দীদদি শান্নরে ভগবান ঐখোয়গী মণিপুরদা মহাক্কী প্রেমলীলা মহারাজ জয়সিংহ রাজর্ষিনি, ভক্ত ওইনা পোকপনি। মহাক্কী ভক্তিনা পুন ভগবান শীনখি দর্শন। তেখাউদনি, রাজেশ্বর স্বর্গদেবগীদা লাল থৈরিঙেদনি।

হঞ্জিল্লে খুভম থুনমক মহারাজ। লৈবাক্কা থীনা কায়রুবনা সেমজিন সাজিনবদা চঙখরে চহী খর। খুদোং থিত্তুং হেক ফংবদা গোবিন্দ নিরূপনগী থৌরাং হৌখি। খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬ কী হিয়াঙ্গৈ ১২ নি পানবা ইরাই নুমিৎতা গোবিন্দ নিরূপন হৌই। বিষ্ণুপুরদনি। খৃষ্টাব্দ ১৭৭৯ গী পোইনুগী ১১ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা কাঞ্চীপুর রাসমণ্ডলদা অভিষেক তৌই। নুমিৎ মঙানি রাস কৎলি। রাসদা মহারাণী হরিমতীনা মকোক চিংঙি মচাইবেম্মা লক্ষ্মীপ্রিয়ানা রাসেশ্বরীগী ভুমিকাদা কুম্মি।

রাসেশ্বরীগী প্রতিমা অভিষেক নংখিদে। ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব মযামগী মত মতুংইন্না মচা ইবেম্মা লক্ষ্মীপ্রিয়ানা মহুৎ লাকখি। তমখি তুংইন অনৌবা মিংহুন। রাসেশ্বরীগী বিম্বনি মমিনি থোনখি বিম্বাবতি তমখি অদুগুম মহারাজগীসু অনৌবা মিংহুন। গোবিন্দগী সেবা ফংবা, সেবা চৎপা য়াইফবা নিংথৌনি তোনখি ভাগ্যচন্দ্র, চৎসু চৎখি মিংথোল অসিনা খোইখোইনা অদুম।

বিম্বাবতী মপাবুং মহারাজনা ভগবদসিদ্ধ ওইরবা মতুংদা লাকপনি। মশাগী চহীনা নীপাল হায়রকপা, গৌরীগী থাক্তা মখোঙ নাম হেক থারকপা মতমদনি মহাক্কা রাসেশ্বরী শক্কা অভিষেক য়াওখিবা। মপাবুং মহাবাজগী প্রেমভক্তি লোইনা পূরকপননি খঙদে নৎত্রে মশানা যোগসিদ্ধি লাকপননি খঙদে নাহিলক্লে গোবিন্দনা অগুাল, মীরাবাঈ নীংশিংলু শান্নগে প্রেমলীলা শীনবনি খঙদে, অভিষেক্কী মহোৎসব লোইবদগীদি মন্দিরদা অয়াম্বা মতম লেনখি, শান্নবা হৌখি শান্নবা চৎসি য়াদবা, ৱা ঙাঙবা খুমদবগীদমক শাউদুনা ৱারৌনা পাউথং পাউথং হনবনা কোঙ্গায় ওইনা তৌই হায় ফৈ চৎচবে ইবুংঙো, পাবুংদদি ৱা ঙাংবা, শামুফাও ফাবিবা, ঐঙোন্দদি মচেৎ অমফাও ঙাঙদবা। লাইকৈরুংবা পূজাবী, মন্দিব শেবক পূন্নমক্কা মচাইবেম্মা মতৌদুদা লোইনা নুঙাইনৈ।

হৌজিক্তি কঁংঙাওনবা অঙাংগী পূনশি লোইবক্লে, লৈশাবী পুংগক ফারে। শান্নসি য়াদে, ঙাঙবা খুমদে ৱারৌবা তৌখিদরে। ঈংনা মথৱায় য়াওনা গোবিন্দগী সেবাদা লুপ্তুনা লৈরে — অষ্টকাল সেবা কায়দে। শৃঙ্গাব শয়নগী সেবা মখুৎনা তৌই। ভাগবতকী গোপী গীত হেক হেক থী, নরোত্তমগী প্রার্থনা — তুমি দয়া না

**করিলে অনাথের নাথ কেনবলিবে হে — হেক হেক শকই; ফাওই বিকার — শিন্থে তৎপা লৈত পি।**

ভগবদ বিগ্রহ পূন্নমক চিদানন্দ স্বরূপনি। ভক্তগী প্রেমদা জাগ্রৎ ওইবা ভাক্তি। নীংশংবা য়াই অমনীংদং জয়দেবগী প্রেমনা জগন্নাথ, সমর্থ রামদাসকীনা বিটঠলনাথ, নরসি মেহতাগীনা দ্বারকানাথ, মাধবেন্দ্র পুরীগীনা গোপীনাথ জাগ্রৎ ওইখিবনি। অণ্ডালদেবী অমসুং মীরাবাইগী প্রেম্না গিরিধরলাল অমসুং রঙ্গনাথ জাগ্রৎ ওইখিবগী বাসু মথক্তা অদুম মপনথ্রে। ঐখোয়গীদসু মচাইবেম্মা বিম্বাবতীগী প্রেম্না ওই গোবিন্দ জাগ্রৎ। মীরাগী ভজন অমসুং একতারাগী সুরদা গিরিধরলালনা জগোই হেক হেক শাবগুম মচাইবেম্মগী সেবা অমসুং প্রেমগী ধারাদা শান্নখি হেক হেক মখল মথেলগী প্রেমলীলা ভগবান প্রেমগী মশক্তি, প্রেমতনা পুল্লি তাক্কে মতানি, মচাইবেম্মনা শৃঙ্গারগী শয়নপী সেবা লেঙশিল্লুবা লেঙথোরকপদা শান্নরুবগী খুদম কয়া উই। গোবিন্দগী কোকথোলফাও অয়ুক নোংমদি মচাইবেম্মগী খুদা কাংথোন্দা লৈরম্বা থেংনখি। চৎখি অসিনোং শীজ লাইওংবী হায়না মচাইবেম্মা বিম্বাবতী।

মণিপুরদদি রাসে কীর্ত্তন কোন্নে। গোবিন্দগী অভিষেক্তা রস রাধাভাব কীর্ত্তন্না হৌখি। কীর্ত্তন ঈশৈ মতোল ইবুঙো শ্বেতশাইনা শকই, দুহারনা মতোল ইবুঙো শ্রীধরশাইনা চৎলি। মহারাজনা পুং থোল্লি; ওজা প্রেমানন্দনা থৌগল তৌই। কীর্ত্তন মশাদি অনৌবা মওংগী ওইরবসু নিংথৌ খণ্ডদে অপাল অপিল, ব্রহ্মণ বৈষ্ণব খণ্ডদে লোইনবা পুং ঈশৈ মহারাজ গরীবনিবাজ সনা হাতক্তগী শূরুব্রবনিনা রাজর্ষিগী রাধাভাব কীর্ত্তন ফজনা থোকখি। চহীনা চৎলকপা মতুংইন্না হেন্না হেন্না নীংথিরকখি। মচাইবেম্মনা গোবিন্দদা নুপীগী কীর্ত্তণ কৎনীংখি। মপাবুং মহারাজদা হঙ্গৎলে মহারাজনা ব্রহ্মসভাগী মত হংলে। ব্রহ্মসভানা মচাইবেম্মগী অপাম্বদি শ্রীগোবিন্দমকীনি য়ারে লৈবাক নিংথৌপনগী ওজাশিংনা নুপী ওইবগী অচাবা নীংথিবা মওংদা কীর্ত্তন লিংখৎলে। গোবিন্দদা কৎলে। মচাইবেম্মদি রাসেশ্বরীগী মশক্তি রাসেশ্বরী পালা হায়না চৎখি কীর্ত্তন।

চহী নীপাল চণ্ডলকপদনি নচাইবেম্মনা রাসেশ্বরী শক শ্রীগোবিন্দগী অভিষেক শরুক য়াখিবা। অদুদগী সেবা চৎলকপনা চহী কুনমুক হায়রকপা মতমদনি মপাবুং মহারাজনা শ্রীধাম নবদ্বীপতা লেঙবা। মপাবুংগী থৌগল তৌদুনা গুপ্তবৃন্দাবন্দা রাস গৌরুরসিরা খনখি। অদুবু শ্রীগোবিন্দগী সেবাদি কায়নীংখিদে। নিখি গোবিন্দগী

নোংদম। "পেল্লে বিম্বা নঙ্গী মধুর প্রেমসেবা"। অদ্বৈত, নিতাই শাখিবগী থৈবোং মতুপ অকংবা লৈবনি। মদুনা মহাপ্রভু শাহল্লু। নবদ্বীপ্তা তুংগী লৈবাক্কী মন্দির লিংলুচো। অহল ওইরকপা পুনসিদ বাৎসল্য প্রেম চুপ্তুনা ঈংনা পাল্লুখো। নঙদি ঐগী অন্তরঙ্গা শক্তিনি। প্রেমভক্তি প্রচারগী পোকপনি" — তাকপীখি মনাইদা শ্রীগোবিন্দ।

তৌরে প্রভুগী নিরূপন। লেঙশিল্লে নবদ্বীপতা অদুবু অৱাবনি, শাক্তগী প্রভাব কনমনখিবনা নবদ্বীপচন্দ্রমক লৈনুং চল্লম্মে। মালঞ্চপাড়াদা পীতাম্বর গোস্বামীনা লোন্না সেবা চৎপা থেংনরুরে। মহাপ্রভুবু নবদ্বীপচন্দ্রগী কোমদা অনুপ্রভু কৌনা গোস্বামীনা পুন্না লোন্না সেবা চৎলে। মতম খরগী গোস্বামীদা অদুম শিন্নরম চৎলে লোইনা মুর্শিদাবাদতা শ্রীপাটক্ষেত্র দর্শনগী। ভক্তরাজর্ষি থোইনা কুইথরমদ্রে, লোইরে অদুম শ্রীপাটক্ষেত্রদা পূনশি লীলা।

ভক্ত রাজর্ষিনা হেক থুপখিবগা হল্লক্লে লোইনমক নবদ্বীপধামদা। মহারাজ কুমার চৌরজিৎ শ্রীমনমহাপ্রভু অনিগী অৱাবা ফিভমদা নুংঙাইতবা থেংখি। কৃষ্ণনগরগী মহারাজ গিরিশচন্দ্র রায় বাহাদুর উন্নখি। ফোংনা সেবা চৎপা যাখি। কোকখি অসুম অৱাবা লাঞ্জাউ অমা। খৃষ্টাব্দ ১৮১৫ দদি অনু মহাপ্রভুগী হৌজিক হৌজিকমক মন্দির লৈরিবা লম অসি মহারাজ গিরিশচন্দ্রনা কৎখি।

ভক্তগী গুননি খঙদে বিগ্রহনা জাগ্রৎ ওইবা চৎলিবা ৱারী পরেংনা অদুম মতাক্লবনি। মচাইবেম্মা বিম্বাবতীসু প্রেমভক্তিগী মশকমক্কি হায়বা অদুম মউরে। অনুপ্রভুসু শুদ্ধসত্যগী মশক ওইরবী বিম্বাগী বাৎসল্যপ্রেমনা জাগ্রাৎ অদুম ওইরে। অনুগী লমথৈনুংদনি। ভক্ত অমা মশানা বিম্বাগী ওইফম থোকপনা ওইবনি অদুম। শীজ লাইওংবীগী অমসুং অনুগী নিরূপনগী ৱারা তাবদা অনুবু মহাক্লা স্বয়ংনি থাজে, য়াম্না নীংজে। প্রেম ভগবানগী হ্লাদিনী শক্তিগী বৃত্তি অমনি খোইখোইবা। খিকই মহাক্লা তত্তনা জগত্তা প্রেম ঈরা। ভক্তি লৈবা মীগী থম্মোই প্রেমগী ঈখিক অসুম চারক শুদ্ধসত্ত্বা মঙোন্দা অসুম অসুম নকশিল্লি, ফংঙি মতম চানা ভগবানগী থৌজাল। ঙসাইগী ভক্তদো ফংলে। তন্নে ভগবানগী কৃপা। মাগী ইংখোন্দা পাল্লি খামেন য়াম। অনু অঙাং অমা সা হেকলুরে। ভক্তদুনা চুম্নগী অঙাংনি নীং তান্নরক্লে। অনু মন্দির মনুংদা চেনশিনখরে। ঈরাং হৌ ইনিন নাইরে। বিম্বাবতী লেঙথোরক মন্দির থোং হাংলে য়েংলে—লৈতে কনা। "অনু নঙ হুরুবরা" হংখি বিম্বাবতী। হৈথরকখি

খামেন ফিগাউদগী অনু। "ইমাদি শিরেদনা" ফমথখি বিম্বাবতী মালানা মমাইখুম। মপান্দদি " জৈ অনু মহাপ্রভুগী জৈ"। শনখি "বেগুন চোর"গী মপাউ মায়কৈ নীপাল। কৎখি মহারাজ গিরিশচন্দ্র রায় বাহাদুর খাজনা কাদবা লম।। ❑

*('শ্রীশ্রী গোবিন্দ রাসেশ্বরী পালা'- ১৯৪৬,*
*চেফোঙ ভোলুম ৩, নম্বর ১ দগী লৌথোকপা।)*

# মণিপুরী সাহিত্যদা রবীন্দ্র সাহিত্যগী মঙাল

মণিপুর চীঙ্গী পম্লোম্নুংদা মদোম চিপক তাজবী লৈবাক্নি। মদোম চিপক তাজরবসু লমদম্না লমদাইহ্নবুং ওইনা থেক্লুবনা ইতিহাসগী নোংনা ওন্দ্রিবঙেদসু ওল্লবদসু মতমগী খোঙফম খোঙলোয়ননা নোংপোক-নোংচুপ, খা-বাংগী মীরা-মীরোল পুম্বনা ইয়ৌ য়ৌনরকখি, শাগোন্নরকপা কৃষ্টিশিং অপূম্বা লোইনা ঈতিন্নখি। কৃষ্টিশিং অদুনা ফিভম্নবা নীংথিজবা, মপুং মরৈ ফাবা কৃষ্টি অমা পোকখি। কৃষ্টিসিনা মরন্নাইগী ময়েক্তা মশাগী শক্তম য়েকখি — লৈখি অসুম ওন্না মশাগী সাহিত্য, য়াওখি যুগ সাহিত্য কয়া।

অদুবু অওকপনি মতম, মতম মাগী খোঙলৈ! খ্রীষ্টগী তরামঙাসুবা শতাব্দীদা নব্যবৈষ্ণব ধর্ম্মগী পিক্লবা ঈফুৎ অমা লাকখি। ঈফুৎ অমদগী অনী, অনীদগী অহুম অসুম ফাওরকপনা তরানিপালসুবা শতাব্দীদদি এহ্লৌ কৃষ্টিগী লৌনস্বাল নমখায়রক গৌড়ীয় বৈষ্ণবধর্ম্মগী শক্তমদো অওক ফংনা ঈহাশিল্লক লৈবাক অসি ঈরাকসিনখি। সংস্কৃত-বাঙ্গলা-মৈথিলী লোনগী পূজা তৌখি, মণিপুরী লোন নাকন্দা থমখি, — তাখি লোন্মাং, অরিবা সাহিত্য চনখি তাবু।

শাথিরবা মওং অসিদা অমুক্কা শাথিবা অমা — খ্রীষ্টগী তরামাপলশুবা শতাব্দীগী লোইরমদাই, লোইনীং লোইমাং তৌরকপা অদুব্রাইদা লৈবাক অসি বৃটিশনা লৌই। শিক্ষা পীবগী মতাংদা, লৈবাকসিগী মতমদুগী ফিভম্না বাঙ্গলাগী থোঙদা পীবা তাখি — পীখি। মণিপুরী জাতি মশানা মশাবু কাউথোকখি — কাউখি।

অদুবু মশাগী মরন্নাইগী নীংথিজবা কৃষ্টি লৈজবা মণিপুরী জাতিনা মশাবু কয়া কুইনা কাউরুনি! কুনসুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুক্তা চৎলিঙেদা লোনগী ঈরাং অমা লাকখি। ঈংনা লাকপা ঈরাংনি, জাতিগী মগুন্না থুনমক পানখি। খ্রীষ্টাব্দ ১৯২৬ তা কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়না প্রবেশিকা পরীক্ষাদা মণিপুরী লোন্সি লৌখৎখি। হৌজিক্কী অনৌবা মণিপুরীগী সাহিত্যসিগী তাখি মরূ মতমগী গর্ভদা।

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মরু তাবা মতমসিদা বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর হেল্লি বিশ্বজগৎ। লাকখি, ফাওজিল্লকখি মহাক্কী মশেক মঙাল চীঙ্গী পল্লোম্নুংসিদসু, তাখি মহাক্কী সাহিত্যগী মঙাল অহানবগী লাইরিক'মদা।

বিশ্বকবিবু ঋষিকবি হায়না খঙনৈ। ঋষিকবি হায়বা মিংথোল্লি অয়াম্বদা গুরুপ থোকপা য়াই। কবি হায়বসিদি ঋষিগী গুণ মশানা অদুম চেঙ্গরবনি, ঋষি অমুক তোপ্পুবনা করি কান্নরিবা খল্লুবা য়াই চুম্মি —

নানৃষিঃ কবিরিত্যুক্তং ঋষিচ্চ কিল দর্শনাৎ।
বিচিত্রভাবধর্মাংশতত্ত্বপ্রক্ষ্যা চ দর্শনম্।।

অফোংবা জগৎকী নুংদা চেল্লিবা অথুপ্পা ঈচেলগী মশক তাকপবু দর্শন কৌই; দর্শন হৈববু ঋষি হায়না খঙনৈ; ঋষিগী গুণসি চেন্দ্রবদি কবি নত্তে হায়নবা ৱাফম লৈ। অদুবু কবি পূন্নমক থাক মান্নবা নত্তে, তাহেন নাই। কবি শ্রীহর্ষগী ৱাফম অমা নীংসংসি —

বয়মপি কবয়ঃ কবয়ঃ কবয়োহাপি চ কলিদাসাদয়ঃ।
দৃষদো ভবন্তি দৃষদশ্চিন্তামণি দূর্ষদো র্দৃষদঃ।।

নুংলোমদা য়েংলগা নুংজমগা নুংথাইগা নুংশীং চল্লিন্নবগুম কালিদাসহোয়গা ঐখোয়গসু কবিশীংদা অদুক মচিল্লন্নরুবদনি — হায়রিবা ৱাফমসিনা কবিশিংগী তাহেন লৈ তাকপগা লোয়ননা ঋষিগী গুণদা তাহেন নাই হায়বা অদুম মতাকচৈ।

বিশ্বকবিগী অথোইবা কৃতি "গীতাঞ্জলি" নি। গীতাঞ্জলিনা পুরকখি মঙোন্দা নোবেল প্রাইজ্ পুরকখি মিংথোল বিশ্বকবি। গীতাঞ্জলি ভারতীয় কৃষ্টিগী মচি ওইবা উপনিষৎপু ঈশৈদা পান্দুনা শকপনি। জ্ঞানকর্মোপাসনা — যোগ অহুম শকপনি। আত্মতত্ত্ব শকপনি শকপদ নত্তে; বিশ্বকবি আত্মদর্শীনি। অদুনা ঋষিকবি হায়নখিবনি।

মতাং অসিদা গীতাঞ্জালিগী শক্তমগী মরম খরদং; গীতাঞ্জলি শক্লোল অনী চৎলি। ইংরাজীগী অমা বাঙ্গলাগী অমা। ইংরাজীগীদদি শৈরেং চাম্মমুক্তনি, বাঙ্গলাগীদনা চহুম্লোম্লি। অনীসিদা অমত্ত ওইরিবা শৈরেংনা য়াখ্খেমুক্তনি। অনীমক নীংথিনা য়েংলবতদা ঋষিকবিগী তশেংবা শক্তম উনৈ।

ঋষিশিংদী গুণ অমা লৈ। মখোয়গী মরাহৈ মপাউখোলশিংসি খঙলে খঙনা খঙদ্রে খঙদনা থম্মোয় খুদিংদা অদুম হেক্তা পাল্লি। ঋষিকবিগী গীতাঞ্জলি, অদুনা, খঙলে খঙদে খঙদে খঙদে, থম্মোইদদি অদুম পাল্লি। অদুগা মহাক্কী ভাবধারানা তোরৈ-তৃথেক্লবা ছন্দদা চেল্লিবা মালেমগী থাদা মহৌশাগী ঈচেন্না থেক্লা খোয়না তোরৈ-তৃথেক্লনা চেনবদগী হেন্না নিংথিজৈ হুই পুক্লিং। অদুনা ঐগী "বসন্ত শৈরেং" গীতাঞ্জলিগী মঙান্দা পোকখিবনি — পোকপনি। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যনা কোরৌ মঙাল হেক উবদা রবীন্দ্র-সাহিত্যগী মঙাল অদুম চঙলবনি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৪০ গী অদুরাইদা মণিপুরী সংস্কৃত পরিষৎনা ফোঙবা জ্যোতি প্রত্রিকাগী সম্পাদক্কী থবক পুরিঙৈদা মরক মরক্তা গীতাঞ্জলিগী শৈরেং অমমম অনী অনী অনুবাদ তৌ তৌদুনা হাপ্পনা বাঙ্গলা শকখঙনদবা গ্রাহক অমদি পাঠকশিংদা রবীন্দ্র-সাহিত্যগী মঙাল খরগী মথৈদি অদুম মতাখি।

খর চত্থরক্লবা মতমদদি রবীন্দ্র-সাহিত্যগী মশেক মঙাল ফনা চাউনা তাখি। বুক লেগুগী প্রোপ্রাইটর অহল্লেম্বা গৌরমণিগী থৌরাংদগী ইংরাজী গীতাঞ্জলিগী অনুবাদ ঐনা তৌদুনা ফোঙখি। অদুগা কনা কনাগুম্বা নহারোল সাহিত্য সেবীশিংনা "খেয়া"গী 'নৈবেদ্য'গী শৈরেং অমমম, অনী অনী-অনুবাদ নৎত্রে রূপান্তর মশীজিন্নৈ। শৈরেং নত্তবদসু, অয়েকপা শ্যামসুন্দরনা বিশ্বকবিগী "রাজর্ষি" অনুবাদ তৌদুনা ফোঙ্খিবা কুমজা কুমওল ময়ামশিল্লক্নে। পূন্নমক অসিনা রবীন্দ্র-সাহিত্যগী মঙাল নোংম-নোংমগী অসুম অসুম ফুগৎলকই।

অচৌবা য়াওল অমনা খৃষ্টাব্দ ১৯৬১ দা পৃথিবী শীনথুংনা বিশ্বকবিগী শতবার্ষিকী পালন তৌই। মতাং অসিদা সাহিত্য একাদেমীগী থৌরাংদগী রবীন্দ্র-সাহিতা কয়া মণিপুরীদা অনুবাদ তৌই। চিত্রাঙ্গদা, গল্পগুচ্ছ, বিসর্জ্জন, জীবনস্মৃতিনচিংবা লাইরিক কয়ানি, অদুগা বিশ্বকবি মশামক্লা সংকলন তৌরম্বা "সঞ্চয়িতা" গী কবিতা কয়া'মনি। কবিতাগী শরুক্তি "নাচোম" মিংথোন্নদুনা মঙাল উবা কুইরে। চিত্রাঙ্গদা ঙসি পাঠ্য ওইনরি। অতৈসু থুনমক উরগনি।

রবীন্দ্র-সাহিত্যগী মঙান্দা সাহিত্য সেবা তৌরিবশিংগী মনুংদা মীশক অনীদং পনবা য়াই। মহারাজকুমারী বিনোদিনী শান্তিনিকেতনদা শিক্ষা ফংলকপনি, মশাসু শিল্পীনি। মতাংসিদা শিল্পী হায়বা রাহৈ'ম পুশিল্লক্লিবসি হাইরপ ঙক্লবা য়াই, অদুবু ঙক্লঙাই করি থোইনা লৈতে। লাইয়েকপনা লৈয়িনা, শৈশকপনা খোল্লেনা, খোর্জ্জে

শুবনা ময়েক হায়বদি ৱাহৈনা মাগী মাগী অপাম্বা শক্তম য়েকচবদনি, মখোয় পুম্বা শিল্পী ঙাক্লি। মহারাজকুমারীগী "অশংবা নোংজাবী" রবীন্দ্র-সাহিত্যগী মণ্ডান্দা পোকপনি লৌবদা কায়নঙাই থোইনা লৈরোই। রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎসু শান্তিনিকেতন্দা হৌরকপনি। মহাক্কী শৈশক শৈদা অয়াম্বা রবীন্দ্র-সাহিত্যগী মণ্ডান্দনি হায়রুবদসু করি থোইনা লান্নিঙাই লৈরোই। অসুন্ন কয়া কয়ানি।

শন্না হায়রদা বঙ্কিমযুগীয় সাহিত্যনা শক্তম কোঙ্গায়'ম লাক্লবা, রবীন্দ্র-সাহিত্যনা মচু কোঙ্গায়'ম লোক্লবা হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যনি। সাহিত্য সম্রাট বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী লম্মন তোনবগুম বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগীসু অদুম তোল্লবনি। ❑

*(মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালগী 'সাহিত্য', ২৮ শুবা মশীং, - ১৯৭৬ ইংদগী লৌথোকপা।)*

# মিনুরোল

মিনুরোল মিনুরৈমরোল হায়বগী অশম্বনি, অর্থনা মিনুরোমগী ওয়ারী হায়বনি। লাইরিক্সি, নত্তে, ওয়ারীসি পণ্ডশাং শাংবা নৎত্রবসু ঐখোয় মৈতৈ জাতিগীদি মমল নাইদ্রবা লম্নি। ওয়ারীসিদা এহ্লৌ মৈতৈগী লাইনিং শক্তম অমা নীংথিনা পী, পীরিবা লাইনীং শক্তম অদুগী মণ্ডান্দা জাতিগী সংস্কৃতি অমসুং সংস্কৃতিগী থাক নীংথিনা উবা ফংই। লোয়না লোয়ননা লীখোঙ অমসু অসুম তরং তরং হেক্ত মতাকই। ওয়ারীসিগী শম্লপ্পা শক্তম অমা হান্না অমুক য়েংথোকখিসি।

গুরু শিদবনা লৈশিরেল লৈরেল হনবীদা মচা নিপা অহুম, নুপী অমা পোকই। নিপা অহুমদুগী মমিং, অহল নহা মথং মথং, অচিবা অশিবা, কোঞ্জিল তুলোকপা কৌই, নুপীদুগীনা মিনুরৈমা কৌই। মহাক অসি নিপা অহুমসিগী মখাদা লাকপনি — অতোম্বীনি। গুরুনা থুপ্লগে নীং, খ্বায়দগী শিংবা মচাদা মশাগী খুভম শিন্নরমগে খল মচা অহুম্মক কৌশিল্লগা হায়রকই "ইচাশা, নখোয় নচীন ননাও অহুম্মক লৈরোল নোংলোন কোয়বা হানবা তান্নৌ। পোলম মবিখক্কা থিরকউ! থিরক্কদবা পোৎলমশিংদি অমনা, "পোমদনা শাৎপা লৈ, হেক শাৎপদা লৈরম শুনা শাৎপা লৈ", অনীসুবনা, "মপাল শাদনা পানবা হৈ, হেক পানবদা হৈরম সুনা পানবা হৈ", অহুমসুবনা, "তাইবং মৈরিং শীং" অদুগা মবিসুবনা, "তাইবং লিহুই" নি।" পোৎলম মরিসি থিরক্লগা হান্না থুংলবদুদা ইপাগী খুভম শিন্ননি। গুরুগী য়াথং তাবদা অচিবনা লীরুং তেন্দোং নমদা পো, মশাগী শাদোং নোংশা তোং অওয়াং পাংনা লৈকোয় নোংগোযবা চৎখ্রে, অশিবনা থাঙজৌ লেংদা থোং, মশাগী শাদোং কৈ নেৎ মখারোম পাংখ্রে; কোঞ্জিল তুথোকপদি মযাম্বা অনী পাবা ঙম্লোইদৌবা উরবদা মবুক্লীং নুংশিরে। তৌফম খণ্ডদবে, মখুত্তা তা থোং মশাগী শাদোং শওম মখা ঙৌনা লাংবি চিং মনা লৈশিরেল লৈরেলহনবীদা চঙ কপ্পুবে।

ওয়ারম পুন্নমক লোইনা তা, মচা অতোম্ববু নুংশিরু অথূপ্পা মরম পুন্নমক লোইনা তাকপিরকই, "গুরুগী ফানখোংদি লৈরোল নোংলোল শকপনি — কোয়উ; পোৎলম মরিদুনা ইমাগা নপা গুরুগা ঐখোয় অনীসিনি — তাকউ গুরুনা শোয়দনা চানবিগনি।"

মমাগী য়াথং মতুং ইন্না কোঞ্জিল তুথোকপা গুরুগী ফানখোং কোয়রে, তা য়ুংশিল্লে, শক্তম কিশিল্লে, গুরুদা চঙদুনা খুরম হঙ্গৎলি, "গুরু, লৈরোল নোংলোল কোয়জরুরে। পোৎলম লোইনা থিজরক্রে!" "নংদি করম্না" হংবিরকই গুরুনা ঙক্লপ। ওয়ারম পুন্নমক লোইনা হঙ্গৎলে। গুরু মমা লৈশিরেল লৈরেনহনবীনা চানবিবনি হায়বা খঙলে।

"ফরে, হয়েং ফাওদি ইপা লৈখিগে, নচল মিনুরৈমা থাজরমখিগে, লাউথোক্লুচো নং ঙসি শা খঙদে উচেক খঙদে লাই খঙদে, হয়েং নোং হেক ঙানবদা গুরুনা উবা অমদা ইচল মীনুরৈমা থাজগনি তাকপিখি গুরু। কোঞ্জিল তুথোকপা গুরুগী য়াথং কায়দনা লাউথোকখি।

নোংঙাল্লে। গুরুনা কুরুমচীংদা হূই অমা উরুরে। হরাউ হরাউ কৌশিল্লে, মঙোন্দা মিনুরৈমা থাজরে। 'লাইজ ঈপুংয়ায় ঈমু মপুংয়ায়দা চত্তুনা পাল্লু" তন্না তাকপীরে।

গুরুনা তাকপিবা মতুং ইন্না লাইজ ঈপুংয়ায় ঈমু মপুংয়ায়দা চৎপা তারে মিনুরৈমা, কপ্পকই "ঈপাক্লা ঈথক্লা থৎ ইমিৎসিনা অমুক উবা ফংগনি উদ্রে গুরুগী খুভম।" অশংবা আতিয়ানা নকোক থক্তা খাল্লিবা মখৈ নপা ঐনা নংবু শেল্লি খঁঙু, মালেম্না নখোঙ খুয়াখাদা লৈরিবা মখৈ নমান নংবু কোল্লিবনি, কাউনু তাকপিখি গুরু। ... ... ...

পিক্লা-নীংথিরবা ওয়ারী অসিগী মভান্দা এল্লৌ মৈতৈ জাতিগী সংস্কৃতি অমসুং সংস্কৃতিগী থাক, থাক্তাসু অনেম্বা নত্তে আওয়াংবনি হায়বা অদুম তশেংনা হেক্ত মউই। মফম, মতম অমসুং মতাংনা নৈনরুবা য়াদবা অমা থোকপনা ওয়াহৈ অমত্তংনা অসুম হেক্ত লোইশিনবা মতাই। ওয়ারীসিদা হায়রিবা পোৎলম মরিসিগী অমমম পুখত্তুনা নৈনবদা লাইরিক কাবক কাবক চাউবা অমমমদি থোক্লঙাইহিনি হায়বা অদুম মখঙনরবনি। অদুগুম মিনুরৈমগী চৎলমদাইদা গুরুনা তাকপিবা ওয়াফম অতিয়া

মালেম অনীগী শক্তম, পুখত্তুনা নৈনবদসু অদুম মথোক্লিঙাই ওইরবনি। অদুনা শাংদোকল্লুদ্রবসু পনরিবা ওয়াফমশিং অসি আগমগী মরুনি, আগমগী মথওয়ায়নি আগমনা চাক্তারিবা মপাঙদুনি হায়না তেল্লা লোইশিনবদা থোইনা কায়রোই — কায়দে।

ওয়াখল অসি উত্তরবৈদিক অমদি পৌরাণিক যুগ হায়না খঙনবা মতমগী আ মমাঙদগী লৈজরবা জাতিগী সংস্কৃতিনি হায়বসু জাতি মশামক্কী ওয়াফম অমসুগী ওয়ারীমল্লা অদুম মতাকচৈ। লৈরোল নোংলোল লোয়বসিগী শক্লোল অমদদি গুরুনা লৈয়রেল শিদবীদা পোকপা সনামহি, পাখংবা — মচীন মনাও অনীদনা কোয়; থিরক্লবা পীবা পোংশকসু শীং উনাইদবা, লৈ খোক্লইদনা অসুন্না পী। শক্লোল্দিদা পৌরাণিক যুগগী শিবপুরাণ, কালিকা পুরাণচিংবগী মমি খরদং তাবগুম উরিবা তাব্বিবা অসিনসু মথক্লসী মৈতৈ জাতিগী মশাগী তশেংবা সংস্কৃতিগী শক্তম অমনি হায়বা অদুম মতাকই।

ওয়ারী অসিগী মঙানদা লৈবাক অসিগী যুগ অমগী ইতিহাসগী শক্তম অমা, লোয়না লোয়ননা জাতি অসিগী মচাক ওইখিবা অনকপা অরাপ্পগী মীথিৎ খবদং খাঁঙিগীসু, খরদংদদি ওইরগা খঙদবা য়াদবা জাতিগী সংস্কৃতিদা শরুক চাউরে চাউনা পিক্লে পিল্লা খাংখিবশিংঙাক্লি।

নোংমা পোইরৈ মৈতৈ লমদা তেলশূবা কাঙবু অমা, থাউ শূবা কাঙবু অমা, তা শূবা কাঙবু অমা নুপীনা মপুং লেপ্পা কাঙবু অমা মী মখল মরি লৈমিন্নরম্মি; মবি অসিগী মনুংদা তা শূবা কাঙবুনা লম অসি লেপহৌই। অতৈনা খাদা অওয়াংদা চৎনথি হায়বা তাকই। লোয়না লোযননা চৎথ্রিবা লৈহৌবিবা পুন্নমক্কী কৃষ্টিগী মনমসু অদুম খর খর মফংই। অদুনা লৈবাক্কীসু জাতিগীসু অনিমক্কী ইতিহাসগী শক্তম খব খব অদুম উবা ফংই।

মিনুরোলগুম্বা পিল্লা মমল নাইদ্রবা লাইরিক কয়া কযানি ঐখোয় মনুং মনুং মপাল অনিগী মৈতৈগী টাবুনুংদা তীবা চাদুনা নোংমা নোংমগী মাঙলিবা। মখোয অসিগুম্বা অসিগী মঙানদা ঐখোয়না ইশাগী ইশক খঙজগদৌবিবনি, মপান্দা ইশক তাকপা ঙমজগদৌবিবনি। অদুবু অওযাবনি ঐখোয়গী জ্ঞান তারবা কাঙবুশিংনা মমল নাইদ্রবা ঐখোয় জাতিগী লল অসিগী মাঙদনবা ওয়াখল অসি পঙতৌ তৌনদে, লম্বী পঙয়েং যেংনদে। হাযনা হাযনা মণিপুরী সাহিত্য পবিষদনদি অঙম্বা খবগী

মথৈদি মহোৎনৈ। অদুবু মদুনদি ওইবা য়াবা নত্তে। শিক্ষিত খুদিংমক্না য়েংশিনফম থোকপা মতম হেল্লবনি। অদুমকপু হৌজিককসু খিত্তংদিময়াখিনি। মনুং মপাল অনীগী শিক্ষিত সমাজনা মখোয়সি কল্লৌনবা, মীকোক ওইনসু অপুনবা ওইনসু। হোৎনফম থোক্তবরা। ❑

*(ব্বারেং অসি মরুপ কার্য্যালয়, ত্রিপুরানা ফোঙবা*
*'শরৎকী ঈচেল' -১৯৭৯, দগী লৌথোকপা।)*

# মৈতৈরোল মশক মতৌ অমসুং থাক

(লৈখিদ্রবা কবিনা থনম্বা তাঙলবা বারেং অমনি। মণিপুরী লোলনা নিপালগুবা সেদ্যুলদা চনগ্রিঙেগী মতমদা ইবিরম্বনি। হৌজিক্তী মণিপুরী লোল অসি নিপালগুবা সেদ্যুলদা চনবা লোল অমা ওইরে। মসি মপোপ কায়হন্দনা ময়ামগীদমক্তা লাইরিক অসিদা হাপচবি।) —সম্পাদক

মণিপুর চীং-তম অনীগী লম্নি। তমদি কুইনা ঈরোল চননা লৈ। মতম্না চীংনুংদুদা ঈশিং চিথবা হৌরবদা খারা চীং অমসুং চীংগী অকোয়বা লম খরা হান্না ফাওই। নোংপোক্তা কোংবা ঈশাইখোং, নোংচুপ্তা হৌজিক্কী নুংজেং পুখ্রীনা তোবৈ ওইনা চেল্লম্বা ইম্ফাল তুরেল, অবাংদা কোংবা তুথেক, খাদা বাক্রম পাৎ - মরীসিনা কোল্লিবা লমতুপসিনি ফাওরিবা। হেক ফাওবদা, চীংদা হান্না লৈবম্বা ফুরুপ খরা খুনগুম্মি। চেংলৈ, বা, নিউ, টাই, লোলো, হাঁউকিয়োংনচিংবা মখোয় থবনি। শকই অদুনা অশৈব —

খুরায় খুনফমলেন
চেংলৈ বাই নৌটা লালোই অহোংগৈ।

ফুরুপ খুদিং মশা মশাগী লম কন, উরোং খিন, পন সা, পন্থোঙ লোন মনীংতম্না পান্নবা ঙাক্নি।

মতম্না ঈশিং অসুম অসুম কংথবক লমতুপ-লমতুপ মথং মথং হেক হেক ফাওবকপা মতুংইন থক, খা, নোংপোক, নোংচুপ মায়কৈ খুদিং অমসুং চীংয়া-তময়া লোইনবা মী তাবকই। লাকখি অসুম লুবাং, মঙাং, অঙোম, খাবা, ঙানবা, মৈতৈ, খুমন, মোইবাং, চকপা থাঙ্গা, কম্বোং, উবোক, উশাই, হৈয়েন খুনজানচিংবা - ফুরুপ কয়া কয়ানি। মখোয় ফুরুপশিংসি ইতিহাসকী নোংনা ঙানখ্রিঙৈ, ঙানফুং তৌরকঙৈ, ঙাল্লকঙৈ মতমগী ঙাক্নি। ইতিহাসকী নোংনা ঙাল্লবদনা লাকখি নোংপোক হারম অমসুং নোংচুপ হাবম হায়না খঙনবা ফুরুপশিং কয়া কয়া।

মতাং অনীশিদা লাক্লিবশিংসিদা অরাপ্পগী অমসুং লাপ্পু-লাপ্পগী মীওই কয়াসু য়াওদবা নত্তে, য়াওরিবনি।

থায়নঙ্গৈ গ্রীস লৈবাক্তা ফূরুপ খূদিংনা লমতূপ অমমম কোন 'লৈকোয়বুং (City State) অমমম শেম পান্নবগুম মৈত্রবাকসিসু ফূরুপ - শাগে শলাই, খূদিংমক্কী লৈকোয়বুং অমমম অদুম লৈনবনি। পুংশিংসিগী মনুংদা খূৎ-কনবা, মপান-ফম্বদি চেংলৈ মঙাং, লুৱাং, অঙোম, খাবা, ঙানবা, মৈতৈ, খুমন অমসুং মোইরাং লৈকোয়বুংনি। মখোয় মাপনসিদা অহানবগী তরেৎনা থক্তা পূল্লপ অদুম তাই। অকোনবগী অনীনা খাদা লোক্তাক ঈখাই চামিম্লে। মখোয় লোইনা লম্লোন-ইতিক চৎনৈ, চারৌ-মৌরৌনৈ, মরুপ-মপাং কয়া লৈনৈ। অদুবু, অকারম-অচাউরম য়েংনরকপদা অকন-অথৌ কয়া শয়েং-পাম্বোম ঙান্নদবা নত্তে - ঙানৈ, লৈবাক মশেল অমগা অমগা খোংগ্রেং হাননদবা নত্তে - হানৈ। লৈতে খক তৎপা।

মতম্না ফিরাল মমায় চুম মৈতৈনা থক্কী লৈকোয়বুং লোইনবা মথং মথং শেগা চনলকই, অপুনবা লৈবাক অমগী মমী তমলকই। লোয়ননা অপুনবা লোল অমগী হীয়বদি মৈতৈলোলগী মমী লাকই। ফূরুপ তরেৎ অসিদা মঙাং শলাইদং নত্তনা অতৈদি মঙ্গোলগী ঈ ঙাক্লি। মখোয় ঈ শিংগী মনুংদা চেংলৈনা খূৎ য়ামই মীশীং চাউই। শরাং-লৈশাংথেম, হাওরোক কোম্ভৌজম, খাবা অমসুং ঙানবা পুন্নমক চেংলৈ খূৎ ঙাক্লি। তুংইন চেংলৈ লোলনা মৈতৈলোলগী লোলখোং, লৈরোন অহানবা পরেংদা শরুক চাউনা য়াখি। ইমুংলোল খণ্ডদে, খুনুংলোল খণ্ডদে, লৈবাক-নিংথৌ পানবা লোল খণ্ডদে, থৌগল লোল খণ্ডদে লোললম খূদিংমক্তা লোল অসি ইয়াও য়াওদবা লৈবু লৈতে হায়বা য়াই। শম্না মৈতৈলোলগী পুকৈদা (শব্দ কোষ vocbulary stock) লোলসিনা লোলশীং অদুম ইয়াম য়ামবনি।

ঐখোয়গী লোল চাক, ঈশিং, য়ুম, ইশ্মোল লোইনবা চেংলৈ লোলনি। মখোয়গী মরোল *চা, ঈশি, ইম,* ইংকোলাদগী লাকপনি। ফজবি ৱারেং-শৈরেংদা শিজিন্নরিবা ইনুং লোইদামনচিংবা লোলসু মখোয়গীদগীনি। মখোয় নুমিৎ খঙনবা লোল নু, অনু, থা খঙনবা লোল লৌটা লৈটাগীনি। অশিবগী লাই থোঁঙা ঐখোয় তাইবঙ মীগী থরায়নচিংবা পুম্নমকসু মখোয়গী মরোল থঙাং তিয়াকনচিংবদগী অদুম লাকপনি। লানগী নিংথৌগী ফিজোল চুং, চোংনচিংব অপুম্বা মখোয় মরোল অদুম মরৈবনি। অমুক মখা তারুদুনা কান্নদে চাম্মগী খুজিংদা য়ামদ্রবদা য়াম্খৈমুক্তি অদুম মরৈরবনি।

মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াবা অমা —

চেংলৈ লোন্দা ময়াম অমসুং শিং খণ্ডনবদা রপ্রত্যয় তৌই। চেংলৈগী স্বরূপ অমা অনিচার হায়না চৎলি।

অনিচা ষষ্ঠী তৎপুরুষনি। অনি নুমিৎকী *চা* মচামশূ হায়বনি। রীনা বহুত্বসূচক প্রত্যয়নি হায়বদি অনিচাগী বহুবচননি। অদুনা অনিচার হায়রগা নুমিৎকী মচামশূশিং (চাদা) হায়বা খণ্ডনৈ।

প্রত্যয় অসি মৈতৈলোলদসু ৱাফম অনীদা হৌজিক অদুম মউরি —

অৱাং ফাৎলৌ লাইমকোল
মীরা নম্মুপোংথোক্রম।
হনজিং চিংমৈ ইন্না খুন্দারকপা
নোংদা লাইরেল পাখণ্ডবা।।

মথক্কীসি পাখণ্ডবগী মিংহুননি। মসিদা য়াওরিবা মীরা হায়বা ৱাহৈসি মীশিং হায়বনি।

অমুক অমনা অশৈবনা মোইরাং কংলৈবোল শকপদা হায়বদি পেনাদা মোইরাং চনুরাশিং হায়না শকই। চনুরা হায়বনা চনুশিং নৎত্রে চনুময়াম হায়বনি। চনুরাশিং হায়বনা চনুগী লোলগা পরেং লোয়নবা হায়বনি।

মণ্ডাং হিন্দুনি। খগরাজগী ফুঙ্গানি। নিংথৌ শাগৈনি। ঐখোয়গী গুরু অহুমগী পুংমায় লেপ্লিবা মণ্ডাং গুরু পুন্সিবা ফুঙ্গাসিদা পোকপনি। মখোয় হিন্দুনা ঐখোয় লৈবাক তারকপসি পুরানগী যুগদা বৃহত্তর ভারত (Greater India) পোক্রুবদনি।

ঐখোয় লৈবাকসি সুবর্নভূমীগী মনুং চনলি। মখোয়না সুবর্নভূমীনি সুবর্নভূ কৌবদগী ঐখোয়না সনাপুং কৌরিবসিনি। মখোয় হিন্দুগী লোল পরেং মৈতৈলোলগী লোনখোঙ লৈহৌ পরেংদা কোঙ্গায় অদুম ময়াওরবনি। ঐখোয়না অঙাং, নৱা, নহা, অঙ্গো অসিনচিংবা শীজিন্নরিবসি মখোয়গী অঙ্গ, নব, নহ্নানচিংবদগী অদুম মরাকপনি। মখোয়না মহেশ্বর উপাসনা পুরকই হায়বদি ত্রিমূর্ত্তি (ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর) উপাসনা পুরকপনি। অদুনা খুনুংচকতা আতিয়া গুরু শিদবা লায়িংথৌ অপানবা অমসুং অশীবা অহুম নংলিবদুনি। খংগোইশুরুংগী লীইবী মোইশু কৌরিবসি মহেশদগী থোকপনি। চাউমন-শাংমনখিগনি হায়দুনা খিৎ-খিত্ত অদুম মউৎলবনি।

লোনখোঙ লৈহৌ পরেং অসিদা লাপ্তা-লাপ্পদগী লাকপা আষ্ট্রিক (Austric) ফুরুপকী লোলসু কোঙ্গায়নি। মখোয়না লাইবু কো (Ko) কৌনা নীংই অদুনা ঐখোয়না কোসনা পাখঙবা নীংলিবসিনি। মখোয়না জগৎ পোকপী ইমাবু রে (Rhea)কৌই। ঐখোয়না লৈমরেল নীংলিবসিনি। ঐখোয়গী লৈবাকসিদা মসক নাইনা লৈরিবা লাইগী খুভম হিয়াংথাংগী কামাখ্যা মখোয়গীনি। *কা* শ্রীমতী *মা* জগৎ পোকপী ইমা (ইয়ুশিদবী) গী *খা* খুভম হায়বনি। সংস্কৃত্তা ওহোকখিবদনি। লাই হায়বসিমক মখোয়গী মরোল ইল্লাদগী লাকপনি। মখোয়গী মরোলদা খাগী তশেংবা অর্থ য়ুম হায়বনি। থোঙ্গালবু খরায় অদুগা লম্বীবু খারি কৌই। খরায় হায়বনা য়ুমগী মায়োক থোঙ্গাল অদুগী খারি হায়বনা য়ুমগী পরেং কোন চৎথোক-চৎশিন তৌনবা নাপ্প শাবল (লম্বী) হায়বনি।

ইতিহাসকী ইনুংনা ঙানলবদা মৈতৈগী শেকপীল মখাদা লৈকোয় পুন্নমক চঙ মৈতৈগী মিংখৈনা মিংখৈনবা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক - মৈত্রবাক, পোকপগা লোয়ননা পোকখিবনি অসুম হায়বদি ফুরুপ অচৌ-অপীক পুন্নমক্কী লোলনা মচাক ওই আষ্ট্রিক অমসুং আর্য্যগী লোলনা মচু লোকপা মৈত্রবাক্কী মিংখৈ লৌ মৈতৈলোল হায়না চৎপা ঐখোয় লৈবাকসিগী লোল।

মতম্না অচৌবা মৈত্রবাক পোকপগা লোয়ন-লোয়ননা খুমন অমসুং মোইরাংগী লোল, অকোয়বা চীংয়া-তময়া পুন্নমক্কী লোল, নোংপোক হারম অমসুং নোংচুপ হারম পুরুমক্কী লোল লোয়না তিনখিবনি, অদুম চুপখিবনি।

লোলনা লোল্লেপ ফাবসি থাক মরীদনি। *শব্দগতাবস্থা, ক্রিয়াগতাবস্থা* অমসুং *প্রত্যয়গতাবস্থা* কৌই। পীক্রে-পীক্লা চাউরে-চাউনা লৈকোয় খুদিংমক্কী লোল খুদিংমক কুইনা লৈবাক নিংথৌ পানলকপদগী লোল ওইবগী হৌনবা লোল্লেপ অদুম লোয়না ফারবনি। খুদমগী মশক ওইনা ৱাফম অমা অনীদং লৌখৎপা য়াই ঃ

পোইরৈ মৈতৈ লমদম্না নোংঙানববু

লাইরেল লাবা য়াওল্লে
ছুইথৌ লাবা চীফেংলে।
নৎত্রে
চিংখৈ ফীদুপ হুনলে
চরোইনা তেতু খোংলে।

হায়না শকই।

ঈঘাংলন্না (মোইরাং)

ইনুং শোরা তৈনা ঙানলে
কাককী লানবাউ চেনলে।

হায়না শকই।

ইপা মচা নোংদমগে
ইপু মচা নোংখাইগে
নহাদে
নিপাদে!

লাম্লোয় খোঙফম্নবা মৈতৈ পূল্লিগী লালপাউ খোলনি।

শাবননা লেরী লৈখোং চোং
লৈ মাসু ফজৈকো
শানৌ নংসু ফজৈকো
শানৌ নংনা মহেল্লে।
লৈ মাসু নুংশিকো
শানৌ নংসু নুংশিকো
শানৌ নংনা মহেনলে।

তাউবা হুইদি হুইয়াংগং
নংনা গৌ গৌ খোংববু
পাম্মু মাবু লাকপরা

থক্কী অনী অসিনা নুজা পাখঙশিংগী নুংশি পাউথা ঈশৈনি।

মী মীপুং ফারে ফানা মীকোক হেক চনদে। নামা হোবা মী মতু-মচা কোন অদুম মপানলি অদুবু লৈকায়না লৈবাক্না মীকোক মীশীংদি চনদে। অদুগুম লোলসু লোল্লেপ ফারে ফানা লোলকোক হেক চনবা নত্তে। লোলকোক চনবা লোলগী থোয়খোয়বা মশক অমা লৈ। মরনাইগী ময়েক, ময়েক্কুদা ইবা লাইরিক, লাইরিক্কুদা মশক নায়বা খরা লৈগদবনি। লোলদুনা ৱারেং-শৈরেং ইনিংবা লোয়না ইবা ঙমগদবনি। অফোংবা অথুপ্পা পূল্লিগী খোঙফম তরায়না য়েকপা য়াগদবনি। লৈবাক্কী লোল

মপুং ওইগদবনি হায়বদি লৈবাক্কুদা লৈবা মী অয়াম্বনা খঙগদবনি। লৈবাক নিংথৌ পানবগী লোল (রাষ্ট্রভাষা) ওইগদবনি। বায়েলশঙগী লোল ওইগদবনি (সরকারী) মৈতৈলোলগীদি লক্ষণ শুনা অদুম লৈবনি। অদুনা লৈবাক্কী মীংথৈনা মণিপুর থোনলবদা মৈতৈলোলবু মণিপুরী কৌবনি।—

মতাংসিদা বাফম অমতং খিৎতং নীংশিংফম থোকই। লৈবাক অমদা লোল্লেপ হান্না ফাবা লক্ষণশিং অসি হান্না শুবা লোলবু লৈবাক্কী মীংথৈ মতুংইন্না থোন্নে। ভারতকী থংনবা অনক-অরাপ লৈবাকশিংগী লোলগী মীংথোলনা অদুম মতাকপনি। অদুনা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না লোল অসি লৌখৎপদা মণিপুরী হায়না অদুম লৌখৎলিবদুনি।

মণিপুরী লৈবাক পুম্নমক্কী *আ* য়েলহৌঙেদগী চৎনরকপা মতুংইন মৈতৈলোলদগী মমিং ওইরবসু তমগী অয়াম্বা ফুরুপ্পা অকোয়বা চীংদগী হৌরকপা ওইবনা লোলসিগী লোলখোং লৈহৌদা মপুং অদুম মওইবনি। হান্নসু অদুম খরবু মউৎথ্রবনি। অদুনা ঐখোয়গী অপুনবা চীংগী লোন্দা (দেশজ) হিন্দুগী অমসুং অতৈ মপালগী অনক-অরাপ লোল খরা অদুম মচংলবদনি। খুদমগী মশক ওইনা লোল অনী অমা অহুম অমদংগী খিত্তং উৎপা য়াই।

ঐখোয়না লমলাই হায়বদি শাগৈ-শলাইগী লাই লাৎফম য়ুমবু লাইশং কৌই। নিংথৌগী লৈফম য়ুমবু শঙ্গায় কৌই। মহাক্কী লৈঙাক-থৌগায় তেংবাং মীশিংগী লৈফমবু লোইশং কৌই। পুন্নমকসিদা য়াওরিবা শঙ হায়রিবা বাহে অসি তাংখুলগী (টাংগুই) লোল *সিম* দগী লাকপনি। সঙ্গায় শঙ য়ুম গায় অচৌবা হায়বনি। গায় অসিমক খোংজায় (কুবান চুবাং) অরিবদগী লাকপনি। মখোয়না নিংথৌবু অবুংঙা কৌই। ঐখোয়না অপাল-অপীল অঙম-অথৌশিংবু ইবুংঙো হায়। ঐখোয়না বারেং শৈরেংদা ঈশিং নৎত্রে পি খঙনবদা ফজবি ওইনা তরং শীজিন্নে। মখোয়গী *তর* (ঈশিং) দগী লাকপনি। সনা ঈশেংশিংনা মমাবু অবোক কৌনৈ। ঐখোয় অয়াম্বনা ইবেনবু অবোক কৌই। মসিমকসু মখোয়না মমাবু অবু কৌবদগী লাকপনি। ঐখোয়গী ইচে-ইচননচিংবা মিংগৌশিং মখোয় খুনথক-খুনখাগী *অচৈ* অমসুং *অচোন* দগী লাকপনি।

ঐখোয়না য়ুম মখল অমবু *কৈ* কৌই। পোৎ-চৈ থম্ননবা খঙনৈ। পুকৈ-চেংগৈ শীঙগৈনচিংবসিনি। অমুক য়ুম মখল অমনা ঐখোয়না খাঙবোক কৌই।

খাঙবোক হায়বদি য়ুম মচা অখনবা হায়বনি। ৱাহৈ অনী অসিমক রোংমৈ-রেংমৈগী *কাই* অমসুং *কাইবং* দগী লাকপনি। অমুক য়ুম মখল অমনা ঐখোয়না *মরান কৌই*। ঐখোয়গী ৱারেং-শৈরেংদা ফজবি ওইনা শীজিন্নে। ৱাহৈসি *মোরুং* দগী লাকপনি। চীংগী অয়াম্বা কাঙলুপকী মরোলনি।

চীং-মান, তু-খোংনচিংবা অয়াম্বগী মিংখৈ ফাও মখোয় খুনগুমলকপা অমসুং খুম্ঘোকপা কাঙবুনা অদুম থোনলবনি। খুদম মশক ওইনা অমমম অনীদং লৌখৎপা য়াই। তাংখুল অরিবনা নোংমাইজিংবু নুমিৎ থোকপা চীংনি হায়দুনা শিরোই থোনলি। শিরোইনা থৈরক্তুনা শেম্লোয় তায় অদুনা অরিবা য়ুগতা নোংমাইজিং শেম্লোয় হায়না চৎলি। শকলি অদুনা অশৈবনা লাইশমংগী (নোংপোক নিংথৌ) তেংথারোলদা-

শেম্লোয় তগুপ পোইরৈ চীং
শেনজিং চীংনুংপোক
খয়ুম নোংপোক অরিবা।

লুৱাংনা খুম্ঘোরকপদা লাইমতোল চীংজাউব্রৈ লৈগী মযোল মাল্লা ফজে হায়দুনা লৈমতোক কৌবদগী ঙসি লাইমতোল হায়না চৎলিবসিনি। মখোয়না খুম্ঘোরকপদা মরমদমগী মমিং কয়ানি পুরকপা। লোইতাং, পানগৈনচিংবা লৈরিবসিনি।

মণিপুর চীং-তম অনীগী লমনি। তম ঈশিংগী মচু মতুংইন ঈঙৌ-ঈমু লম হায়না খায়। ঈঙৌ লমগী ময়োলদা নমুপোংগী ফুরুপ্পা অয়াম্বা খুন্দারৈ অদুনা ইম্ফাল তুরেলবু *তুচৌ কৌই*। তু হায়বদি মফম অসিদা তুরেল হায়বনি *চৌ* হায়বনা অচৌবা হায়বনি অদুনা পোইরৈ তারকপদা তুরেল অচৌবা হায়না চৎপনি। নম্বুল খোঙবান্দনা বোডোগী ফুরুপশিংনা নমনা তারৈ অদুনা তুরেলসিগী মমিং মখোয়না থোনবনি। *নমবং* হায়বদগী পোইরৈতাদা নম্বুল তাবনি। অর্থদি ঈশিং মচা তুরেল মচা হায়বনি।

অসিখিবিকসিনা মণিপুরী লোল অচৌ-অপীক ফুরুপ খুদিংমক্কী লোলগী অপুনবা শক্তম্নি হায়বা অদুম মখঙই - মখঙলে। মখা তারুদুনা চাউমন-শাংমনখ্রনি লোইশিনলে সিদা অসুম।

লৌরসি হৌজিক্তি ময়েক অমসুং লাইরিক্কী মতাং। ময়েক মঙাং গুরু পুন্সিবনা পীনবনি হায়। নিংথৌ সনা খিংখিংগী হাক্তক্তা মঙাংগুরু পুন্সিবনা লুখ্রাবি মচা *সনামনিক*

(সোনামনি) তা তশ্বীদুনা মৈতৈগী যন্ত্র-মন্ত্র লাচনবা হৌই হায়। মতম অদুগী লোল ময়েক তরাগানিপালদনা চৎনবা য়াবনা গুরুনা তরানিপালদং হান্নলা পুথোকই হায়।

বাপুজীনা বার্ধদা ময়েক শকখঙনবা থুননবা অ দা মাত্রাশিং তপ্তুনা স্বর ময়েক শুননবা তৌখিবসিমক ঐখোয়গী গুরু পূর্ণিবনা মহাক্লা ময়েক পুথোকপসিদা অদুম তৌথ্রবনি। অদুনা স্বরবর্ণ তরাগাতরুক্তা অ গী মাত্রাশিংগদ মপুথোকই। অযোগবাহদি (অনুস্বার) স্বরদা অদুম য়াওশ্রে হায়বা খ্বাইনা অদুম খঙনরে। স্পর্শবর্ণ কুনগামঙাদা *ক, খ, ঙ, চ, ত, থ, ন, প, ফ, ম* তরাসিগা অন্তঃস্থ মরিমক্তা উষ্ম *শ, হ* অনীগা ক্ষ গা মখোয় ময়েক তরাগাতরেৎসিগা পুথোকপনি। মঙ্গলগী মশক ওঁ না মন্ত্রখিবিক হৌবগুম মঙ্গলগীদমক শক্তিগী মশক অনজীনা হৌবদনি।

তরাগামঙাশুবা শতাব্দীগী লোইনিং-লোইমা তৌবা কালদা মহাবিষ্ণু উপাসনাগী ঈথৈ অমা লাকখি। *ব্রহ্মদেশরোমদগীনি*। লাকখি তুংইন নোংচুপ হারমদগী বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অচৌ-অপীক কাঙলুপ মথং মথং। *হায়গ্রীবি* (শগোল লাই লাৎপা), *নারসিংহ* (মীনোংশা লাৎপা), *গানপতা* (শামু লাই লাৎপা) অসিনচিংবা কয়ানি। ধর্ম্মশিংসিগী মতুংইন লাকখি হিন্দুগী ধর্ম্মগ্রন্থশিং। খাগেম্বা সনা হাক্তক্তদি শ্রীমদ্ ভাগবতমক তখেলদগী লাক্লবনি।

খৃষ্টাব্দ তরাতরেৎকা তরানিপালগা অনী লোম্নবা মতাং অদুদা মৈদিঙু চরাইরোংবনা পাল্লি। সনা হাক্তক্কীসিদা বালগোপাল উপাসনা লাকখি। নিংথৌ চরাইরোংবা নীলাম্বর মীংথোল লৌদুনা ধর্ম্মসি চৎখি। বৈষ্ণব ধর্ম্মনা নিংথৌপলগী ধর্ম্ম ওইবা হৌখি। মচা ইবুংঙো গোপাল তুংলমচৎকী গরীবনিবাজ সনা হাক্তক্তা রাম উপাসনা লাকখি। ধর্মসিনা লৈবাক নিংথৌপলগী ধর্ম্ম ওইখি। বৈষ্ণব ধর্ম্মশিংসিনা লৈবাক নিংথৌপলগী ধর্ম ওইরকপনা মখোয়গী কৃষ্টি অমসুং ফিজোন ওইবা লোলশিং অঙকপা ফংনা হাজিনলকখি। হান্নগী ময়েক তরানিপালনা চৎনবা য়াদ্রদুনা ময়েক মশীং কুনমঙা কাখি।

গৌরীয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম গরিবনিবাজ সনা হাক্তক্তা লাক্লবনি। নিংথৌনা মায়োক্তা লেপখিবনা মরায় কাংবা ঙমলুদবনি। মহারাজ জয়সিংহ তুংলমচৎকী ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্তদি মপুংদা জগান্নাথদাসকী হরিদাসকী গৌস্বামী অনীগী মঙালনা গৌরীয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম লৈবাক নিংথৌপলগী ধর্ম্ম ওইখি। মহারাজ জয়সিংহ ভক্ত ওইনা লাকপনি - যোগভ্রষ্টনি। হন্দক অসিদা মহাক্কী সাধন পাল্লু তমখিবরা, শ্রীগোবিন্দগী

দর্শন ফংখি। গোবিন্দগী কৃপানা শ্রীমূর্ত্তি নিরূপন তৌখি। অভিষেকতা ৱাধাভাব কীর্ত্তনগা ৱাসকী অনীমক অভিষেককী নুমিৎ মঙানি চুপ্না কথখি। তুংইন লানদা খীরবা অকন-অথৌ মৈতৈশিং লানগী শিক্ষা-দীক্ষাগী মহুত্তা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী শিক্ষা-দীক্ষানা মপূং ওইনা চৎনখি। পূং-ঈশৈদা হায়বদি সঙ্কীর্ত্তনদা লূপখি। থাং তাদি খরদনা হোৎনবদৌনা তৌখি। অয়াম্বনা মখোয় খুৎলায়শিংসি শজিবু চৈরাউবদা অভিষেক তৌদুনা পূজা তৌবদগীবু হেন্না তৌখিদে। অমরোমদনা লাইরিক - লাইশুগী মখল - মথেলশুবা নীংথিজবা হেনগৎখি। মতুংইন ময়েক কুনমঙানা চৎনবা য়ারক্তদুনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী সনা হাক্তক্তদি শরাং পণ্ডিতনা ময়েক পুমশু-শুনা হৌদোকখিবনি। পণ্ডিত লোইশঙনা সনা পূয়াদা ময়েকশুনা শীজিন্নবা হৌখিবনি। মহারাজসি তরামাপলশুবা শতাব্দীগী অনীশুবা তঙ্খাযদা পানখিবনি। অদুনা ঐখোয়গী মৈতে ময়েক হায়না খঙনব অরিব ময়েক্না শুনা মপূং ফানা চৎলকপসি তরামাপলশুবা শতাব্দীগী তঙ্খায়দগীনি।

হৌজিক্তি অরিবা যুগতা লৈবম্বা লাইরিক্কী মখল অমসুং মওঙ খরদং য়েংবো য়ারে। মণিপুরগী অচৌ-অপীক ধর্ম্ম কয়াগী অপূনবা সংস্কৃতি শক্তম্নি। লাই-গুরুশিংনা খায়রমলিব যুগশিংনা অদুম মতাকই। হয়িচক হায়বনা *হরি* নুমিৎ নীংবা চক যুগ হায়বনি। হয়াচক হায়বনা *হর* শিব নীংবা চক যুগ হায়বনি। লাংবচক হায়বনা *লং* মালেম নীংব *চক* যুগ হায়বনি। কোনচক হায়বনা *কো* সনা পাখঙবা নীংবা যুগ হায়বনি। খুনুংচক হায়বনা *খং* অতিয়া গুরু শিদবা নীংব চক যুগ হায়বনি। অকোনবগী যুগ অসিদা তশেং নীংবদি অতিয়া গুরু শিদবগা লাইয়িংথৌ অপানবগা লাইয়িংথৌ অশিবগা অহুম পূন্না নীংবনি। পুরানগী ত্রিমূর্ত্তি উপাসনানি।—

অসিনোং চৎলি তোপ-তোপনা মৈতৈগী ধর্ম্ম। জগৎ পোকপা ইপাবু কুক কৌনা নীংই। শিব লৈতে শিদবা কোই। কুরু হায়বদি কুবীহে (পীনহৈ) জগৎকী মরুনি (হৌফম) হায়বনি। জগৎ পোকপী ইমাবুনা কুক শিদবী কৌই। জগৎ লোইনা পোকই য়াবিরোক কৌই। জগৎ মানা শেমই লৈশীরেল লৈরেলহনবী কৌই। লৈশেমদা মপূং-পূংফা ফাবা মালেম্না মহাক্কী খুভম ওই লৈমরেল কৌই। নুমিৎকী মশেক মঙাল গুরুগী মশক্তি লৌই অদুনা মাবু মিৎনা উবা লাই কৌই। গুরু শিদবনা লৈশেমগে হেক নীংবদা শিদবী চোংথোকই হায়দুনা 'পোমদনা শাৎপা লৈ, হেক শাৎপদা লৈরম শুনা শাৎপা লৈ' অদুগা 'মপাল শাৎতনা পানবা হৈ, হেক পানবদা হৈরম শুনা পানবা হৈ' কৌই। কুরুশিদবা মশাবুনা পোৎলম খূদিং চং মথৱায় হাপী

হায়দুনা *তাইবং মৈরিংশিং* কৌই। অরোইবদা জগৎ পুম্বনা মঙোন্দা চংই হনজিনলি হায়দুনা *তাইবংলিহই* কৌই। অতিয়ানা শিদবগী মশক্তি চথলি। মালেম্না শিদবীগীনি চথলি।

তন্ত্রগী মনুংচনবা লাইনীং মঙাদা, সৌরগা শৈবগা শাক্তগা অহুমদি য়েলহৌ মণিপুরদা অদুম চথলি। সৌর হায়বনী নীংব হায়বনি, শৈব হায়বনা শিব নীংব হায়বনি, শাক্ত হায়বনা দুর্গা নীংবা হায়বনি। অদুনা মতমদুগী লাইরিক্তি ধর্ম্মশিংসিগা মরী লৈনবা ওাক্ত ওইনা তৌই। লাইরিক অনী অমা অহুম অমতং অদুক লৌখৎতুনা য়েংশি। লৈমরেল লাংলোন, লৈমরেল শেকনিং, লৈমরোল উনগোয়রোলনচিংবা লাইরিক্কা শাক্তগীনি। খুনুংলোল লৈশেমলোলনচিংবা লাইরিক্কা শৈবগীনি। পাখঙবা নোংগুমলোলনচিংবা লাইরিক্কা সৌরগীনি।

লৈমরেলগী নাহৈরোল মতেক অমা য়েংশি —

ইমা লৈমরেল শিদবী,  
অকোং হাংদবী,  
অরাই কংদবী  
অসিনচিংবা।

অসিগুম অমুক খুনুংলোল মতেক অমা য়েংশি —  
গুরুনা উম হায়না কলহৌরে।  
অতিংকোক গুরু শিদবা লাকলে।  
অতিয়া গুরু শিদবসু ইনলকলে।

অতিয়া গুরু শিদবনা গুরু করি কলহৌবনো  
পাউহংলে।  
লৈনুং য়াবিরোক্তা কোনজন তূথোকপা  
লৈবনে লৌরুচো।  
য়াংবি ওইনৌ লৈশিয়ু পাউশিরে।  
কোনজন তূথোকপা লৌরুরে  
লৈদি কৈদগী পাউহংলে  
অতিয়া গুরু শিদবা।

ঐগী পীবুক্তগী ... ।
অসিনচিংবা।

অমুক্তা পাখণ্ডবা নোংগুমলোলগী মতেক অমগা য়েংখিশি —
নুমিৎকী আক্রাদগী
ময়ানা নোংলুম উম
মনিংশানা - মৈবা চিং
মচি অনীনা চপথাং কারোং ওই
মমৈনা চোংলেন খান
পুথরকপনি হায়দবরা ....
অসিনচিংবা।

মতেক খর অসিগী মণ্ডালদা মৈতৈগী ধর্ম্ম খব তোপ-তোপ অদুম মচৎপনি হায়বা অদুম উবা ফংই। অদুগা মসিমসু নীংশিংবা যাই। গুরুগী মশক তাকওঁ নাপাক-নাপাক অদুম মচৎনবনি। মৈতৈ ধর্ম্মগীনা গুরুগী পীন-হৈবা পুন্নমক্কী মরু ওইবা অদোমদা তাকপনি। অতৈ মপানগী তন্ত্রশিংনা গুরুগী থৌজালনা জীবগী অমম্বা কোক ঈশ্বরগী খুভম কাবনি হায়বা মওংদা গুরুগী মশক তাকপনি। অদুনা গুরুতত্ত্বদা শকই —

গুকারশ্চান্ধকারঃ স্যাদ্রুকারস্তেজ উচ্যতে।
অজ্ঞানধ্বংসকং ব্রহ্ম গুরুরৈব ন সংশয়ঃ।।

য়েলহৌ যুগকী লাইরিকশিংদা মথক্কী লাইরিক মখলশিংসিনা মপুং লেপ্পী হায়বগী বাদনি। অতৈ মখল-মথেল মওং কয়া কয়াগী লাইরিক লৈতবা নত্তে, লৈরিবনি। মতম্না য়াওল খুদিং মখল-মথেল মওং কয়া কয়াগী লাইরিক অদুম মহাপলিবনি। তরামণ্ডাশুবা শতাব্দীগী লোইনিং-লোইমা তৌরকপদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংলকপা, তরাগাতরেৎশুবা শতাব্দীগা তরাগনিপালশুবা শতাব্দীগা অনীগী লোন্নবা মতাংদগী হৌনা বালকৃষ্ণ উপাসনা বাম উপাসনা অমসুং গৌবীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মনা নিংথৌপলগী, লৈবাক নিংথৌপলগী মথং মথং অসুম অসুম ধর্ম্ম ওইরকপা মতুংইন, ধর্ম্মশিংসিনা পুরকপা কৃষ্টিশিংনা বাক্স কয়াগী অমসুং অশেবা কয়াগী মথৌ শং মতম মতমগী মিৎয়েং-পান্দম, বাখল-ফিদম, পুন্সিগী অর্থ মরৌ মতুংইন মখল

মথেল মওং কয়া কয়াগী লাইরিক অদুম মথোকপনি। তরামাপলশুবা শতাব্দী ফাওবদদি মণিপুরী লোলদা ইবদ নগুনা ধরনী সংহিতাগুম্বা সংস্কৃত্তা ইবা অদুগা বিজয় পাঁচালীগুম্বা বাঙ্গলা লোলদা ইবা লাইরিক ফাওবা য়াওবনি। চীংগী পলোননুংদা চিপক ঙানবা, মীশিং থোইনা য়ামদবা জাতি অমগীদি থোইদোক-হেন্দোক্লা লৈবা লাইরিক্কী মশিংনি। মসিদা অমতংদদি, বিজ্ঞানগী ওইবা লাইরিক্তি ইয়াও য়াওদবদৌনা তৌরি।

বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অবদান ঙক্লা চাউই। অদুবু ধর্ম্মসিগী মহাকথং জাতিগী লোন্দা অকায়বা অমা থোকখি। বৃটিশ আমলদা মৈতৈ জাতিগী কাং-খোংগী খুদোং লৌ মপালগী রাজকর্ম্মচারীশিংনা বাঙ্গলাগী মাধ্যমদা শিক্ষা পীনবা থৌশিনখি। তরামাপলশুবা শতাব্দীগী অরোইবা দশকতগী হৌনা কুনশুবা শতাব্দীগী অহুমশুবা দশককী তত্থায় ফাওনি মণিপুরী লোলনা শিথরুবা ওজাশিং খঙদে শিক্ষা বিভাগকী কর্ম্মচারীশিং খঙদে শিলেট কাছাড়গী মীওই ঙাক্তা ওইবনা অরি-অনৌ শমনদবা লোল অমা পোকখি। অদুবু কালগী গাতিনি ঐখোয়না তেংথারুবগী থোইনা কান্নবা লৈতে। লোলসি হৌজিক্তি মতমগী চাউখৎলবা লোলশিংগী মনুংদা লৈরে। এম এ ফাও তমনবে। দীলিগী সাহিত্য একাদেমীনা ফাও লৌখৎপা কুইরে। অদুবু লোলসিগী অহোবা শরুক খরদি অদুম মরৈরি। লোলসিগী মশাগী লৈজরিবা কোষ, লোলগী ইতিহাস, সাহিত্যগী ইতিহাস অমসুং ব্যাকরণ মপুং নীংথিনা ফাবা অমতা উদ্রি। সরকারনসু প্রজানসু থোইনা যেংশিনলুদবগুম তৌরি। প্রান্ত অতৈদা সরকার সরকারনা মতিক চাবা মীওইশিংদা প্রবন্ধ পীদুনা অসিগুম্বা পোৎশক কয়া শেমগৎনবগুম ঐখোয়গীসু সরকারনা য়েংশিনফম থোক্রবর হায়না খনদবা ঙমদে খল্লি। য়াম্না রাব থম্মোয় শোকপা অমনা চহি লিশিং অনী লৈবাক নিংথৌ পাল্লক লৈবাক্কী রায়েল থৌদা পুরবা লোল মরনাই ময়েক্কী লাইরিক মখল মথেল কয়া লৈরবা লোলসিবু ঙসি কেন্দ্র সরকারনা নিপালশুবা সেদ্যুলদা চনবীদ্রিবসিনি।

ওঁ শান্তিঃ ❑

# গোবিন্দ নিরুপণ অমসুং মহারাস

জয়সিংহ খোই খোইবা বৈষ্ণবনি, গোবিন্দ ভক্তনি। মিথিলাগী মবুংঙো রাজর্ষি অমগুম সনা ফম্বালনা মাপাল ফাবদা সনা কোকথোন্না মিৎ থক্তবা, ফজবী থৌগল নুজাশিংনা পুক্নীং লাওদবা, খ্বাই খুনাইগী নুংথিন্না অহিং ওইবা অহিংনা নুংথিল ওইবা নিংথৌনি। ভক্তি যোগনা লমজিংদুনা মফম চানা পোক্লবা মীওইনি। মহাকপু পোকপা শ্যামশাই খুরাইলাকপা গরীবনিবাজ মহারাজগী মচা ইবুঙো অহলনি, নিংথৌ সনা লীকলাগনি। মণিপুর সনা লৈবাক্তা দেবব্রতনি। মপাবুং মহারাজগী সনা পুক্নীং থুংনবা সনা ফম্বাল তরাই থাদোকখিবনি, শ্রীরামগী চরন্দা মবুক্নীং মহকচাং তুনা মথবায় কৎখিবনি। তুলসীদাসগী মতম হনুমানগী দর্শন ফংখিবনি, হনুমান সিদ্ধনি। মপাবুংগী প্রেমভক্তিনা মূর্ত্তি পান্দুনা চোংথোকপনি জয়সিংহ তুংলমচৎকীনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র।

ময়াম্বুং ইবুংঙো মহারাজ গৌরশ্যামগী সনা য়াথংনা জয়সিংহ খ্রীষ্টগী কুমজা ১৭৫৯ দা সনা ফম্বাল কায়। চহী অহুম চঙলকপদা ব্রাহ্মণ মচা কোকপৈ হায়বা অমা লোইশিনখিবদগী সনা পুক্নীং নুঙাইখিদবনা ফমগৃম্মি, ময়াম্বুং মহারাজদা সনা ফম্বাল অমুক কৎশিল্লি। অদুবু ময়ামবুং মহারাজনা পঙকুই কুইরমদ্রবনা খূভম থুনমক হঞ্জিনখি। হঞ্জিল্লবসু তম্থা অমুক থাদোকপা তাখি।

খেলৈ নূংনাং তেলহৈবা মোইরাংগী নিংথৌনি, মহারাজ গৌরশ্যামনা মাম্মনি হাপ্লম্বনি। মহাক্তি মথম্মোই য়াম্না বাংবা, পীক্লবা মোইরাংগী ফম্বাল্না পেনবা ঙমদবা, অপূনবা কংলৈ সনাপুংগী সনা শেকপিল খান্নিংবা, কূটনীতিসু য়াম্না হৈবা মীশক্তি। মহাক্না মোইরাং নিংথৌ হেক ওইঙৈদগী মহাকপু সেম্বিবা মহারাজ গৌরশ্যামগী মশা থানবা হোৎনখি। অদুবু মতোন ইবুঁঙো অনন্তশাই মন্ত্রী পুনশিবনা মায়োক য়াখিবনা পাঙবা ঙমখিদে। মহারাজ জয়সিংহগী সনা হাক্তম্ভদি মপাল মরু ফংনা ফুক্তোক্লবা

থৌরাংখি। রত্নপুরগী নিংথৌগা লৌতুনদুনা কংলে সনাপুংসিদা অবা-লাল পুরকখি। খ্রীষ্টগী কুমজা ১৭৬৪ দনি। মতোল ইবুংঙো হরিচণশাই সেনাপতিগী তেংগোন্দা নিংথৌ মশামক্লা চিংদুনা সনা তেংগোল থোমজিলফাও অবা তেংগোন্না চাউমনখিবনা মায়োক লেপ্পা ঙমখিদে — লাল কায়খি। মহারাজ মতম খরা চীংশিংদা লৈদুনা খাঙবদা য়ারক্তবনা কাছাড় য়ৌখি, কাছাড়দগী অমুক তেখাউ নিংথৌ রাজেশ্বর স্বর্গদেবগী মফমদা চঙশিনখি।

থেৌলে নুংনাং অবাগী মখাদা পাপ্লে। অদুবু কয়া কুইনগীনো খঙদে। জয়সিংহসু হিংলি। মশা উরোক্কী 'মাঙদা তেল নীংদা লাং' দা লৈরি। অবা চেৎনা ফানবা মচা ইবেম্মা লৈমা সঙ্গমণি অবানিংথৌদা থাজে, জয়সিংহ মাঙনবনা মীকোক কুম্থা রায়বার থাদুনা তেখাউ নিংথৌদা হু থাই; পাল্লি।

জয়সিংহগী লিংৎফম লৈতে। মহারাজ রাজেশ্বর অবাগী মিংদা থাগৎলি। মরৈবাক কল্লবা জয়সিংহ লোইশিনগে লেপখি। মরোইশিন্দবু লাইরেল্লা মণ্ডপ ঙাকপদা লফুৎ কাদুনা শিবগুম জয়সিংহসু অদুম শিজনবা শিনখি। "মৈতৈ নিংথৌ নংদি লাইগী ধারানি, লাইনি, ঐগী লৈবাক্লা শামু অঙাওবদগী বারিবসি কনবিয়ু" হায়জিন্দুনা শামুদা শিনবা তৌখি। জয়সিংহ খঙদবা নৎত্রে, খঙলে স্বর্গদেবনা মহাকপু হাৎকে লেপ্লে, উই মশা ঈশায়ফুদা য়োকপা লৈম্লেগা অমত্তনি, শামুদা নৎত্রে অমদা শোয়ররোই মহাৎলগনি; লেপখি "অশিবগী মায়োক য়ারগে, পূম্নমক্কী তুভম মতমবু থৌনানা মায়খুবা পীরম্লগে"। মথংগী নুমিত্তা শামু থেংনবা তাখি।

কোনুংদগী লেঙখরে, সনা হকচাং শেংদোক্রে, করিগুম্বা অমত্ত য়াতোন তংদনা অহিং নোংশোইবা মালা জপ তৌখি, শ্রীগোবিন্দ স্মরণ তৌখি। ভগবান্দি ভক্তগী মখা পোল্লি। ভক্তগী আন্তরিক পুকারদা মহাক্লা লাক্তবা লৈতে। উখি মঙ ওই হা ওই শ্রীগোবিন্দবু মমিৎনা শংশং, তাখি তশেং ভক্তরাজ শ্রীগোবিন্দগী শ্রীমুখবাণী "কিরুনু ঐ লৈ"। তাখি ভক্ত ভগবান শ্রীগোবিন্দগী পদারবিন্দদা। জ্ঞান লাকপদা নোং ঙাপ্লে।

অয়ুক্তনি লেঙথোক্রে ভক্তরাজ শামু পন্দা। স্বর্গদেবদগী বিদায় লৌরে, লেঙশিল্লে পম্লুংদা। বাংখৈ গোপীরাম, অয়েকপা লছমন তৌই তৌগল, খাম্বা য়াদে। মমাঙদা উচেক পাইবা য়াদবা শামুনি। মী উবদা মনাতোন য়াখোঙদা থিংশিন্দূনা

থেকই, খণ্ডহৌদে, মনাতোন তল্লাম লামদুনা পাইশিল্লক্রই। ভক্তরাজ "জৈ গোবিন্দ মনাই অনী সনা খুৎ হাইদুনা খান্নম শামুরোমদা তমশিল্লি। মাগী মিথলৈ অমদা প্রকৃতিনা লীচৎ হোংবা — নুংনা তাউবা মৈনা ঈংবা, হুনা অমৃত ওনবা, ভগবান্না মাঙওইনবা ভক্তদা শামুনা কদৌনি! শামু উবদা লঁঙুরে নীঙঁমদবা মতা মনাতোন মখাদা লোল লৈমায়দা কুপ্থখি। ভক্তরাজ ময়াদা নেৎ লাংগোই থকতা লৌখৎপি। শামু অতেবা মতম ভক্তবু পুদুনা পম্নুংদা কোয়না কোয়না চৎখি, খণ্ডদে, লাংগোই মাগী মপোক য়াইফরে খললুবরা? অঙকপা ভগবানগী লীলানি।

স্বর্গদেব নীঁঙমখিদে। প্রায়শ্চিতকী মশক ওইবা মৈদিঙু জয়সিংহবু খুভম অমুক্তং হঞ্জিনহনগে থৌরাংখি। খোংফম অনীরক তেংগোন থাখি। খ্রীষ্টগী কুমজা ১৭৬৭ তা জয়সিংহ স্বর্গদেবগী মতেংনা খুভম হঞ্জিনখি।

অহানবা মতম খরা বিষ্ণুপুরদা পাল্লি। মতাং অসিদা শ্রীগোবিন্দগী শ্রীমুখবাণী মতুংইন্না কাইনাদা থৈবোং পাম্বী থিবা মী থায়। থৈবোং অসি পাঙনবম ইমুং অমগী ফুংগা লাইরুদা নোংমা ইখণ্ড খণ্ডদৌদনা হৌরকপনি। নোংম নোংমগী অসুক চাউই হায়বা খঁঙি। থাবুম খরগী মনুংদা উরেপ ফায়। অমাইবা অমাইবীশিংনা লাইনি খণ্ডদুনা পূজা কৎলি, লৈবাক অখণ্ডবনা খুরম্নৈ। থৈবোং অনি নিংথৌ পন্দগী হৌনবি পূজানচিংবা কত্তুনা বিষ্ণুপুরদা লেঙই।

খ্রীষ্টগী কুমজা ১৭৭৬ কী হিয়াঙ্গৈ তরাগা নীথোইনি পানবা ইরাই নুমিত্তা, অনীশুবা য়ুথক্কী নিংথৌকাবনা পুবা মাহেন্দ্র দগুদা গোবিন্দগী শ্রীবিগ্রহ নিরূপণ বেদবিধিগা কোন্ননা হৌখি। চহী অহুম চঙখি। অভিষেক্কা খ্রীষ্টগী কুমজা ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈ তরাগা মাইথোইনি পানবদা কাঞ্চীপুরদা তৌরে। অভিষেক নুমিত্তগী পূর্ণিমা ফাও নুমিৎ মঙানি চুপ্না রাস কৎখি। অদুনা শ্রীবিগ্রহ সেবা চৎলকপা, রাস কৎলকপসি ঙসিদি হন্দক লাক্কদৌরিবা হিয়াঙ্গৈ তরামাথোইনি পানবা নুমিত্তা চহী চনী হায়রগনি।

ঙসি সনা কোনুংদা শ্রীগোবিন্দগী কৎলিবা রাস অসি মেরাগী পূর্ণিমাদা অমা, হিয়াঙ্গৈগীদা অমা, কালেনগীদা অমা অহুম্নক্কি। কুঞ্জরাস, মহারাস, বসন্তরাস অহুমখক্কি। গোবিন্দ লীলামৃতম্, ভাগবতম্ গীতগোবিন্দম্ অহুমদগী লৌবনি। অহানবা অনীনা হৌবনি হায়বা মতাংনা অভিষেকতা মঙানি চুপ্না কৎখিবদুনা অদুম মতাক্রে।

ইল্লকফম থোকপনা বসন্তরাসনা অদুম ইল্লকপনি। মনা কোনুংগী মপান্দদি নিত্যরাসসু, নৃত্যরাস, দিবারাসনচিংবা মিংথোন্না ওজাশিংনা পানখত্তুনা অদুম মশান্নে।

মণিপুরী রাসগী থোইথোইবা, মীনা তানগুমদবা শক্তম অমা লৈ। ব্রজভূমদা, মপালগী বৈষ্ণব জগত্তা কৎলিবা, শান্নরিবা রাসশিংগা মসিগা ফিজোন্দা জগোইদা ভাবতা য়ান্না খৈন্নে। খেন্নকগী মরমসু চাউনা অদুম মরৈ। শ্রীগোবিন্দগী কৃপা ফংবদগী ভাগ্যচন্দ্র মিংথোন্নখিবা রাজর্ষি জয়সিংহ দাস্য ভাবনা গোবিন্দগী দর্শন ফংবনি, দাস্য ভক্তিনা শক্তম্নবা ভক্তনি। ভক্তনা যোগদা ফংবা শ্রীগোবিন্দগী দর্শন, রাসগী দর্শন অপূম্বা ভক্তগী ভক্ত, শিল্পী অমসুং কলাকার ঝাংখৈ গোপীরান্না য়েকশিন খোচ্চিনবনি। ভক্ত রাজগী দাস্য ভক্তিনা মূর্ত্তি পান্দুনা চোংথোক্লবী নুপীজা জাত্তা পোক্লবনা মধুর প্রেম্না শ্রীগোবিন্দদা ভক্তি কচ্চখিবী, মহাক্কী ঐকান্তিকী ভক্তিনা মীরাগী মতম শ্রীগোবিগুবু পুনখিবী, মদুনোং শিজ লাইওংবী মিংথোন্নখিবী মচা ইবেম্মা বিম্বাবতীনা অঙাং ওইরিঙৈদগী নবদ্বীপ ধামদা লেঙদ্রিফাও রাসগী মপুং ফারবনি। লৈবাক অসি এহেলৌঙৈদগী নৃত্য কলাগী অথোইব ক্ষেত্র অমা ওইনা লাকপনি। লৈতাই, নোংদাই, লৈনেৎ-লৈসেম জগোই, লাইনিং লাইসোল জগোই, হরাউ তয়াম জগোই নুংশি নুঙোল জগোই, শাগী লানগী জগোই মখল মথেল কয়ানা লৈবাকসিগী ওইনা লাকপনি। প্রেম ভক্তিদা লূপ্লবা ওজাশিংনা জাতিগী কলাবু প্রেমভক্তিনা মচু লোক্লুনা সেম্বনি। অদুনা ফিজোল, ফিজেৎ, খুৎথেক, খুৎপু, খোঙবু খোঙথাং, মিৎপু মিৎফম লৈবাক্কী ফজবা নোললুকপা লোঞ্চত্তা ভক্তিগী নম্রতা খিক্লুনা সেম্বনি। অদুনা মণিপুর ঐখোয়গী রাসদা অঙৈংবা, অমেঙবা, অতপ্পা, নোললুকপনিচিংবা নীংথিবা পূম্নমক্কী শক্তম তরং তরং অদুম মফাওই। অসিমক্লা বিশ্বকবিনা কলিকাতা মহানগরীদা সৌগাইজাম্বা নবকুমারনা হন্নেন ঘোষগা পক্লদুনা মণিপুরগী মপান্দা ইহান হান্না উৎখিবা রাস উখিবদগী শান্তিনিকেতন্দা ওজাশিং মথং মথং কৌশিন্দুনা মণিপুরী রাস থমখিবনি, মনম চৎপা হৌখিবনি। নীংথিবা অরূবা অহেনবগী পূজারী কবিগী মপাউ অমা চিন্থাংমক ওইরবসু মতাং অসিদা পন্নীংই। ইশৈগী জগত্তা ঙসিফাও মমিং মুৎত্রিবা ওজা লাইশ্রবা মাংগোলজাউনা পোকপা ওজা কুলবিধুনা শান্তিনিকেতন্দা মৃত্যগুরু ওইদুনা লৈরিঙৈদা কবিনা তাকপিখিবা "মণিপুরী জগোইগী নীংথিবা মনীংথিগী মপা পীনিংঙাই খর ঝানা থোকই, নুমিদাংঝাই নুংশিৎনা কাইদ হুন্নকপদা নাশংনা য়োম্বা মালিকানা-হাইদুনা মূনা হাইফেৎ য়েংলম্লগা

নাশংলক্তা অমুক তনথুপ থুপচিনখিবগুম থোকই ঐঙোন্দা" হায়বা ৱাফম্না ঐখোয়গী রাসগী মশক অদুম মতাকই। অসিগুম্বা তোপ্তোপ্নবা, থোইখোইবা মগুণ অসি ঐখোয়গী রাসনা ফিদা অয়ুংবা অমা কনবনি, পৃথিবীগী কলা জগত্তা মশক অমা ওইরিবনি। অসিগুম্বা কলাগী স্বত্বাধিকারীনি হায়না নাপঙবা ওন্নিবা ঐখোয় মণিপুরী জাতি য়াইফবনি। ❑

*(জে. এন. মণিপুর ডান্স একাদমীগী*
*'সিলভর জুবিলি' - ১৯৭৯ গী সোভিনিরদগী লৌথোকপা।)*



কবি অশাংবম মীনকেতন অমসুং ইমুং-মনুং।



কবি অশাংবম মীনকেতন অমসুং মচাশিং।



কবি অশাংবম মীনকেতন অমসুং ইমুং-মনুংগা লোয়ননা গঙ্গোত্রিগী লম্বীদা।



কবি অশাংবম মীনকেতন অমসুং ইমুং-মনুংগা লোয়ননা গঙ্গোত্রিগী লম্বীদা।



কবি অশাংবম মীনকেতন অমসুং গঙ্গোত্রিগী শাধুশিং।





কবি অশাংবম মীনকেতনগী নোংমগী পুন্সিগী শরুক অমা
ওইনা মশুশিংগা পোৎথাবি।



কবি অশাংবম মীনকেতনগী নোংমগী পুন্সিগী মনুংদা শরুক অমা।



শ্রীঅরবিন্দ সোসাইটি ইম্ফালনা শিনবা, ফিলোসোফি ওফ অরবিন্দ
হায়বা হিরমসিদা ৱাং ঙাংলি।



এক্সিবিশন অমদা মীৎয়েং তামিন্নরিবা কবি অশাংবম মীনকেতন অমসুং মচানুপা।



কবি অশাংবম মীনকেতন অমসুং মচাশিংগা লোইননা হরিদ্বারদা।



কবি অশাংবম মীনকেতনগী নোংমগী পুন্সিগী শরুক অমা।



কবি অশাংবম মীনকেতন অমসুং পণ্ডিত শিবদত্তা শর্ম্মা।



অহানবা মণিপুর লেজিসলটিব এসেমব্লিগী নোমিনেটেদ মেম্বর অশাংবম মীনকেতনগা লোইননা অতৈ মেম্বরশিং।



কবি অশাংবম মীনকেতননা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালগী ফিরাল চিংখৎপা।



মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালগী থৌরম হৌদোক্লুনা মৈরা চুখৎপা

কবি অশাংবম মীনকেতননা কবি সম্মেলন অমদা শৈরেং পাথোক্লি।



কবি অশাংবম মীনকেতননা ডা. কমল মেমোরিয়েল লেকচরদা বা ঙাংলিবা।



কবি অশাংবম মীনকেতননা লুচিংবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী মীহুৎ কাংবু অমগা ইম্ফালদা ভারতকী প্রসিডেন্ট ভি ভি গিরিগা উন্নবা।



কবি অশাংবম মীনকেতননা মণিপুর অসাম কলচরেল সোসাইটিগী ইম্ফালদা পাঙথোকখিবা মীফম অমদা শরুক য়াবি।



ত্রিপুরাগী মণিপুরী চেফোঙ মরুপ শরৎকী ঈচেল ১৯৮১ দা ইম্ফালদা ফোঙদোকপগী থৌরমদা ওইবোমদগী কবি নীলবীর শর্ম্মা শাস্ত্রী, আর কে কমলজিৎ (ইডিটর), শ্রী য়ুমনাম য়াইমা অমসুং কবি অশাংবম মীনকেতন সিংহ।



কবি অশাংবম মীনকেতননা অগরতলাগী সাতাবরসিকি ভবন্দা
ত্রিপুরা রবিন্দ্র পরিষদনা শিনবা সাহিত্য মেলা হৌদোক্লবা মতুং।



কবি অশাংবম মীনকেতননা ডি. এম. কলেজদা ওঝা ওইরিঙৈ।

# অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ



অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ, বাংখৈ অশাংবম লৈকাইদা ইং ১৯০৬, মে থাগী তাং ২দা গৌড়িয়া বৈষ্ণবকী ইমুং অমদা অশেংবা ক্ষেত্রি অমা ওইনা পোকখি। অপোকপগী মীং অশাংবম জীবন সিংহ, অপোকপীগী মীংনা অশাংবম মেধাবতি দেবী কৌই। অদুবু পোকপা নুমিৎ ১২ নি শুবা নুমিত্তগী মোইরাংখোম সৌগাইজম লৈরক ইম্ফালদা লৈবা মহারজ মধুচন্দ্রগী মশুনুপা মাইবম ইবুংঙোতোন সিংহ অমদি মহারাজ নরসিংহগী মশুনুপী নিংথেম চনু সনাজাওবী দেবী অনিনা য়োক্লক্তুনা চাওরকখি।

মহৈ মশিংগী লমদদি য়ুমদগী হৌরকখি, পেটিগ্রু লবার প্রাইমারী স্কুল, মোইরাংখোম অপ্পর প্রাইমারী স্কুল, জোনষ্টোন হায় ইংলিস স্কুলদা মথং মথং তমলক্তুনা মুরারিচান্দ কলেজ শ্রীহট্ট (সিলেট) তা তমদুনা ইং ১৯৩০ দা কলিকতা ইউনিবরসিটিদগী আর্ট গ্রেজুয়েট ওইখি। ইংলিস, বেঙ্গলি, সংস্কৃত, হিন্দি অমদি অরিবা মণিপুরী লোলশিং ঙাংবা ঙম্মী।

ষ্টেট অমদি নেসনেলগী থাক্তা এবার্ড কয়া অমদি মীংথোলশিং ফংলকখ্রে। পনবা য়াবা খরদি ইং ১৯৭১ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা **সাহিত্য-রত্ন**, ইং ১৯৭৫ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী ইম্ফালনা **ফেলো**, ইং ১৯৭৬ তা সাহিত্য একাদেমী, নিউ দিল্লিনা **সাহিত্য একাদেমী এবার্ড**, ইং ১৯৭৬ তা থৌগল মরুপ হাইলাকান্দি (কাছার) না **কবি সম্রাট**, ইং ১৯৮০ দা রোট্যারি ক্লব ইম্ফালনা **দি মোষ্ট ইমিনেন্ট সিটিজেন ওফ মণিপুর এবার্দ**, ইং ১৯৮৫ দা ভারত সরকারনা **পদ্মশ্রীএবার্দ**, ইং ১৯৮৫ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালনা **সুভর্ন জয়ন্তি বিযেস শম্মানএবার্দ**, ইং ১৯৮৬ তা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালনা **যামিনি**

**শুন্দর গুহ গোল্ড মেদল**, ইং ১৯৮৮ দা ডি কলচরেল ফোরম মণিপুরনা **থোইবি এৱার্দ**, ইং ১৯৮৮ দা মণিপুর দ্রামাটিক ইউনিয়ন (এম ডি ইউ) না **ললিত নীংশিং গোল্ড মেদল**, ইং ১৯৯০ দা মণিপুর ইউনিভরসিটিনা **ডোক্টরেট (ওনোরিস কোজা)**, ইং ১৯৯১ দা মণিপুর সরকারনা **দি রিপব্লিক ডে গোল্ড মেদল** ইম্ফালদা পীখি। ইং ১৯৭২ প্রসিদেন্ট **রুল** লৈরিঙৈ মনুংদা মণিপুরনা ষ্টেটহুদ ফংবগী থৌরমদা রিসেপশনেলিস ওইখি অমদি ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ইন্দিরা গান্ধি অমদি মহাক্কা লোইন্নরকপা গভর্ণর শ্রী বি কে নেহরু অমসুং লেপ্টেনেন্ট গবর্ণর শ্রী ডি আর কোহলি আই সি এস (রিটায়ার) না **এ মোষ্ট রিসপেক্টেদ সিটিজেন ওফ মণিপুর** হায়দুনা শক্তাক পীখিবগা লোইন্ননা চাউরবা ইজ্জৎ ইকাইখুন্নবা উৎপিখি।

অচৌ অচৌবা শিনফম কয়াদা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌদুনা লাকই। ইং ১৯৪৭ তা মণিপুর ষ্টেট কনষ্টিটিউসন মেকিং কম্মিটি হৌজিক্কা মণিপুর ষ্টেট কনষ্টিটুয়েন্ট এসেমব্লিদা মহারাজগী **নোমিনি মেম্বর** অমদি ইং ১৯৭১ অমসুং ১৯৭২ দা টিচর্স ফাউন্দেসন মণিপুর ব্রাঞ্চ কী ইউনিয়ন এদুকেসন মিনিষ্টিরগী **নোমিনি মেম্বর** ওইখি।

ইং ১৯৭০ দা ইউনিয়ন পাব্লিক সার্ভিস কম্মিসন নিউ দিল্লি (ইউ পি এস সি) গী **এডভাইজর** ওইখি। ইং ১৯৪৭ তা গভর্নমেন্ট ধনমঞ্জুরী কলেজ (ডি এম কলেজ) হৌদোরকপদা কলেজ অসিদা এন্সেন্ট হিষ্টোরি (গ্রীস এন্দ রোম) অমদি ক্লাসিকেল মণিপুরী লিটরেচরগী **প্রোফেসার** ওইরকখি। সিটি নাইট কলেজ হৌজিক্কা গভর্নমেন্ট নোংমৈকাপম গোপাল কলেজ (এন জি কলেজ) লমফেলপাৎ কী হৌদোরকপদা য়াওবা অমা ওইনা **প্রিন্সিপাল**, **চেয়ারমেন** গভর্নিং বোডিগী ইং ১৯৭২ দগী ১৯৮০ ফাওবা ওইরকখি। জৱাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেন্টর ওফ পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টডিজ কাঞ্চিপুর ইম্ফাল হৌজিক্কা মণিপুর ইউনিভর্সিটি কাঞ্চিপুরগী, মণিপুরী লেঙ্গুইজ এন্দ লিটরেচরগী **এসোসিয়েট প্রোফেসার হেড ওফ ডিপার্টমেন্ট** ওইরকখি। মণিপুর সবকারগী **টেক্সবুক ষ্টেন্দিং কম্মিটি, স্পেলিং কম্মিটি, গেজেট্যিয়র কম্মিটি, ষ্টেট এমব্লেম কম্মিটি, ষ্টেট টার্মিনোলোজি কম্মিটি, খোংজোম ডে সেলেব্রেসন কম্মিটিনচিংবগী** মেম্বরশিং ওইরম্মী। করিগুম্বা মতমদা **রিবিউয়র বুকস ফোর ষ্টেট সবসিদিগীশু মেম্বর** ওইরম্মী। সাহিত্য একাদেমী নিউ দিল্লিগী লোকেল **এডভাইজরি বোর্দ**, জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদেমীগী ইম্ফালগী লোকেল **এডভাইজরি বোর্দ**, ওল ইন্দিয়া রেডিও

(এ আই আর) ইম্ফালগী প্রোগ্রাম এডভাইজরি কম্মিটি অমদি কেন্দিদেট সেলেক্সন কম্মিটিনচিংবগী মেম্বরশিং ওইরম্বখক্তা নত্তনা এ আই আর ইম্ফালগী সোং সেলেক্সন কম্মিটিগী এডভাইজরশু ওইরম্মী।

ইং ১৯৩১ দগী ৩২ ফাওবা মণিপুর সরকারগী এক্কাউন্টেন্ট অন্দর ট্রেনিং, ইং ১৯৩২ দগী ৩৩ ফাওবা মণিপুর সরকারগী লৌরুংশঙদা সব-ডিপুটি কলেক্টর অন্দর ট্রেনিং, সব-ডিপুটি কলেক্টর-টু হেন্না খংনবনা লেন্দ সেটলমেন্ট ওফিসার (এল এস ও) ওইখি। ইং ১৯৩৬ কী জনুৱারী ৩১ দা প্রসিদেন্ট মণিপুর ষ্টেট দরবার (রেবেনিউ) গা মোৎ খেন্নরকপদগী রিজাইন তৌখি।

ইং ১৯৫৫ দা ডি এম কলেজদা মণিপুরী ডিপার্টমেন্টকী হেড ওইনা ওইনা পোষ্ট গ্রেজুয়েট বি টি ক্লাসতা মণিপুরী তম্বীরম্মী অমদি ইং ১৯৬৭ কী ওক্টোবর তাং ১৭ তা সেনিয়র লেকচর অমা ওইনা হেড ওফ ডিপার্টমেন্ট মণিপুরীদগী পোথাই। ইং ১৯৩০-৩১ দা মণিপুর ইনষ্টিট্যুসন, ইম্ফাল, হৌজিক্লা চুড়াচান্দ হয়ার সেকেন্দরী স্কুলগী এসিষ্টেন্ট হেড মাষ্টর ওইরম্মী। হৌজিক্তি লৈখিদ্রবা নরসিংহ হায় স্কুল, অমদি রাম লাল পাল হায় স্কুলদশু এসিষ্টেন্ট হেড মাষ্টর ওইরম্মী। ইয়োর হায় স্কুল হৌজিক্লা তোম্বীসনা হায়স্কুল অমদি বেঙ্গলী হায় স্কুল, ইম্ফালদশু এসিষ্টেন্ট টিচর ওইরম্মী। ইং ১৯৪৫ দগী ১৯৪৭ ফাওবা কাঞ্চিপুর পোলিটেক্নিক হায় স্কুল হৌজিক্লা কাঞ্চিপুর হায় স্কুল, ইম্ফালদা প্রিন্সিপাল অমদি হেড মাষ্টর ওইরম্মী। অনিশুবা লাঞ্জাও মনুংদা ভি ষ্টোর বেজ ইম্ফালগী বাবু ইনচার্জ ওইরম্মী. মসি হৌজিক্লা লোকচাওদা হোংখ্রে। সেন্ট্রেল বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এদজুকেসন, নিউ দিল্লিগী পেপর সেটর, গুৱাহাটি ইউনিভর্সিটিগী এগজমিনর, বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এদজুকেসন অসাম গুৱাহাটিগী স্ক্রুটিনাইজর, মণিপুর বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এদজুকেসন ইম্ফালগী হেড এগজমিনর, অমদি নোর্ঠ ইষ্টর্ন হিল ইউনিভর্সিটি ষ্টডিজ এন্দ কোর্স কম্মিটি মণিপুরি সবজেক্ট, গুৱাহাটি ইউনিভর্সিটি অমদি বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এদজুকেসন অসামগী সেলেবস কম্মিটিনচিংবগী মেম্বরশিং ওইরম্মী। মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী ডিপার্টমেন্টকী মীশীং হাপ্নবা থবকশিংদা য়েংশিন্নবা মতম মতমগী ওইনা মহাকসু মেম্বর ওইনা হাপলমই।

কলিকতা ইউনিভর্সিটিনা মণিপুরী লোল অমদি সাহিত্যবু শকখংলক্তুনা হায় স্কুল অমদি কোলেজশিংদা লাইরিক তম্নবা হৌরকপা মতমগী অইবা লময়ানবা তরেৎকী মনুংদা মহাকশু অমনি।

মণিপুরী সাহিত্য অমদি লোলবু নুংশিজবা মীশক অমা ওইনা মণিপুরী সংস্কৃত পরিষদনা ফোঙবা সাহিত্যগী চেফোং জ্যোতিগী **এডিটর** ইং ১৯৭৯ দগী ১৯৬১ ফাওবা ওইরম্মী। বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এদজুকেসন অসাম অমদি বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এদজুকেসন মণিপুরগী সেকেন্দরী মহৈরোইশিংনা তম্নবা মণিপুরী শৈরেংশিংগী খোমজিনবা **শৈরেং অখনবা** (১৯৬৭) কী **কম্পাইলরশু** ওইরম্মী।

চৈতন্য সেবা মন্দল ইম্ফাল, অতোমবাপু রিছার্স সেন্টর ইম্ফাল, পাউনা ব্রজবাসি রিছার্স সেন্টর, ইম্ফাল, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, কলচরেল ফোরম মণিপুর, বার্ল্ড ইউনিয়ন ইম্ফাল ব্রাঞ্চ, বিশ্য হিন্দু পরিষদ, ইম্ফাল ব্রাঞ্চ, ষ্টেট লেভেল কম্মিটি ফোর ডি সেন্টিনেরি সেলেব্রেসেন ওফ চৈতন্য দেব (১৯৮৫) হায়রিবা ওর্গানাইজেসনশিং অসিগী **প্রেসিদেন্টশিং** ওইরম্মী। মহাবাজ নরসিংহ মেমোরিয়েল কম্মিটি ইম্ফালগী পেট্রোন, ইং ১৯৩৫ দা হিজ হায়নেস ডি মহারাজ ওফ মণিপুর সার চুরাচান্দ সিংহ কে সি এস আই, সি বি ই গী লমজিং মখাদা লিংখৎপা বিবোধ জননী সভা (হিষ্টোরিকেল কম্মিটি), মৈতৈ ময়েক থৌগন মরুপ, ইম্ফাল সেবা সামিটি, ইম্ফালনচিংবগী **মেম্বরশিং** ওইরম্মী। ডি অরবিন্দো সোসাইটি, ইম্ফাল ব্রাঞ্চকী **চেয়ারমেন** ওইরম্মী। ছাত্র ওইরিঙৈ ইং ১৯২০ দা **মাদর ক্লব** ইম্ফাল, **মৈতৈ চনু কম্মিটি**, ইম্ফালগী **ফাওন্দর মেম্বরশিং** ওইরম্মী। মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন (এম ডি ইউ) গী **ফাওন্দর মেম্বর** ওইরকপদা নত্তনা ইউনিয়ন অসিগী ড্রামাগী **আর্টিস** অমদি **ড্রামা ইবা** মীশক অমশুনি।

ভারতকী তোঙাল তোঙালবা মফমশিং কয়ামুক চৎলুরে অমদি মসিগী কলা সংস্কৃতিবু পুক্রিংদা লুনা চেৎনা লৌজরম্মী। মজাতিগী মীশিংবু লমচৎ ফজনা অমদি ইংনা লৈহন্নবগীদমক মমিং লৈরবা এসোসিয়েসন **ডি বার্ল্ড ইউনিয়ন**, অমদি **ডি অরবিন্দো সোসাইতিগী অচৎবা মেম্বর** ওইরম্মী।

ফোঙলবা লাইরিকশিংগী মনুংদা **বসন্ত শৈরেং** লাইরিক অসি কলিকতা ইউনিভর্সিটিগী মখাদা ডিকেড অনি (চহি কুন) য়ৌনা ইন্টর্মিদিয়েত ক্লাসকী টেক্স বুক ওইরম্বতা নত্তনা গুবাহাতি ইউনিভর্সিটিগী মখাদা ১৯৩৪ ফাওবা টেক্স বুক ওইরম্মী। অতৈ লাইরিকশিংদি **সীতা বনবাস** (ড্রামা, ১৯৩৬), **তোনু লাইজিংলেম্বী** (ড্রামা, ১৯৪৯), **মৈতৈ উপন্যাস** (ক্রিটিসিজম, ১৯৫০), **রামায়নগী বারী খরা** (বারেং, ১৯৫১), **মৈতৈ লোঞ্জল** (ব্যাকরন, ১৯৫১), **ভারত চনু** (লারোন ১-৪

বারেং, ১৯৫২), **মৈতৈ লায়রোল** (মিথ, ১৯৫২), **ঙাঙোয় পরেং** (ইতিহাসিক, ১৯৫২), **ভারতকী লোনশিংগী মরক্তা মণিপুরী লোনগী মফম** (এসে, মণিপুরী লোনগী সর্ভে, ১৯৫৪), **টেগোরগী গীতাঞ্জলী** (হন্দোকপা, ১৯৬৪), মাইকেল মোধুশুদন দত্তগী **মেঘনাদ বধ কাব্য**, (হন্দোকপা, ১৯৬৪), **সেক্সপিয়ারগী ডি রেপ ওফ ল্যুক্রেসি** (হন্দোকপা, ১৯৬৫), **অশৈবগী নিতাইপোদ**, শৈরেং ১৯৭৬ (ভারতকী সাহিত্য একাদেমী এবার্দ ইং ১৯৭৭ তা ফংলবা) **অশৈবগী শৈরোই** (শৈরেং, ১৯৭৭) **অশৈবগী জয় ভায়** (শৈরেং, ১৯৭৮), **বিদায় অশীর্বাদ** (শৈরেং ১৯৭৯) **পুন্সিগী শক্তম** (লারোন ১/ মশানা ইজবা পুন্সি বারী, ১৯৮০), **সনরিক পরেং** (শৈরেং, ১৯৮১), **পুন্সিগী শক্তম** (লারোন ২/ মশানা ইজবা পুন্সি বারী, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী যামিনি শুন্দর গুহা গোল্ড মেদল ফংলবা, ১৯৮২), **শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য দেব** (চৈতন্যদেবগী শমল্লপ্লা পুন্সি বারী, ১৯৮৬), অমদি **য়াচঙ শৈরোল খম্মিন তেংথা** (শৈবেং ১৯৯৫ অসিনচিংবা লাইরিক কয়ামুক ইদুনা ফোঙলম্মী। শক্লাইরবা কবি অসি ইং ১৯৯৫ গী মার্চকী তাং ৭ তা ঈশ্বরগী খুয়াখাদা চংজখি। ❑



**অইবগী ফোঙনবা লাইরিকশিং**

১. বসন্ত শৈরেং
২. সীতা বনবাস (ড্রামা)
৩. তোনু লাইজিংলেম্বী (ড্রামা)
৪. মৈতৈ উপন্যাস (খোরিরোল নুঙ্গাইবা, সমালোচনা, লারোল অহানবা)
৫. রামায়নগী ৱারী খরা (ৱারেং)
৬. মৈতৈ লোঞ্চল (ব্যাকরন)
৭. ভারত চনু (লারোল ১-৪, ৱারেং)
৮. মৈতৈ লায়রোল (মিথ)
৯. ঙাঙ্গোয় পরেং (ইতিহাসিক)
১০. ভারতকী লোনশিংগী মরক্তা মণিপুরী লোনগী মফম (মণিপুরী লোনগী সর্ভে)
১১. গীতাঞ্জলী (হন্দোকপা)
১২. মেঘনাদ বধ কাব্য (হন্দোকপা)
১৩. দি র‍্যাপ অব ল্যুক্রেসী (হন্দোকপা)
১৪. শৈরেং অখনবা (সম্পাদক)
১৫. অশৈবগী নিতাইপোদ (খন্দ কাব্য)
১৬. অশৈবগী শৈরোই (শৈরেং)
১৭. অশৈবগী জয় ভাই (শৈরেং)
১৮. বিদায় অশীর্বাদ (শৈরেং)
১৯. পুন্সিগী শক্তম (লারোন অমা অমসুং অনী) মসানা ইবা পুন্সি ৱারী
২০. সনরিক পরেং (শৈরেং)
২১. শ্রী কৃষ্ণচৈতন্যদেব (চৈতন্যদেবগী শন্নপ্প পুন্সি ৱারী)
২২. য়াচঙ শৈরোল-খম্মিন তেংথা (শৈরেং)